রনবীর সারুংবা

# কৈথেল



ন্যাশনাল বুক ট্রাস্ট, ইণ্ডিয়া

কৈথেলবু থবায়নি খঞ্জদুনা
পুন্সিগী থৌদাং পাংজরম্বা
হিংথং হিংথং থদংপীগ্রবা
য়াইবী থবায়রেলশিংগী মফমদা
থম্মোয় শেংনা কথোকচরি ।

# পুক্নীংদা চুখিবা ৱা

ঐখোয় মীনি। মী হায়বদা পুরিবা ৱাখল অসি ইচম চম্বা ৱা অমদি নত্তে। মসিদা মখল মখা কয়াগী মরীমখোঙ অমসুং মচৎ কয়া অমা য়াওরিবনি। শম্না হায়রবদা, মীগী মশক, মওং অমদি ফিভম মান্নবা পোৎশক অমবু মী ওইনা লৌরুবা য়াদে। মী ওইনা মীগী ওইবা তোঙাল্লবা ৱা, অর্থ কয়া অমা লৈ। মসিনা মীগী অকোয়বদা শন্দোক্লি। মরী শেল্লি। ফারি। মফম খণ্ডদনা মীগী মচত্তা অহোংবা পীরি। মীগা মীগা চপ মান্ন মান্ননা তোপ্না উহল্লি। মান্নহন্দে। মওং অমা তোপ্না তাহল্লি। কনাগুম্বা মী অমদা মীদুগী অকোয়বদা লৈরিবা মশকশিং লৌথোক্তুনা য়েংবা তারবদি, মীদুগী ফিভমসু য়াম্না তোপ্না, অতোপ্না অমা ওইরক্কনি। মীদা, মীগী থৱায় লৌথোকপা তারগদি মীদু করি ওইগদগে? অমুকসু, অকোয়বগী ফিভম চপ মান্নরবসু, চপ মান্নবা পুংফম্দা মান্ননা পোকমিন্নরকপা মী অনী ৱাখল চপ মান্নদে। ৱাখল অমসুং তৌথোরকপা মওং য়াম্না খেন্নবা কয়া উই। মসিদা নৎতনা, ঐখোয় ইশেল অমগা অমগা খেন্নজবতা নৎতনা, পুন্সিগী থোক্লক্লিবা থৌদোক ৱাথোক অমসুং মতমগী ওইরক্লিবা ফিভম্না, মীওইববু অহোংবা কয়া অমা লাকহল্লি। মসিনা অহিংবগী মরী মরী শম্নদুনা লাক্লুবা পুন্সিগী মওং মতৌদা খেন্নহল্লি। খেন্নরকই।

খেন্নবা কয়া কৈথেলদা মমি তারি। মতম মতমগা চুনবা পোৎশক কয়া কৈথেলদা য়োল্লি। মায়কৈ অশোমদা য়েংলগদি, কৈথেল হায়বসি মতমগী পুন্সিরোল পুদুনা চৎপা মফম অমনি। মতম মতমগী ওইবা পোৎশকশিং য়োনবতা নৎতনা, মীওইবগী থৱায় পুরবা পোৎ কয়া অমসু য়োল্লিবনি। মীওইবা কয়াগী শাইদাংফম ওইনরি। মসিদা নৎতনা মীওইবগা মীওইবগা করিসু মরী অমতা লৈনরুদনা মরী শম্নফম অমা শেল্লিং[illegible] কয়াবু মসিনা ঙাক্রৌ পীরি হায়বদা ঙক্লীংঙাই ওইদে।

ঙসিদি ঐখোয়না উরে, কৈথেলনা থৱায় ওইদুনা থৱায় থাক্লিবা হিংনবগী হিংলম শুরিবা কয়া হৈবাক্কী ওইবা থৌদোক ৱাথোক্তা মাঙ থানা থোরক্লে। মসিমক হৌজিক্কী ওইরিবা ফিভম, লমদম অসিগী চাওখৎ থৌরাং কয়া উরুরগদি লাইনা লৌরুবা য়াদে। ফিভম অসি য়ৌরকপা হায়বসি লমদম অসিগী হান্না লৈরম্বা কয়াত্তা, হান্নগী মওংদা অসুম্মক লৈত্রে তাক্লবনি। হান্না লৈরম্বা চৎনরোলগী মওংদা অকায়বা কয়া লাক্লিবসি হান্না হিংলম্বা পুন্সিগী মওংদগীসু অহোংবা কয়া অমা লৈরম্বা তাবনি। হোংবসু হোংলে।

পুন্সিগী ওইবা ফিভমদা অসিমদি হায়দুনা অরেপ্পা লৈরকত্রে। থৱায় কয়াবু লৈবা য়োনবা য়াবা পোৎশক্কুম উরক্লে। থায়নসু মী য়োন্নরম্বা য়াই। মীনাই লোয়নবগী ৱা কয়া ঈতিহাসতা ইরি। অদুবু, হৌজিক্কী মতৌগুম থৱায় য়াওদ্রবা হুকচাংদা মন্তিক্লবগী মওং অসিমদি খক থেংনখিদে। থৌদোকশিংনা থৱায়বু নমশিলহল্লি। নাষ্টোক্লবা হোৎনবদা চন্না হোৎনরুবা য়াদে। অচম্বা মীগীসু চন্না, মশাদা য়াওজরিবা শক্তি অমা পুথোক্তুনা নমশিল্লিবা পূম্বদগী নাষ্টোক্লনবা হোৎনজবা তারকই। ঙসিগী ৱা খল্লদবা য়ারক্তে। মসিনা লমদমসিগী মী খুদিংমক্তা মমি ওইনা কোয়ইন ইন্নদুনা লৈ। পুন্সি খুদিংদা চিংনবতনা থলহল্লি। মমল য়াওদ্রবগুম উই।

মুন্না য়েংলুরবদি পুন্সি হায়বসি পুন্সিতগী ওইবা মমল অমা লৈফম থোকপনি। মসিগী গুণ অসিবু মমল খংহন হুন্থহনবদা কনানা য়ানীংগনি ? পুন্সিগী মগুণ খঙদবা কয়ানা থৱায়বু চাউহন্নবা য়ানীংদে। থৱায়গী মমল কাহল্লবতদা পুন্সিগী মমলসু কারক্কদবনি। তশেংনা মীওইবগী মমল কাহন্নবা মসিগী মমলসু হুনগৎপা তঙাইফদে। মসিগীদমক্কি মীওইবনা অচুম্বগীদমক হক তাল্লিবা। থৱায়গীদমক করিসু খন্দনা লানবুং য়ৈদুনা লানগীদমক শাজোল তৌরিবসি মসিগীনি। মসি নৎতুনা, পুন্সিনা থৱায়গীদমক করিবু তৌনীংঙাই লৈরিবগে ?

ঙসিদি পুন্সিগী মগুণ মনুংদা চাউরবা ময়ি চৎলক্লে। মসিবু মতমগী হোংলক্লিবা মচৎ ওইনা লৌরুবা য়াগদ্রা ? লম অমগী চৎনবী, সমাজগী কাংলোন হোংবদা কনানসু য়েৎলোই। হোংবসু হোংগদবনি। অহোংবা হায়বসি সমাজগী লেংদ্রবা মচৎনি। অদুবু হোংলক্লিবা মওং খুদিংমক্তা মীওইবগী ওইবা মগুণ, মমলদি মতম চুপ্পদা চেন্দুনা লৈগদবনি। মীওইবগী মগুণ অমসুং মমল য়াং হন্দবা মখলগী চৎনবী অদুদি অর্থ য়াওদ্রবা চৎনবীনি। মদুদি হিংবগী মমল য়াওদ্রবা নহিংনি অহিংবগী খোঙচৎ খুদিংমক হিংলিবশিংনা হিংলিবশিংগীদমক মমল অমদি তঙাইফদনা শাগৎফম থোকই। মসি নৎতনদি অহিংবগী মচৎনি হায়রুবা য়াদে।

কৈথেলসু মদু মঙাই।

কৈথেল, কৈথেলসুনি।

মপুং ওইনা কৈথেল অসিদা কৈথেলগী মগুণ ঙাক্লা কৈথেল ফল্লিবশিং অসি পুন্সিগী মমল চপ চানা খঙনা থোরকখিবদি নত্তে (খ্বাইরমবন্দ কৈথেলদা ফল্লিবী নুপীশিং অসি পুন্সিগী শিষ্টা অমমম পাংদুনা শেন তাঙরিবশিংনা অয়াম্বনি)। অদুবু ঙসিদি মীওইবগী হক কনবনা মশাগী গুরিবা শিষ্টাদগী হেন্না মরুওইবগুম চাউনা থৌদাং লৌরক্লি। মীওইবগী মমল, মগুণগী মরমতা শাংলবা হৌখিবা পুন্সিগী শরুক্তা নোংমতা খন্ন

নৈরুদ্রবা, মাংবা তোংবা পোৎয়োনগী মরমদা মতমচুপ্পদা মথা শাজবা মখোয়না হৌজিক মীওইবগী হক অমদি মমলদা কমদৌনা মায়ওন ওনশিল্লক্লিবনো ? চথরিবা লমদমসিগী মচত্তা করি কায়রে ? পুল্সিদা করি শোয়রবগে ? ব্রাহং অসি ঙসিদি কুপ্পা খন্থফম থোক্লকপগুম উই। ঐখোয়না খঙ্ঙি, কৈথেল হায়বসি লমদমসিগী শাহৌ পূম্নমক তিল্লবা মশাতগী ওইরবা পুন্সি অমগুম অসুম হিংলক্লি। হায়রিবা মশক অসিনা খুন্নাইগী পুন্সিরোল পুদুনা অর্থশন্দোরকই। চাউখ্রবা পুন্সি অমগুম শক্তাক্লরি। মরমসিনা মসিদা পুথোরক্লিবা অব্রা অনাশিং অসি তরাইবা ব্রা অমদি নত্তে। চাউরবা ব্রাহম্লোক অমনি। মতমগী ফিভমগা য়াম্না মরী লৈনরিবনি। মরমসিনা, লমদমসিগী ওইবা থব্রায়শিংগী মিহুন শুবদা কৈথেলগী মিহুনসু শুদবা য়াদে।

১

কৈথেলনি। মী কয়াগী তিনফম, মীতিনফম অপুনবগী কৈথেলনি। মফমসিদা মশিং নাইদনা মী কয়াগী পোৎ মপৈ মপৈগী কৈ শেমদুনা, থেল্লগা থল্লি। কৈথেলগী ওইবা নুংলোল মপান্দা পুথোক্লি। পোৎ কয়াসিগীনি কৈথেলসিদা পুন্সি কয়া মোংলরিবসু ইপোম নাইনা চারদুনা পুন্সিগী মশক শেল্লি। অহল, অঙাঙ, ইনখৎলকপা, মান্নদবা মীওই কয়াগী অপূনবা অমগা অমগা মরী ইরৈ লৈনদনা মরী অমা শেমদুনা অপূম্বা অমগী মরী মফমসিদা শেল্লি। থৌদোক কয়া নংনরি। মফম অমদা য়া য়া মখেল লাংনা নোকপা, অতোপ্পা মফম অমদনা নিঙাই শংদাইনবগী উংখৎনবা, মখল মথেলগী লেপত্রবা থৌদোক মরক্তা নোংঙানবা অমদগী নুমিৎ তাবা অমফাওবা অরেপ্পা লৈত্রবা মওংদা অঙম তান্নরি লৈবা য়োনবগী খৎনরি। চৈনরি। অহিংবা মী কয়াগী পুন্সিনা লৈকংদা মচিঞ্জাক থিনবগী চপ চারবা মশক কয়া উৎলরি। তশেংনা থৌদোক হায়বসি মীশিংদা থোকপা অপাম পামদগী মশকশিংনি। মরমসিনা মী লৈবা তারবদি থৌদোকসু শোয়দনা থোকপা তাবনি। থৌদোক হায়রবদি মীওই অমগী পুন্সি অমদি শোয়দনা নপশিল্লগদবনি।

কুংলবা মীনিল মরকসিদা নুপী অমা পোৎ লৈনা লৈনা মচা লৈখিদবগী পাউ তম্মী, 'ইচাদো ইকন কন্না লাই হিংচাবনা চাখ্রবনি।'

'হায়রিবসিবু ?' পোৎয়োনবীনা হংই।

'শিখ্রে ! শিখ্রে।' মপি তানা তানা পাউ তল্লিবা মহাক্না মখা তাবকই, 'ইকন কন্না শিখিবা হায়বসি মুনখিবনি। লাই হিংচাবনা চাখিবনি। মানা চাখিবা নৎতনা শিনীংঙাই করি মরম লৈ ?'

'নুংঙাইত্তেদা।' পোৎয়োনবীনা থম্মোয় শোক্না অৱাবা শরুক য়াখি।

'নুংঙাইতবদি করি হায়গনি !' ৱাহৈসি হায়বা লোইরকপদা লৈমায়দা মপি তারকই। মদুগা লোয়ননা ৱাহৈসু মখা চখরকই, 'নুপামচাসু মথন্তা য়াওবনি। ইমুংগী আশা পূম্নমক মঙোন্দা থল্লিবনি। অদুবু খঙহৌদে। এক্সিদেন্টনি হায়। খঙহৌদনা অদুম

শিখ্রে। মীবু মফম খণ্ডদনা, মথোং মরম খণ্ডদ হেক্তা শিবা য়াব্রা ? মহাক্কী মপাসু শিখিবা কুইদ্রিবনি। চহী ওন্দ্রিবনি। হিংচাবনা চাখিবা নত্তনা অতোপ্পা মরম অমতা লৈতে। ঐবু হৌজিক কনা য়েংদুনা লৈখিগদগে ? ইনখৎলকপা মতমদা চাথোকখিবা ইচাগীদমক থম্মোয়সি পুবা ঙমদে।' ৱাহৈশিংসি হায়না হায়না মপি ওরো ওরো তারকই। মথৱায় শোক্লা তমখিবা পাউ অদুনা মী কয়াগী থৱায় শোকহনখি। পুন্সিগী ৱাবু করম্বা মতমদা অচুম্বা ৱাহন লৈখ্রবগে ? মবিক চুম্বা অর্থ অমতনা পুন্সিবু পুন্দে। থোক্লিবা থৌদোক পূন্নমক অচুম্বা পুন্সিগী ৱাহন ঙাক্তনি। মশক হোং হোংদুনা লাকপা পুন্সিগী ৱা কয়া পুন্সিগা য়াম্না নক্লরবগুম শকখঙনে। করিসু নৎতবগুম লৌশিল্লি। মসিগা নক্লরুবা কয়ানা খাংঙমদবা চৈনা খাংদুনা হিংহৌবা তায়। ঐসু, মীসু, অমসু-অমসু অসুম তৌনা খাংহৌবা ঙাক্তনি। থম্মোয় থম্মোয়দা থোকখিবা থৌদোক কয়াগী পেঞ্জদবা মশক কয়াদি লেংদনা ফুল্লি।

নুমিত্তু ইনে মহৌশাগুম কৈথেল চৎখিদে। অয়ুক অঙনবদগী হৌনা নোং চুরি চুরি তৌদুনা লৈ। ঙরাং নুমিদাংদি মশা ঙমদে হায়দুনা তৌখিবনি। মদুগীসু মথক্তা মমঙ মহাদা উহৈদবা ঙাক্তা উই করি থোক্লগদবা হায়দুনা তৎতনা শোনখি। মদুতা নৎতনা ইচা অতোম্বা, মশু, মহাক্লা চেকশিন্না শেন্নজবা মহাকসু মশা নুংঙাইতে হায়দুনা কৈথেল চৎকদবগী থোরকপদা ফিজি চিংলুই। মহাক অঙাঙনি। মবোকপু ফাবা ঙম্বগী মপাঙ্গল মঙোন্দা য়াওদে। অদুমকপু মবোক্কী মপাঙ্গল পূন্নমক চিংথুবা ঙম্বা মহাক্কী থম্মোয় পাল্লি। মওং মতৌদুনা মবোক্কী মপাঙ্গল পূন্নমক লৌথোকখি। কৈথেল চৎপা ঙমহনখিদে। মশুগী অপিকপা ফিজি চিংলিবা মখুৎ পায়দুনা তন্না পমখৎলি। নুংশিনা হংখি, 'নঙবু নশা কয়াম য়াম্না ঙমদ্রবগে ?'

'তে য়াম্না নুংঙাইতে।' মরোল থোকপোই থোক্তবোই খুমখি। অঙাঙ অদুনা অদুম খুম্নকপা অদুদা মশুবু নুংশিনা নানখি। মতৌদুনা ময়া অনী অহুম হৌরবা য়ামাং উত্তুনা মশুনা নোকই। মতৌসিদবু কমদৌনা মশুবু হুন্দোক্লগা চৎপা ঙমগনি ? মসিমক্লনি কৈথেলগীদমক মখোঙ থাংদোরক্লবা ইনেনা অঙাঙদুগীদমক হুন্না অমুক লমদল্লিবা। মখোঙ, মখুৎ পাযদুনা, মরাইবক্তা মখুৎ থমদুনা অঙাঙগী ফিভম য়েংখি।

'মসিদি থোইদোক্লা শাদ্রবা মাল্লি।' তপ্পা শোল্লি। 'করিসু থোইদোকপা তৌররোই।'

থাজদনা অঙাঙগী মশা থংফ ফরকখি।

ইনে কৈথেল চৎননবা থৌরাং তৌবকই।

কৈথেল থোর্কখি।

পুন্সিদা পুন্সিনা পুন্সিগী হক অমা মতম খুদিংদা তানগদবগী ফিভম শেমদুনা লৈ। চেকশিন্দবা য়াদে। পুন্সি খুদিংমক্লা মসি ফংদনা খক তোক্লোই। করম্বা মতমদা পুন্সিনা মসিবু হকচাংদগী লৌথোকখিগদগে হায়বসি কনানসু চপ চানা হায়বা ঙম্মদে।

*অদুবু মসি লৌখিদনদি খক তোক্রোই। ইনেনা কৈথেল চৎখিবা ইকুই কুইদনা চুরিবা* নোং খজিক কনশিল্লকই। অতিয়াগী অখাক অরাও কয়াদুনা অকি তুজুংগী ইরাং তৌরল্লগা খংলেপ লেপখি। কোরৌগী মঙাল তপ্পা তপ্পা শন্দোরকই। ইমম মল্লল্লবা অতিয়া মমিৎ মমায় পাংলবগুম তরু তরু উরক্রে। অতোম্বা তপ্পা তপ্পা তুমথখ্রে। অইং অশা ওন্নবগী মশক্লা হকচাংগী শিংলি খুদিংমক খোঙজেল হোংহনবগুম থোকখি।

কৈথেলদা করিনো অমা তৌখ্রে।

ইনেদু কৈথেলদা করিনো অমা তৌখ্রে।

য়াম্না থাজদনা কৈথেল নুপী অমনা পাউ লাকখি। ইমুংগী মী পুম্নমক হাথু হাথুনা কৈথেল তান্না চেন্নখি। থংননা পোৎফম ফম্বা মী কয়ানা ইনেগী শামু হকচাং কোনখত্তুনা, পায়দুনা অঙম্বা সেবা তৌরম্মী। মানা মানা খঙজবী মওংদা হকচাংগী মিহুন কৌরি। মিহুন থাকৌরোল শিজিন্নদুনা শামু হকচাংদা হাপচিন্নবা হোৎনরি। তদেক তদেক্লা চৎখিবা খোঞ্চৎকী মশক, লেংবা ঙমদ্রবা মশক্কুম করিগুম্বা মখলগী তাং অমতা থেকলকখিদ্রে। তশেংনা মহাকপু সনাগী কৈরাক কাখ্রব্রা ? খঙদে। কনানসু করিসু হায়বা ঙম্নদে। ডাক্তর খানাদা পুননবা লৈরিবা মীয়াম্না হোৎনৈ। অমসু অমসু অদুক কন্না ডাক্তর তান্না পুননবা হোৎনবদা অৱাবা অমা ওইখি। কৈথেলগী চিল্লবা মীয়াম্না মরক থৎখি। অথাপ্পা লম নত্তে। নুপী কৈথেলদগী ডাক্তর খানা ইনক নকই। অদুক নক্লখ্রবা মফমদু য়াম্না লাপহনখি। চৎপা য়াখিদে। মী অমতগী লম্বী নৎতবনা, মী খুদিংমক চৎনখি। খুরৌ য়েৎনখি। অমসু অমসু অঙম তান্নদুনা মাগী মাগী অনীংবা মফমগী লমথুং য়ৌনা চৎনখি।

কুইনা লেপ্লবা তুং, ডাক্তর য়ৌখি। ময়াম ইনেবু পুশিন্দুনা ডাক্তর কোইকৌ কৌনৈ। হাথু হাথু ডাক্তরসু থোরকই। মমিৎ মিৎপান অনীগী উনশা খুবী অমসুং খুদোম্বীনা ফাক্তুনা য়েংই। ইনেনা ডাক্তরগী অনাবা য়েংননবা ফমুংদা নীংঙাইদনা তারি। ঐখোয় কয়ানা করি হায়রক্কদবা হায়দুনা, হৌদোরক্কদবা ডাক্তরগী ৱারোল তাগদবগী ঙাইরি। কুপ্পা য়েংই। মমিংতা থাউমৈ অকাপ্পি হন্না হন্না কাপ্পি। খুদাংদা মিহুন য়েংই। মফম খঙদনা ঐখোয় কয়াগী মিত্তা ঐগী পিরন্না অসিনি, ঐগীনা অসিনি হায়না চেঙ্গুরকই। ঙসিদি ঐখোয়, মতম কয়া অৱা নুংঙাইগী ৱারী পাউদম্নদুনা পুন্সিগী ঈচেলদা পুন্না হি হোনমিন্নরল্লবসু করম্বা নোংদম অমা লাইবক্তা ইরিবগে হায়না ঙায়বা তাখি।

হে পুন্সি থাউমৈ, নঙগী থাউচাক্তি ঐখোয়না হুল্লি। অদুবুনে চাক্লিবা মৈচাক্কী মশক্তি শকউদবা কনাগী মখুৎনা পায়দুনা থল্লি। মসিদবু করম্বা শক্তম অমদা হানজিন্দুনা পুন্সিবু মশক তাক্লসিগে ? কায়নবা ঙাইবগী লম্বীদা ঐখোয় পুন্না ঙসিসি ঙরাংগুম চৎলিব্রা ?

ইনে। নঙবু চৎলগদ্রা ?

নঙগী পোৎফমবু নঙনা হন্দোক্লল্লগদ্রা ?
মফমসিতবু নঙনা মতম খুদিংদা লাইনীং ওইনা শোনখিবদাই।
ঙসিদি অমুক থাদোক্কুনা চৎলগদ্রা ?

# ২

পুন্সিগী মশকপু নুমিৎ থোকপা, নুমিৎ তাবগী মশক্কুম উগদ্রা ? পুন্সি হায়বসিদি শাগৎকদবনি। পুন্সি হায়দুনা মমিং থোনবতনি। মশক উবা শিজিন্নরিবা পোৎশক অমদি নত্তে। মসিবু মীওইবনা ফনা শিজিন্নৈ খন্দুনসু হিংলিঙৈগী মতমদা মশক মমুৎ তানা খঙবা ঙম্লোই। শিরবসু মসিগী অতোপ্পা মশক অমমুক লাক্কনি। মসি নৎতবদা পুন্সিবু পুথোক্কুনা য়েংগে খন্দুনসু কৈদৌঙৈ উবা ফংবগী মফম লৈতে। মী খুদিংমক মশা মশাগী পুন্সিবু পুথোক্কুনা য়েংনীং য়েংনীংনা য়েংবা ফংদনা শিখিবা ঙাক্কনি।

কৈথেলদা ৱারী শারম্বনি।

খ্বাইরম্বন্দ কৈথেল্না হোংখিবগী মশক, নৌনা শক্তম লাংবগী মওং লোইবা নাইদ্রবা মশকশিংগী ৱারী লীনরম্মী।

কৈথেলসি হোংলে।

য়াম্না ওল্লে।

ঙসিদি কৈথেল অসিগী অশেংবা মশক য়াম্না হোংলে। মীতৈগী অকনবা কয়ানা ঙাক্রম্বা নীংতম্বগী নুমিৎনা তপ্না তপ্না তাখিবা মতমদুদগী কৈথেল অসিসু তপ্না তপ্না হোংলকখি। মতমদুদা খোক্রম্বা নীংতম্বগী কোরৌ, বৃটিসশিংগী চিংদোন্না খনখি। মী অনী (ম্বা ঈ য়াওনা) থোইনা হিংজরম্বা মশক্কী মায়য়োক্তা, মঙক্তা থৌরি থুরদুনা তাইবঙ ফম্পাক্কী মথক্তা থৱায় য়াইবীরেল লৌথোকখি। ঙসিসু নীংশিং খুদম ওইনা য়ুম্বী য়ুংলি। থম্মোয় খোন্না কৌহৌবা অত্মা পরেং লেংদুনা অমমলোক্ত কুমখিবা নীংশিংলি ঙসিসু। লেংজখিবা অত্মা পরেংনা নীংতম কোরৌবু কোনবা ঙমদ্রবসু নীংশিংবগী মশক অসিবুদি কনানসু মুনবা ঙম্লোই। নীংশিংববু কনানা মুনবা ঙমখ্রবগে ?

ময়ুম পাল্লুরবনি।

ইনে, নুপা অমদা ময়ুম পাল্লুরে।

নক্লা নত্তে। লাপ্না ইম্ফালগী ময়োন্দা লৈরম্বা মহাক্লা খুঙ্গংগী পুন্সিবু করিদা খোয়দারুদুনা মফমদুদা লেমহৌরিবা পুন্সি পূম্বা পুলপ পুশিন্দুনা হিংলুরগনি মতাগুম

চৎখি। মদুবু মহাক হৈনগদ্রা ? অমতা খঙদে। ময়ুম পানবদি পানখি। মানা ময়ুম পানখিবা মফমদু শমত্রাম হায়ব্রা করিনো ? লমসিদা লৈবা মীশিংগী অপুনবা মশক অমা ঐখোয় পূম্বগী শক্তমদা ময়েক শেংনা তারগসু, ঐখোয় ইশেনগী মরক্তা হিংমিন্নবগী মশক্তি সহর অমসুং খুঙ্গং খেন্নবগী মতুং ইন্না খেন্নবা কয়া লৈ। লৈকায় লৈকায়, খুঙ্গং খুঙ্গংগী ওইবা পুক্নি মচৎনি। খুঙ্গংদুদসু হিংবগী লম অয়াম্বা নুপীনা লমজেন চেন্নে। ইমুংগী ভার পুই। নুপাবু অরেম্বা করিসু তৌবা য়াদবা মীগুম থাক্লে। নুপানা থবক শুবা য়াদে হায়বা নত্তে। মরম ওকপা, পুক্নিবু মশাগী মচল ওইনা লৌজবা কনাদি থবক কন্না শুই। অতনবা, কতন কয়ানা মহি মনাই থক্তুনা, অরেম্বা থৌ লৈতবা কয়া পুনশিন্দুনা চে শান্নদুনা লৈ। ইনেনা হিংলম্বা মফমদুগা, হিংলুগদবা মফমদুগা য়াম্না খেন্নখি। মশানসু খেন্নবা তার্বনি। অমদি ইম্ফালগী ময়োলনি, লমসিগী হেক চাউথোকচগদবা খুদিংমক মফমসিদা হান্না শাগৎলিবনি। অদুগা অমদুদি মতায়নি। মীওইবগী চাওখৎপা হায়দুনা চাওখৎপগী য়ৌরকলিবা পোৎলম কয়া করম্বা মতমদা য়ৌরক্কনি ? য়ৌরক্কদ্রা য়ৌরক্রোইদ্রা খঙবা নত্তে। অনীসি মতৌ করম্না মান্নবা য়াগনি ? খেন্নখ্রবা মশক অনীসি য়ানশিন্নদুনা মহাক হিংবা হৈনখিদে। মাগী পুক্নিবু, পুক্নিগী মশক মশা থাদোকখ্রবা পুক্নি ওইনা উজরকই। মদুনা লমজিংবা মখলগী পুক্নি অমদি ওইখিদে। হোই, মফমদুদগী থবক চিলহাও থিদনা শুবদি হৈনরকই। মদুমক্তা থবক্কী লম তান্দুনা পোৎফম ফল্লিবনি।

তৌবগীদি, মীতৈ নুপীদি নম্বো ফানা থবক শুজবনি। শু নোমদুনতা লৈরগা নুংঙাইজবা মীতৈ নুপীনি। মসিমক্কনি মালেমদা অনী শুদ্রবা নুপীতগী ওইবা কৈথেল লমসিদা লৈরল্লিবসিমক। পূম্নমকসিদি কনানা অমুক হায়কদ্রবসু ঈতিহাসনা শাক্ষি ওইদুনা লৈববা রাফম্নি। মসিগীসু মথক্তা লৈবাকসিনা মৈত্রাং থোক্লা অরা লৈচেন্নরক্লবদা, লৈবাক কন্নবা থওইনা, মথৌ ওইনা থৌনা লৈনা লমদমসিগী নুপীশিংনা মায়োক য়াখিবনি। ঙসিসু থেংর্নবি। থৌনা উখোক্লি। মসিমক্তনা থেংখাং কয়াদা নুপীলাল কয়া ঈতিহাসকী লৈমায়দা থেংনরিবনি। নৎএদবু, নুপীলালবু হঞ্জিল হঞ্জিল মতৌ কবম্না থোক্লুর্গনি ? লাল হায়বসিদি খরাযদা পানবা মরিল খঙনবগী চপ চারবা মফম্নি। মৈথৌ য়াওদবা কনানা লাল য়াওবংবা ঙমগনি। লৈবাকসিদা থেংনখিবা লাল পূম্নমক খরায অমসুং লিংজেন্না মাংদা থমদুনা শোক্লখিবা ঙাক্তনি। তশেংনমক্কীদি অকনবা, মশিং য়াম্বা কাংবুতনা লান ঙমগদর্বনি। মসি খঙনা খঙনা শোক্লখিবা লান্‌ফম কয়াশিং, লিংজেল অমসুং থৌনা লোৎশিন্দুনা থম্নল্লগদি কমদৌনা লাল শোক্লরমগনি ? লাল তৌনবগী মগুৎ কোক নোন্দুনা যেকনবশিংদা মপু শাহল্লমগদবনি। লৈবাক্কীদমক থরায়বু মমল য়াওহন্দবা মীতনা লৈবাক্কী লাল শোক্লবনি। থরায় থাদোকপা ঙম্বশিংতনা লিংজেল পুথোকপনি। লৈবাক ঙাক্লক্লিবনি। মসিতনা লমসিগী মিছুন ওইদুনতা লাক্লি।

ইনেসু লমসিগী নুপীনি। মৈথৌ অসি হেক থৌরকপদা মশানা লমসিগীদমক চোংথোরকপা তাবনি। চোংথোরকখি। লাম্লোই ওইরকই। হিংবদা, হিন্‌নবা হোৎনবগী মথক্তা লিংজেল হাপ্লকই। মশাগী মশক খুমজিন্দুনা মৈথৌনা মাং থারকখি।

'ইমাইপেম্মা য়াইপলবু অমদা লুপা মঙা হেক পিবা!' ইনেনা নোংমা কৈথেল কুম্লক্লগা থাজদনা তম্মী। হায়দোরকপদা ঐখোয়সু থাজদে।

'য়াইপল অমদা হায়রিবসি ইঙ্গাংগী লৈদু নৎত্রা?'

'মানিনে। শজিফু চৈরাওবগী নমাদা তাংখৎলিবনি।'

'ম্নীতৈদি পোৎকী মমল খঙদবনি। অপাম্বতা খঙবনি।'

'মদুসু অদুম লৈনে।'

লৈননি। মমল খঙদবা মীনবু করিগী চানবা মমল থিগনি? পোৎচৈগী মমল পূন্নমক পোখোক অমসুং শিজিন্নগদবা মফমগী মশক য়েংলগা লেপ্লা ওইরবদি চানবা মখলগী মমল ফংগদবনি। ঙসিদি মফম মরাং অমতা খঙহন্দ্রে।

'ঐনা ঙক্লিবদি মদুদা লৈনরিবদুনি।'

'মদুবুদি থবক শুনীংদবা বাবু শাবা কাংবুনা লৈবা ওইরমগনি।'

'মমলগা শুন্নবা নত্তে। অদুম লৈ। থম্মৌ অমদসু লুপা কুন পীরম্মী।'

'মদুনি। মথৌ শুদুনা পৈশা তানবা ওইরবদি পৈশাগী শিজিন্নফম অমসুং চন্নবগী মশক খঙগদবনি। মদুদি নৎত্রে। অরেম অপা, অচা অথক্কী অরেম্বা শেনদুদি মমল য়াওদনা শিজিন্নবা তাবনি।'

লাল মমাংদদি পৈশা ফজনা তাংলম্মী। পোৎ চৈ য়াম্না হোংলম্মী হায়দুনা অহল লমন্না ৱারী লীনৈ। হৌজিক্তি মদু পূন্নমক ৱারী ঙাক্তনি। অঙাঙ ওইরিঙৈ পৈশা মঙা পীদুনা চারকপা মিথাইদু হৌজিক লুপা অনী পীরবনি। ইখাগী অঙাঙশিংদা হৌজিক তম্নরবদি থাজগদবা লৈতে। হৌজিক্কী অঙাঙদা লুপা অমা পীরুবদি চৎতবা পৈশা পীরকই হায়দুনা লৌ হায়বা য়াদে। নোকপু নোকশিল্লকই। পোৎকী মমলনা পৈশাগী মগুণ হোংহল্লকপদা মীগী মমলসু হুঙ্গরকই। শাথিবা মখলগী খেন্নবা অমা পীরকই। করিগুম্বা ঐখোযগী শিঙ্গবা ইপা ইপুশিংনা হৌজিক হৌগৎলকপা তারগদি মখোয়না হিংলম্বা লম অদুনি হায়না থাজনবগী মশক অমতা লৈতে। অসুক য়াম্না ওনবা মওংসিদবু কনানা থাজবা ঙমগনি।

কৈথেল, স্নাকৈথেলগী ৱারী ইনেনা তৎতনা লী। তাংবা হোংবা লৈবাক্কীনি। পোৎকী মমলনা কৈদৌঙৈদা অপাম্বগী মশকপু নমহৎপা ঙম্লোয়। অপাম অপাম্বা খন খন্দুনা তাংই, তাংই হায়দুনা পংলৈদা লৈনে। অয়োনবসু পোৎসিবু কমদৌনা য়োন্দোইনো খঙদে মমল তাংখ্রে মচিন্দা হায় হায়দুনা পংয়োন্দা য়োল্লি। স্নাকৈথেলগী ৱানা মশক অমনি।

কৈদৌরবনো খঙদে, নোংমদি শাউনা কৈথেল কুম্লকই।

'ইনে কৈদৌরবগে ?' হংলুবদা খুমদে।

'অদুবু কৈদৌরবগে, অদুক শাউরিবদুবু ?' হংমল্লবদুদদি খুম্লকই।'

'কৈথেলদা পোৎ অহোংবা অমতা ফংলরোই।'

'অদুবু কৈদৌরে হায়বা ?'

'থোইদিং অহোংবা খরা য়োল্লি হায়দুনা ফুবীবদা নুপী অমা শিরমগদৌবা খজিক্তং ঙাই। ময়াম চংদুনা খাম্বগা য়াপোৎ নত্তে। মতা অমনি।'

'মদুনা কমদৌরিবা ?' ইনেগী ৱাহৈশিংসিদা খঙনীংবা অসুম্ হেল্লক্তুনা ঐখোয় পূন্না হংখি। শাউরং নরংনরদুনা ইনেনা খুম্লকই, 'হিংচাবীদুনা খাঙবোক নুপী অমদগী থোইদিং কিলোদা লুপা তরামরি-তরামরি শারগা হেক হেক লৌবজাৎনি। ঙসিদি মমল খরা হেল্লু। হান্নগী মমলদু য়াদ্রে হায়নবদা য়ানদদুনা খাঙবোক নুপীদুনা বোরা মমায় ফাক্তোক্লগা মনাক অদুৱাইদা কিলোদা লুপা তরামঙা তরামঙা শাদুনা কিলো কিলো ওন্দুনা য়োনখৎলকপদুদদি, ওমশিন্দুনা ময়াম পংলৈদা লৈনবদুদা দুকান্দারদু মমিৎ নাবনা লোইরবজাৎনি। খঙহৌদনা দুকান্দারদু চেহ্লোরব্লগা লুমাংগী মশক পাযদুনা হাইবদা লুথক্কী শমখোঙগী উনশা পূম্নমক ফকত্তুনা, খাঙবোক নুপীদু ৱাহুদুনা তারে। মদুই হিংচাবীদুনা তৌরিবা মওংদু নুংশিদবনা ! নুংশিদবনা !'

'মদুদি নুপীদু কমদৌখ্রে ?'

'খঙদে। খঙদে। মী ময়াম ওমশিন্দুনা, পুলিসকা লাক্তুনা য়াম্নদি তৌনখিবনি। কংজাবী মৈরা পায়বীশিংসু লাক্তুনা ৱায়েনবা য়াওবদৌনা তৌখি। খাঙবোক নুপীদুগী মতৌদু ফরমগদবা মান্দে।'

অস ! হায়দুনা ঐখোয় ময়াম ৱাহৈসি হায়রগা তুম্মিন লৈখি।

ঙসিদি লমসি য়াম্না শাখিরক্লে। পুল্সিগী মশক্তা য়াম্না লুরবা তান্‌ফম অমা হৌজিক ঐখোয় মায়য়োক্লবা হৌরবনি। মহৌশা লৈনরম্বা মীগী মরী খঙহৌদনা তৎলকপা হৌরক্লে। চৎনরিবা মওং অসিদি মীওইবনা মীগী শক্তম থাদোক্তুনা হিংননবা হান্না হোৎনদুনা হিংবগী মতৌনি। হিংননবগীদমক ঐখোয়না, ঐখোয়গী থৌনা খুদিংমক তঙাইফদনা শিজিন্নবা তারকই। মওংসি লায়রকত্রে। পুলিসু লায়রক্লরোই। ঙসিদি শাইজিন শাইয়া থুংনা লৈরম্বা উচেকশিং উখিদ্রে। মনীং তম্না মহৌশাগী তম্পাক্তা শান্নজরম্বা উচেক কয়া মাংখ্রে। ঐখোয়না পিক্লিঙৈ মতমদদি মনীং তম্না মখোয় শান্নরম্বনি। চোংঙানা শজিক চাজরিবা শনগী মথক্তা তোংদুনা মতু ফোইরম্মী। লৈকায়দা চাক চানবা, দেব কম্মগী চাকচাউ লাংবদা ক্বাক শংননবা মী থওইনা থম্নরম্মী। ক্বাক্লা অচা অথক লাকখিবা উহৌবা নত্তে। অয়ুক অঙনবদা ক্বাক ক্বাক খোংলকপদা নোংঙানবগী শরিক খিংলকপগুম খঙনরম্লিবনি। অঙাঙগী শৈরেংদা তম্বী,

ইনুংঙাল্লে য়াহৌরো
ক্বাক্লা লানবাউ শিল্লক্লে
চরোইনা তে তু খোংলক্লে
হুইথৌ লাবা চিনফেল্লো
লাইরেল লাবা য়াওল্লো।

ঙসিসু শৈরেংসিদি থম্মোয়দা, লাইরিক কয়াশিংদা লেংদনা লৈরি। ফিভমদি মচেৎ অমতসু উখিদ্রে। মতমগী য়াওন্দা, মহৌশাগী মশক তপ্না তপ্না শিথরক্লে। অনৌবা, অকোকপা মহৌশাগী মনম য়াওদ্রবা মশক ওইনা শন্দোরক্লে।

অয়ুক অয়াম্বা ইনে হেক্তা শাউরক্কনি। শাউনা শাউনা লাওরক্কনি, মসিগী মিৎয়েংসি য়েংলুরগা ক্বাক্লা মমিৎ পৈনা পৈনা য়েংদুনা মনাক নকপদা উচেক লৈরিব্রা য়েংবা ওইরম্মী। মদুম্না য়েংলম্লগা শাইজিন্দা মকোল শাজবা শেন্দ্রাং মকোন্দগী মচিন্না হুন-হন্দুনা থিরগা শেন্দ্রাং মচাগা চাথোক্লুবদি লোইরে, ইনেগী অশাউবী খম থেংলে। মদুমক উরবদি ইনেগী মপোৎ মরল পূম্নমক মুনখিবগা চপ মান্নে। শেন্দ্রাংশিংনা পুন্না পুলপ ওমশিন্দুনা, কবিগুম্বা ক্বাক্লা মচা হুরাল্লবদি চেক চেক তুজুংলবা শব্দ অমা য়াওনা পূন্না, চপ মান্ননা হৌনা হৌনা খোংগনি। অদুগুম্লবা অপুনবগী মশক অদুদা ক্বাকতুসু অকিবা পোক্লুবগুম তন্না পাইখি। ঙসিদি অদুগুম্লবা শেন্দ্রাংনা মকোল শাজবা ইনা কুপ্পা য়ুমসু উখিদ্রে। তমথিবা মতৌদুসু উররোই। মদুগুম্লবা মশক অদু উরগা ইনেনা তেম্পাক লৈতুম হেক হেক থাবনি। মপাম্বোম মতাদুনা শাইজিন য়ৌনা তেম্পাক লংবা ঙমদ্রবসু থাবদি থাই। অদুবু কান্নে। শহুমদুনা উচেকশিংদু পাইথোকহনখি। শা ঙাসু মশানা তৌরুরিবা অরানবা মশক খঙজবগুম তৌই।

পূম্নমকসি লমসিদা উরিব্রা ?
করম্বা মফমদা উরমখিগনি ?
লমসিগী ময়োল ওইরিবা মফমসিদদি উদ্রে।

ফজে ! অপুনবগী মশক্লা অচৌবা উচেক তাঙ্খোকখিবা, লিংজেনগী মশক উখোকখিবা য়েংবা নুংঙাই। ফজে। তৌবগীদি, মতমদুগী য়ুম অয়াম্বা ইনা কুপ্পা ঙাক্তনি। উচেকশিংনা মশা মশাগী মকোল মীওইবগী ফিভমদা শাইদাংহনবা মওংদু উরুরগা নুংঙাই। মসিনা য়ুম্লক্তা লৈবা উচেকশিংগী শক্তম শাগৎপদা অচৌবা মতেং অমা পীরম্মী। ঙসিদি ঐখোয়না ঐখোয়গী নুংঙাইনবা ফিভম শেম্লকপদা ঐখোয়গী অকোইবদা শাইদাংলম্বা উচেকশিংগী ফিভম মহৌশাগী মশক ওইহন্দ্রে। অহোংবা কয়া উররে। নিংথমথাদা শঙ্গু শঙ্গু পাইরম্বা তেনবা পাইখিদ্রে। মশাগী মরোল লোঞ্জদুনা খোঙ্গাং হাপ্লম্বা তাখিদ্রে। ঙৌশোক ঙৌশোক ঙৌনা পূন্না পূন্না পাইরম্বা, লোইরোই লোইরোই খূৎ চংনা শেম্লবা মওংদা পাইরম্বা উরোক কয়া পাইরকখিদ্রে। পূম্নমক

মাংখ্রে। শৈশক্তি লৈহৌরি।

ৱাতোন্না ৱাংলগা

ক্বাক্লা ফমদেকই।

ঙসিদি তাররোই। ক্বাক উখিদ্রে। ফনা উনীংদুনসু মতমদুগী মশক অমুক শেম্বা ঙমগনি থাজদে।

মদুদি করিগী ?

হৌজিক্তি ক্বাক উরক্তরে। মাংখ্রে।

খোংনা খোংনা পাইরম্বা কয়া পাইখিদ্রে।

নুংশিখ্রবা মতম অমগী মশকশিং, মতমগী খোঙথাংনা লেপ্তনা থাংলকপগা লোয়ননা লোয়নদুনা চৎখ্রে। নুংশিখিবা, হৌমিন কামিন্নরকপগী হৌনবী নৌহৌনা উনীংলকই। অহিংবগী হৌনবী হিংলিবা পুন্সিসিদা হিংলকখিবা অমসুং হিংমিন্নবগী মশক পূন্নমক তিনশিন্দুনা হিংনীংলি। মসিবু অমুক ফংলরোইদ্রা ? মতমদুদগী হিংলকপা পুন্সিগী মশক্তি লেপ্তনা শমথরি। মশক পূন্নমক থম্মোয়দা তারি। মাংখ্রো য়াদ্রি। অদুবু হিংমিন্নরম্বা মহৌশানা অসুক শাথিনা ওন্নরুবদা কনাগী থম্মোয়না পেহোকপা ঙমগনি ? ঐখোয়না খঙঙি, মসি কনানসু শেম্বা ঙম্লোই। ফিভম অমতনা মসি থওইনা শেমখিবা নত্তে। মীওইবগী অহোংবা পুরকখিবা ৱাখলগী মচৎনা তপ্না তপ্না লেংলকপা মশক্কী তুংইন্না মসিসু হোংলকখিবনি।

ইনেগী পুন্সি পোৎফমসু মদুমক্কি। মশাগী থাজবা অমসুং শেমগৎচখিবা পুন্সিগী মশক য়াম্না তাইওন্নখি। শাগৎলিবা পুন্সিগী মশক অদুদি, পুন্সিগী ওইবা চন্নবা শক্লোন অমদা ইতিনফম ওইবা মূর্ত্তি অমা শাগৎখিবনি। অদুমক্লা পুন্সিগী ঈচেলসু ওইজনীংখি। অদুবু, নুপী ওইবীশিংগী পুন্সিদা চৎনবীগী থৌদাং হাপ্লক্লবা মতুংদদি মহাক মায়থিরে। মায়থিবগী মশক অমনা মহাকপু ঙায়দুনা লৈরমখি। ঐনা হংখি। লাইঙাউ থিঙাউ ওইনা ঐনা হংখি, 'য়ুম্বানবগী মপুম ওইনা শাগৎকদবা পুন্সিগী মশক অদুদদি ইনে নঙ মায়থিরবনি। নৎত্রা ?' কুইরবা তুং অমদা ঐনা হংখি।

'পুন্সিদি পুন্সিনি।' ইনেনা য়াখিদে, 'পুন্সিগী মশক্তি মসি ওইগদবনি হায়দুনা লোইনা লেপথোকপা ওইথোক্তে। মতম মতমগী ওইরকপা পোফম অদু লোকপা হৈবা পুন্সিতনা মহে য়ানবা পুন্সি ওইগদৌরিবনি। পুন্সিবু মায় পাকপা, মায়থিবা হায়দুনা থৌদোক অমনা হেক শাগৎকদবা নত্তে। ফিভম পূন্নমক তঙাইফদনা হৈননবা শিনগদবনি।'

'ইনেদি মদু হৈনরব্রা ?'

'হৈনবা হৈনদবা হিংলিবসিনি। হৈননবা তন্নিবসিনি।'

হৌখিবা পুন্সিগী মশক্লা ফনা থম্মোয়নুংদা ওৎলবসু, হিংলিবা পুন্সিসিদদি থৌনাগী মশক্লা মাঙদা থমদুনা নীংহন্নবগী ৱাখল মচেৎ অমতা য়াওদনা হিংখি। মাঙলমচৎ

অমসুং তুংলমচৎ অনীগী অপুনবা খোঙবু শেল্লি। মওংসিদা অনীসি মুকখায়নবা কয়া থেংনদবা নত্তে। থেংনরিবা পুন্নমক শকখঙনদুনা হরাও হরাও লৈমিন্নবতনি। শক খঙনহন্নবনি অমগা অমগা। অৱাবগীসু ৱানা হিংবগী মশক্তা মরুওইবা যৌদাং য়াহন্দুনা, নুংঙাইবগীসু নুংঙাইনা পুন্সিদা লাচন চনশিনগদবনি। পুন্সিনা মীওইববু খক লাকচবা ঙমহল্লোইদবনি। অৱাবা খুদিংমক থৌনাগা শংদাইনহন্দুনা পুন্সিগী লৈকোন্দা লৈ ওইনা শাৎহনগদবনি। ফিভমসিদা মীওইবনা হিংবা ঙম্রবদি, মীওইবা কয়ানা তাইবঙগী লৈ ওইনা মতম খুদিংদা লৈশাৎ তমগনি। তাইবঙ অসিসু ফজরবা লৈকোল ওইদুনা মী খুদিংমক্কী পোখ্নানফম ওইহনগনি।

'মদু ওইদুনসু, মতমবুদি ইনেনা পেন্দনা চৈরি।'

'মদুনা মী ফৎনরক্তবগীনি।'

'খাংবা তন্নবদি, মদুসু খাংগদবনি।'

'খাংবা, খাংবা খাংবা ফনা হায়দুনসু খাংবগী পাঙ্গল অমদি লৈবা তাবনি। লৈরক কোনশাংদা অঙাঙ ফোঙনা হাৎলক্রবদি কমদৌনা খাঙ্গনি ? পুন্সিগী ওইফম থোকপদা ওইরকপা মশকপু খাংগদবনি হায়বনি। মদু নৎতবা খুৎশেমগী অশাবা চৈথেংশিংদুবুদি করম্না খাংলুগনি ?'

'নহানবায়দি মশকসি শুকউ উদব্রা ?'

'উদে হায়বদি নত্তে। হকচিনবা মশক্তি থেংনদে।'

'ঐদি, মখোয় নিংথৌ পান্দুনা ইমুং মনুংগী ৱানা লৈবাক্কী ইরাং ওইহন্দুনা, লমদমসিদা হিংলিবা মীশিংগী মশকপু মখোয়গী খুৎলায় ওইদুনা মথোং মরম খঙহন্দবা মশকশিং অদুনা হেন্না থিবা মশক্কুম উই। অদুগুম্নবা মশক অদুদদি লৈবাক্তুদা হিংলিবা মীশিংগী মমল লৈরমগনি হায়বা থাজদে। মতমদুদা হিংলম্বা মীশিং অদুমক, মশাগী অমসুং লৈবাক্কী মশক অনীসিনা চিংখায়নরকপা মতমদা য়াম্না ৱাবা মওং অমা শোয়দনা থেংনরমগনি ? ৱারৌরোইদবগী মরম লৈতে।'

'মদুদি নঙনা খঙহৌবসু নত্তে কমদৌনা হায়রিবা ?'

'ঐনা হায়বা নত্তে। ঈতিহাসকী ৱানি। হৌখিবা মাংলমচৎ হঙ্গৎনা য়েংনবদা থেংনরকপনি।'

'নঙনা মদুবু ঈতিহাসকী মচাক ওইনা পাদুনসু, লৈবাকসিগী মীচমশিংনা হিংলিবা পুন্সিগী মশক ওইনা লৌরুবা য়ারোই। মদুদি লমসিগী ওইবা মশক্তা অঙম্বশিংনা মখোয়গী পুন্সিদা থেংনখিবা লৌ অমসুং মদুবু ঙাকথোক্লনবা হোৎনবদা থেংনখিবা মশকশিংনি। চুম্মি। লৈবাক্কী ওইরবা মশক্তা অঙম্বশিংগী মশক য়াম্না হেন্না মসিদা তায়। অদুবু, লমসিগী মশক হেন্না খঙনীংনা য়েংবা তারবদি চৎনবীনা কয়াম য়াম্না মীচমশিংগী পুন্সিদা চয়েৎনখিবগে হায়বদু য়েংবা তাবনি।'

'অচৌবা অঙম্বশিংগী পুন্সি হায়বসিদা, অপিকপা অচম্বা, মীচমশিংগী হিংলিবা পুন্সিগী মশক য়াওশিনখ্রবনি। মশকসিদগী মীচমগী পুন্সিবু শিংকুপ শিংনাংগী মশক্কুম শক্তোক্লবা খক য়ারোই। লমসিগী ঈতিহাস হায়দুনা ইরিবশিং অসি লমসিগী নত্তে করম্না হায়গনি ?' চুম্মী ! মদু মতম খুদিংদা থেংনবা মচৎ অমদি নত্তে। মতম মতমশিংগী থৌদোক কয়াশিংনি। লমদমসিগী প্রজাশিংনা মদু থেংনখি। মীওৎ মীনৈ খাংবা ঙমদদুনা নুমিৎ কাপখি। খ্বাই নুংজেংবম পীবানা অৱাবা কয়া মায়য়োক্লনা অপুনবগী নুংঙাইবা মশক ফংননবা পুন্সিরোল অমা শাগৎখি।'

ৰাহৈশিংসিদা ইনে তুমিন লৈখি। য়ানীংবসু মানগুম তৌই। য়ানীংদবসু মানগুম তৌখি। মহাক তশেংনা লাইরিক য়াম্না তম্লকখিবদি নত্তে। অদুবু লাইরিক ময়েক চৎপী নুপী অমদি ওইরকখি। মহাক ঐগী ৱা খঙবগুম তৌই। তৌবগীদি হৌজিক মহাক কৈথেল নুপীনি। কৈথেলগী মশক্কা মীওই কয়াশিংদা মখল মথেলগী মঙাল কয়া পীরি। লমসিগী ৱাঙুরোলগী মশক খঙাল ঙালথোকহল্লি। কৈথেলদা লৈরিবা পুন্সিগী মশক্তা লমসিগী ৱা অমসুং পুন্সিগী ৱা অনীমক্কী মফম ঙাম্থোইদুনা লৈ। কৈথেল ফম্না ফম্না অনীমক্কী খল শিজিন্নরি।

'হিংবা হায়বসিদি মীওইবা খুদিংমক্তা পীথোরক্লবা মশক অমনি। লৈবাক্কী হায়বসিনা ঐখোয়গী শক্তম অমদি খুন্নাইলোল শাগৎপগী মশক অদুনি। অনীসি ফনা মরী লৈনদুনসু, খেন্নবগী মফম খরদি মতম খুদিংমক্তা লৈবা তাবনি।' করম্না খল্লুবনো খঙদে, য়াম্না থাজদ্রবা মওংদা ইনেসু খুন্নকই।

'অদু ফনা ওইদুনসু, মীওইবনা মী ওইনা পোক্লকপা অমসুং হিংননবগী মশক, হিংবগী মওং কয়াদি মী অমা ওইনা ঐখোয় খক থুগায়নবা শিক্লোয়দবনি।' ঐসু খুমখি।

'অমদা ফরবদি অমদা কায়বা তাবনি। মসিদি তাইবঙ পোকপীনা শিল্লল্লবা, মীওইপোক্কী ৱা ওইরবনি।'

লৈবাক্কী ৱা, লনাইগী ৱা, ৱা কয়া ইনেগা শানখি। নম্ফুদা মীবু তুহল্লুনা মহাক ঙম্লনবা খক হোৎনদে। অচুম্বা হায়বসিদি মশানা তারকপা ফল অমগুম ইনেনা লৌই। মদুগীসু মথক্তা অশেংবা অচুম্বদি মশানসু মতম চুপ্পগী ফোঙদোক্লনবা হোৎনৈ। মীওইবতনা মরিল চুমদদুনা লোৎশিন্নবা হোৎনজবনি। তশেংনা মী ওইনীংলবদি অচুম্বা থোরকপদা তরাম তরাম ওক্লনবা শেম শাদুনা লৈগদবনি। করিগুম্বা মতমদা মীওইবনা অচুম্বা থোরকপদা মায়থিরবগুম খল্লি। তশেংবমক্তি মদু নত্তে। লোৎশিল্লিবদুনা ইশাবু ফজরবা মশক অমা লোন্না লৈহল্লগসু, অচুম্বগী অশেংবা মশক্তু করিগুম্বা হান্নিনা তরাম্না ওক্লেম্বা তারগদি সমাজদা য়াম্না ফজরবা মশক অমা ওইনা পুরক্লমগদবনি। অচুম্ববু ময়েক শেংনা পুথোকপা ঙম্লবদি মায়থিবা হায়বদু খক লৈররোইদবনি। মায়থিবা হায়বসিদি পুক্নীংগী ফিভমদা নীংহন্নবগী মশক অমা য়ানশিলহনবতনি। মশক অসিবু

লৌথোক্কে হায়বদি মথৌ হঙ্গুদনবা অচুম্বা অদুমক শেংনা ফোঙদোক্লবতদা য়ানশিন্নবগী মশক অদু লৌথোকখিগদবনি। মায়খিরে খনবনা মীওইববু মপাঙ্গল শোঙ্হল্লি। থৌনা হঙ্গুহল্লি। মায়খিবা হায়বসিদি চুম্নতগী লৌশিং ওইরুনবা মশক ওইনা লৌগদবনি। ইদিসন্না ব্লব পুথোক্লবা হোৎনবদা মায়থিখিবা কয়াশিং অদুমক মায় পাক্লবগী লম্বী শাগৎপা চংদ্রবা য়াদ্রবা মচাক ওইনা লৌখি। মরম অসিনা মীওইবগী মশাদা পুক্লীংগী ফিভম হায়বসি অচৌবা মায় পাক্লবগী মশক্তি হায়না ইনেনা তাকখি।

ব্লাখলসি কৈথেল ফম্বদা চন্নরমগদ্রা ? কৈথেল য়ৌখ্রগদি মী খুদিংমক লাইরুরগনু। গুন্ন গুন্নবা হোৎনদুনা লোইনমক গুন্নরকপা ঙাক্তনি। ফনা চন্নন্নবসু, কৈথেলবু য়ৌখ্রবদি থোক্লবা অমা তৌরক্কদবনি। কৈথেলগী লাইনা পুবসি মতা অমনি। মখল মথেলগী মীওক মীচাল ওক্লরবনিনা থম্মোয় অমসুং মশিংখা মতা অমা তৌরকই। ফুদোরকই। করিগুম্বা মশিংখা ফুদোক্তবা মীওইনা কৈথেল ফম্বদা ওইগদবগী মরম লৈতে। লোইনা ফুদোকহনগদবনি। অহানবদদি ইনেবু কৈথেল ফম্বদা ওইগদ্রা খল্লুরবনি। অদুবু মতমগী মতুংইন্না অদুম চাশিন্নরকই। শিনফমনা মী ফায় হায়বদুনি। শিনফমগী মী ওইখি।

# ৩

ইনে হাইগৎ লাংদা থুখ্রে। শিনফম্না ঈশিং ওইদুনা পুক্সিগী মশক শেন্নকপদা অহোংবা লাকপবু কনানা থিংবা ঙমগনি ? তিন্নবা য়াররোইদবা মানবা মচু মখল তিনশিনদুনা তোঙাল্লবা মচু থোরকখি। মীওইবগী পুক্নীংনা অরেপ্পা মশক অমদা মতম চুপ্পগী লুপশিন্দুনা থক লৈতে। অসুম হোংলকই। পুক্সি হায়বসিসু অহোংবগী লেপত্রবা মশক অমা য়াওরি। অঙাঙ ওইরম্মী। পুংকক চাউরকই। পাখং ফারকই। শাবী শানৌগী পুক্নীং শাগত্তুনা মথুম মরাং হৌনা মরী লৈনৈ। নুংশিনবকই। ঙ্গুম পানখি। মশক অমতদসু শুংজিন্দুনা কুইনা লৈতে। কৈথেলসু হোংখি। য়াম্না হোংখি।

লাল লোইরকপা মতম ফাওবা খ্বাইরম্বন্দ কৈথেল অসি কৈথেল অচৌবা, কৈথেল মচা, অমসুং হাও কৈথেল হায়দুনা খায়দোক্লম্মী। মমিংগী মতুংইন্না কৈথেলগী মওং খেন্নে। কৈথেল অচৌবদি নুংথিল কৈথেলনি। কৈথেল মচানা অয়ুক কৈথেল ওইরম্মী। অয়ুক ঙাইহাক ফম্নগা থাউ য়াওরক্ত্রবা থাউমৈ মুৎখিবগুম তপ্পা তপ্পা পুৎ মুৎখিনি। অদুম ওইনমক, কৈথেলনুংথিল অচৌবদদি নুমিৎ লাক্ল লাক্লগা মী অসুম অসুম তিনখৎলক্কনি। ঙসি জোনোষ্টোন স্কুল লৈরিবা মফম অসিমক মতম অমগী মী খ্বাইদগী য়াম্না তিন্দুনা কৈথেল কারম্বা নুংথিল কৈথেলগী মফম্নি। কৈথেলসিগী মরক্তা পুং থোন্দুনা, ফৈদাশিংনা লৈনবা মফম শাখি। মসিবু ফৈদাপুং কোই। কৈথেলসিদা খোকপা থৌদোক ৱাথোকশিং পুংসিদা ৱায়েনখি। মসিগী পুং মথক অসিদা নীংতম্বা মাংখ্রবা মণিপুরগী থাঙ্গান য়াওনা মীওই অনী মঙক্তা থৌরি থুদুনা মীয়াম মাংদা ফাঁসি তৌখি। নুংশি হৈত্রবা, মীনুংশি য়াওদ্রবা মশক অদু লমদমসিগী মীওইশিংনা কাওবা ঙমখিদে। মফমসি য়েংদুনা থম্মোয় শোক্লা মথবাক্তা খুতুম শুজরদুনা হেক হেক য়েংই। অসিগুম্নবা অসিদগী কোক্লনবা স্কুল অসি লিংখৎখিবনি। ঙসিদি পুংগী মহুৎ স্কুল অসিনা শিনখ্রে। নীংঙমদবা মশকশিংগী মমি মথোই কারক্লিবা, নহা ওইরবা লমদমসিগী মহৈরোইশিংনা মথক কাহন্দুনা, নেৎখায়হন্দুনা পৃম্মুৎ মুৎথৎখ্রে। স্কুল অসিগা থংননা মতম অমগী ঈতিহাসতা মমি শেমগৎলিবা সহিদ মিনরনা শক্তম ঙাক্লি।

লৈবাক নীংলবশিংগী খোঞ্জেল পুন্নমক লিশিন্দুনা থম্নবা হোৎনরি। মসিমক ফনা ওইদুনসু নীংশিংবদি অসুম হুন্থরক্লি।

পৃথিবীগী অনীশুবা লাঞ্জাউদসু মফমসিদা লানবুং অমদি ওইখিবনি। লালগী ইরাই ইনিলনা মফমসি নিলহনখি। লানজেন্নখি। মতম্না ইনিলশিংদু তপ্পা তপ্পা হুন্থহন্দুনা পুমইং ইংখি। হৌজিক্তি অনৌবা লানখোন অমা তপ্পা তপ্পা ঙংখৎলকপগুম তৌই। কৈথেল অসিদা লানগী শাজোন মরক মরক্তা তৌরি। লানখোন মনম মনম ঙংলদুনা মমিৎ ফাক্লি, লংত্রিক লংত্রিক লংলদুনা। ঙংলি পুক্সি কয়া তেমশিংনখিবগী মশক পুথোক্লদুনা।

অঙাঙ ফাবা য়ারোই।

অঙাঙ হাৎপা মীহাৎপা পুথোরকউ।

হিংবগী চপ চারবা হক ঐখোয়দা পীবীয়ু।

হিংবদা অকিবা পোকহনবীগনু।

পুক্সি খুদিংমক পুক্সি ওইহনবীয়ু।

লৈবাক শিনবা থুংনা খোল্লাও লাওখি। মমা ওইবীশিংগী থম্মোয় খাংবা ঙমদ্রমাম্লে। অঙাঙগী মীশি চাদ্রবা মশক অদুনা থম্মোয়দা থুম্না লেংবা শৌগী মশক ওইরদুনা খংলাও লাওরকই। মালেমগী অমতা ঙাইরবা ইমা কৈথেলনা মমা ওইবীশিংগী থম্মোয় পুথোক্লদুনা লারবা ময়েক্লা য়েক্লরি। মীওইবনা পুক্সি, পুক্সি হায়নরিবসি অহিংবা পুক্সিগী মশক অসিতবু নত্তে। থম্মোয়, ৱাখল অমসুং থৱায়গা চাশিন্নবা মশক কয়া মসিদা য়াওরিবনি। মসিমক্লনি থৱায় থাক্লিবা । শিঙ্গা পুন্নমক থাদোক্লুনা পেঞ্জদনা খোল্লাও হন্না হন্না মচাশিংগীদমক মমানা লাওরি। শিখি। মীশি চাদনা শিখি। শিখিবা নৎতে হাৎখিবনি। থৱায় অমসুং হকচাং অনীগী লৈনবা মরীদা মরক থৎখিবনি। মীহাৎ থিনা হাৎখিবনি। হাৎপা অমসুং শিবা অনীগী খেন্নবা লৈ। মহৌশাগী মীশিদা শিজববু কনানা কনাদা ৱাকৎলুগনি ? মহৌশাগী মথক্তা মীওইবনা ৱাকৎপা ঙমব্রা ? মদুদি তেংথাজগদবনি। ৱাকৎকদবা নত্তে। থম্মোয় অমসুং পুক্লীংগী মশক অনীনা নকশিন্নরম্বগী মশক অমদা লৈমিন্নরম্বা কয়া নীংশিংজবতনি। মদুবু ৱাকৎপা ওইনা লৌরুবদি লানগনি।

সনা থৎনবগীদমক মী হাৎপা !

মসিদি মঙদসু মঙলুদে।

থৌদোক অদুদি মমাশিংগী থম্মোয়দা তুজুংনহনবতা নৎতনা লমদমসিদা লৈরিবা মীওই খুদিংমক্তা তমথিবা চৈনা ফংহনখি। লমদমসিদবু অদুক তমথিবা মী লৈব্রা ? মীপুম খুদিংমক্লা ৱাহংসি হংনখি। মতমসিগী মীশিংসি অমতা থাজনীংঙাই লৈত্রব্রা ? যাম্না থাজদনা শিংজমৈ চীঙা মচা, পিশুম হায়না খঙনবা, অথৌবা মপারি কয়া চেং

তাংবগী ইহৌদা শিখিবশিংগী নীংশিং খুভম লৌরবা মফম অদুমক্তদা অঙাঙ অমগী অশিবা হকচাং অমা য়াংফক তাবগুম তাদুনা শিরগা লৈরম্মী। মঙকশম নাকল অমদা অথৌবা মচিল তুম্নবা পোৎশক অমনা থিনখিবগী দাক তারম্মী। মনা অনীমক ইতৎ তৎলি। অশেংনমক্তি, মওংদু টিলিভিসনগী পাউদা ময়েক শেংনা উৎলকপদগী খঙলকপনি। অঙাঙদু মশক য়াম্না নুংশি। উৎলকপদা থুক লাওই। অদুক পুক্লীংদা খাংঙমদবগী চৈনা খংলাক লাকপা মমাংদা অমুক্তা থেংনখিদ্রি। করিগীদমক অঙাঙ অদুবু অদুক তমথিবা মওংদা হাত্তোকপীরিবা ? চহী মতা অদুদা পুন্সিগী ওইবা অরানবা মচেৎ অমা তৌরমগনি হায়বা থাজদে। কবিগুম্বা লাল্লম্বা তারবসু চমজনা লানবগী মশক অমা শোয়দনা লৈরমগনি। লাল্লগে য়াওনা লানবা, শিংনবা ঙম্বগী ৱাখল খনবা ঙমখিরোইদবা মতাংনি। অসিগুম্নবা মতম অসিদা মফম খঙদনা শিখিবা তারবদি, মমা ওইবী কনানা খাংবা ঙমগনি ? থম্মোয় কায়রোইদবা লৈতে।

কৈখেল ফল্লিবী ইমা ইবেলগী খোল্লাওসু মদুমক্কি।

অঙাঙদুনা শিখিবগী মরমদা নত্তে।

মীনুংশি খঙদ্রবা মীরৈহৎ অদুগী মথক্তা লাওরিবা খোল্লাওনি।

থৱায়গা হকচাংগা থাদোক্লবগী নত্তে।

তমথিবা মশক অদুখক্কীনি।

পেন্নদে। কনানসু পেন্থোকপা ঙমখিদে। হৌজিক্তি লৈবাক অসিমক অৱা অনানা নন্দুনা লৈররে। লৈরক, কোনশাং, থোঙ্গাল কয়াশিংদা শিখ্রবা কয়াগী পেলহৌদ্রবা থৱায়শিংনা তেংথারি। মোংফম কয়াগী মথক্তা ফমদুনা কপ্লি। নীংঙমদবা কয়ানা তেংথারি। মমা ওইবী কযাশিংনা অঙম্বশিংগী শেরান্নরবা লমচৎকীদমক অহিং মিশেন খাংদুনা শেন্নরি। মিকুপ অম্‌দা হেক তমথিবা থৌদোক থোক্লক্কদ্রা মিপাইরি। করম্বা মিকুপ অমদা করি খুদোংথিবা লাক্কদগে হায়বা ঙম্নদে। মতম চুপ্লদা খুদোংথিববু শংলি। খুদোংথিবা কয়া মায়যোক্লনবা মায়কৈ য়েংলি।

অহিংদা লাঞ্জেনহনখিবা, অঙাঙ নুপীশিংনা তেংথাখিবা অদুগীদমক্কি, অঙৌবা মঙা মকোক কেনখিবদু। অককপা মকোকশিং কংলা নুঙ্গোইবীদা ফুমদুনা, তোঙাল তারবা মশানা খ্বাইরম্বন্দ কৈখেলদা ফুমখিবা, ফিরাল অমগী মথক্তা ফিরাল অমনা ননশিনখিবা, নীংতম্বগী লংলবা মৈবুন্না খংমুৎ মুৎখিবা, লমদমসিগী মীওই খুদিংনা ঙসিসু কাওবা ঙমদনা লৈরিবনি। চপ মান্নবা মওংদা, কংলাদা থোকখিবা থৌদোক্কী মওং ঙসিসু তাঙ্গা য়েংদুনা লাল লুপ্লি, য়ুমথোং কয়াদা চংদুনা পুন্সিগী ফিভমদা লানশিংনরি। অহিং কয়াদা মীগী মচা ফারি। মমা কয়াগী মণি কয়া ইফোঙ ফোঙনা লূৎ তৌরি। মসিতগী ৱানা তেংথা নাওইবদা লৈবাক শরা শন্না মীকপ খোঞ্জেল

তারি। মমা ওইবীগী থৌ চিন্নবা থবক কয়াগী মথক্তা মচা শঙননবা ৱাখলনা খ্বাইদগী চাউরবা থবক ওইরি। অসিমক্তদা, অসুক ৱানা করিদা শোয়খিগদগে খন্না শংজরিবা মচা কয়া মফম খঙদনা শিরি। মসিদবু করম্বা মমা ওইবীশিংনা পেনবা ঙমগনি ? থম্মোয়নুংদা লোইবা খম্বা নাইদ্রবা লাল অমা মতম চুপ্পগী ওইনা শোক্লবা তারি।

কৈথেল কুম্লক্লগা, 'পিশুম চীঙা মচাদা অঙাঙ অমা হাপ্তোক্লগা হন্দোক্লম্মী হায়দুনা কৈথেলদা ৱা ৱা লাওনহৌই।' ইনেনা তম্মী, 'য়াম্না তমথিবা মওংদা ওৎপিরবা মতুংদা হাৎপা ওইরমাক্লে।'

'কমদৌনা পিশুমদবু মী অদুক কুংনা তাবা মফমদুদা অঙাঙ হাৎপা ঙমগদ্রা ?' থাজবা ইঙম ঙমদনা পাউ তানা তানা অমসু অমসু হংনখি।

'খঙদে। মীশিংসি য়াম্না তৌ ঙমখৎলক্লি।'

'তশেংনা শিরব্রা ?'

'শিবদি শোয়দ্রমাক্লে। য়াম্না নুংঙাইতে। করম্না নুংঙাইগনি ?' অঙাঙ অমা হায়বসি অঙাঙ অদুতমক খনবা য়াদে। মমা মপাগী ঈ অমসুং থম্মোয় মখল কয়াগী য়ানশিন্নরবা মশক অঙাঙদুদা য়াওশিনখ্রবনি। মমা মপাগী থম্মোয় অমসুং থৌনা লৌথোক্লগা পৃথিবীগী অঙাঙ অমতা হিংননবা য়োকপা য়ারোই। য়োক্লিবা অঙাঙ খুদিংমক্তা, য়োক্লিবশিং অদুগী থম্মোয়, থৱায় অমসুং নকশিন্নরবা আশা কয়া হাপচিন্দুনা য়োক্লরকপা ঙাক্তনি।

কয়াম য়াম্না চাউরবা, চহী কয়া শুরবা অঙাঙনো ?

চহী নিপালমুক শুরবা ওইরমাক্লে। মচেগা নুংতিগী স্কুল কামিন্নবনি। ঙসিদি মশা ঙমদ্রে হায়দুনা লৈহৌবনি। স্কুল ছুতি থাবা মতম য়ৌরকপদা মথন্তা লৈবা হৈনদদুনা মচে ঙাইরুগনি হায়দুনা সাইকল অমা তোংদুনা চৎখ্রগা, পিশুম চীঙামচাদা ইহিং নাইহিং শাদুনা, মনা অনীমক তৎলগা শিদুনা লৈরম্বনি।

অঙাঙদু কমদৌনা হাৎলমগনি ?

পাপ তৌজদ্রিবা অঙাঙ অদুগী মিৎয়েং, মপুক্লীংদা ফাওরমগদবা মওং অদু মীনুংশি খঙদ্রবা মীহাৎপা অদুদি করিসু খঙলম্লোয়।

মীনুংশি খঙবা মীনদি করম্না মীহাৎপা ঙমগনি ?

ঐখোয়না মীহাৎপদা কিরিবসি হাৎপগী থবক অদু নত্তে। মথম্মোয় অমসুং মীনুংশি খঙদবা অদুবুনি। থম্মোয়নসু থম্মোয় ওইরবা, ৱাখলদা অচুম অরানগী অমদি মদুনা তারক্কদবা ফল খঙলবদি কমদৌনা মী অমনা মী অমবু হাৎলুগনি ? শাউনবা অমসুং খৎনবদগী শিখিবা মীশিনা অমনি। হাৎপগী মশক অসিবু থওইনা তৌরবদি মীদু হিংচাবা ওনখ্রবনি।

মমাদু মতৌ করম্না খাংলমগনি ?

লৈবাকসি মতা অমা তৌরে।

অঙাঙদু মনা অনীদগী সনা থৎখিবদা ঈনা পুমঙাং ঙাংলম্মী।

'মদুগী হিংচাবা মীহাৎপদু লমশি শিরসনু।' ঙসাইদগী ৱারী তারম্বা ইমানা ইখঙ খঙহৌদনা খংহায় হায়রকখি। ঐখোয় চপ মান্ননা ইমাদা য়েংলুবদদি মমিৎ অনীমক মপি তাদুনা লৈরম্লে। নুপী খুদিংমক অঙাঙ হায়বদা মচাগী ৱাখলনা মাং থাবা ঙাক্তনি। থম্মোয় য়াওদনা য়েংবা ঙমদে। মথম্মোয় য়াম্না শোকহল্লখি।

মমা অমনা অঙাঙ অমবু মী ওইননবা হোৎনবদা কয়াম ৱাখি। মীগী পুন্সি হায়বসি মথন্তা অসুম লেপ্লকপা নত্তে। অপিকপা অঙাঙনা মখোঙ কাওদুনা শান্নরিঙৈ, শন শাবা ঙম্লক্রবদি থল্লি। শন শাবা ঙম্লক্রবা মতমদা চৎপদং ঙম্লক্রবদি থন্দুনা, মথং মথং চাউবা ঙাইরকখিবনি। মদুতদা অৱাবা কাওথোক্তুনা ৱাবগী মশক খঙদ্রিবনি। তশেংবনি য়াম্না ৱাখি।

নুমিদাংগী পাউ পারকই।

অঙাঙ অমা পিশুম চীঙা মথক্তা হাত্তোক্লম্লে। য়েৎথংবা মখৌরিদা মচিল অতুম্বা অমনা থিনখিবগী ফিভম থিনা শোকই। হায়রিবা অঙাঙ অসি ঙসি নুংথিল পুং অনীমুক তাবা অদুৱাইদা মচে ওক্লুগনি হায়দুনা থোকখিবনি। অশিবা অসি থেংনরা মতমদা মনা অনীমক সনা য়াওরমদ্রে। থৎখিবগী মওংদা ইতৎ তৎলি। মনাক অদুৱাইগী মীওইশিংনা তম্বগী মতুং ইন্না অঙাঙ অদু হাত্তোক্লবা মতুংদা সনা অদু থৎপা ওইগনি হায়রি।

টিলিভিসনদসু পাউসি তল্লদুনা মশক নুংশিখ্রবা অঙাঙ অমগী মশক উৎলকখি। য়াম্না নুংশিবা মতম্নি। মহাক্কী মরাল হায়ববু হেন্না নুংশিনবা মনাদা সনা য়াম্লুবসিনি। পুন্সিগী মশক পূম্নমক সনা মচেৎ অদুনা পূম্মাং মাংহল্লে।

কনানা ওইরিগদবা !

হিংচাবদু কনানো ?

মথম্মোয়দু কলমল্লি।

মীনুংশি মচেৎ অমতা হেক পোক্তেদা।

মমা ওইবী কয়ানা মানা মানা থোকপা থ্বাইদগী পেঞ্জদবা খোঙ্গোক্তা মশা মশাগী মথম্মোয় শুদৎলবগুম পেন্না পেন্না চৈ। থম্মোয়গী মরল কয়া অসুম্না মফম মরাং খঙদনা মাংলক্রবদি মশানা পেন্দবা তাবনি। মতম কয়াদগী, পেন্দবগী অশাবা মৈরি কয়া লৈবাক অসিগী লৈশাদা তিনবা তারক্রবদা মীতৈ নুপী শিংতনা ইংথহনখিবনি। লমসিগী নুপীশিংদি, ইপা ইপুগী লৈঙাক ঙাকপদা য়াওরক্রবনি। হৌজ হৌজ থেংখাং কয়াদা মসিগুম্নবা ৱারী কয়া ঈতিহাস শাগৎপদা য়াওখ্রবনি।

জাৎ তাখ্বী মহাকথক অমগীদমক লারোল নাইনা য়োমদুনা ঈতিহাস ইদুনা লৈরি।

মতমদু চুরাচান্দ মহারাজনা লৈঙাক থৌদা মপুম ফানা পুরকপা মতম্নি। জাৎ তাগ্রবী মহাক্না জাৎকী খন্দনা রাস কৎখি, বড় সাহেবকী বঙ্গলোদা। মীতৈনা ইঙ্গ্রেজ্রবা, লৈবাক শাশন মুনখিবা মখোয়গী শুমাংদা রাস কৎখি। মতমদু লৈবাক মুনখিবা কুইখিদ্রি। লৈঙাক মুনগ্রবা মখোয়বু ঙাকপীদুনা, সনাতোম্বীনা মকোক চিংদুনা রাস কৎখি। অমাংবা জাতিনি হায়দুনা ইঙ্গ্রেজ্রিবা লমদমসিগী হৌন লোনচৎ তরাইথোকখি। অহল লমন কয়ানা সনাতোম্বীমক্না হেক মকোক চিংবদি পেনখিদে। চিংহন্নীংখিদে। হায়জবদি ঙমদ থম্মোয়দা থরুম মচা অমা কাখৎনবগুম উখি। পুক্নীং ফাথবা ঙমখিদে। ব্বারৌই। মস্নিনা লৈবাক্নী ওইরবা লল অমা মফম খঙদনা মাংহনবগুম খনখি।

য়ানীংদ য়ানীংদ থম্মোয় ফাথখি।

কনা অমদি মদুমক ঙমখিদে।

মৈ ওমখি। থাখি। সুতো সাহেবকী বঙ্গলো উৎ ওনখি। অহিংদা বঙ্গলো উৎ মপৈ অমা ওইহন্দুনা অয়ুক্তা লৈরম্মী।

শাউবনা লুতোন কারবা সুতো সাহেবকীদমক বড় সাহেবনা চাকখিবা বঙ্গলো শাননবা লমসিগী ইম্খোলদা হৌবা উ বা মশা মশানা পুখৎলক্তুনা থৌমী ওইনা থবক শুননবা চে থোকখি। মতৌদু লমদমসিদা লৈরিবা নুপা খুদিংমকপু থাজদবা অমসুং চিংনবগী মশক্তি। য়াম্না পেন্নখিদে। মীখা পোল্লুবগী চপ চাবা চৈথেং ফংখি। মশানা তাবনি। মীখা পোনবা হায়বসিদি মীনা ওৎনীংবা মতমদা ওৎপা, মশানা তাবনি। বামোন মখৈদি, চীংঙু লাইগী থৌগল তৌদুনা লৈবনিনা খুৎনা শুবা থবক থৌরমদা চৎনবীনা য়াওবা য়াদে। চৎনবীগী মায়য়োক্তা থবক তৌবা ঙম্লোয় হায়দুনা ব্বাকৎখি। ব্বাকত্তু সাহেবশিংনা য়াবীখি। মতমদুগী লাইরিক হৈবা, লৌশিং লৈবা কাংবু লায়না নাম্লোকখি। মপুনা য়ারবা মওংদা লৈবা হৈবা, লৌশিং লৈবা কাংবু লায়না নাম্লোকখি। মপুনা য়াবা মওংদা লৈথোকখি।

নিংথৌমচাশিংদি থবক শুব্রা ?

নিংথৌমচা নত্তে, মচানুপী লৌবা কয়াফাও নিংথৌগী পোথাং পুবা, লালুপ কাবা য়াওহন্দ্রবদা করম্না থবক শুগনি ? শাগী লানগী শরিৎ শারা তমদুনা লৈবাকসিগী অরুবা তান্ফম কয়াদা মমাং থানা চোংথোকপা নিংথৌ মচাশিংনি। লৈবাক ঙাকপগী তৌদবা য়াদ্রবা থৌ তৌরিবনি। মখোয়সু য়ুম শাবা য়াওবা তারিব্রা ? ঐখোয়গী চৎন পথাপ ওইনা শেমজবা ঐখোয়গী চৎন পথাপ পূম্বা ঙসিদি চৎনদ্রবা পথাপনি। লৈঙাক মুনগ্রবা কয়াশিংনা চৎন পথাপকী মথক্তা কাদুনা তোংগ্রবনি। লৈঙাক মথক্তা ফমগ্রবা মখোয়গী মখাদা ঐখোয় লৈরবনি। মখোয়গী য়াকা য়েংদুনা ঙসিদি থবায় থাকপা তারি।

নিংথৌমচানি। হায়নন্দুনসু উপায় লৈখিদে।

মপুগী য়াথং মীনায়না ইনবা তায়।

উপায় লৈতদুনা য়ুম শাবা তারক্লবদা লমসিগী মমা ওইবী কয়া তুমিন য়েংদুনা লৈবা ঙম্নকখিদে। লেংবা হৌরকখি। কৈ অমোমগী শাথুপ য়াওরবা মীতৈ নুপীনি। নীংখিবদা হোংবা লৈতবীনি।

বড় সাহেবকী শঙ্গাইদা চৎখি।

'মীতৈমচা পূম্নমক বঙ্গলো মৈ থাবা য়াওখিব্রা ?' মরৌ য়াওরবা ব্রাহং সাহেবতা হংখি।

'কনানসু য়াওই হায়বদি হায়দে।' খুমখি।

'অদুগা করিগী নুপা খুদিংমক্তা সুতো সাহেবগী শঙ্গাই শাউ হায়দুনা চে থোক্লিবদি ? হৌজিকমক শঙ্গাই শাবগী ব্রা খন্নগদবনি।'

'ঐনা থোকখিবা ব্রা, ঐনা ককথৎপা ঙমদে।' বড় সাহেবনা পোংনা খুমখি।

'য়াবা য়াদবা থবক শুবগী চে ককথত্রিফাও ঐখোয় নঙগী শঙ্গাইসিদা সুম লৈরনি। হম্নরোই।' ময়াম পূম্নমক্তা বড় সাহেবকী শঙ্গাইদা অসুম লৈরবদা বড় সাহেবনা মশাগী ব্রারোল হন্দোকখি। চে কক্তুনা হুকুম থোকখিদ্রবসু, খোঙফমদি হন্দোক্লবগুম থবক অদুমক মমিংতগী ওইনা তৌদুনা তোকখি। সুতো সাহেবকী শঙ্গাইদি খুৎহৈবা কয়া নেক্তুনা শাহনখি। মসিমক মীতৈ নুপীশিংগী থৌনানা লমসিগী নুপা ওইবশিংবু ইকাই ফিরুক খুম্নমগদবা মশক অমদগী থৈদুনা পুখি। মসিগী থৌনা অসি ঙসিসু ময়েং মচেৎ অমতা তাদ্রি। খজিক থম্মোয় শোকপা খুদিংগী থোরক্লি।

থোক্লকখি।

শিঙ্গা থাদোক্তুনা নুংশিবগীদমক থোরকখি।

মীনুংশিগীদমক থৌদাং য়ানখি।

অঙাঙ হাৎপা মীহাৎপা পুথোরকউ।

মীয়াম মাঙদ দন্দি পীয়ু।

ধরনা ফমখি। লৈবাকসিগী লৈঙাক্তা মশক উদবা মিপাইবা পোকহল্লিবা মশক পূম্নমক লৌথোক্লনবা মমাশিংগী লিংজেন্না মাং থারদুনা থৌনা লৈনা চোংথোরকখি। পেন্দবা কয়া ফোঙদোকখি। শিবা কিদবা লাঙ্গেংনি। করম্না কিরুগনি, মচা হায়বসিদি মমা খুদিংমক্কী থব্রায়নি। থব্রায় য়াওদ্রবদা হকচাংনা মতৌ করম্না হিংলুগনি ? হকচাংদি থব্রায়গী শান্নফম্নি। হেন্না হেন্না কনবা খোল্লাও লাওরকই, ইচাশিংবু অসুম্না অসুম মফম খঙদনা মাংহনবা তারবদি ঐখোয় কমদৌনা হিংগনি ? ঐখোয়বুসু হাত্তোকপীরো। মীচমগী পুন্সি ঙাকপা ঙমদ্রবা লৈঙাক অসিদা ঐখোয় হিংবা পামজদ্রে। মীহাৎপশিংসিগী মরক্তা ঐখোয় মতৌ করম্না অহিং পোত্থাগনি ?

মীহাৎপা হায়বসি সমাজগী তমথিরবা মহিক্লি।

অঙাঙ হাৎপনা অমুক হেন্না তমথিবা মহিক্নি।

লৈকায় কয়া, খুল কয়া মথং মথং পেন্দবা ফোঙদোক্লরকখি। য়াম্না থুনা লাম্মৈগী মতৌগুম অফং অফং চাকপগী মওংদা মৈথৌ কনখৎলকই। মীহাৎপা লোত্তুনা লৈবা ঙমখিদে । থোরকখি। মরৈকায়দা লৈবা মখুরা থোকপা অমনা হাৎপা ওইরম্মী। থাইনা, মথাই থাইনা চহী তরামঙামুক্কী মমাংদা মনা সনা পাম্বগী মীহাৎ থিনা হাৎখিবা মীহাৎ অদুগা চপ মান্নে। মীশিসু অমতনি। খেন্নরিবা হায়ববু অমনা থাংনা থিনবনি। হন্দক্কীসিনা কাটিনা থিনবনি। পুক্নিগী ৱা, থৱায়গী নুংশিবা লৈনম, মশানা শিজিন্নবা নিশাগী ময়াইনা মনম ফাওহনখিদে। থৱায়বু নিশাগী মৈথৌ ওইনা মৈ পুথোকহনখি। অঙাঙবু নিশাগী মহুৎ শিলহনখি। মহুৎ শিনখ্রিবা অঙাঙ অনীমক মমা মপানা খ্বায়দগী নুংশিবা মতম্নি। অমনা চহী তরুক শুখ্রে। হন্দক্কীসিনা চহী নিপাল চংলক্রে। চহীদা পারবদি মতম কুইনা হিংখিগদবনি। থাজদনা শিখ্রে। হাৎখ্রে। শাহিং চাবগী মখৃত্তা তাখ্রে।

কমদৌনা হাৎখি ? মীহাৎপদা হংখি।

মীহাৎপদু কিরমাক্লে। মথম্মোয় য়াম্না শেংদোরক্রে। ময়েক শেংনা হায়দোরকই। অঙাঙদু সাইকল অমা তোংলদুনা লৈরক্তা হৈবোই হৈতবোই থোরকখি। মহাক্কী মনাদা নারাওবী অমা ফ্রে ফ্রে হায়দুনা থোরকপা অদু উরগা ঐঙোন্দা য়াম্না কলকহনখি ! খল্লুরগা হেন্না হেন্না পামহল্লি। খুদক্তা মনা অনীদগী সনা অনীমক লৌথোকনীংলকই। করিগুম্বা মসি লৌদুনা চৎথ্রবদি নোংমা নিনীদি শোয়দনা গুলি চাবা কোন্নরগনি। ৱাখলসি খল্লুবদা হেন্না হেন্না সনা অদু পাম্বা হেনগৎলকই। লৈকায় অসিমক্তদা মদু তৌবদি ওইথোক্তে। করিগুম্বা মদুমক তৌরুবা তারবদি, ঐগী অনীংবা ফংবগী মহুৎ ঐদুম মীনা ফুরক্তুনা তোক্কনি। মরমসিনা, মী কনা উরোইদবা মফম অমদা পুরগে খন্দুনা অঙাঙদু পুননবা শেম শাখি। মদুদি কদায়দা ?

চপ চারবা মফম পুক্নীংদা লেপ্পি।

অঙাঙদু কৌখি।

'বুংথেম ! বুংথেম !'

'হুম' অঙাঙসু খুম্মী।

'নঙবু কদায় চত্তোইনো ?'

'ঐখোয় চেচেদু স্কুল কুম্নকপা মতম ওইরে। মহাক ওক্কুদোইহিনি।'

'ঐসু লাক্কে। চৎমিন্নসি।'

'অদুদি, কাকা নঙ সাইকলসি থৌরো। ঐ মনিংদা তোংলক্কে। ঐদি কাকা পুরগা থৌবা ঙম্লোয়।'

'ঐদী তোংলক্কে তৌরগা, থৌ হায়রবদি ফরে ফরে নঙ তোংলক্লো।' অসুম তৌনা চৎমিন্নখি। করিসু খঙজদবা মহাক্কী মতৌদু য়াম্না নুংশি। অঙাঙ হায়বসিদি তশেংনা য়াম্না নুংশিবনি। চৎনা চৎনা মনাদগী সনা অসি কমদৌনা লৌসিগে হায়বগী ব্রাখল শাগৎলি। মওন মওন খল্লি।

'নঙগী সাইকলসি অহনবা ওইরমাল্লে। থৌবা য়াম্না নুংঙাই।'

'ঐখোয় পাবুংনা লৈবীবনি। ঐদি থৌবা হৈবসু কুইদ্রি। মী পুরগা থৌবদি খরা লৈরগা তমগনি। কাকানা থৌবসি তোংবা নুংঙাই।'

'ঐ শাংনা পুবীগে। ঐখোয়দা ঙাইহাক্তা চংলুখিসি।'

'চেচে হল্লক্লগনি।'

'কুইরোইদা। থুনা থোক্লক্কদবনি।' কালেনগী পুং অনীমুক তাবা মতমনি। মী ইচিক চিকই। নুংশাগী মৈশা খাংবা ওইনা মী খুদিংমক ইমুংদা লৈনবা মতম্নি। তাঞ্জা অসিগী খুদোংচাবসি অরেম্বদা মাংহনখিবা য়াদে। লোম্না পুক্লীংদা খনখি। 'থোরক্লগা শান্নবসু চৎকদবনি।' ফোঙ্না হায়খি।

'কদায়দা শান্নবা চৎকদোইবা ?'

'পিশুমদা। থোং লাম্বোক্লগা অঙাঙগী শান্নফম লৈ। নাহুবীসু শান্নগদবনি। শগোল তোঙদুনা উরু উরু লৈবদি য়াম্না নুংঙাইরবা মওং অমনি।'

'মদুদা মদুসু লৈব্রা ?'

'লৈ। নঙ অমুক্তা চৎত্রিব্রা ?'

'চৎত্রি।

'ঙসিদি চৎলগা শান্নরুরগদবনি।' ব্রারীশিংসি শানা শানা অমুকসু খল্লি। মাগী মনাদা য়াল্লিবা সনাসি করিনো হায়বা মহাক মশানা খঙলমগদ্রা ? খঙলমদ্রবদি লাইনা লৌবা য়াগনি। করিগুম্বা খঙলম্বা তারবদি থবক পাংননবা পোম্বি অমা কাংদবা য়াবোই। খল্লুরগা হংখি 'নঙগী নাদা য়াল্লিবসিবু করিনো বুংথোই ?'

'কাকা নঙ য়াম্না খঙদে। মসিদি সনানি।'

'সনাসিবু কৈদৌনগে ?'

'খঙদে। যাম্না তাংবা পোৎনি। কাকা, তাংবা তাংবা হায়বসি করিনো ?' অমুকসু হংলকই।

'তাংবা হায়বদি অনানবা পোৎনি।'

'তাংববু অনানবা পোৎলনে ?'

'মানি। মকোক তাংবা হায়বসি মকোক নান্দ্রা ? শিৎ নানবনি। সনাসু নাল্লি অদুনি অতাংবা হায়বদু। অনানবনি। য়ুমদা চংলুসি হায়রবগা হেন্দোকখিগদৌরে। নঙ ঙাইহাক্তা ঙাইরম্মু। ঐ য়ুমদা অমুক্তা চংলুখিগে।'

য়ুমদা চংদুনা কাতি থিরুই।

ঋাখলদা লাকখিবসি, মতৌ করম্না সনা থংকদগে অসিতনি।

এস পি তেবলেট, গুলি অদুতমক ইমিৎসিদা উখি।

গুলি চারগা মংবগী ঋাখল খল্লি। তৎতনা শিজিন্নরুবনা ঐগী শিংলি, ইরিশিংনা গুলি অসি তৎতনা কৌরকই। মসিগী অকনবা ময়াক্লা হু কামশিনখ্রবা শিংলিশিংনা খৌরাংনা কৌরি। হেক চাবগা খজিক্তং তুম্নীংলক্কনি। ঙাইহাক ঙাইদুনা চিনবান্দা খারপ তৌবা মওং অমা ফাওরক্লগা মতুংদা নুংঙাইবা মনুংঙাইদু, পৃথিবীগী করিগুম্বা মখলগী নুংঙাইবা অমতনা শোকপা য়ারোই। নুংতিগী গুলি চাখিবা মতম য়ৌরক্রবা মতমদা মদুতা হন্না হন্না মিত্তা উই। চানীংবনা শিংলি খুদিংদা ঈগী ঈচেল হুম্বগুম তৌই। হিংখিগনি থাজদে। খুদক্তা ঋাহুদুনা শিরগদবগুম খল্লি। ফংনীংবনা অতৈ অতোপ্পা অমা খঙ্বা ঙমদে। শিংলি ইরিদা শান্নবা মশক ওইবনা থম্মোয় নিকই।

ইমুংদগী কাটি পুথোরক্তুনা থোরকই।

'ঙাইবা ঋাব্রা ?' নুংশিনা হংই।

'ঋাদেদা' অঙাঙসু খুন্নকই।

'চৎলসি। পিগুম চীঙদা শান্নরুরসি।'

'ঐদি নাহুবী য়াম্না শাম্ননীংই।'

'ঐসু নঙনা নুংঙাইনা শান্নবদু য়েংনীংই।'

'ইচেদি . . . ?'

'শান্নবা লোইবগা ওক্লবা নংগনি।' নংহৌররোই মতাগুম খুমখি। নুংঙাইনা চৎমিন্নে। অঙাঙশিংনা পাম্নবা শেল্লিবা শান্নফম তান্না চৎমিন্নে। মফমদু য়ৌরগা শগোল তোংবীদা উরু উরু লৈদুনা শান্নহনখি। নাহুবীদা নাহুহল্লি। লিংথোক লিংশিন তৌদুনা অহোবীদা মখুন তানখি। তান্নে। সুম শান্নরক্লবদি, লু তোংনা শাবা হাকচাংনি ঋাবা তাই। নুংশা মপি হোল্লকই। ঋাবনা তপ তারক্লে। হা হা কান্নক্লে। নুংঙাইবনা হকচাংদা, ঋাখলদা ঋাংনা কাখৎলকই। ঋারবসু ঋানা শান্ননীংলি। অঙাঙদি শান্নবদা মশানসু ঋাবা পামজে। ঋানা শান্নরগা নুংঙাইজে। মসিদি হৌনশানি।

'কাকা ঐ য়াম্না ঋারে। ঙাইহাক্তা পোম্বাখিগে।'

'অদুদি নুংঙাইনা চীঙ মথক্তা পোখারুরসি।' অঙম্বা অপিকপা চীঙ অদু কাখৎমিন্নখি। তশেংনা মশাদু যাম্না ঋারে। চীঙ কাবদা মখোঙ থাংবা ঙমদবগুম তৌরে। মরক মরক্তা পম্বোই থাংবোই তৌদুনা চীঙথক্তা পুখৎখি। নুংশিৎ মরক মরক্তা উ উ লাওনা শিৎলকই। নুংশাম্বর থবেৎ থবেৎ হোল্লিবা, হকচাংগী মনপ কারবা হুমাংগী অশাবা চনপ চনপ লাওবা মরক্তা মহৌশাগী নুংশিংনা থেংলরবদা অনৌবা তদেকপগী মশক অমা থোরকই। হকচাংদা হেন্না পোম্বানীংবগী ইথক কাহল্লি।

'নঙ য়াম্না ৱারব্রা ?'

'য়াম্না ৱাই। ঙাইহাক পোখারগা অমুক শান্নখিগে।' ৱাহৈসি হায়দুনা নাপি মথক্তা হিপথরকই।

'ঙাইহাক পোখারো।' ৱাহৈসিগা লোয়ননা মশা নুংঙাইনবা হকচাং নোইবী। মমিৎ তপ্লি তপ্লি উইশিল্লকই। ঙসাইদগী ঙাইরকপা পুংফম লাকপা হৌরক্লে। পুক্লীং ইন্দ্রিগী খৌরাংবা তপ্না তপ্না পাংথোকপা য়ারগনি। অপাম্বা হায়বসিদা মুন্না য়েংশিল্লুবা তারবদি পৃথিবীগী অকায় অতোই অয়াম্বা মঙোন্দগী থোরকপগুম উগনি।

ঙসাই যুমদগী পুথোরকপা কাটি অদু কদায়দা য়াওরিবগে খন্না হকচাংদা মাদুনা য়েংই। পুথোক্তুনা মনা সনা থৎননবা খৌরাং তৌই। খুৎ শা থক থক নিকই। গুলিগী ইখৌলাংবা হেনগৎলক্লি। মমিৎ উইশিন্দুনা পোখারিবা মহাক্কী মনাদা য়াল্লিবা সনা অদুমক কাটি অদুনা চপ্পনবা হোৎনরুবদদি, কাটি মতোন্না মমায়দা খজিক্তং থিল্লুরমাল্লে 'অয়ো' হায়বা খোঙ্গোক্কা লোয়ননা খংহৌ হৌগৎলকখি। মতৌদুদা অমুক্ক হেন্না শাখিবা মওংদা থিনখি। ঈ থোক্লকই। হন্দক্তি 'অয়ো ইমা অয়ো ইমা' হায়বা খোঙ্গোক্কা লোয়ননা খংহৌ হৌগৎলকখি। মতৌদুদা অমুক্কা হেন্না শাখিবা মওংদা থিনখি। ঈ থোক্লকই। হন্দক্তি 'অয়ো অমা অয়ো ইমা।' হায়না কল্লা কপখৎলকই। ময়া মেন্দুনা কপকনু হায়দুনা থেম্নবা হোৎনখি। মমায়দা কাটিনা থিনখিবগী কাটি মতোন্দু ঈ তৈরি। মদু উবদদি মশাদু পাখৎপা অমা য়াওনা মুন্না যেংলকই। মহাক য়াম্না কিরে। মাবু হাৎকদবা মাল্লমাল্লে। য়াম্না কিনা য়েংলকই। ময়া মেল্লিবা খুত্তু হেক থাদোকপগা 'মী হাৎলে। মী হাৎলে।' হায়দুনা কন্না কন্না লাওরকখি।

কিরে।

ঐ ওইনা য়াম্না কিখৎলকখি।

মী খঙখ্রবদি ঐ শিবা তারে।

শোয়দনা ময়াম চংদুনা হাৎলগনি।

'বুংথোই তুমিন লৈয়ু। করিগুম্বা লাওরবদি ঐ শাউরক্লনি।' অমুক্ক ৱাহৈসি হায়দুনা ময়া মেল্লিবা খুৎ অসি থাদোকখি। হেক থাদোকপগা অমুকসু লাওরকই, 'মী হাৎলে। মী হাৎলে।' শাউনীংবা অমা য়াওনা পায়রিবা কাটি অদুনা মখৌরি অদুদা লৈজবী থাদুনা কল্লা থিনজিনখি। মহাক অয়ো হায়রল্লগা মমিৎ ঙ্রোং ঙ্রোং ওনখৎলদুনা তুমিন লৈখ্রে। থিনখিবা দাকফম অদু ঈনা ফ্রি ফ্রি কাপ্পুনা মফম খঙদনা কামথোরকই। শেৎ চারিবা ফিরোল পূম্নমক চোংবতা নৎতনা হকচাংদসু ঈ মফম খঙদনা চোংলকখি। হকচাংদগী থোরকপদা ঙায়রিবা ঈ অদুমক তশেংনা ফোঙ ফোঙ শাই। বুংথোইদি তুমিন লৈখ্রে। মনাদা য়াল্লিবা সনা অদু মনা অনীমক চপথক্তুনা লৌথোক্লবা মতুংদা, মী কয়া পোখানবা শেল্লিবা নুংগী ফম্ফম অদুদা ঙাইহাক পোখাদুনা লৈরুরগা

হৌগৎলকপদদি হকচাং পূন্নমক ঈনা পুমতৈ তৈদুনা লৈরম্লে। কমদৌনা চৎসিগে খল্লিঙৈদা, চীঙসিগী অৱাংথংবদা লৈরিবা পুখ্রি মচা অদুমক নীংশিংলকই। চীঙগী নাকন্দা কনা কনা লৈরিবগে হায়দুনা কোইয়েং য়েংদুনা কুমথরক্লগা হকচাংদা পক্লিবা ঈ-শিং অদুমক কাবুক কাবুক চামথোকখি।

থবক পাংবা লোইরবা মতুংদদি য়ুম থুনা য়ৌনীংলকই। ঙসাই বুংথোইনা তোংলকপা, শান্নফম ময়াদা থল্লম্বা সাইকলদু তোংদুনা হল্লক্লগা ফুরিৎ খোঙগ্রাও হোংদোক্লুনা ঈ তৈরবা ফিশিং পূন্নমক শুদোক চামথোকখি। ঙাংশং ঙাংলবা ঈগী মচু লোইবা খম্বা নাইদনা কোকলকখি। ফনা কুইনা চামথোক্লবা মতুংদা ঈ-শিং অদু পূমকোক কোকখ্রে। ঈ তৈরম্বা ফিরোলনি হায়বা ফাওবা খঙদ্রবা মতম অদুদা ফিশিংদু কংনা শুমদোক্লগা নুংশাদা ফৌখি। হৌজিক্তদা খল্লকই।

অঙাঙদু কমদৌরমগনি ?

কনাগুম্বনা থেংনরম্লগদ্রা ?

ঐবু ফাবা লাক্কদ্রা ?

কনাসু উহৌদে। খঙলরোইদা।

ফমুংদা লোংনা হিপ্তুনা ৱাখল খল্লি। ঐবু মীহাৎপা হায়বদুরা ? ফারক্লবদি কমদৌনি। কনাসু খঙলরোইদ্রা ? ৱাখলসি কান্নবা পোৎ নত্তে। সনাদি ফংলেদনা। হৌজিক মসি কনাদা য়োল্লুসিগে ? ঙসিদি খরা চেকশিন্দবা য়াদে। ৱাখল মণ্ডল মণ্ডল খনখি। অমগা অমগা ইয়ান্দা য়ানশিন্নে। পরিং অমতদা ৱাখল খনবা ঙমখিদে।

অমসু অমসু মফম খঙদনা ৱাখলনুংদা চংশিল্লকই। লৈতাদে। অরোইবদা গুলি পাল্লকই। ৱাখল পূন্নমক লেপখ্রে। লৈফম খঙদবা, গুলি চানীংবগী নিশাতমক মঙাইরে।

ঙসাই ফৌখিবা ফিরোল তাক্লি তাক্লি কংলক্লে। অকংবা ফিরোলশিংদু তনশেৎ শেৎচিন্দুনা, হান্না তোংলকপা সাইকল অদুমক ইহ্রোক্লুনা য়ুমদগী মপাল থোরকখি। কমদৌসিগে ? ইমান্নবা অমা হৌরুখিসিরা ? হৌরুরগদি ৱা থোরক্লগনি। মশানা থেংনরুরগদবনি। থায়না গুলি লৈফমদা চত্নুনা গুলি লৈরব্দবসু য়াদ্রি। সনা শুফম, কোনশঙদা চত্নুনা সনা কায়থোক্লুনা হান্না পৈশা ওহ্রোকখিগদবনি। বুংথোইদু নুংশিবদি নুংশিবনি। করি থোক্লগদবা ?

খঙহৌদনা লৈবাক শরা শন্না ৱা ৱা লাওনরকখি। পিশুম চীঙদা অঙাঙ অশিবা অমা লৈরম্লে। মনা অর্নীমক য়াওদে। সনা থৎপনা হাৎপা ওইগনি। মথং মথং চীন অমদগী চীন অমদা শন্দোকখিদুনা খঙদবা মী অমতা লৈরকত্রে। কৈথেলদা ৱা ৱা লাওনরে।

মী কুংনা লৈবা মফমদুদা কমদৌনা অঙাঙদু হাৎলমগনি ? অঙাঙদুনা কপ্পগী খোঞ্জেল মচেৎ অমতসু তাখিদব্রা ?

শিরে। শিরে। শিরে।

মমাগী মথাদগী মুন্দুনা অঙাঙ হাৎলে।

লমদমসিবু মীহাৎপুং ওল্লব্রা ?

অমগা অমগা ওনশিন্নদুনা ৱারী শাই। পিক্লিবা অঙাঙদু নুংশিদা। শিঙমদনা শিবা হায়বদু থোকই। অসুক নুংঙাইতবদি অমুক্তা থেংনদ্রি। খঙহৌদনা কৈথেল লেপখি। ৱারী চন্না শানরম্বদগী গ্রুং গ্রুং তৌরকই। অঙাঙবু অসুম্না মীশি চাদনা শিবা য়াব্রা ? সরকার লৈরিবসি করিগীনো ? অমা হৌগৎ, অনী হৌগৎ ৱাকৎ লাললাও লাওরদুনা অমসু অমসু মরী মরী কৈথেল লোইশিনবা হৌনরকই।

মসিনা কদায়দা চৎতোরিবা ?

চিফ মিনিষ্টর মনাক্তা।

করিগী ?

মীচমগী পুন্সি ঙাকপা ঙমদ্রবা সরকারদা ৱাকৎকদৌরিবনি।

কৈথেলগী নুংশিৎ চংখ্রবা ইমা ইবেনশিংদা নুংশিৎ কন্না শিৎকৎলকই। ময়াম মরী মরী অঙাঙ হাৎপা মীহাৎপা পুথোরকউ, লাওবা হৌরকই। কৈথেল পূম্বা ঙাইহাক শরা শল্লল্লগা মথং মথং হৌগৎলক্তুনা অমনা অমদা পাউ তম্লে। খোইরেল মশা পানবগুম লাংই। খঙহৌদে মরী মরী থোক্লকই। ফিয়োনফম কৈথেন্দগী কৈথেল অমদা, অমদগী অমদা চৎননবা শেম শাবা পুমলোই লোইশিনখি।

ইমা ইবেনশিং পুনবা হৌখ্রবদি মওং অমনি।

অমসু অমসু মানা মানা থোকপা তৌনরকই।

কৈথেল থুগাইরে।

পূমকায় কায়রে।

পাউ পূম্নমক ফনা শারা শল্লবসু খঙনদবা কয়া য়াওবা হায়বসি মশানা তারবা ৱাফম্লি। মদুসু নৎতবা, কাংবুসু য়াওই। মখোয়দি পোৎফম ফম্বা পাল্লি। হিরমসিদা ফনা মমুৎ তানা খঙবা য়াওরবসু খঙদবা শাশিন্নদুনা লৈ। লম্বী চৎপদা ৱারী শা শাদুনা চৎলি। অমগা অমগা শু শা, শু শা তৌনৈ।

কৈথেলসি মতা অমা তৌরে।

কৈথেল লাইরেম্বী মপাল থোকখ্রমাল্লে।

হন্দক্তি কৈথেলসি য়াম্না লাংলে।

কৈথেলদা নত্তে। লৈবাকসু লাংলিবনি। য়েংউদনা, হৌজিক সনা মচেৎ অমগীদমক অঙাঙ হাৎলক্রেদনা। লৈবাকসি ইংলোইদৌরি।

অঙাঙদুসু চহী নিপালমুক্তা ঙাইরিমাল্লে।

থবায় নুংঙাইতেদা। ৱাহৈসি হায়দুনা খোঙকাপ কনখৎখি। থুনা থাংই। অরাপ্পা লম নগ্তে খ্বাইরম্বন্দ কৈথেন্দগী সি এম বঙ্গলো। মরী মরী পরেং শানা চৎপদা, পরেং তৎতনা লেংলবসু অদুম য়ৌগনি। কন্না থোমজিল্লি।

'ঙাইখো ঙাইখো খঙহৌদনা নিত্যাইপাৎ চুথেক য়ৌরকপা মতমদা পুলিস গাড়ী ময়াম অমা মরী মরী থৌরক্তুনা খাল্লগা থৎলৈ। ইমা ইবেন পূন্নমক ঙাইহাক্তা ঙাইবীখো। খাম্মী।'

'অঙাঙ হাৎলমদাইদদি খামদনা ঐখোয়বুদি করিগী খাল্লি ?'

'ইমা ইবেনশিং শাউবীনু, মদুদি লোন্না তৌখিবগী তৌবনি। ইমা ইবেনশিংসু পেন্দবা অসুম্মক লৈরমগনি। অদুবু লৈবাক্কী চৎনবীনি, মফমসিদগীদি লাংবা য়াদে। চৎনীংলবসু তুমিন চৎকদবনি। শাউবীখিনু। তপ্পা চৎপীয়ু। ঙাইহাক্তা ঙায়খো।'

'নোংমখক নখোয়গী নমা নন্দোনশিং পোংনা ফন্না লৈবাকসিদা চৎপবু কৈদৌই হায়বগে ? চৎকনি ঐখোয়দি।'

'লাওবা লেপ্পু।'

পুলিসশিংনা লাওরকই, 'তুমিন লৈয়ু। মফমসিদগী মী পূন্না চৎপা য়াদে। লেপ্পু । লেপ্পু। ঙাইখো'

'বসতা গাড়ীদা মী পূন্না পূন্না চৎপদি য়ারগা, করিগী য়াদনি ? চৎকনি ঐখোয়দি। চৎকনি।'

'লৈবাক্কী আইন্না য়াদে। লাওগনু।'

'অঙাঙ হাৎলমদায়দা আইন লৈখিদে।'

'হৌজিক্তা আইন থিরক্লিবা করিগীনো ?'

'অঙাঙ হাৎপা মীহাৎপা পুথোরকউ।'

'ঐখোয়না তৌরিবসি তৌনীংদুনা তৌবা নত্তে। ইথৌ শিৎলিবনি।'

'লৈবাকসিদা ঐখোয়বু কমদৌনা হিংঙু হায়রিবনো ?' নুপী ময়াম মরী মরী মানা মানা থোকপা খৎনবা হৌদুনা পুলিসশিং অদুদা ঙাংলম্লগা ইরোই লোইবদা করি খল্লবনো খঙদে, মপি তাদুনা কপ্লকই। য়াম্না থাজদবা মতৌনি।

'অদুবু পিস জোন্নি লাংগনু হাযবনি।' পুলিসসু হায়।

'য়ারোই। ঐখোয়গী দাবী পীগদবনি।' লাওশিল্লকখি।

অমসু অমসু অঙম তান্নবগী ফিভম য়ৌরকই। লৈবাক্কী আইন হায়বসিদি, অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু মীগী মথক্তা আইন লৈতবা য়াদে। নৎত্রবদি খুন্নাইসি লৈবা য়ারোইদৌরিবনি। মীগা মীগগী মরক্তা ৱায়েনবা ঙল্লোইদৌরিবনি। মরমসিনা, তঙাইফদনা আইন হায়বসি ঙাকপা তাবনি।

খঙহৌদনা নুপীথনা য়ৌরকই।

মফম খঙদনা মখোল থোরকই।

খঙহৌদনা মৈখু ব্রা কাদুনা মওং অমা তৌরকই। মিৎ পাংবা ঙমখিদে। মহৈ মহৈ চেঙ্খোক্লখি। মতা অমনি। কৈথেল নুপীশিংসু মওং অমা তৌগদৌবগী তৌরকই। চিফ মিনিষ্টরনা ইংনা খন্নবা য়াবা মী অনী মরি ব্রারী শাননবা শিনখি। কৈথেলদা খরা অমা হুনখি।

মী খরদি কৈথেল ফল্লম্মী।

উরুবদা শাউবনা লুতোন কাখিবা কয়া য়াওই।

'ঐখোয়না অসুক কন্না লৈবাক্কী ইরাংসি শংতাইনবা চৎলগা নখোয়না অদুক নুংঙাইনা কৈথেল ফল্লিবা করিগীনো ?' শাউনা শাউনা ঙাংলগা লুকমায়গী পোৎ চৈ লাংখায়। 'মসি লৈবাক্কী ইহৌনি হায়বা নখোয় খঙদ্রা ? ঐখোয়তগী ইরন্নাইরা ?' কৈথেল ফমহুনখিদে। পূমচাই চাইখায়খি।

কৈথেল ক্রায়খি।

পূমকায় কায়খি।

'ইনে। অঙাঙ হাৎপা মীহাৎপদি ফারব্রা ?'

'কদায়দগী ফাবনোদা। মীহাৎপদি লোৎখ্রবনি।'

'মদুতা থুনা ফারবদি নুংঙাইখ্রগনিদা।'

'অদুনি। অঙাঙবু হৌজ হৌজ অসুম্না লৈবাকসিদা কয়ারক হাৎখিগদগে ? মশুন্না মফম খঙলক্তবা মওং অসিদদি কনাসু পেনবা ঙম্নরক্তে। অদুনা ইরাং তৌরুরিবনি।'

ইনেনা হায়বদু য়ানীংখি।

ঙসিদি কৈথেলসি লানবুং অমগুম উরে।

লমসিদা মী অমতা থাজনদ্রে।

সরকারনা কৈথেল অসি অনৌবা নমুনা অমসুং মতমগা চুনরবা মওংদা শাগনি হেক তৌখিবদগী কৈথেল ফম্বীশিং অসিগী থম্মোয় মিহুল চোংবা হৌহনখ্রবনি। থাজদবগী, শাউনীংবগী ফুদোরকপা মশক অমনা মাগী মাগী পোৎফমদা কৈথেল শাদনবা অহিং য়ারেকই। ইমা ইবেলশিংনা মখোয়গী শঙ অফবা মওংদা শাবীগে হায়বদা করিগী য়াদ্রিবা ? অনৌবা, অফবা, ফজবা মশক করিগী লমসিগী মীওইশিংনা পামদ্রিবনো ? মরম চাউনা লৈরমগনি। মমাংদা শেমগৎ শাগৎপগী মিংদা হুরাল চিষ্টি তৌখিবা কয়াসু থেংনখ্রে। মদুগী লেমহৌবা থাজদবগী মশক ইমাশিংদা তারি। শাউরি। পেন্দে। অমতা পেন্দে।

সেনাপতিগী অঙাঙ অনী পৈশা তানবগীনি ।

পৈশা অমসুং থৱায়, অনীসিগী মান্নরবা খল অমনা করিগীদমক লমদমসিদা নৌনা নুংশিৎ ওইনা শিৎলরিবনো ? ইলিজাবেথকী শক্তম ঙসিসু কাওবা ঙমদ্রি। হিংবদা পৈশা চংই। হিংননবগীদমক অহিংবা কয়াবু অর্থ থোকহন্দবদি লাল্লি।

থৱায়বু ললোনপোৎ নৎত্রগা শেন্দোং তান্ননবা পোৎশক ওইনা উবীগনু।

নুংশিবা অমসুং য়োকপিবগী মশকসু পুল্লিদা হাপচিন্দুনা য়েংবীয়ু।

কৈথেলসি শাবা –

য়াগনি।

য়ারোই।

পোৎফম মরক্তা কাংলুপ অনী থোক্লা উংখৎনরকই। মতমগী মী ওহোক্লা হৈখ্রে। চিক্লা লৈজবা কয়া নপাক নপাক তানহল্লি। ইমুং অমতগী মী খৎন চৈনদুনা চিক্লা লৈহন্দে। ওহোক্লা হৈখ্রে। চম্না পোৎফম ফমজরম্বা কয়া মথৌ অমা ওইনা কৈথেলসিগী হাক্তক্তা মথোং মরম খঙদনা চেনবা তারক্লি। লমদমসিদা চাওখৎপগী থৌওং অমতা তৌবা য়াদ্রব্রা ?

মমাংগী মশক কয়াদা লমসিগী ওইবা লল কয়া মরম্নাইগী মরল ওহোকখিবা কয়ানি। মসিদবু ঐখোয়না মদুবু করম থাজরুনি ? থাজনবগী মশক অমতা য়াওদে।

কন্না মুরুখি।

কৈথেল মশাগী ওইবা মশক থুগায়বা য়ারোই।

মসিদি অচম্বা কৈথেল নত্তে।

লমসিগী লৈশা অমদি শক্তম কল্লিবনি।

তশেংনমক্কীদি কৈথেলসি শাবদা মহৌশাগী মশক অমদি মফম খঙদনা থুগায়খ্রবনি। মদুগীসু মথক্তা মহারাজ চুরাচান্দগী মতমদা হান্না ইনা কুপ্লম্বা মশক অদু থুগায়দুনা যোৎনা মখোঙ ওইদুনা মথক থংবা শরুক্লা জিঙ্খ কুপ্তুনা শাদোকখ্রবনি, মসিগী মথক্তা অমুকসু ইকুই কুইদ্রিঙৈদা মখোঙ ঈশিং তুংলম্বা কয়াদু থোনগত্তুনা, মণিপুর গভনরনা ফম্ফম ৱাংনা ফম্নবা য়ুম্ফম থোনগৎলদুনা মহারাজনা কুপ্লম্বা মওংদগী হোংদোক্তুনা, চুম্না জিঙ্খ থাধদুনা কুপ্লগী মহুৎ অকোনবী মওংদা কুপতুনা অতোপ্পা মশক অমমুক শেমদোকখ্রবনি। মসিমক্তদা, করিগীদমক শক্তম থুগায়বা য়ারোই হায়রিবা ? য়াম্না কুপ্পা খঙ্গুরুরবদি শোয়দনা মসিগী মরুমদা ঈচেল অমা চেল্লমগনি।

থাজদবগী মশক অমা লৈবগুম তৌই।

তশেংনা থাজদবনি।

করম্না থাজবা ঙমগনি ?

লৈবাকসিদা মী অমতনা অমনা অমবু থাজনদে। মরুওইনা সরকারবু থাজদে। লৈবাকসি সিফায়না পানবগুম তৎতনা উই। খুদম য়াম্না লৈ। ঙরাংতনি পুলিস হেড কাটরগী মমাংদা লম্বী শাংনা কুদ্রুক কুদ্রুক, তোংলিবা গাড়ী খুদিংমক শগোল তোঙবগুম তোঙদুনা চারক থক্লক্লিবা খুদিংমক হন্দোক্কে তৌরল্লিবদু। মথাং মথাং চোংবদা গাড়ী তোঙলিবা খুদিংমক য়াম্না নুংঙাইখিদে। চিফ মিনিষ্টর মমাংমক্তদা অদুক চাওখৎতবা মওং অদু তৌবা ঙল্লিবা মশক্তু বু করম্না সিফায়না পান্দে হায়রুগনি ? মফমদুদনি আর্ম ফোর্সেস পব্বার এক্ট অসি লৌথোক্লনবা হোৎনবদা শাথিরবা ইরাং অমা থোকখিবা। মী কয়া মথন মথন্তা মশানা মশাবু মৈ থাদোকচখি। শিখি। য়ানীংদবা, থম্মোয়নুংগী য়ানীংদবা মশক অমনা শিংনখি। থব্বায়বু ফাজিন পুনশিন্দুনা থম্বা য়াহনখিদে। তশেংনা হিংবা হায়বসিদি থব্বায়বু নীংতমহনগদবনি। থব্বায়না তাজবা মফমদা থব্বায়দি কখোক্কদবনি। থাদোক্কদবনি। নীংতম্না শিজিন্নগদবনি। থব্বায়না তাবা মফমদা হিংহনগদবনি। মাদি য়োক্কদবনি। মণ্ডির শাদুনা লাৎকদবনি। নমশিনগদবা নত্তে। মতমদুতদা পুন্সি ওইগনি। লমদমসিদা থব্বায়বু থব্বায় ওইনা হিংহন্নবগী মশক খরা তাংনা থোকই।

তম্ফাদু শিখি।

মীশি চাদনা শিখি।

শিখিবা !

নৎতে। নৎতে।

য়াম্না তমথিবা মওংদা হাৎখিবনি।

পাপ খুদিংমক্কী মথক্তা লৈত্রবা পাপ অমদা হাৎখিবনি।

শিখিবা মওংদা নৎতে তুক্কচবগী মশক উরিবা,

হাৎখিবা মওংদুনা তুক্কচহনবনি,

য়াম্না তমথিনা হাৎখি।

লমদমসিগী চম্না হিংজরিবা পুন্সি কয়ানা চনৈনবক্লবদা, অচম্বা পুন্সি মরেল অমা ফংননবা লৈঙাক থৌশিল অমগী মখাদা খুৎলায় পায়বা সিফায় কয়া নোংমা কাংদনা লাকখি। তশেংবদি মখোয়গী খুৎলায় অদুদি মীয়োক মীচালগীদমক পায়রকখিবা খুৎলাইনি। মদুগী ওন্ন তৈনবদা মওং মরিল নাইদনা থব্বায় কয়াবু মফম খঙহন্নখিদে। থব্বায় অমসুং খুৎলাই অনীগী মরক্তা মীওইবগী শাদোংনা করম হিংবা ঙমগনি। শিখি। খুৎলায় অদুমক্তা শাহিং চাবা ওলহনখি। নুমিৎ থা মঙাল মচেৎ অমতা চংহন্দনা লোৎশিন্দুনা থম্লিবা মহৌশাগী খুদোল ওইনা নুপী ওইবীশিংদা তম্নল্লবা, হৈরাংশিংগী মরক্তা খ্বাইদগী থোৎপা হৈরাং ওইনা শিংথানরিবা মফমদুদা তমথিরবা খুৎলায়না শোকহনখি। মশাগী মশক পূম্নমক মাংহন্না মফম খঙদ চরা চরাহনখি। মশক মশা

শেমদোক্লদুনা লম্মাংদা হুন্দোক্লম্মী। কনানো করিনো খঙ্ঙখিদে।

মী ময়াম্মা অশিবা অমা লৈরম্লে হায়দুনা নিংফুং নিংফুং ঙাংনেরকই। মুম্না য়েংলুবদা খঙ্ললকখি। তম্ফানি। কুইদ্রি ময়ুম্মক্তদগী খুৎলায় পায়বা শিফায়শিংনা ফাখিবনি। মফমসিদা কমদৌনা কন্নবা উকক তাবগুম তারম্লিবা ? ফাবা পুনবগী চে চাংদি ময়ুমগী অহল লমন, মবুং মৌম্বানা পায়হৌরি। মশানা লম্মাংসিদা থবায় য়াওদনা য়াতারি। অশুম্না মফমসিদা তাদুনা শিরিবসি মীয়াম্মা হান্না থাজনরিবদি শিফায়গী মনাক য়ৌরবদি শোয়দনা হিংঙিহায়বসিনি। মী কয়াগী থবায় কন্দুনা লাক্লবা মখোয়গী মখুত্তা লৈখিবা মী অমবু অসুম্না শিদুনা লৈরম্মী হায়বদা কনানসু থাজখিদে। অদুবু শিরে। অশিবা মশাসি উরফাও কমদৌনা থাজদবা য়াগনি ?

তম্ফাগী মীশিদি লমদমসিদা তমথিরবা শাফু অমা পীখিবা মীশিনি। থাজবা পুম্বগী থাজবদা য়ুম্ফম ওইবা, মীওইবা কাংলুপকী তম্নফম ওইরিবা শকতাক মফি শেৎপা কাংবুগী খ্বাইদগী মিংচৎ থিনীংঙাই ওইরবা মীহাৎনি। মসিনা মখোয়বু থাজহন্দে। মহৌশা লৈরম্বা লমদমসিগী পুক্নিরোলদা থাজবা অমসুং নোল্লুকপদা শাগৎখিবা মহিং ঙসিদি পুমকায় কায়রে।

'ইনে মীহাৎপদুবু তশেংনা খঙ্ললব্রা ?'

'হৌজিক ফাওবদি খঙদ্রি। য়াম্মা থুনদি খঙ্ললক্লগনি হায়দুনা বারী শানরুবা কাংবুনা তম্মী। খঙদবসু য়ারোই। করিগুম্বা মীহাৎপদু ঙসি নোংমা নিনীসিদা পুখোক্তবা তারগদি ইরাংসু খংকন কনশিনগদৌরি।'

য়াম্মা থুনা ফারগনি হায়রবসু, খুদক্তা হেক ফাহন্নীংই। অসুক নুংঙাইতবদি। নোংঙানবগী নুংথিলদা ইনে কৈথেল ঙস্তা কুম্নকখি। 'কৈদৌরে ইনে কৈথেল ঙস্তা কুম্নক্লবদি ?'

'অঙাঙ হাৎলম্বদু মশক খঙলে হায়।'

'মদুদি কনা ওইরবা ?'

'মখোয় লৈকায়দা লৈবা, অঙাঙদুগী কাকা থোকপা মরী মতা অমা ওইরম্লে। গুলি চাবনি হায়। লৈকায়না ময়ুম শিদোক্তুনা মরৈকায়দগী তাম্বোক্লনি হায়না তৌনহৌরিমাম্লে। কৈথেলদা পাউ চেল্লকই। নুপী ময়াম হৌনদুনা চৎনখি।'

'মীহাৎপদুবু ফারব্রা হায়রিসিবু ?'

'নহারোল কাংবু অমনা পুখ্রমাম্লে।'

'সরকারনদি কৈদৌরদুনা নহারোলনা পুহনখ্রিবা ?'

'সরকারগীবু মী থাজহনবা থবক তৌবীনবা মী লৈগদ্রা ? মখোয়দি শেল থোকপা, শেল তান্নবা মীদনি লৈবা। মখোয়না মওং তানা লৈরদবু লৈবাক অসিনা অসি

য়ৌনা ৱাখিগদ্রা ?'

'নহারোলনা ফাখ্রবদি শোয়দনা শিরনি।'

'হিংচাবদুতা হাৎখ্রসনু। পিক্রিবা অঙাঙদুবু সনা মচেৎ খরখক পাম্বগীদমক হাৎপা ঙম্বা মীহাৎপদুতা হাৎখ্রসনু। মদুমক মহাক্কী মতিক চপ চারবা দন্দিনি। মমাং চহী খরগী মমাংদা অঙাঙ হাৎখিবা মীহাৎপা অদুসু জেলদা মতম খরা লৈরম্লগা অদুম করিসু তৌদবা শাদুনা থোরকই। ইলিজাবেথ হাৎপা মীহাৎপনি হায়বা মীহাৎপদু, নমদুনা চেলহলখি। মীচম ওন্দুনা পৈশা পায়রগা থোরকই। মদুতা হাৎখ্রবদি নুংঙাইনিদা।'

ঙসিদি মীশিংসি য়াম্না পেন্নদ্রে।

থাজদনা মীহাৎপদু শিরে হায়না খবরদা য়াওরকই।

শিরে হায়বা !

শিরে। শিরে।

শিবগীদমক করিসু থুক্কৎনখিদে। থোইনা ঙক্লদবগুম তৌখি। হান্না খঙলবা থবক পাংবগুম থোকখি। লিলোং তুরেলগী অচিকপা তোর্বান অমদা নোংমৈ মখুল অনী পান্দুনা উতুপ তাবগুম তাদুনা লৈরম্মী।

লৈবাক্কী পাউ পূম্নমক মীশি মীনা, হুরাল চিঙ্খিগী পাউ ওইনা শন্দোরকই। ইচম চমজরম্বী ইনেসু, মতমগী পাউ মরক্তা শিৎলকপা নুংশিৎ ওইরকই। কৈথেল ফমখিবদগী মশক অমা হোংখি। অপুনবা, ময়ামগী হায়বা ঈশৈসিদি ময়ামদগী পূমতোপ তোপ্লি। মশক তোঙান্না তায়। খোঞ্জেন অমা থোরকই। ইনেসু খোঞ্জেলসিগী চপ চাবা খোন্দা শিজিন্নদুনা ঈশৈ শক্লকই।

## ৪

ঐখোয় কন্না তুল্লি। অহিং হায়বসি তুম্মনবনি। মসি নৎতবদা অহিংবু ওইফম থোকপা মশক পুথোকপগী মহুৎ খুন্নাইগী মাংননবা লম্বীদা চৎখিবা কয়া য়াওদবা নৎতে। হুরানবা চৎলি। ফৎতবা থবক কয়া তৌনৈ। নিংথৌরোলগী ৱারী পারুবদা অহিংদা লাল হৌখিবা কয়াগী ৱারী কয়া থেংনৈ। পাওনা ব্রজবাসিসু নিংথৌ মচিল মনাওশিংগী লাল শোক্লবদা বোরাচাউবগী মীচং চংদুনা লাল য়াওখিবনি। থাঙ্গালগী লৌশিংনা নিংথৌ শেম্বগী লালদুদি মায় পাকহনখিদে। মদুগী মহুৎ পাওনাবু ফাদুনা জেলদা থমখি। অহিংগী পুন্সি কয়া মসিগুম্লবা মচৎ অসিনা মীওইবগী পুন্সিদা তুজুংনবগী শাফম লানফম ওইনা উহল্লি। ঙসিদি নিংথৌ শেম্বগী মতমদু লোইখ্রে।

হৌজিক্তি লৈবাকসি ইশাবু ইশানা ঙাকচবা লৈঙাক্লি। মীয়াম্না লৈঙাকচবা লম্নি। লৈঙাক মওং অসিমক গ্রীক লৈবাক্তা ইহান হান্না হৌদোকখিবনি। ইশাগী ইশানা লৈঙাক থৌদাং লৌরকপদা মতমদুগী লৈবাক অদুদা নুপীশিংগী হক য়াওহল্লমদে। নুপামখৈতগী তাইবঙ অমগুম লৌখি। চুম্নতগী ৱা অমতা হায়জনবা হক লৈতবতা নৎতনা লৈবাক অদুদা নুপা নহা লম্লানবা অমগা য়ুমগী নুপা অদুগা ৱারী শানবফাও তাবগী য়েংবগী হক লৈরমদে। মদুগী মহুৎ য়ুমগী অরোনবা কা অমদা তুমিন্না লৈবা তারম্মী। অদুবু লমসিদদি নুপীগী হক, থৌদাং চাউনা লৈ। নুপীশিংগী তোঙান্না ৱাযেন্নবা লোয়শঙ লৈরম্মী। পাচা লোয়শঙগী হক চাউনা পীরম্মী। ঙসিদি অমুক্তসু হেন্না নুপীগী হক, থৌদাং চাউখৎলক্লি অহিং অহিং নুপীশিংনা লমদমসি ঙাক্লি। মতম অমা বৃটিসশিংনা অহিংদা লাল হৌদুনা টিকেন্দ্রজিৎ ফাননবা লাল তৌবগুম লৈবাকসিগী সিফায়শিংনা অচম্বা মী কয়া ফাননবা লাল তৌরি। নুমিত্তু, কন্না তুল্লি। য়াম্না থাজদবা মওংদা থোঙ্গাল কন্না থিল্লকই। হৌজিক্কী মতমসিদা থাজদবা থৌদোক কয়াদগী ইশাবু কঞ্জনবা থোঙ্গাল লোনশিন্দবা য়াদে। তঙায়ফদনা য়োৎকী পোরোল থাগদবনি।

ধং! ধং! ধং!

থোঙ কন্না কন্না থিল্লকই।

লৈকায়গী হুই লাক্না লাক্না খোংলকই। অহিংসিদা করি থৌদোক'মা থোক্লবগে ? পুক্নীংদা মহৌশাগা মান্নদবা কয়া খল্লকই। মী শিবা য়াওরব্রা ? করি করম্বা খুদক্কী ওইবা থৌদোক থোক্লবনো ? মী শিবা য়াওরগসু থোঙ্গালগী থোঙ থিন্দুনা মহৌশাদি অমুক্তা হৌদোরক্তে। মদুগী মন্থৎ য়ুমগী মীওই অমা নৎত্রগা অমা কৌদুনা পাউ থানবনি। ঙসিগী থৌদোক অসিদি করি মতৌনো ? অহিংদুদা তুম্বা থুগায়বগী মথক্তা অমুক্ক হেন্না মওং অমদা খোয়শাউনহল্লি। নুংশিবদি নুংশিদে। চিংনবসু চিংনৈ। নুংশিখিদ্রেদা খন্না খন্না থোক্লগা য়েংলুবদদি পুলিস (কমান্দো) না পুম্মু মুনা লৈরম্মী। লৈবাকসিদা লৈবাকমচা তাদবা থৌওং থোক্লকপদা পুলিস ওইরম্বা তারবদি করিসু ঙক্নীংঙাই ওইদে। মসিদি মখোয়গী হৈনবী ওইনা লৈজরবনি। পুলিসশিংদু থাবল মঙাল য়ৌনা খঞ্জিনবা মখৈ কুংনা লৈরম্মী। য়ামখ্রবা পুলিসনি। ঐখোয় ইমুংগী মী পূন্না থোক্তুনা য়েংই। হেন্না মরাং মরাং তৌরবদি শোয়দনা অমগা থোক্লক্লগনি। মরম অদুনা তপথরগা হংখি।

'কৈদৌরে ?'

'য়ুমসিদা বোম অমা লৈরে। লৌথোক্তবা য়াদে।' ব্রাহৈসি হেক তাবদা অহিংগা ওইরে, অদুগুম্লবা ব্রাখল অমা শাজিনবা ঙম্লদবগা জ্ঞান তাদে। অমুক্ক হংখি, 'করি হায়বনো ?' হন্দক্তি শাউনীংবগী মশক অদুদি মাংখ্রে অদুম ওইনমক'থাজদবগী মশক অমদি য়াওনা হংখি।

'বোম অমা লৈরে হায়বা।' শাউনা কন্না হায়রকই। মতৌদুদা মতা অমনি খন্দুনা ইমুংগী মী পূন্নমক চংহনখ্রগা।

'কদায়দা লৈরিবা ? কদায়দগী ?' অমুক্কসু থাজদনা হংলুই।

'ঐখোয়দা ওইদবা ঙাংগনু।' হন্দক্তি খঙলে মখোয় মরোল ফাই। মদুগীসু মথক্তা ঐহাক মতম কুইনা কার্গিনদা লৈরুরবনি। নুমিদাং খুদিংগী বোম মখোল, নোংমৈ মখোল তাহৌদ্রবদি তুম্বা য়াদবা মফমদুদা কুইনা থবক তৌরক্লবনি। খুৎলায় পায়দুনা লৈবাক অনীগী নুংশিনদবা, নুংঙাইনদবগী খম থেংলবা মবক্তা অমনা অমবু মরাল শিনবগী লাল যাওরক্লবনি।

'মফমদু অমুক্তা হায়বীয়ু।'

'নখোয়না থল্লগা মফমদু ঐখোয়না খঙগদ্রা ?'

'ঐখোয়না ঐখোয় শিননবা মফমসিদা ভোম থমগদ্রা ?'

'অদুনবু পুথোবকউ হায়রিবনি।'

'নৎতে অমুক্তা থিমিন্নসি। থিদোক্তবা য়াদবনি। ঐখোয় হৌজিক শিবা য়াদ্রি। লৈবাক্কী ওইরিবা ফিভমসিদা মফম খঙদনা শিখিবা তারবদি মতুংদা য়াম্না চাউরবা ইরাল অমমুক লৈরকপসু কনানা খঙগনি। শিরগা মরাল পীশিনবা হৈবা লৈবাকসিদা

মফম খঙ্দনা শিরুবা য়াবা নত্তে। কদায়দনো বোমদুবু ?'

'অদুদি পুথোরক্লোদনা। করিগী লোৎশিল্লি ?' পুলিসসু খুন্নকই।

'করিনো ভোম লৈ হায়বদায়নে ?' ঐসু খুমখি।

'কান্নদে শিনীংদ্রবদি ভোম পুথোরকউ।'

'কদায়দা লৈবা বোমনো ?' য়াম্না শাউনীংলকই। কিৎ নমদুনা হায়বা ৱাহৈদুদা শাউনীংবনা খাংবা ঙমখিদে। অদুবু শাউরুবা য়াদে। ফিভমসিদা শাউরুবা তারবদি অতোপ্পা ফিভম অমা শোয়দনা ওইখিগনি। শাউনীংবনদি মহা ওইখি।

'নখোয়না লোৎশিল্লিবদুনি।'

'ঐখোয়না কদায়দা লোৎশিল্লিবা ?'

'মদু খঙলবদি হংদ্রবসু য়াই। ঐখোয়না থম্ফম খঙদবদুনা নখোয়দা পুথোরকউ হায়বগী ৱানি। নঙ ঐখোয়দা লোৎকে খনগনু। নখোয়গুম্বা কয়া কয়া থেংনরক্লবা ঐখোয়নি। ঐখোয় লমসিগী কমান্দোনি খঙলবা নৎত্রা ? য়াদ্রবদি ইমুংসিগী মীওই অমা হেক্তা কাপখায়গদবনি।'

'মদুবু করি ৱানো ?'

'মসি মী য়াম্না উশিত্তে। নঙ অৱাংবদা কানীংব্রা ?' ৱাহৈসি হায়রগা মখোয়গী খুৎলায়দু কদ্রক কদ্রক চিংই।

'মদু তৌখিনু ঙাইখো।' অমনা অমুক খান্নকই। মতৌদু ইচম চম্বা মী অমা ওইরম্বা তারবদি শোয়দনা ৱাহ্নরগনি। লাল মরক্তা মতম কুইনা লৈরক্লবা ঐসু ইথক থকৎপগুম তৌই। ইথক্তা তপথহনখি। তপথজবা তাখি। ফিভমসিদা মিৎ ঙক্লবা, থকৎপা য়াবা মতাং নৎখিদে। খজিক্কুং মসিগী শামিন ফংখিবদা খুদোংচাবা লৌখিগদৌরিবনি। খুদোংচাবা লৌননবা মিকুপ শেল্লিবনি। থওইনা শিল্লিবা থৌশিলনি।

'মদুদি তৌরক্কনু।' ঐসু তপ্না হায়খি।

'তৌরক্কনু হায়বদি কৈনো ?' খোল খংৱাউ ৱাউরকখি। ঙসাইমখৈ ৱাউরিবা খোল অদুদগী শরুক চাম্মা হেন্না ৱাউরকই। মতৌদুদা ঐসু য়াম্না লিখৎনা খুম্মী, 'মীতৈমচা ওইরগা ঐখোযনা ঐখোয়গী ওইনা ঙাংনরিবা লোল অসি খঙদ্রব্রা ? নঙনা ঙাংলিবা লোল অদুদনি ঐনা হায়রিবসিসু। মদু খঙদনা কমদৌনা লমচৎনা য়ুম্ফম ওইবা, শকমান্নবা ফি শেৎপা অসুক পুক্লীং চংবা থবক অসি তৌরল্লিবনো ?' ঐগী ৱাহৈদুদা মশাবুদি খরা হুম্বরগা হুম্বদবদি শারদুনা হায়রকই, 'মসি য়াম্না লিংজিনে।'

'লিংবা হায়ববু করিনো ? ঐখোয়সু নখোয়না তৌরিবা মওংদু লোইনা খঙজি। কাম্মিরদা মওং তাখিদ্রবা মফমদুদা শিংনবা ফিভম অমদা কুইনা থবক তৌরক্লবনি। মদুগুম্নবা ফিভম অদুমক ঐখোয় ইশেলগী ইরক্তা শাগৎহন্নীংদে।' ঐসু মখোয়গী

ফিভম অদুদা লৈবাক্কী ওইবা থম্মোয়গী মিহুন শুজিন্দুনা হায়াখ।

'ঐখোয়না কৈদৌরবা ?' শাউনা হংলকই।

'করিনো তৌরিববু ?' অমনসু হায়রকই।

'মসি য়াম্না লিংঙিনে।' নোংমৈ মতোন ওনশিন্দুনা অমনা হায়রকই।

'মদুদি তৌরুখিনু ঙাইখো।' অমদি মখোয়বু খামজিল্লি। লৈবাকসিগী লৈঙাকসি মওং অমনি। অচম্বা মীওইশিংদদি করি ওইগনি ?

'নখোয়না তৌরিবসি করিনো ?' ঐদি ইংনা হায়খি।

'বোম লৌখৎপা লাক্লিবনি।'

'নঙনা মদু কদায়দা থম্বগে ?' য়াফম অমগী করিনো অমা খন্দুনা লাক্রে হায়বদি মতৌদুদা খরদি খঙলে। মরম অমতা য়াওদনা অসুম্না হঞ্জিল হঞ্জিল থম্মোয় শিকপা য়াঙাংসি ঙাংলক্কনি থাজদে। অদুবু করিগীনো য়ুমসিদা অতম্না চংলক্লিবা ?

'বোমবু কদায়দগীনো ?'

'লালহৌবনা থনম্বনি।' য়াম্না পোংনা হায়রকই।

'কদায়দা থনল্লিবা ?'

'লাইশঙসিদা।' য়াহৈসিদা খংপ্রেক খংখি। ইথৌনা থরায় য়াওনা লাই শেবা চৎলল্লিবনি। ঙসি ফাওবা বামোন নেক্তুনা লেপ্তুনা লাই য়াল্লৌরি। মতম মতমগী ওইবা কুম কায়দনা লাকপা হরাও কুম্মৈ, লাইগী থৌরম কয়াদা পুজা পাংথোকলিবনি। লাইগী থৌগল তৌরিবনি। ঈশ্বরগী থৌরম লেপ্তুনা কৎচরিবা শেংলবা লাইশঙ অসিদা, চিঞ্জাক মফম খঙদ্রবা মখোয়না শোক্লগদবা ?

'কৈদৌরে তুমিন লৈরবদি ?' অশেংবা হায়বকপসিদা নপুক্লীংদা কিরব্রা ? লাও লৌথোক্লুসি।' মখোয় খরা লাইশঙ মথক্তা কাখৎলকই। ঙসিফাওবা ঐনা অসুক কুইনা হিংলকপদা লাইশঙ অসিদা খোঙউপকী খোঙ্গুল তাহনবদি লাইরদনা, খোঙনা নেৎপদসু ইরু মাইথজরদুনা লাইবক কৎলগা কাখৎলিবনি। ঙসি অহিংসিদা ঐ, অহিং পোত্থাবগী মাংই খন্নবা ফমুংদগী কুমথদুনা মায় মিৎ শেংদোক্তনা লাইশঙ কাবা তারব্রা ?

'করিগুম্বা লৈরমদ্রবদি ?' ঐদি হংখি।

'থিরগা খঙগনি। থোঙ হাংদোকউ।' মতৌদুদা য়াররোই খঙলদুনা থোঙ হাংদোকখি। অমম্বা মরক্তা। মখুৎ মাদুনা করি করিনো কোইথি থিখি। 'মসিদা লৈরিবসি করিনো ?' য়াহৈসি তাবদা খংপ্রেক খংই। লাইশঙ মনুংদা কনাসু চংখিবা নত্তে। কমদৌনা মফমদুদা বোম লৈরমগদৌরিবা ? হৌজিক চংখিবা পুলিস নুপাদু বোম পায়খিব্রা ?

লকক তৌনা 'কদায় ? কদায়দা লৈরিবা ?' হংখি, 'কনানা থমজিল্লিবনো ?'

'ঐখোয় পুন্না লাকমিন্নবা নত্ত্রা ? করিনো থমজিনবা হায়বদি ?' থাউমৈ অকাপ্পি তুংদগী কাপ্লকই। মঙান্দুদা লাংচরিবা লাই খুদিংমক লৈমায়দা তুদুনা লৈরে। ফম্পাক মথক্তগী ওন্থরিবা মওংদুদা মখূৎ মখোঙ তেকপা য়াওরমগদবা মাল্লি। উরুরদা থুক লাওখি। অঙাঙ ওইরিঙ্গেদগী লাইশঙ অসিদা লৈরিবা লাইশিং অসিমক মথবায় পানবগুম তশ্বীরকখিবা মওং অদুনা মসি ওইহনখিব্রা হায়বদি খঙদে। তশেংনমক ঐখোয় মীওইবনা লাইগী মনাক, ঈশ্বরদা চংজবা হায়বসিদি ইশাগী ওইরিবা শক্তম মুখত্তুনা থম্মোয় অমসুং থবায় অনীগী অপুনবা মশক অমা শাগত্তুনা ঈশ্বরগী মশাদা তিনশিনবগুম চিংশিনজরিবনি। পুক্লীংদা ইশাগী তোঙাল্লবা মশক শাগত্তুনা ঈশ্বর নীংলুবা য়াবা নত্তে। মসিমক তৌরগদি লংজবা মশক অমা ওইরুগদৌরিবনি। ইশাগী হায়বা পূম্নমক কখোকপনি। ঐখোয়তা নংতনা লৈকায় অসিগী মীওই কয়াসু লাই অসিদা হৈকৎ লৈকৎ তমদুনা ইপা ইপুশিংগী অত্থাশিংবু ইকাই খুম্নবগী মওংদা থম্মোয় শেংদোকচরিবনি। শক্তি শিন্নরিবনি। ঙসিগী য়েংহৈদ্রবা মওংসি উরুবদা য়াম্না নুংঙাইখিদে। পুক্লীংদা থাজখিবা মশক্লা পুক্লীংবু য়াম্না নুংশুক নুংজান্নহনখি। মীতৈদি লাইশঙদতা নংতনা মশা মশাগী ময়ুম অসিমক শেংলবা ঈশ্বরগী ফিদা থাদুনা লাইশঙ অমগী মশক্তুম থম্মোয় ইংথজনবা যৌনিরিবনি।

লৈবাক্তা থরো থরো ওন্থরি লাইদুদা মখোঙনা কাউখি। অসুক থাজনা মীরোল কয়ানা পুজা তৌজরিবা লাইদুদা মখোঙমক্লা কাউবা ! হে ঈশ্বর খঙজদবা কনাবু নহাক্লা ঙাকপীয়ু। লমসিগী ওইবা লৈঙাক শৈহৌদা ইরি, ধর্ম খুদিংমক চপ মান্নবা মিৎয়েংদা য়েংগনি। মান্নবা হক মীপুম খুদিংমক্কী লৈ। কনাবুসু আইন্না তোপ্না থম্লোয়। মসিবু ওইথোক্দ্রা ? ঙাকপীয়ু। মথৌদা মপুক্লীং চংখিদুনা, মথৌতবু খনবদা থোকখিবা অশোয় অঙামশিং পূম্নমক ঙাকপীয়ু। ঈশ্বরদা নিজখি। থাজে। ঈশ্বরনদি কনাগী মিৎমাংদা থোরক্তুনা বায়েল্লগদবদি লৈতে। থম্মোয়গী খোঙ্গোকলোন্দা লেংশিল্লবতনি। ঙাল্লগনি খঙহৌদনা। মুর্তি ওইনা নত্তে। থম্মোয়গী লোল ওইনা মফম খঙদবা মওংদা মহাক ঙাল্লগনি। থম্মোয়দতা মমি তারগনি। লাই ওইনদি খক লাক্লোয়।

মহাকপুদি কনবীয়ু।

খঙজদবদা অহকপা চৈরাক পীবীগনু।

লংজরবদা ঙাকপিয়ু।

'লাইশিংসি লোইনা তুহল্লবদি কৈদৌরে ?'

'ফম্পাক মখাসিদা বোম লৈব্রা য়েংবনি।' খুম্নক্লিবা মচিন্দু পুমনম নম্মী। মশাদু মখোঙ থাংবদা মঙম শান্দে। ফেরে ফেরে হাই। তৌথোরক্লিবা মওংদুগা য়াম্না চানদে।

'খোঙদু চুম্মা থাংবীয়ু। করিননো খঙদে হকচাংদু পাঙ্গল অমা ইরাং রাংপগুম উই। শোইদুনা তুরগা শোক্কনি।' বোমগী রাদু থৈদোকপা ওইনা মতৌদুদা হায়খি।

'পুলিস হায়বসিদি সি ঙাক্তনি। হৌনবীনি। পুলিসনবু মসি তৌদ্রবদি কদায়দগী পুলিস ওইবা য়াগনি ?'

'হায়বদি, পুলিসনা তৌরিবা থবক অসি অকন অথৌগী থবক্নি। অকন অথৌগী থবক তৌদ্রবদি কমদৌনা মী ফাদোক ফাজিন অমদি মী খামদোক খামজিন তৌবা ঙমগনি ? মসি পুলিসকী মথৌনি।'

'মদুনরা ভক্তিগী মফমসিদা অকন অথৌ শারিবসি।'

'হে মসিদি বোম থিবনি। বোমদু হৌজিক পুথোরকউ। পুথোরক্তবা তারবদি কয়া নুংঙাইরোই।'

'কৈদৌদোরিবা ?'

'মদুদি থোক্লরুগা খঙগনি। হায়রুরগা কৈদৌননি ?'

'ঐসু য়েংগনি। য়েংগে খন্দুনা ননাক্তা অসুম লৈরিবসিনি। মদু উনীংদ্রবদি ঙসায়না য়ুমদা চংদুনা তুম্লুবা য়াই। য়েংগে হায়দুনা মসিদা লৈরিবসিনি।'

'মসি মী য়াম্না উশিন্তে। তৌশিন্দবা য়ারোইদৌরি।' রাহৈসি হায়রদুনা মশানা পায়রিবা নোংমৈ অদু কদ্রক কদ্রক চিংদুনা ঐঙোন্দা মমায় লৈশিল্লকই। লাইশঙ অসিদা ঙসিদি ইমু নাইমু তানবগী মশক অমা লাক্রগদবগুম তৌই। তশেংনা মাগী নোংমৈসি কাপ্তা কাপ্লগদ্রা ? চৈরকসিদা কদোমদনো খঙদবা নোংমৈ মখোল খরা তারকই ! ঐঙোন্দা শিংলম্বা নোংমৈদু মমায় লৈথোক্তুনা মখোল তারিবা মায়কৈদা মমায় লৈশিনখি। কনানো অমনা, 'মী অমতা নমায় লৈথোক্লনু। নশা নশানা লৈরিবা মফমদুদগী খোঙফম অমতা লেংগনু।' হৌনা লাওরকখি। ঙসাইমখৈ মানা মানা থোকপা মওংদা খোইরেল মুশা পাইবগুম পাইরম্বা পুম্নমক, খঙহৌদনা চেক মোক লাওদবা মওংদা মাগী মাগী খুদোংচাবা লৌনদুনা লৈনখি। ঙাইহাক লৈরুরগা রাহায়বীদা করি করিনো ঙাংনরবা মতুংদা পুলিস অমা চংলক্রগা, 'শাউবা য়াদে। ওজা শাউবীগনু। ঐখোয় এল থোইবা থিজরকপনি। চপ মান্নবা মিং অসিদা ওজাবু ঙৎখ্রে। লৈকায়সিদা চংলকপা মতমদা চমম্নবা খরা থোকখিবগীদমক ঐখোয়বু ঙাকপিয়ু। ঐখোয়না থিরিবা মীসিদি বামোন ওইরম্লে।' হায়রম্লগা মখোয় লোইনমক মরী মরী চৎখি। মখোয়দা করিসু হায়বা নংহৌদে।

য়াম্না থাজদবা মওংদা, নোংঙানবগী অয়ুক্তা খবরদা থেংনৈ লৈহাওথাবম থোইবা শর্মা মশাগী থোঙ্গালদা পুলিসশিংগা খুৎ থোক্লবদা লৈখিদ্রে। মশাদা নোংমৈ মখুল অহুম লৈরম্মী। য়াম্না নক্লবা মফমদগী কাপ্না ওইরমগনি থাজনৈ। অয়ুক অঙনবদা

পুলিস লাক্তুনা অশিবা হুকচাং লৌখৎলে। পোষ্ট মোর্তেম তৌননবা মীরেনশঙ্গা পুখি। অয়ুকী মতম্না লোইরমদাই, নুমিৎনা কোক্তোন য়ৌরক্লবা মতমদা মশা পুথরক্তুনা সঙ্কার তৌখি। সঙ্কার য়াওবা পূম্নমক্না ফাদুনা তমখিবা মওংদা হাৎপনি হায়দুনা য়াম্না নুংঙাইনখিদে। থাজদবা থৌদোক অদুগীদমক য়াম্না মিপাইনখি।

অসুম্না থোইবা শিখি।

থবায়না কদায়দা, মশানা কদায়দা ?

অচুম অরানগী ৱায়েনবা নংখিদে।

শিননবা পাল্লকপা মীওইবগী থবায় ওইরবসু চপ চাবা মসিগী মশক অমদি মীওইবনা পাম্মী। মফম খঙদবদা নুংঙাইতে। মহাক অঙাঙনি। ঐনা কমিসন পাস তৌদুনা সিফায় থনবা মতমদা মফি শেংহৌদ্রিবনি। খঙদে, লমদমসি করিনো অমা তৌরে। থবায়শিংনা মাগী মাগী মফম চানা লৈবগী মহুৎ, ভুৎ প্রেৎকুম পাইরবজাৎলা ?

লৈরক কোনশাং থুংনা পাউ তানরকই। লৈহাওথাবম থোইবা চহী ১৮ এলাইজ, এল থৌবা, এলাইজ এল থৌনা কম্বাইন্দ ফোর্সেসকী মখুত্তা শিরে। মকোক্তা নোংমৈনা পানবা মহাক খুৎ থোক্লবদা শিখিবনি হায়বা কনানসু থাজখিদে। পুলিসনদি, মশাদগী চিনানা শাবা নোংমৈ অমা, বোম অমা অমসুং নোংমৈ মরু খরা ফংই হায়রি। মসিদা নৎতনা ইকুই কুইদনা লিলোং থোঙদা, মী পুথোক পুশিন তৌদুনা পৈশা তানজবা বস অমদা বোম পোকখায়হন্দুনা মী তরাগী মথক্তা হাৎখ্রে। অতোপ্পা কুন অমনা শাথিনা শোকহন্নখি। অসুক তমথিরবা থবক তৌরম্বগীদমক মহাকপু থিরকপা কুইরবনি।

মানসু মীচম কয়া হাৎলম্লবা !

ল্মদমসিদা মী অমনসু অমনসু মী পংহাৎতা হাৎনরব্রা ?

মীহাৎপুঙ ওইরব্রা ?

পাউদি শন্দোক্লি।

য়াম্না তুক্কচনীংঙাই ওইরবা মওংদা লৈহাওথাবম থোইবা শর্ম্মা, লমদমসিগী পুলিসশিংনা মখুৎ চল্লবা মতুংদা খুৎলায় থাদুনা হাৎখিবনি। মঙোন্দগী করিগুম্বা খুৎলায় অমতা ফংখিবা লৈতে। সুপ্নতগী য়াল্লবা পৈশা খরতনি ফাখিবা। অসিগুম্লবা পুলিসকী কা হেক্লবা মওং অসিদি, মীওইবগী খুন্নাইবু শিংনবগী মশক্লি। অনেম্বা শাশিন্নবগী খুৎ থোক্লবগী মশক অসিদি লমদমসিগী পাংদ্রবা সাসন পূম্বা মশানা উখোকচবনি।

তাইবঙসিবু কনাগী কুম্মোনো ?

অমগা অমগা করিগী মরাল শিনরি ?

খঙদে। অমত্তা খঙদে। ঙসিদি মী তানবগী কুম্মৈ কয়া লমসিদা চখরক্লি। থাইনা মমাংঙৈ, নিংথৌ নিংথৌরেল কয়া শা তানবা চৎনরম্মী হায়। মী তানবদি অমুক্তা তৌনরমদে। তশেংনা তান্নরমদে। হৌজিক্তি কন্না চৎনরক্লি। শা তানবদি মতমগী চাওখৎলকপা মশক্কা লোয়ননা তোক্লখ্রে। মুৎখ্রে। মী তানবগী চৎনবীনা তপ্না তপ্না শন্দোরক্লি। লমসিদা কন্না চৎনরক্লি।

অদুবু, থাইনসু লাল শোক্লরম্মী। লালনা ফৈ। লাল হায়বসিদি অফোঙবনি। মায়গা মায়গা মায়য়োক্লদুনা শোক্লবনি। মী তানবদি লোম্না, য়াম্না লোম্না তৌবনি। অরোনবা থবক্লি। বৃটিসসু মী তানখি। টিকেন্দ্রজিৎ ফাননবা, নোংমৈ পায়দুনা অহিংদা তাল্লখি। নুংথিল পোবোল্গতা সগুল তৌবা ফংলরোই খঙলবা মতমদা মী তাল্লকই। অহিংদা নুপী অঙাঙ লাঙ্গেল্লখি। লোইলমগুম লমদমসি খোঙনেৎনখি। মদুমক তৌরুরগা করি থৌদোক থোক্কদগে খন্থবা ঙমখিদে।

পূন্নমক্তগী পুমতোপ তোপ্পা মওংদা কৈথেলদদি অমা হায়নখি হায়দুনা ইনেনা তম্মী। থোইবদু পুলিসশিং অদুনা হান্না ফাদুনা পুরকই। চেল্লু চেল্লু হায়দুনা চেলহল্লবা মতুংদা খুৎলায় থাখিবনি। মদুতসু নৎতনা ইরোই লোইবদা মকোক্তা নমদুনা অমসু কাপশিনখি। মখুৎ পুন্দুনা পুরক্লগা থওইনা হাৎখিবনি।

লমদমসিদা থুংলরিবা চরাংনরিবা মওং অসি ঐখোয় পূম্বগী চাকথুং ওইদুনা লৈরগদবনি। মসিবু কয়াম কুইনা অসুম্না অসুম তৌদুনা লৈখিগদগে ? নীংতম্লম্বা লমদমনি। নিংথৌ পানবা, ইং তপ্পা পুন্সি অমগী রা অহলশিংগী থম্মোয়দা হক্লি। লৈঙাক অদুগী চৈথেং কয়াসু লৈখিদবা নত্তে। ঙসিদি পূন্নমক লোইখ্রে। মীয়ামগী লৈঙাক পামজখিদবা নত্তে। ঙসিদি পূন্নমক লোইখ্রে। মীয়ামগী লৈঙাক পামজখিবা কয়ানা শেমজখিবা মশক অদু ঙসি চপ চানা ফংলব্রা ? লৈবাকসিদা মৈ, ঈশিং, নুংশিৎকী ফিভম করি ওইরিবগে ? লম্বী থোংগী মশক কয়াম য়াম্বা পুক্লীং খোইদারবগে ? য়েংলুবা মায়কৈ অমতদা অসিমদি নুংঙাইরে হায়নীংঙাই করি লৈরে ? লমসিদদি পামজবা পূন্নমক ঙায়বা তারি।

লাকখিনি।

লাকখিনি।

করম্বা মতমদা লাক্কনি ?

মদু খঙদ্রবসু ঙায়বদি তারি।

শারমচৎ চৎলবা ময়ামসিগী মনুংদা থাজবা থমদুনা মতম ঙায়বা তাবনি। লমচৎ য়াওদ্রবা ময়ামসিগী মরক্তা চম্না হিংদুনা মী কয়ানা করম ঙায়বা ঙমগনি ? শা ওল্লবা

মী মরক্তদি শা ওন্দুনা হিংবা তাবনি। কৈগী মরক্তদি কৈ ওন্দুনা লৈগদবনি। শওমগী মরক্তদি শওম ওনবা তাবনি। মদুত্তদা ইশা ইশাদা পাল্লিবা থবায় অসিমক য়োকপা ঙমগনি। লমচৎ লৈত্রবা মফমদদি লমচৎ য়াওফম থোক্তে। ইকাইবা খঙলোয়দবনি। ইমা ইবেলশিংসু মদুমক তৌখি।

অসাম রাইফলস হোজংদা মফি পূমকোক কোক্লা, হকচাংদা করিগুম্বা অমতগী খনজিনবা শরুক য়াওদনা মকু পূম্নমক খোক্তোক্তুনা লৈপ্লগা লাওখি।

ঐখোয় নুপীনি। নুপী ওইবীগী থোৎ নৌবা পূম্নমক ঐখোয়দা লৈ।

অদুক করাম্বা মওংদা ইচা ইশুশিংবু শারাক তমগদবগী শরুক
ননীং তম্না ঐখোয়গী হকচাংসি লৌরো লাও
নখোয়গীদমক ফি থোংদনা ঐখোয় লেপ্লবনি
লৌরো লাও ঐখোয়গী হকচাং
ইচা ইশুশিংবু মাংহন্নবীগনু।

লাওখি, মমিত্তা মপি তানা। মথম্মোয়দা খাংবা ঙমদ্রবা পুক্সিগী ঘা পূম্নমক ফুম্নদুনা। তমথিবগী মশক পূম্নমক পেন্দবদা ওহোক্তুনা লাওখি। থম্মোয় পাল্লুবগী মশক তাক্লকই। লাওখি।

লৌরুলাও ঐখোয়গী হকচাং
তোংশাগী করাম্বা ঝাখলদা
শা ওল্লবা নখোয়গী
নীংবা থুংননবা ঐখোয় পূম্না লাক্রে
পীরগে ননীং থুংননবা নৈথেক্লবা থম্মোয়গী
মরেক থাংদ্রবা হকচাং
ফাজিল্লরোই পুনশিল্লরোই
ননীং তম্না শা ওল্লু লাও।

লাওখি। পুক্সিগা তেমশিন্নরক্লিবা মখোয়গী থম্মোয় অমসুং পুক্লীংবু ইমা ইবেলশিংনা তেমশিংনখি। থবায় অমগীদমক থবায়রোল পুরদুনা ঝাকৎখি। লমদমসিদা লৈরিবা নুপীশিংদা তেমশিংনরক্লিবা খুদিংনা খুন্নাইলোন্দা ইকাইখুম্নবা মাংহনখিবগী পেঞ্জদ্রবা ঈশৈ শকখি। ঈতিহাস কয়াগী থোঙ হাংদুনসু থেংনররোইদবা, মালেমগী নুপী হায়বশিংনা থেংনরিবা মশক পূম্নমক্ক পূমখেন থেন্নরবা লমসিগী নুপীশিংনি। গ্রীক্কী নুপীশিংগুম লমদমসিগী নুপীশিংনা কৈদৌঙৈ নমশিন্দুনা লৈরক্তে। কা মনুংদা শুংজিন্দুনা লৈখিবা মখোয়গী মশক্কা ঐখোয়গা খেন্নে। নুপীশিংবু পাঙ্গল শোল্লবীনি খন্না শরাক তম্বা ঐখোয় য়ানীংদে। ঐখোয়গী শিংলিশিংদা হাল্লিবা ঈ-শিং অসি লমদমসিগী চুপখৎলকপা লৈশাগী ঈশিংগা পূম্না চেল্লিবনি। ঐখোয় হকচাংসিনা

লৈহাওদুদগী তোঙাল্লা শেমখিবা নত্তে। অসুক কুইনা হিংহল্লক্লিবা অসিগীদমক, লমদমসিদগী চিরবা মতমদা থরায় থম্মোয়, হকচাং শিম্নথোক্কুনা হিংজবা ফংলবদি পোক্লকপগী চপ চাবা মহয় ফংলবনি।

শিদোক্কনি – থরায়গীদমক হিংবা নত্তে।

পুক্সিদা মরুওইরিবসি – থরায় নত্তে, থাজনবনি।

হিংবা নত্তে – পূম্না হিংমিন্নবনি।

কান্নবা নত্তে – অচুম্বনি।

লাল্লাও লাওখি।

তম্ফা তম্ফাসনা . . .।

মীরক্তগী ফাখিবনি

মীরক্তা হল্লকহনগদবনি,

হিংনা পুখিবনি

হিংনা পুরক্কদবনি।

অহিংবগী মহুৎ অশিবা ওইনা পীবা মীওইমচৎ অমতনা য়ারোইদবা ৱানি। ঐখোয়সু পামদে। মীওইবনা মী হায়রিবসি থরায় পাল্লিঙৈদা হায়বা ৱানি। অশিবদা পীবা মিংথোন নত্তে। থরায় য়াওদ্রবা কনাদা কনানা মী ওইবগী মমিং কৌদুনা ৱারী শানবগে, কনানা মীগী মরী থৌনবগে ?

লমসিদা ঙসি মরোল লোনবা খূৎলায় পায়বা মী কয়া লাকখিবদগী মফম খঙদনা মী কয়া মাংখ্রে। মীওইবগী শামু হকচাং কয়া পাঙ্গোংনা শিনখ্রে। চৈতেক লোৎপী শান্নবগুম মী লোৎশনবী শান্নদুনা মী কয়া মাংহনখ্রে। লোৎশিনখিবা মী কয়া থিরদুনা কোইকৌ কৌখি। থিখি। লোইবা খম্বা নাইদনা মফম খুদিং থিখি। ফংখিদে। কোরৌহনবদি নোংমা অমা লোৎলুরবসু হন্না অমুক খোরকখি। অমুক লোৎখি। অসুম তৌনা চৎখিবনা নুমিৎ, থা, চহী মথং মথং চৎখি। মাংখিবা মী কয়া থিবা ফংখিদে। মাংখ্রবা মীশিংদু মাংখি হায়বা, ফাখিবা মখোয়না খঙখিদে। মখোঙ, মখূৎ, মমিৎ মনা অমত্তা ৱাৎতবা, মমা মপা, মচিল মনাও খঙলিবা মখোয়বু করম্না মতম চুপ্পগী লোৎশিনখিবগে ? করম্বা ৱাখলদা মসিবু চম্না খনবা ঙমগনি ?

ঙম্নখিদে। অপোকপা অপোকপী কয়া খাংবা ঙমদনা মচা মশুশিং উনহনবীয়ু হায়জবা পূম্বা অরেম্বা তাহনখি। নক্লরম্বা কয়া নক্লরুবগী মরীনা থরায়বু ঙৌহনখি। মাংখ্রবা শামু হকচাংগী মহুৎ পাঙ্গোকংনা শিন্দুনা, ঙৌরিবা থরায়গী মুর্ত্তিদা ঈশিং চাইবগুম মথৌ মঙম পাংথোকখি। থরায়শিংদুনা তোংলম্বা শাদোং মশক উখিদ্রবসু, অমম অঙাল খাযরিবা তাইবঙ মপুনা কুবীনবা হায়জখি। অসুম্না মপু মাগী মফমদা

চংজবা নংতনা উপায় লৈখিদে।

অহিং লাঞ্জাদুনা ফাখিবা তম্ফা, অকোকপা মী তাদ্রবা মফম অমদা থব্রায় য়াওদ্রবা হকচাং ওইনা হুন্দোক্লম্মী। মীওইবগী শামু হকচাং ফনা ওইদুনসু মথব্রায় য়াওদ্রবদা করিনো কান্নরিবা ? পুন্সি হায়বসিদি থব্রায় য়াত্তরিমখৈ মশা লেংদুনা মসিগী মফম কনবনি। থব্রায় য়াওদ্রবা, লেংদ্রবা পুন্সিগী মশক্তি করি ওইগনি ?

কমদৌনা লম্মাংসিদা তম্ফাগী হকচাংসি তারল্লিবা ?

ঙরাং সিফায়শিং অদুনা ফাখিবা মওংদুগা করি মরী লৈনৈ ?

ফাবা অমসুং শিবা অনীসি করিনা শমজিন্নগনি ?

সিফায়শিং অদুনা মহাক ফাবগী পীরল্লিবা চে চাংশিং অদুমক মহাক্কী থব্রায়গা শিন্ননবা পীরম্লিব্রা ? খঙহৌদনা ব্রাহংসি ব্রাখলদা হঞ্জিল হঞ্জিল হংলকখি। খল্লু খল্লুরগা চমম্নবা হেলহল্লি। ফাবা, শিবা অনীগী মরক্তা চাউরবা থৌদোক অমা লোৎশিনখ্রে। মদু নংতনা করিগুম্বা অচম্বা ব্রাথোক অমনা মসি ওইহন্নবা য়ারোই। ইচম চম্বা ব্রা ওইনা লৌরুবা য়াদে।

লায়থোকহন্নবা মওংদা সিফায়শিংনা পাউচেদা ফোঙদোরকখি।

তম্ফা লমদমসিগী খুৎলায় পায়বা খুপু অমগী মকোকথোংবা মীওইনি। ঐখোয়না মহাক লাক্লে হায়বা পাউ ফংলদুনা ময়ুমদগী ফাখি। অদুবু য়াম্না থাজদবা মওংদা সিফায়শিংবু অপংবনি খন্না লৌনম তৌরকখি। মদুনা মরম ওইদুনা মহাক মশামক্কী শিজনবা লম্বী ওইনা থোকখি। ফারবা মতুংদা মহাকপু কংলাদা ব্রাহং পাউহংগী কা তম্না পুখি। মফমদুদা মশামক্তা লালহৌবা নহারোলগী অচৌবা খুৎলায় থম্ফম অমা তাক্লদুনা, খুৎলায়শিং অদুমক ঐখোয়দা শিন্নগনি হায়না লমজিংলদুনা অচৌবা সিফায় খুপু অমগা লোয়ননা চৎমিন্নখি। অসুম্না চৎমিন্নবগী লম্বীদা মখোঙ হাম্নীংঙি হায়দুনা গাড়ীদগী কুমথরগা, মহাক্তা পাংথোক্কনি হায়রিবা থবক্কী ওন্ন তৈনরবা মওংদা থবক তৌবা হৌরকখি।

অদুগুম্নবা থবক অদু তৌবা তারবদি খুদোংথিবা নংগনি ফনা হায়দুনসু মহাক তাশিন্নখিদে। মমৈথংদা মহাক্কী মঙক কনবা মতৌ অদুদা খুৎ থাদবা য়াদ্রদুনা খুৎলায় থাখি। ঐখোয়না পায়রিবা নোংমৈ কাপ্পুনা তান্নখি। অসুম্না অহাংবা মালংদা নোংমৈ ফনা কাপ্পুনসু মাগী হুনবা লৈত্রবা থৌওং অদুদা মশাদা নোংমৈনা পানবদগী ঙারিয়ান চীঙ্গোলদা পুন্সিগী অরোইবা খোঙফমদা লেপচবা তাখি। লাইবক থিরবা থৌদোক অসি থোকখিবগীদমক ঐখোয়সু য়াম্না নুংঙাইখিদে। পুক্নীং নুংশিরবা থৌদোক অসিমক লৈবাক মীয়াম খঙনবা ফোঙদোকচরি।

মশানা মশাবু কেপ্টেন্নি হায়জবা তম্ফা, লমদমসিগী শোকচিল্লবা মশক অসিদা ইঞ্জিল হঞ্জিল অকায়বা পীখিবা মীওইনি। মহাক মীচম কয়া হাৎখ্রবনি। চমজরবা

সিফায় কয়াদা বোম লংশিনখিবনি। মদুগুম্নবা ফৎত্রবা থবক কয়া তৌখিবা কয়াদুগী নুমিৎ শুরদুনা ঙসিদি মহাক তাইবঙপান থাদোকখ্রে।

ফোঙদোরকখিবা ব্রাফমসি কনানসু য়াবা ঙমখিদে।

মশাগী মরাল খুমজিনবা ওইনা থোকখি।

থাজনখিদে। মীওইবদি থাজবনা পুবনি। মখূৎ চল্লবা মী অমবু শিহ্নবা লমদমসিগী লৈঙাকমচৎনা য়াদে। মসিগীদমক লৈঙাকমচৎ হোংদোক হোংজিন তৌখিগদ্রা ? ফনা য়াম্না মীহাৎ মীপুন তৌদুনসু, মরাল লিশিং লিশিংনা খুজিং ওইনা লৈরবা মহাক অদু লৈঙাকলোনগী মচৎতা বিচার তৌদনা দন্দি পীবা লৈবাকসিদা য়াদে। মশাগী চপ চাবা মরাল খঙদোক্লগা মদুগী মতুংইন্না বিচার তৌদুনা দন্দি পীগদবনি। অশিবনদি কৈদৌঙৈদা চোংথোরক্তুনা মশা ঙাকথোকচনবা ব্রা হায়রগদবা লৈতে। লমদমসিদা চথরিবা, অচুম অরানগী মশক খঙদবা মওং অসিদা লৈবাকসি সিফায়না পাল্লব্রা হংনখি। লৈঙাক পথাপ পূন্নমক মখোয়গী মখূত্তা লৈরব্রা ? মসি পূন্নমক অব্রাং নোংপোক্তা থল্লিবা অখন্নবা সিফায়গী চৎন পাথাপ অসিনা ওইহনবনি। আর্ম ফোর্সেস স্পিসিএল পব্বার এক্ট অসিনা থোকহনবনি। সিফায়দা শক্তি পীশন্দুনা লমদমসিগী মীয়াম্বু মসিগী মরুমদা অঙকপা লীলা শান্নরক্লি।

খোইশাউনরবা মীয়াম্না লাওখি।

অফসপা লৌথোকউ।

মীগী মচৎতা মীবু ব্রায়েল্লু।

সিফায়গী লৈঙাক ঐখোয় পামদে।

খঙহৌদনা কৈথেল নুপীশিং ইরাং হৌরকই। মীওইবগী মরাল অমসুং দন্দি অনীসি ব্রাহৌ অমসুং ব্রারোইশিন লৈতবা মশক ইমা ইবেলশিংনা য়াখিদে। হিংবগী ব্রা হায়বসি অঙকপা থৌদোক্ক মরী লৈনহল্লোইদবনি। মরাল লৈবশিং দন্দি পীননবা হায়জখি।

মীয়াম্না থাজে। তন্ফা নুপী ওইবীগী ইজ্জৎ খোঙগোইনরবা মতুংদা লাক্লবমখৈ লাক্লরগা হাৎখিবনি। নুপী নহাবু শান্নপোৎকুম খনবা সিফায়শিং, মরালগী মতুংইন্না দন্দি পীগদবনি। লৈবাক ঙাকপগী নমাদা মীওইবগী পুন্সিবু, মরুওইনা নুপী অঙাঙশিংবু চুম্না য়েংবা ঙমদবা হায়বসি লমদমসিগী লৈঙাকলোন পূন্নমক লৈখা তারে হায়বনি। পুন্সিবু পুন্সিনা লৈখা তাজহনবদা ঐখোয় করিসু হায়রোই। হায়ফম থোক্তে। অদুবু অতোপ্পগী পুন্সি য়াওনা করিগুম্বা মখল অমদা শোক্লকপা তারবদি ঐখোয় কৈদৌঙৈ খক তুমিন লৈরোই। চপ চাবা মদুগী ব্রায়েল অমা পীননবা হোৎনবা তাবনি।

মহাক ফাখিবনি।

ময়ুম্মক্তগী পুখিবনি।

অশিবা ওইনা পুখিবা নত্তে।

ফাবা লাকপা মতমদা সিফায় য়াম্না লাকখি। য়ুম অদুমক কোইশিন্দুনা থম্মী। কনা অমতা খঙহন্দনা তুম্মিন লৈ। অতম্পা খোঞ্জেলদা নুপীগী থোৎ নৌরবা খোঙ্হোক অমনা কৌখি।

'তম্ফা, তম্ফা ? পাউ অরুম্বা অমতা হায়রমগে।'

করিগুম্বা অহিং-অমতদা অদুম্না থক তৌখিদে। য়াম্না থাজদবা মওং অদুদা কনানো, করিনো খঙনীংবা মমা ইবেম্মা মপান থোক্তুনা য়েংই। অমম্বা মরক অদুদা কনাসু উখিদে। খজিক্তং থোক্তুনা হংখি, 'কনা ওইরবনো ?'

'ইমা ঐখোয়নি।' য়াম্না নক্না লৈরম্বা মী অমনা খুম্লকই।

'অদুবু কনানো নখোয়বু ?' হন্না রাহং হংলুবা মতমদা, খঙহৌদবা মীওই অমনা খংকোন কোনশিল্লকই। অকিবা ফংলবা খোনফম অমদা, তম্ফাবু অমুক্তা কৌখোরকউ। খঙহৌদনা হায়রকখি। রাহৈশিংসি হায়না হায়না হাংদোক্তুনা লৈরিবা থোঙ অদু নমদুনা পুম্নমক হাংদোক্লগা মখোয় ময়াম মরী মরী চংখি। খঙহৌদনা সিফায় ময়াম্না মফমদুদা পুম্মু মুনা লৈরিবদু উরকই। মতৌদুদা অহল অদু খঙহৌদনা পাখৎপগুম খোঞ্জেল অমা থোরকই। অদুবু খঙহৌদনা মচিনবান মেনশিন্দুনা খোঞ্জেল অদুমক মপান থোকহনবা ঙমখিদে। তুম্মিন লৈখি।

'মওংদো মতা অমনি খন্দুনা ঐ থোকখি।' তম্ফাগী মৌশ্বা অমনা মীয়ামদা পাউদম্লকই। মহাক হেক লেপখৎপগা শুকোন কোন্দুনা মহাকপু ফাখি। হংলকই, 'নচে তম্ফাগী কা কদায়নো ?'

'তম্ফা হায়ববু কনানো ?' ঐ তম্পা হংজখি।

'নঙগী নচেদু নঙ খঙদ্রব্রা ?' নমহং হংলকখি।

'নুপী নহা ফাববু অহিংদা লাক্লিবা করিগীনো ?' রাহংসি হেক হংলুবদা মখোয়না ঐগী মায়দা খুতুম থিল্লকখি। মদুগা মখা তারকই, 'ঐখোয়না হংলিবা রাহংগী পাউখুম চুম্না খুম্মু, নৎত্রবদি খুদোংথিবা নংবা য়াই। ঐখোয় নখোয়গা মরৈ তৌনবা লাকপা নত্তে।'

'রারী তশেংনা শাননীংলগদি অয়ুক নুংথিলদা লাকপীবা য়াদব্রা ? অহিংসিদদি ঐখোয়দা করিনো অমা খলহল্লি। মতম ফত্তবসিদা য়াম্না চিংনৈ ?'

'নখোয়না অদুক অকিবা খঙ্জলগদি করিগী নত্তবা থবক তৌরি ? তম্ফাগী কা শেংনা কদায়দা লৈ হায়য়ু। অশুম্না হায়নরিঙৈদা ইচে তম্ফা করিনো খন্দুনা খজিক্তং য়েংলম্লগা চংখিগে তৌবদা, মফম খঙহৌদবা নুপা অমনা ঙকখি চপখি। য়াম্না তুক্কচবা মওংনি। নুপা অমনা চনুরা অমদা চথরিবা মচত্তু য়েংবদা য়াম্না হঙ্গোইখি। অদুতা

নৎতনা শ্রো শ্রো লাক্তুনা চিংলকই। মতৌদুদা, ইচে পুখিবা য়ারোই। ইচে পুখিবা য়ারোই। হায়দুনা হায়রুবদা, তুংলোমদগী অকনবা খুৎথা অমা থারকখি। খুদক্তা ঐ লমায়দা উপথুদুনা তাখি। চিন্দা খোঞ্জেলদি লেপ্তুনা লাওখি, ইচে পুখিবা য়ারোই। মপান্দা লৈরম্বা ইমাসু ইমুংদা চংশিল্লক্তুনা, ইচা পুখিবা য়ারোই, হায়দুনা মখূৎ পায়দুনা চিংখি। ঐসু হৌগত্তুনা ইচেবু চিংবা য়াওখি। ঐখোয়গা মখোয়গা পূন্না থৌরি চিংবীগুম ইচেবু চিংনখি। মতমদুদা কদোমদগীনো খঙদবা মখোয় ময়াম অমা ইমুংদা চংশিল্লকখি। মফম খঙদনা ইমুংগী মী খুদিংমক তানখায়দুনা ইচেবু নমদুনা ফাখি। ফি অমুবা অমনা মকোক্তা কুপশিন্দুনা ঈশিং হৈরে হৈরেগা মখোয়না পুরকপা গাড়ী অমদা নমদুনা চিংখৎখি। খুদক্তা চৎলনবা শেম শাই। মতৌদু মতা অমনি হায়না, গাড়ীদু চৎখিদনবা ইমুংগী মী পূন্নমক্তা গাড়ী মমাংদা থৎতুনা লৈরবদা থৌবা য়াদদুনা ঙাইহাক নিঙাই শংদাইনদুনা লৈখি। মখোয় ইচেবু মওং অমদা য়াম্না থুনা পুগাদবগী তৌই। য়াখিদে। লৈকায়গী মীওই কয়াসু অমমম অনীনী অসুম লাকপনা মী য়ামথৎলক্কদবগুম তৌরক্লবদা, ইরোই লোইবা ওইনা তম্ফা ঐখোয়না ঙসি ফারবনি হায়দুনা অইবা চে চাং কয়া মখোয়না পীরমদুনা য়ুমদগী পুখিবনি।

চেদুদা ফাবা লাক্লিবা মহাক্কী মমিং নাইক বলবির কৌই। মদুগী উহৌবা শাক্ষি ওইনা অহানবদা মহেন্দ্র অমসুং অনীশুবদা পানিলাল হায়দুনা চে অদুদা ময়েক শেংনা থাই। চেদু পীরম্লবা মতুংদা মখোয় য়াম্না থুনা মফমদু থাদোক্তুনা চৎখি। মখোয় চৎখিবদা য়াম্না চিকই। হৌজিক্তা চরাং খোইরাংনখিবা মফম্নি হায়বা থাজখিদে। অচিকপা খোঞ্জেল অদুমক ইমাগী মীকপ খোঞ্জেল অমনা থুগায়রকখি। ইমানা মচানুপীদু শিববগুম কপখি। ঐখোয়দি শিখিবা নত্তে। লৈবাক্কী চৎনলোন্দা বিচার তৌদুনা ৱায়েল চখরবা মতুংদা শোয়দনা অতাবী অমা খঙনা ঐখোয় পূন্না লৈমিন্নগনি হায়দুনা ইমাবু থেমজিনখি। সিফায়না মী ফারগা হাত্তোকই হায়বগী ৱাখল ঐখোয়দা লৈখিদে।

পূন্নমক্তুগী ওল্লতৈনবদা ইমানা খনবদু চুমখি। ফা পুনবগী চে চাং পীরম্লবা মহাক ঙারিয়ান লম্বীদা অশিবা হকচাং ওইনা উতুপ তাবগুম তাদুনা লৈরমখি। মসিবু করম্বা মীওইবনা পেনগনি ? অসুক থম্মোয় কায়বা থৌদোক অমা ঐখোয় থেংনখিদে। পূন্নমক অমতা থাজদনা খোকপদি খোক্লরে। মসিবু করিনি হায়না লৌগনি ? ঙসি, সিফায়শিং অদুনা পীরম্লিবা চে অদুবু ইচেগী থৱায়গা শিন্নদুনা পীরম্লিব্রা ? করম্না মদুবু অশি চেবাও ওইনা লৌগনি ? সিফায়শিং অসিবু লমদমসিদা মীহাৎপগী অয়াচে পায়রবা মীওইশিংরা ?

য়াম্না মথৱায় শোক্লবা মওংদা কৈথেল নুপীশিংনা অশিবা হংবা চৎলুবা মতমদা মৌপ্বা অদুনা মমিত্তা মপি তারদুনা পাউদমখি। ঙসি, লমদমসিগী চৈথেং অসিবু

করম্বা নোংদমগী শাপ অমা ফংলদুনা মখল মথেলগী অম্লুক য়াম্লবা থৌদোকশিং অসি থোক্লরিবনো ?

কংলা মতম অমগী নিংথৌ পাল্লম্বা, নীংতম্লবা লৈবাক অমগী কোনুং ওইদুনা ঝায়েল থৌদা চথরম্বনি। মীতৈগী অরিবা লাইফম্লেন অসিদা লাইগী মীগী ঝা পূম্নমক্কী তাইওন্নরবা নুপীজা ওইরবী মহাকপু শরাক তম্লবা মতুংদা হাৎখিবনি। শারাক তমদুনা হাৎত্রিঙৈগী মমাংদা নুপী ওইবীগী শকতাক মফমশিং শাবাক ফাকখি। মনুং মপাল ফাওদোক ফাওজিন শান্নদুনা মীওইবগী অকাম্বা মচৎ মথি ফোঙহনখি। মীতম্বালশিংদুনা লু তোং পূম্নমক পুমথিৎ থিংপা লোইরবা মতুং চরা চরারবা, নুপীগী শক্তম পুরিবা মফমদুমক্তা নোংমৈ কাপশিনখিবনি। থোকখিবা থৌদোক অমগী খোঙ্গুল মুখৎননবা হোৎনখি। চনুরা অমবু অদুক শাথিনা ওৎলিবা থম্মোয়শিং অদুদা মীওইবগী ঈচেল চেল্লমগদ্রা ? নৎত্রেগা শাগী . . . ? তশেংনা মদুদি মীগী মচৎ নত্তে। লমচৎ অদুগীদমক মীয়াম পুন্না লাওখি।

খুৎলায় পায়বা, লমচৎনা মপুং ওইবা মীওইশিংনা মদুগুম্লবা থবক তৌবা তারবদি, লমদমসিদা কনাবু থাজবা য়ারিবগে ?

থরায় কনগদবা কাংবুনা

— থরায় লৌবা ঐখোয় য়ানীংদে।

মথৌ মশক খঙদবা সিফায়

— লমদমসিদগী লাপ্পা হনখ্রো।

মীয়ামগী পুন্সিবু

— সিফায়দা শিন্নবীগনু।

থরায়গী মমল খঙনা

— ঐখোয়বুসু হিংহল্লু।

কৈথেল ফম্বী নুপীশিংনা লাওর লাওরদুনা কংলা তম্মা ফুজিল্লকই। খজিক্তং হেন্না থৈথরদুনা চিফ মিনিষ্টরগী বঙ্গলো তম্মা মংকারকপগুম কপ্প কপ্পদুনা চংশিনখি। ইরাগী মথক্তা ইখেং শিঙ্ঘবগুম উই। পেন্দবনা মমিৎশিং ঙাংশং ঙাংশিল্লি। থম্মোয় কায়রবা মশক্লা অফ ফত্ত খন্দোকপা ঙমখিদে। অথিংবা অমতা পীরুবা য়াদ্রবা য়াচল য়াওদ্রবা শগোলগুম ঙাউখি।

পুলিসশিংনা খাম্মী।

হৌজিক্তি অচুম্বা মাংখিদনবা কন্না শেন্নগদবা মিকুপ্পি। ইহৌ শাগত্তুনা অচুম্বা লোৎশিন্নবা শিল্লোয়দবনি।

মী শিরগবু কমদৌনা ইংথবা ঙমগনি। থরায পাল্লিবশিংগীদি শিবা হায়বসি পূল্লোই লোইরবা মশক্লি। অশিবগী ঝাবু করম্বা ঝায়েলনা ইংগনি ? নুপীশিংনা লাওখি।

মমিত্তা লাইরিক উহৌবা কাংবুনা লাওই,

'মীওইবগী হক পুম্নমক মৎলিবা আর্ম ফোর্সেস (স্পিসিএল পবার) এক্ট ১৯৫৮ সিনা মীওইবগী পুন্সিবু মমল অমতা য়াওহন্দরে। মসিগী মপান্না থবায়বু নোংমৈ মরক্দা পুদুনা চৎলে। শাদোংগী মথৌ ইথেং শিন্থহন্নবা, ওইনা থোক্লরে। এক্ট অসি লৌথোকউ। সিফায়গী লম ওইহন্দুনা, মীওইববু খৃৎলায়গী শিন্দমফম ওইহনগনু। থবায় অমসুং হিংবা অনীগী মমল লৈহন্নু। এক্ট অসিবু শিংনরদুনা মথোৎ কারক্লিবী নুপীজা অমনা চরা হেল্লিবসি, অচম্বা মওং নৎতে। মথোয়গী নম্ফু শাজৎ হৈনবা মওংদুনা নম্ফুদা ওইহনবনা অতোপ্পনি। ৱাহৌ অদুসু, মীহাৎ কয়াগীনি। বোম ফুম্নম্বা, পুন্সি পিথম্নখিবা, মীচম কয়া হাৎখিবা . . . মসিবু তরাইবা ৱাফম্না ?'

লমদমসিবু অসুম্না অসুম লৈরগদ্রা ?
ইমা ইবেলশিংসি অসুম্না অসুম অহিং মিশেল খাঙদুনা,
অহিংগী লালহৌ ঙাক্কুনা অসুম লৈরগদ্রা ?
কৈথেলগী পুন্সি লোইরগা
মৈরা শঙদা মিশেল খাংলি,
থবায় কয়া শঙলি
মমল যৌরি পুন্সিগী
মৈশেং তাক্লি থবায়গী
মমল লৈহন্নু পুন্সিবু, থবায়বু চুম্না হিংহনবীয়ু
মৈরা শঙদা অহিং অহিং তেংথা ঈশৈ শক্লি
পুন্সিগীদমক, থবায়গীদমক, তুংগী মীরোলগীদমক।



মীওইবসি মহৌশা নৎত্রে। মীওইবগী ব্বাখল পোথি পূন্নমক পুমণ্ডন ওনখ্রে। অনৌবা মশক কয়াতনা থল্লে তাইবঙপাল। অসুম্না হোংলক্লিবা মশক অসিদা মীওইবগী হোংহল্লক্লিবা মশক অসিসু ঐখোয়না শেমজবনি হায়খিগদ্রা ? করিনা মীওইববু অসুক হোংহল্লিবনো ? মতমদুদসু খরদি হোংখি। নুপীনা লাইরিক তম্বা খরা খরা হৌনরকখি। ইনেসু মমা মপানা লাইরিক তমহনখি। করম্না মপুম ফানা তম্বা ঙমগনি মশানদি ফজনা তম্নীংদনা। লাইরিক ময়েক চৎপা হৌরকপদা স্কুল কাবা তোকখি। ফি শাখি। মতমদুগী মথোং কামিন্নরকপা কয়া ফিশাকোন্দা ফমদুনা ফিশা হেনবা তান্নখি।

'সিগদি ঐগী ফিগোন তরুক তানখৎলক্লিবনি।'

'ঐগীসুনি। হন্দক্কী ফিশাসি লোইরকপদা ইমানা ফনেক লৈবীনি হায়। খরা থুনা লোইশিন্দবা য়াদবনি।' কন্না তকখৎখি।

'ঐগীসু ঙসি হয়েংসিদা লোইশিন্দবা য়াদবনি। লোইবুদি লোইরনি হায়ববু চনাং থাগনি খনবদা তনবু তল্লি।'

'তনবুদি তল্লি হায়ববু, শুদবা য়াদে। ঐদি শক্তি উতি লাকপনি য়াম্না তল্লিবসি। মনম ইনম নমথিরদনা। মসি খল্লুরবদি ফিদুকসি শাদবা ফবনি। শিন চৎপগা, পৈশা ওহ্নোকপগা খরা নুংঙাইবসিদা শাবগী ব্বানি। নৎত্রবদি তোক্লগাদবনি।'

'পৈশাদি নুংঙাই। ফি অমমমদা পৈশা অহুম অহুম্নি ফংগদৌরিবসি য়েংউদনা। মদু খল্লুবদা খূৎশা নমথিরবসু নমথিনা অসুম শারবনি।'

'হোইদা ! নুংঙাইবা ঙাক্তসু থিবা য়াদে।'

ব্বারী শারিঙৈ, ইমুংদগী মমানা কৌরকই, 'ইবেম্মা চাকসি কমদৌগে হায়বনো ?' শারিঙৈদা চাহৌরো। থাংদোক্লল্লগে। য়ুম্লোন পরেং পূন্নমক শিন কাবা তান্নদুনা ফি শামিম্নৈ। ফি চনাং লাকপা মতমদা পূন্না অমগা অমগা মতেং পাংনদুনা শুমিম্নৈ। চনাং থামিম্নৈ লং মেৎমিয়্নৈ। অহেন হেন্দ ফনা তান্নদুনসু অমনা অমবুদি মতেং পাংনৈ।

ফি শারিঙৈদা চাক্ক চানীংবা নত্তে। ফজনা লাম্লবতদা খঙলকই চাক লাম্লে হায়বা। মমানা চাক্কীদমক কন্না পান্নে। অদুগা অমুকসু, থবক হায়বসি শুবা হৌখ্রবদি পংশুদা শুদুনা অসুম লৈনীংঙি। লেপ্পুরগা অমুক হন্না হঞ্জিন্দুনা শুবা তল্লি। থবক্কী নিশা হায়বসি মওং অমনি।

অবোক্লা ইনেবু য়াম্না থাগৎলি। মচানুপী অহলনি। হৈবা হৈতবা থবক কয়াদা নমদুনা মতেং পাংহল্লক্লবনি। শিন হৈবীনি। মরক মরক্তা হেক হেক হায়, মথৌদা মপুক্লীং চংখরবা, খোইজংবা ইচানুপীনি। 'মথৌ মশক খঙবনিনা শিন পাংনা থবক তৌবা ঙম্মী। মানা শাবা ফিদি ফজখ্রে। লৈকায় অসিদা লৈতে হায়বা য়াই।'

'শিন তম্বীবদা ৱাখিদব্রা ?'

'ৱাখিদে। অমুকখক্তি, ফৈজোম অনানবা শুদুনা ঐখোয়নী ফি মচিন মচিন্দা পায়নদুনা ফি ফাকপগী চিংনবদা লৈবাক্তা থাধখিদুনা পুরা মোৎপা, ঙৌশোক ঙৌবা ফিদু অমুক হন্না শুবা তারবদা ঐখোয়নী য়েংনদুনা কপমিন্নখি। মাদি অঙাঙনি ফি চিংবা হৈবেদি নৎতে, মীরোল লৈতবনিনা তৌদবদি য়াদ . . . ইচাদু নুংশিখ্রবনি। ঐখোয়নী য়েংনরগা কপ্লসি . . . কপ্লসি . . .। মদু নৎতবা অতৈদি থেংনখিদে।' ৱারীসি অবোক্লা লীবা মতমদা মপুক্লীং য়াম্না নুংশিনা, মথৱায় তানা লীখ্রপোৎনি।

খঙহৌদনা মতম্না ইনখি। পুংকক চাউরকই। মতম হায়বসি মী ইনবনি। লৈশাবী ফারক্লবদি চৎনবীনা লুহোংনবা শিন্নবা ঙাক্তনি। চেনবা চোংবা তৌরবদি লুহোংবা য়াদে। চৎনবীনা চেল্লুরবীবু লুহোংবা থিংঙি। নিঙোলদি তশেংনা মমা মপাগী মরলগুম হিংলম্মী। থাজনীংবা মফমদা থাজদুনা অওং অউল তম্লগা লুহোংনরম্মী। ইনেদি থাজবা ফংখিদে। মপুক্সিদা লুহোং কোইবা ফংজখিদ্রবনি। লৈকায়দা চাদুনা লৈবা নহা অমদা পুক্সিগী খোঙদোই হুনমিন্নখি। মাম্মদু দাইভরনি হায়নৈ। মথোং চাবদি মানখিদে।

পুক্সি হায়বসিদি থৌদোকশিংনা মথং মথং ননশিনখিবদুনি। থৌদোক লৈহৌদবা পুক্সিদি হৌখিবা য়াওদ্রবা, হিংলিবতনা লোইরবা পুক্সিনি। থৌদোক্কীদমক পুক্সিনা হিংলুবা নৎত্রগসু থৌদোকপুদি তঙাইফদনা মায়য়োক্লগদবনি। ইনেগী খ্বাইদগী চাউরবা পুক্সিগী থৌদোক্তি য়ুম পানবগী মওং অদুনা ওইখি। নীংশিংলি। মদুমদি খক কাওববোই। অবোক্লবু হেন্না নীংশিংহনখি। মচানুপীবু চাউনা লুহোংনীংখি। মপাবুংনা থাজবা মফমদা দান পীদুনা মশক থোকপা মরী অমা শাগৎচনীংবনি। পুন্নমক অরেম্বা তাখি। চৎনবীনা থুংবীরম্বা শরুক্তা মদু পুন্নমক অমতা য়াওখিদে। পাম্বোম তিংনা মচাগীদমক খুৎ তিংগোক্লুবা ঙমখিদে। থম্মোয়দা ময়াক থিরবা থওংনা য়াক্তুনা লৈখি। হন্না হন্না হংজখি, ইচানুপীদু করম লেপ্লমগদবা ? মাবু করি চাদুনা লেপ্লমগদগে ?

নুংশিবনা নুংশিবগী মরল ওইদুনা থম্মোয়বু কনশিন্দুনা থমখি। থম্মোয়দগী

থাদোকখ্রো হায়বা খক য়াখিদে। মমানা মচা নুংশিববু অদুনি অদানি হায়দুনা মশক তাকপা ঙমগদ্রা ? পংনুংদা নুংশিবনি। নুংশিফম থোক্তে খল্লগনা থোইনা হেন্না নুংশিরিবনি। ব্রাখলগী অমসুং মরমচাবা মরমগী মতুংইন্না থম্মোয়গী মরী শাগৎপা মীওইবনা খক ঙমদে। শিরমদাই মতমদা মচানুপী কোকহন লাইহনগীদমক য়াম্না ব্রাজখি ।

'নচেদু কমদৌরি ? কদায়দা লৈ ?' মচানুপাদা অবোক্না তৎতনা হংই। হেক উদবগা থিরকই।

'সিদা লৈরিবসিদি . . .।'

'ব্রা হায়গে। কৌশিল্লকউ।' থোঙঙারেলগী নাক য়ৌগদবা মতম নকশিল্লক্রবনি। মখোল কন্না ব্রা ঙাংবা ঙমদ্রে। ইনে চংখি। অবোক্কী মনাক য়াম্না নকশিল্লি। অবোক্না তপ্না হায়রকখি, 'নঙ নৌপ্বানা য়ারোইদবা থবক খক কৈদৌঙৈ তৌগনু। নচিন নৌপ্বা থাদোক্লদনা য়ুমসিদা পুক্সি চুপ্না লৈমিন্নৌ।' করি খনখিবনো খঙদে। ব্রাহৈসি হায়রকপদা অবোক মমিত্তগী মপি লেপ্না লৈতনা শিঙ্করকখি। ব্রাফমদুদা পৃথিবীদা খ্বাইদগী লুবা ব্রা অমা ফুমদুনা থম্বগুম মচানুপীবু মুন্না য়েংই। ইনেসু য়েংখি। য়েংমিন্নখি। মমিৎ মরিমক য়েংন য়েংননা মপিসু লেপ্না লৈতনা শিঙ্খি। পুক্সিগী মশক্তা থম্মোয়গী লোল অমা মতম চুপ্পগী য়াওদুনা লৈরবগুম উই। মসিদি লৌশিনবা হৈবা, খুনবা হৈবা মীতনা অর্থ খঙগনি। খুনদবসু য়াদবনি। অরেম্বদা শন্দোকহন্দুনা মাংহনবা তারবদি, থম্মোয় মশক খঙ্দবা, মীওইবগী মশক য়াওদবা মী ওইরুগদৌরিবনি।

'ইমা ! ইমা . . .।' ইনেনা কপ্না কপ্না কৌখি।

'য়াম্না লাংগনু। ইংনা চেকশিন্না লম্বী খুদিংমক্তা খোঙ থাংননবা হোৎনৌ। নঙনা নহা ওইরিঙৈদো লাংবা মওংদু হৌজিক্তি য়াররোই। ঐনা হিংগে হায়দুনা হিংলবদা কয়াম কুইনা হিংখিগনি ? নৌপ্বা অসিনা নঙগীদমক নমাংদা লেপ্না, অমত্তা ঙায়রবা খোঙদাফম ওইহৌরগদবনি। নতুংদদি নঙগী নমিতা মঙাইরবনি। ঐ নঙগীদমক ব্রাইনে।' ব্রাহৈশিংসি হায়না হায়না মমিত্তা হেন্না হেন্না ইচেল নাইরবা পিশিং চেঙ্করকই। থম্মোয়দা করিগীনো খঙদনা থুক লাওখি।

পুক্সিসি পুক্সিগী খন্না পুক্সিবু অসুম হোংহনখি।

মশানা পুখিবা পুক্সিগী মশক্না থম্মোয়বুসু পুখি।

থম্মোয় অমসুং হকচাংগী খেন্নবা মশক থোক্রকই।

পুক্সিগী খোঙফমদা থাংলিবা খোঙথাং খুদিংমক করিদা শোয়খিগদগে খন্না শেন্নবীগনি খল্লম্বা ব্রাখল পূন্নমক, থোরক্লিবা পুক্সিগী মশক্না য়াম্না খেন্নরকখি। থবক ফত্ত্রবা মাল্লম্বা মহাক খাম্না তনবা কতন অমা ওইরম্মী। খুলগী ওইবা করিগুম্বা পোখোক অমা লৈরমদে। লৌফম মচা অমখক্তুনদি কৈদৌননি ? য়াম্না ফবা লৌসু নত্তে। ফনা

য়াম্না ফবা মফম ওইরবসু চহী চুপ্পা লৌউ পম্বা ওইদুনা লৈবা য়াবা নত্তে। লৌউ পম্বা অদুতমক লৌ কন্না উরগা অরেম্বা, শাংলবা মতম অমদি কতন শিন্মী ওইনা লেনবা তাবনি। মতম লেন্ননবা অরাইবা থৌওং চত্থবা তারকই। খুনগী মী লোইনমক তৌই হায়বা নত্তে। অফবা, তন্দবা কয়াদি ফক শাই। লৌফক, ফৌয়ে ফক শাদুনা শেল তাল্লি । য়ুম, য়ুম খুদিংদা হৌনবা কনগদবা চহী ফারবা য়েম্লৌ য়াল্লি। পয়া শি। কনম কয়া লৌদুনা পৈশা, শেম্লোক লম্বী য়াংলি। তন্দবা কনানা খোং খুদিং শিক্কুনা ঙা ফাই। শিন্‌ফম ওইনা পান্দে হায়বতনি থবকতি ব্রাৎপা নত্তে। করম্বা মতমদা, করম্বা লমদা থবক অব্রাৎপা লৈবগে ? ব্রাৎলিবদি থবক শুনীংবগী মওং অমসুং অকনবা পুক্নীংগী থবক্কীদমক থবক ব্রাৎখিদে। ইশানা ইশাগী নুংঙাইনবা থবক তৌদুনা হোৎনজবা য়াই। অদুবু মহাক তনখি। থবক অমতা মায়পুননা তৌবা ঙমখিদে।

অহাওবা খঙবদি অতনবা মীতনা খরা খিৎ হেল্লি। মাম্মসু নুংঙাইবা খঙবা, অহাওবা চানীংবা মীওইনি। অহাওবা চানীংই। অহাওবা চানীংলবা, অমসুং নুংঙাইবা থিরিবা মহাক অদুগী অপেনবা তাইবঙদা খক থিবা ফংলোই। মহাক পেনখিদে। পেন্দবা ফোঙদোকই। ফোঙদোকফম অমা লৈতবা য়াদে। ইনেবু মহাক্কী পেন্দবা ফোঙদোকফম ওইখি। মনম চৈ কয়া চাখি। মীগা মীগগী মরক্তা লৈনবা মরীসিবু কৃরিনো ? করিনা অয়াম্বা মতমদা মসি শংতাইনবগে ? অমনা অমগী মথক্তা পেন্দে হায়বসি করিনো ? মসিগী অরোইবা মফম অমা শেম্বা হায়বসি করিনো অমা নৎত্রগা অমা অমনা অমদগী ফংননবা মৈথৌ থৌরকপা হায়বসি হৌনশানি। মাম্মসু থৌরকখি।

'নঙ য়াদ্রব্রা ?'

'করিনো য়াগদবসিবু ?'

'মখায় অমতদি পীরকউ হায়রেদনা।'

'ঐবু কদায়দগী পৈশানো ?'

'মদু ওইরগা শিকি অমতদি পীরকউ।'

'লৈতে হায়রেদনা।'

'নঙ অদুম্না তৌরক্কনু। ঐ হৌরক্কনি।'

'অদুবু ঐ কদায়দগী লৌরুচো হায়রিনো ?'

'ঐদি ঐঙোন্দা মদুগী মরম হংলকউ হায়বা নত্তে।'

'লৈতে হায়রেদনা।'

ইনেবু য়ুথকশেন, অঙাউশেন তান্‌ফম ওইখি। লৈত্রবসু লৈত লৈতনা লৈতব য়াহন্দে। ইনেনা শাগৎচখিবা পুন্সিগী হুন্নিবা মিহুনগী ওন্ন তৈনবা মায়কৈদা থম্মোয়র্গী মিহুন হুন্নরে। পুন্নমকসি ফন্না ব্রাদুনসু, অব্রাবসিতা ফংজগে খন্না নিদুনা লৌরুবগুম খাংবা তাখি। ময়ুম্না ইম্লোক্লবনিনা পাউ অমতগী শামিন ফংহন্নীংখিদে। লমকেৎপী

ওইরুবগী মমল ওইনা লৌখিগদ্রা কিজৈ। অদুবু নিঙোন্না মমাদগী করি করম্বা মওংদা লোৎকনি ? লোৎপা ঙমখিদে। মমানা মচাগী ফিভম থিখি। অমত্তা চিগ্গদনা খঙঙি। মপাইবুংঙো খঙহন্দনা লোন্না উননবা হোৎনখি। উনখি।

থাইনা মফমদুদা খঙনখিবা অমদি লৈখিবনি। ঙসিসু খঙলমখিগদ্রা ? কদায়রাইদনো মখোয়গী লমজংদুবু ? থিবু থিরবদি অমসু অমসু ইখঙ খঙনবা ঙাক্তনি। মৈত্রবাক্তবু করি খঙদবা লৈগনি ? পিশক পিকপা লন্নি। নমদুনা মচানুপী উনখি। থাজদনা উনবা মওংদুদা মচানুপীনা মখোল নিক্রুপ ইমা খংকৌ কৌরকই। শকখঙনদবা মীগী ময়ুমদুদা উনবা ওইদুনসু থম্মোয়গা থম্মোয়গা লৈনবা মরীদুনা ইকাই ইকি পুন্নমক মপান থোকখি। কাওথোকখি। থম্মোয়না থম্মোয়দা চংশিনখি। ফিভম শোক্লবা মচানুপীগী মশক উরুবদা থম্মোয় পুবা ঙমখিদে। মহৌশাদি কুচু খরা লৈশিঙ্গরবসু মায়থোংদু তনান তনানবা অমদি য়াওজবনি। ঙসিদি মুশুক মুরে। কাহন্নুনা য়েংবা য়াদ্রে। মায়হিংতনা পুময়োম য়োল্লবা মওংদো য়েংবা ব্বারে। মহৌশাগী ওইজবা মশক পূন্নমক পূম্মাং মাংলম্লে। মদুমক্লনি মখোয়নীমক অমনা অমদা ব্বা অমতা হায়নদনা মুন্না য়েংনদুনা লৈরিবা . . .

'ইবেম্মা, নঙ য়াম্না ব্বারব্রা ?' অবোক্লা হংখি।

'ঐ অমতা খঙদে।' ইনেনা খুল্লকই। ব্বাহং পাউখুম অনীদুনা অমনা অমগী থম্মোয়দা লৈনবা মশক্তি খঙনখি। অমনা অমগী ওইরিবা ফিভমদি হায়দোক্লখিদে। ইচাসি অসুন্না অসুম মাংবা তারে। মমানা ব্বাহৈসি হায়রকপা মতমদদি ইনে খাংবা ঙমখিদে। মখোল থোক্তনা কপ্লম্বদগী, মমায় উপশিন্দুনা ব্বা ব্বা কপথোরকখি। মসিনি মমা মচা। মমা মচাগী মরীনা করিগুম্বা লাপ্নরম্বা অমদগী অমুক্তং শম্বা হৌখ্রবদি, তাইবঙগী পো অমসু কাংবা হৌরবনি। মমানা মচাগী হক্কল্লিভৈদো করম্বা মচাবু তরাইনা মাংগদগে ? শোয়দনা থৌদোক অমা নৎত্রগা অমা লাকপা তাবনি। মচাবু অমুক্তং মকোক্তা নম্বুবীদুনা, মতমদুগী পাংবা য়াবা মতেং পাংলম্লগা অবোক হক্লকখি।

য়ুমদা হক্লক্লগা অবোক ব্বাখল খনখি।

মৈথৌ ফননবা থাউ শুংদুনা থাউ থাকপা তাই। মপা হক্লকপা ঙাইদুনা লৈখি। হেক হক্লকপদা পুক্লীং পেন্ননবা থবক হৌই। ইথৌনা পামজবা কফি লোন্দুনা পীথকখি। ইমুং মনুংগী কুপ্লোম তনচেন, তনচেন চেন্দুনা নোম্মী। অহোবা অমতা লৈহন্দে। মপুরোইবনা ব্বা ঙাংলকপা ঙাইখি।

'ঙসিদি মমা ইবেম্মসি মওং অমনি।' ব্বাহৈদুদা মমা ইবেম্মা মোমোন নোকচৈ। মপুক্লীংদা থাজবা লাকখি। কুইনা তিন্নরক্লবা পুক্তিগী অমনা অমদা চংশিনখিবা পুক্লীং হ্লথিল মমুৎ তানা খঙলবা অবোক্লি। মসিনা ব্বাহৌদোক ওইদুনা শেমগৎখিবা য়ুম্বানবগী লম্বীনি। অসুক শাংলবা মতমসি মায় পাক্লা য়ুম পুরিবা মহাক্লা মসি কমদৌনা

খঙলোইদৌরিবনো ? অবোক ফজনা খঙখি। মোমোন মোমোন নোক্না মপুরোইবদা মিৎয়েং চিংশিন্না য়েংজৈ।

'ঙসিদি নঙসে য়াম্না ফজৈ।' লোন্না, তপ্পা ইথৌনা হায়খি।

'তৌরক্রুদবনি মোই মপাগী হৌনবী।' ওইনজখি।

'ঙসি নঙনা অসুক কেরিবা করিগীনো ?' হেন্না থম্মোয় থেমজিল্লি।

'হনুবা অমা ঐ য়েংবীদবা কুইরে। ঐসিবু করিদা শোয়রবগে খন্দুনা য়েংবীনবা হোৎনজরিবনি। য়ুম অমতদা পুন্না লৈমিন্নরগা অমনা অমবু শক খঙনদবগুম তোপ্পা লৈনববু করিদা নুংঙাইবগে ?' হেন্না মপুক্লীং ফাজিন্নবা ৱাঙাং, চেপয়েং য়েংদুনা অবোকসু খুম্মী। অসিগুম্লবা চেপয়েং অসিদনি ইথৌনা অবোক্কী মফমদা হৌজ হৌজ শাউরু বা মতমদা মায়থিরিবা। অতেবা হুইগুম মনা লেকথরিবা মসিদনি।

'অদুদি য়েংতাবেদনা।'

'য়েংনীংব্রনে ?' লক্লবগুম ওইনবগুম অমুকসু হংখি।

'য়েংননবা য়ুমদা পুরকখিবনি। য়েংনীংঙি।'

'ঐদি য়েংজনীংদে।' অমুক্কা হেন্না ওইনখি।

'হৌজিক্তা য়েংহন্নীংঙি হায়খিবদাই।'

'য়েংহন্নীংববু য়েংনীংব্রা ? য়েংনীংবগা, য়েংহন্নীংবগা য়াম্না খেন্নবা লৈ। মান্নদে। ঐদি য়েংহন্নীংঙি হায়জবনি। য়েংনীংঙি হায়জবা নৎচদে।' পাউরোল থাখি। থম্মোয়বু লেংহনবা পুন্সিগী অর্থ কয়া কয়া পুদুনা লৈবগদবা পাউরোল থাখি।

'ঐদি য়েংগনি। ঙসিদি পেন্না য়েংগনি।'

'অদুম্না য়েংলক্লবদি ঐদি ইকাইরকই।'

'নত্তে। য়েংগনি।'

'অদো ৱা অমদি।'

'করি ৱানো ?'

'শাউরক্কদ্রা খঙদে।' হায়নীংবা ৱা পুকচেল তিংনা ফোঙদোকপা ঙম্নবা ৱাহৌ অমনা হৌখি।

'শাউগদবা ৱাতা হায়গনু করিগী শাউরুনি ?' খঙলে, খোন্‌ফমসি য়ৌরক্লবদি থবক পাংবা য়ারগনি। অবোক য়াম্না শিংখি। ৱা হৌদোরকই, 'ঐখোয় ইবেমহলদো . . .' মচানুপী অহলগী ৱা পল্লকপদা ওইরম্বা ফিভম খংহন হুনখি। তুমিন উংদুনা লৈ। পুক্নীংগী মশক পুম্বা ফমজিল্লবা উনগী মতৌগুমই। থবক পাংবা য়াগদবা মানবা মশক মচেৎ অমতা য়াওদে। ফিভমদু উংদুনা লৈবা মানখি। ৱা মখা হায়গদবা কিবা অমা য়াওই। অবোক মশানা মশাগী ৱাফম অদু হৌদোক্লবগী অকিবা মশক অমা ফাওরকপা মতমদুদা, 'মাবু য়াম্না ৱারে হায়ব্রা ?' হায়না য়াম্না তপ্পা হংলকখি।

মচানুপীগী ৱা মহাকসু খঙলক্ষ্মী। করিগী খঙলোয় ? মাগীসু মচানি । থৱায় অমগা থৱায় অমগা তিনশিন্নদুনা, অনীগী অপুনবা মশক অমনা থৱায়দু মৈচম ওইনা চমদুনা পুথোকখিবনি। মরমসিনা অমসু অমসু মান্নরবা শকফম, ৱাখল পূন্নমকসিদা য়াওবা তাবনি। য়াওরিবনি।

মচানুপী অহল, কোকহল লাইহন ওইবগী মচু তানা, ময়ুম মকৈ পালহনবা ঙমখিদে। মদুগী মহুৎ কৈন্যা কৎখি। পুক্লীংগী অপাম্বা ফনা লৈদুনসু পাংথোকপা ঙমখিদে। অহল লমনগী ৱানা কনবা হেনখি। চৎনবীগী পুল্লিবা লিপুন্না পূন্নমক্কী মথক কাখৎখি। চন্দোন শেন্‌খায় চৎনরল্লিবনি। চৎনবী খজিক কায়রুবদা মাংলে হায়দুনা হেক হেক ইঙ্খোকই। মাংলবা মী থৌদোক ৱাথোক থোক্লকপদা ইমুংদা লৈকায়গী মী অমতনা ইমুংদুদা চংলুবা য়াবা নত্তে। ৱাখ্রবা মশক্লি।

কাংবু অমনা অমাং অশেংবু মুক্লবা হৌরক্তুনা চনৈনবগী খম থেংলবা মতম ওইরকখি। অসিগুম্লবা চৎনবী অসিগা মুক্লবা হায়বসি মতমদুদা পাল্লিবা নিংথৌগা মুক্লবনি। মাংবা শেংবগী হৌফম, মকোক অদু মতমদুগী নিংথৌনা ওইখি। লোইলম ওইরুবনা লৈবাক্কী কারকপা শেনফম পূন্নমক্কা লোই লৈঙাক্লিবা কাংবুনা লৌশিনখ্রবদা, নিংথৌগী আই লাকফম অমা তোঙান্না শেম্বা তাখি। মরমসিনা নিংথৌনসু মসিদা পুক্লীং থিংজনবগুম ইঙ্খোক ইনশিনবু য়াম্না হকচিন্না লৌখি। পেন্দবা, য়ানীংদবা কয়া অসিগী মায়য়োক্তা মীওই কয়া থোরকখি। লৈখি। মসিদা নিংথৌনা পূমগুপ শুপ্লা মপু ওইজরবসু, লোই লৈঙাক অসিদদি মহাক্কী মগুন য়াম্না হঙ্গনা লৈরুবা ওইবনা ইঙ্খোক ইনশিন্দগী হেন্না কনবা দন্দি পীবা ঙমখিদে। মরমসিনা মতমসিদা খ্বাইদগী হেন্না ইঙ্খোক ইনশিন তৌনবা মতম ওইখি। য়াম্না হেন্না য়ানীংদবা কাংবুনা হেন্না কনবা ফিরেপ লৌখি। অদুবু মদু, লমসিগী অয়াম্বা মীশিংগী মায়য়োক্তা লৈবা তাখি। ইনেগী মবুখৌ অমদি দরবার মেম্বর ওইরল্লিবনি। ময়ুমদা লাইশঙ শাদুনা লাই লাৎলিবনি। কুম খুদিংগী ঝুলোন হৈরিবনি। লাইগী থৌগল তৌরিবা ইমুং অমনা, মতমদুগী ধর্মগা লৈনবা মশক অমদা করম্না মুক্লবা য়াওরুগনি ? মরমসিনা, ইনেগী পুন্সিসু চৎনবীগী চপ চারবা মরল ওইহনখি। চৎনবীনা পুন্সিবু পুদুনা চৎখিবা তাবনি। মশাগী নৎত্রগা ইমুংগী ৱাখল, লৌশিং, চপ চাবা ফিরেপ লৈহনখিদে। অৱা নুংঙাই, পামজবগী ৱাংমদা ফিভম পূন্নমক শংতাইনদুনা হিংবা তাখি।

‘মাবু য়াম্না ৱারে হায়ব্রা ?’ পুক্লীং য়াম্না শোঙ্গবা মওংদা অমুকসু তনহং হংলকখি।

‘মানবুদি কনাদা ৱাকৎলুনি ? মাদি ইঙ্খোক্লবীনি।’

‘মানসু ঐখোয়বু ইঙ্খোক্লমখি। ঐখোয়বু লৈবাক মাঙদা শাথিনা ইকাইবা পীরম্বনি। ঐগী পারী পুরীগী মশক অমদি চৎনবীগী মরীদা থওংদুনা য়াম্না লৈখা তাহনখি। মদুদা শোকখিবা থম্মোয়দুনা, মপা মচাগী মরীবুসু তোঙাম্লবা মরী অমা ওইহনখিবনি।’

ৱাহৈসি হায়রদুনা ৱাখল য়াম্না লুনা খন্থবগী মওংদা লৈখি। ‘হৌজিকপু মহাক য়াম্না বারে হায়ব্রা ?’ ৱাখল খন্থ খন্থনা হংলকখি।

‘উম য়াম্না ৱারমাল্লে।’ অবোক্লা খুমখি।

‘কুইরেদা উনখিদবা।’ হায়রগা তুমিন লৈখি, হৌজিক্তি চৎনবীসু খজিক খজিক মমায় লৈরকপগুম উই। কুইদ্রি, মৈ থাহন্দনা ফুমহনখ্রবা মী অশিবা কয়া লৈতৌদুনা লৌথোক্লগা মৈ থাদোকপা ঙম্বা মী খরসু থোরক্লমাল্লে। চৎনবীসে মতা অমা তৌরক্লি। অমগা অমগা য়াম্না থাজনরকত্রে।

‘ঐদি ইচা কোকহন লাইহন্নিনা মাতবু খল্লি।’

‘অদু ওইরগা, অমুক্তং লোন্না উনথোক্তুনা ফিভম খঙদোকউদনা। অওং অউন তৌরবসু তৌবা হায়বদুনি। অদুবু খরদি খন্থৌ। পুন্সি হায়বসি অপাম্বদি খন্দুনা তৌই হায়ববু, অপাম্বা পূম্নমক ওইহন্নীংবা মওং পূম্বা ওইহনবা য়াবা মশক অমদি নত্তে। তৌরুরিবা থবক্কী তারকপা ফল অদুদসু তঙাইফদনা চুশিন্ননবা শিনবা তাবনি। ইচানুপীগী পুন্সিসু মহাক্কী পামজবা মওংদুমদি মশানা খঞ্জখ্রে। অদুবু, মদুদা তারক্লিবা ফিভমদু মহাক মায়য়োক্লনবদি খলহৌদ্রে। পুন্সিবু মহাক্লা পুবা ঙমদ্রে। পুন্সিনা ইল্লকপা মওংদুদা মহাক চৎপা তাবনি। নঙসু ফিভম পূম্নমকসি খঙইদনা। মুন্না খল্লু।’ খাম্না লুবা মওং অমদা মহাক্লা হায়খি।

অবোক্লা মচানুপীবু লোন্না লোন্না উনরুরবা তুংদা লৈকায়দা ফোঙলকখি। ইঙ্গোক্লবগী ইকাইবা কয়া হন্থরকই। অমুক হন্না মরী অমা শন্নকই। চাক কৌদুনা অওং অউন তমখি নক্লরবা মরী ওইদুনসু হান্না মপামদা চংলমদবা ইনেগী মতেং কয়া মদুনা ওইখি। মদুমক্লা ফিভম পূম্নমক লাকশিল্লে, ফরে হায়বদি লানগনি। মদুগীসু মথক্তা লিন্না চিকপদি লাইয়েংবা ঙম্মী, ফত্তবা মীগীদি হিদাক লৈতে হায়বদুনি। ইনেগী ফিভম ফৎচিল্লকখিদে। মপামগা য়ানরবা মতুংদা মপুরোইবগী অকনবা মিৎয়েংগী মথক্তা করিগুম্বা খরা ইখৌলাংনা ফংনীংবা হেনগৎলকখি। পীয়ু হায়বদা তাদবা তারবদি ইখৌলাংবা হেনগৎলক্তুনা নৈবা হৌরকই। মচা পোক্তববু শাপ অমগুম খনবা লৈবাকসিদা, নক্লবশিংনসু ইনেবু মশক অমগুম খনবা হেল্লকখি। মীওইবগী পুন্সিদা ফন্না মীওইবগী অপাম্বদা চৎতুনসু লাইবক্কী চাউরবা মফম অমা কনশিন্দুনা লৈহল্লিবসি মসিদনি। ইনেসু, মপুন্সিগী ৱা কয়া খন্থরুরগা মদোম থম্মোয়দা খুত্তুম শুজরগা লেনবা তাখি।

মমাদা পাউ চেল্লকই।

ঐ লাক্লগে ইমা।

য়ুমদা হল্লক্লগে ঐ ।

নিঙোন্না মপামদা হল্লক্তুনা লৈবা পামদবা মরম্না য়াম্না খাংখিবনি। মপা, মপু

কৈরাক থারকপা মণ্ডাল নাইনা পাল্লম্বা ওইবনা হেন্নসু ফিভমদু পামখিদে। মরমসিনা ইনেবু ফনা য়াম্না ঙৌরবসু ঙৌনা নুপা ময়ুমদা থনম্মী। কাইনথংদনি মপামদা হল্লক্কুনা লৈরবদি। নুপা ময়ুমদা মং থম্লুনবা অহানবদদি ইথৌ কন্না হোৎনরম্মী। য়াররোই খঙলমাল্লে ইনেনা ঙমহনখি। পুক্সিগী মশক থৈরুবগুম থোক্লবা পুক্সিনা ইনেবু করিসু তম্বীখিদে হায়বদি য়াদে। মদুনা মতম চুপ্পগী ৱা ওইনা ঙংলুবদি য়াখিদে। অদুবু, ঈশৈদি ফারকখি।

য়াম্না থাজদনা, পুক্সিগী মশক্তা তিনখিবা শুর অমগী মশক ওইনা, মাম্মা মশা ঙমদ্রে হায়দুনা পাউ চেল্লকখি। নোংমতা অৱা নুংঙাইগী নৎত্রগা হিংলিবা পুক্সিগী মরমদা ৱা অমসু হায়নদ্রবা মহাক্কী পাউ চেল্লকপা হায়বসি ফরন্নরোই হায়বা খঙঙি। মসিদদি হান্নগী মরী নৎত্রগা পুক্লীংদা চুরকখিবা পুক্সিগী ৱাংমদা লৈবা ফিভম অমা ওইনা শকখঙনবা তাই। অত্মানা অত্মাদা তন্নরবা পাউনি।

‘ইবেমহল নঙবু কমদৌগে হায়বা ?’ ইথৌসু পাউদুনা মথম্মোয় নিকহনখিমাল্লে। য়াম্না পুক্লীং শোহনা মচানুপীদা হংখি। ইনে মমিত্তা ইরা চেল্লদুনা ইথৌবু তিঙক তিঙক য়েংদুনা লৈখি। পুক্লীংগী ৱা চিনবাহোংদা থোরকউ হায়বা য়াখিদে। মদুগীসু মথক্তা মফমদুগা লৈনবা মরী পূম্বা মশানা থদত্তুনা লাকখিবনি। কমদৌনা মসিদবু মফমদুগা মরী অমুক হন্না শমজিনগে হায়বা ঙমগনি ? অদুম ওইনমক পাউদুনা থম্মোয়দদি য়েরখি। পুক্সিগী মিহুন্দা চপ চাবা মশক থোকহনবা ঙমদ্রবসু থম্মোয়দা শৈদিনফম শেমখিবা মশক অদুদি মাংখ্রো য়াখিদে। লৈমিন্নরম্বা ফিভম্মা মরী শেমদুনা পুক্লীংনা পুক্লীংদা চাউরবা কিশি কিহনখি। খল্লুবদা পুক্লীং য়াম্না নৌথোকই। মরমসিমক্লনি পাউসি তারুবদা ঙসি মিৎলুদা পিরাং পৈখৎলরিবসি। মপাবুংদা করিসু ফোঙদোকপা ঙমখিদ্রবসু, মমাদদি হংখি, ‘ঐবু যুমদুদা চংলুবনা ফগদ্রা ?’ নুমিৎ, পুংফম য়েংবা হায়বসি লমসিগী চৎনবীনি। নুমিৎ অফবা অমা য়েংদুনা চৎখি।

কুইরবা লমদম্নি মীতৈগী অথৌবা কয়ানা নীংতম লানগী অরোইবা পুংজা ফাওবা ইশাগী শক্তম ঙাক্লনবা লানথেংনখিবা খোংজোমগা থংনবা লম, লমসিদনি পুক্সিগী হৌখ্রবা শরুকশিংনা লেপ্তুনা কৌরিবা। ফনা লৈমন ওইদুনসু নমখিবা মনমশিং থম্মোয়দা চুরি। কোকপা ঙমদনা মসিগী মফম কনশিল্লি। মশক মশা তাশিন খোইজিন্দুনা, চেং, ঙমু অনাবনা চাননবা পুখি। ৱাখলনুংদা পুরিবা মশকশিংসিনা ইনেবু খলহনখি, ঙসি ঐনা চৎলিসিবু অনাবা হংবা চৎলিব্রা ? নৎত্রগা অনাবা সেবা তৌবা চৎলিব্রা ? খঙখিদে। পুক্লীংদা ইয়ান্দা য়ানশিন্নরবা মশক অমনা পুরি। চৎখিবা খোঙচত্তা য়াম্না নীংঙমখিদে। নীংঙমদবা মশক পুরক্কুনা হল্লকপা তাখি। যুমদুদা অমুক চংলমদ্রে। মদুগী মহুৎ পাউ ওইনা পুরগা হল্লকপা তাখি তাই। হেক য়ৌবগা, মফমদুদা ৱা ৱা মী কপ্পবগী মখোল তারকই।

মতম অমদা পুন্সিগী ওইনা চৎখিবা য়ুম অদুদগী ঙসিদি অমুক পুন্সিগী ওইনা থোরক্লে খন্না থোক্লকপা তাখি। য়ুম অদুদগী থোরকখিবদি কুইরে। অদুমকপু হিংমিন্নরকখিবগী মশক খরদি ফুমদুনা লৈরম্বনি। মদুমক ইচম চম্বা মরী অমদি ওইখিদে। তশেংনা মরীদুনা অমনা অমবু শৌগত্তুনা লৈনরমদ্রবসু থম্মোয়দা লুম্বু লম্বু শাদুনা লৈরম্বনি। ঙসিদি মদুগী মরীখোল পূন্নমক নেমথহনবা তাখি। ফিভমসিনা মপাম লমদমবু হেন্না চেৎশিনবা য়ুম্ফম ওইহনখিবনি।

চহী ময়ায় চনশিল্লবা ইনেগীদমক ইধৌ য়াম্না ব্রাখল খনখিবা মাল্লি। মকা ইফোঙ ফোঙদোক্তনা তুমিন তুমিন হেক হেক লৈখি। থম্মোয়দা তাশিনবা ব্রাখল অমা লৈখিমাল্লে। মচানুপীবু মুন্না য়েংখি। নোংমা কৌশিল্লগা হংঙি, 'নঙবু ফিয়োনফম ফম্বা হৈগদ্রা ?' অবোক্লা মচানুপীগী মতেং পাংখি, 'হৈগনি। কন্নানবু হৈরগা পোল্লকপগে ? তন্ন তন্নগা মশানা হৈরকপা ঙাক্তনি। ইচাসু শোয়দনা হৈগনি।' শিনফম অমা পান্ননবা অবোক্লসু তকশিল্লকই। লুকমায় পান্ননবা কন্না হোৎনখি। পোৎফম অমা লৈবীদুনা মচানুপীগী ফমফম কনখি। ময়ুমদা পোৎফম ফম্বী ময়াম চাক খাংদুনা কৈথেল থোকখি। অহানবদা ফনা হৈরমদ্রবসু, ঙসিদি ফনা পকচরে।

কৈথেল অসিদগী লমদমসিগী ওইবা মশক কয়া হৌখ্রবনি। পাউ কয়া শন্দোকখ্রবনি। লৈবাক্কী মশক শেল্লকখি। ইনেগী পুন্সিসু, ইচম চম্না য়ুমদা লৈরম্বা মশক্তগী হোংলকখি। লৈবাক্কী ইরাং য়াওরকই। কৈথেল থোক্তবা নুমিৎ, য়ুমদা লৈবদা হৈনদবা মওং উরকই। হৈনবনা লমচৎ শেম্বা পুন্সিগী মশক্তা কৈথেন্দা শেমখিবা পুন্সিগী মশকসু তোঙানবা অমা লৈরকই। কৈথেলসি কৈথেল ফম্বীশিংদদি মখল মথেলগী লৈ শাৎলিবা লৈকোল অমা ওইখি।

# ৬

ইং, ১৫৮৭, মৈদিংঙু মুংয়াম্বা(১৫৬২–১৫৯৭) না পানবা মতমদা কৈথেলসি লিংখৎখিবনি। মণিপুরগী খ্বাইগী ময়োন্দা লৈবা কৈথেল অসি খ্বাইরমবন্দ কৌথিবগী চাউরবা মরমদি, খ্বাই নুংজেংবী চনুনা খ্বাই অরোইবা লম, লমলেন লমখৈদা নুমিৎ খুদিংগী কৈথেল কাদুনা ক্বা য়োল্লি। নোংমদি লাইয়িংথৌ ম্নামহিনা শায়োল পুথোক্তুনা খ্বাই নুংজেংবী চনুরা লক্লবদু খ্বাইগী মীয়াম্না উবদা লমখাংদা চৎকদবা মথৌ পন্দুনা হরাও কুম্মেগুম য়েংনখি। খ্বাইনা লমখাংদা পন্দুনা কুম্মে য়েংখি হায়দুনা খ্বাই লম পন্দ হায়বদগী মফম অদু খ্বাইরমবন্দ কৌনখি। মীয়াম্না মসিবু য়াম্না মরুওইবা মফম্নি হায়দুনা সনা কৈথেল হায়নসু মিঙ্গৌনৈ। থাইনদি মপুং ওইনা নুংথিলদা ফম্নরম্মী। য়ুমগী থৌ পুরিবী নুপীশিংনা মশাগী শিঙ্গা থারগা, নুংথিল পুং অহুম মরি তারকপা অদুবাইদা তপ্না তপ্না তিনখৎলক্তুনা, য়াম্না থেংলবা মতম ফাওবা কৈথেল অসি ফম্নরম্মী।

কৈথেল ফম্বা লোইরগা মায়কৈ মায়কৈগী ওইনা পূন্না হল্লক্লরম্মী। নুমিদাং ফম্বা কৈথেলগী পোৎ চৈ উননবা মৈ, ঙসিগুম তৌরম্বা নৎতে। থাও তাংলম্মী। হব্রা গাড়ী (থাউবু হব্রা কৌরম্মী। হব্রাগাড়ী হায়রিবসি থাউনা চেল্লি হায়দুনা কৌনরল্লিবনি) তাংলম্মী। সাইকল ফাওবা পংউ উনরমদে। মরম অদুনা উচাল মৈচাক্না কৈথেল ফম্বদা থান্নরল্লিবনি। কুম্লকপদা মখুত্তা উচাল মৈরাদু ফেরে ফেরে হাইদুনা কুম্লকপা মতমদা য়েংবা য়াম্না নুংঙাইরম্মী। ফজবদু শৈথাদুনা শৈশক্রোয়না শকই।

নুংশিদরা য়েংউ
উচালগী মৈরা
কপ্লীংদরা নঙবু
উরগা তোইনা

ঈশৈসি তারুরগা ঙসিদি করিগীদমক শৈশক অসি শক্লিবনো হায়বা হৌরক্লিবা অঙাঙশিংনা খক খঙবগী রা লৈতে। তশেংনা ঈশৈসিমক ইমা ইবেলশিংগী থৌ অমসুং, লমদমসিগী ওইবা শেনমিৎলোনগী মমি তারিবনি। ঙসিদি কৈথেল অসিমক লৈবাক্নী ওইরিবা ফিভম অমসুং খুন্নাইলোল অমগী মমি তারিবা মশক অসিদগী হেন্দোক্লদুনা

তমথিরবা লৈবাক্কী, হৌজিক হৌজিক থেংনরিবা মীহাৎ মীপুনগী মমি চাউনা তাররে। য়াম্না ওন্রে। কৈথেল ফমজদুনা পৈশা তাঞ্জরিবশিংগী মথক্তা মসিগী মৈহুম অসি কন্না তাশিল্লরি। হৌজিক্কী ওইবা চাউরবা ইহৌ অসিগী মরু ওইনা হৌরকখিবদি লমদমসিদা মীরৈবাক্তগী লাকপা সরকারগী লান্মী কয়ানা কৈথেলদা খূৎলায় পুদুনা চৎপদা মীওই অমদগী খঙহৌদনা কাপথোরকপা নোংমৈ মরু অমনা চন্না কৈথেল ফমজবী অমা পান্দুনা শিখি। কৈথেল ফম্বীশিং থকৎহনখি। মিপাইনদনা থরক হুনগৎখি। মৈ হৌনা শাউনখি। কৈথেল পুম্বা ব্বা ব্বা কায়খি।

কুইখিদ্রি। ঙরাং নহানতনি অসাম ৱাইফলসকী সিফায় কাংবু অমনা কৈথেল কাজরকপা কয়া তমথিনা শা ঙা ফুবগুম ফুরম্বা। ফ্রেন্দস সেনিমা মমাংদা চাদুনা লৈবা সিফায় অমা খঙহৌদবা মীওই অমনা নোংমৈ মুন্দুনা পুখি হায়বগী ৱাহৌদা অচৎ অওকশিং তমথিনা ফুরকখি। সেনিমা কন্না উৎলিঙৈ মতম্নি। পুমকায় কায়খি। চিংনবা নহা অমা মপাল কাংজৈবুংদা পুশিন্দুনা মফম খঙদনা কাপ্তুনা হাৎখি। খোইশাউনরবা সিফায়শিং অদুনা তৌথোরকপা মওং অদুমক য়েংহৈদ্রবা মশক্কি। মদুগী পুক্লীং ফাথবা ঙমদ্রিঙৈ, থোক্লকপা থৌদোক ওইরুবনা কৈথেল ফম্বীশিংদা য়াম্না হেন্না খোইশাউনহনখি। খাংবা ঙমহন্দে। ইমা ইবেনশিংনা লাওরকখি।

মীহাৎপা সিফায় দন্দি পীয়ু।

মথৌ চেকশিন্দবা সিফায় মফম লৌথোকউ।

অশিবগী চপ চাবা মহুৎ মরেং পীবা যাবা মওংদা মতেং পীয়ু। লাওর লাওরদুনা চিফ মিনিষ্টরগী শঙ্গাই তান্না চৎখি। অথোইবা মিনিষ্টর উনদুনা ৱারেপ লৌই। মরাল লৈরম্বা মী অমতা লেম্না থারোই। চপ চাবা মওংদা থিগৎকনি।

অমগা অমগা য়াশিন্নখি।

অশিববুদি হিঙ্গৎহনবা ঙমখিদে।

থম্মোয়গী মশকসু হোংহনবা য়াখিদে।

শিখিবা মহাক্তং মাংজরগা তোকখি। শোয়বদগী শিবা ওইরবসু, মীদি শিরবনি। মীহাৎপা অদুদি কমদৌখি ? কনানসু খঙখিদে। পুন্সি হায়বসি শিননবনি। লোইনমক শিগদবা ঙাক্তনি। অদুবু শিরিবা মীশি, মওং মতৌশিংনা থম্মোয়দা চল্লরিবা পাউখোঙ অমসুং পীররিবা চৈথেংদি মখল মথেলনি। মান্নদে। ৱাহং য়াম্না লাকখি। কৈথেলদুদা মদুগী ৱা লোইবা নাইখিদে। কৈথেল অসিদগী তানবা শেন্দোংনা পুন্সিগী ধারা মরী শেমজগে খঞ্জদুনা লাকখিবা মহাক, মদুগী ওন্নতৈনবদা থৱায়গী শ্বর শৎননবা থোরকপা ওইনা থোকখি।

মতম অমদদি কৈথেলসি বৃতিসকী রিজাব লম মনুংদা লৈরম্মী। শঙসু মশিং কয়া য়াল্লমদে। সুপ্নতগী মীওই লিশিং অনীখক্তগী ফমফম শেন্নগা মপাঙ্গোংগী শরুক্তা

হেন্না চাউনা লৈরম্বনি। ফমফম মপুসু মশিং অসিখক লৈরম্মী। খংনং চৈনবা পূম্নমক জুদিসিএল মেম্বরনা চৈরাপ কোট্টা বায়েন বীচার তৌরম্মী। মসিগী মমাং কুইরবদদি ফৈদাশিংনা বায়েলদুনা, ফৈদাপুঙ মথঙ্কা শঙ শাদুনা বায়েল্লম্বনি। মসিদা ফমফম ফংলবা মীনা, মশা মশানা কৈথেল ফম্বা ঙম্দ্রবা মতুংদা মশা মশাগী মচা মশুনা ফমফম ফংহৌবগী চংনবী মশাগী লৈজে। করিগুম্বা ফম্বীনবা লৈত্রবদি অতোপ্পা মীওইদা য়োম্থোকপসু চংনৈ। ইনেনা ঙসি ফিয়োনফমগী কৈথেল অসিদা ফম্নিবসি অতোপ্পা মীওই অমদগী ফমফম লৈহৌদুনা ফম্নিবনি। ফম্ফম ফংলে হায়দুনা অনৌবা মীওই অমনা হেক ফম্নুবা য়াবা নত্তে। হান্না ফম্নন্নিবা কয়াগা শকখঙ মায়খঙননবা থৌরম মচা অমা পাংথোক্কদৌরিবনি। মসিগী মতুংদা নে-তানা কৈথেক লুকমায় পানবা য়াম্নে। পোৎ য়োনবা মতমদসু, শাগৈগী ওইবা পোৎ য়োনবগী চংনবী লৈরম্মী। অশম্বা বা অমদা, শাগৈ শাগৈতনা য়োনগদবা পোৎ লৈরম্মী। খুদম ওইনা, মঙ্গল মকু তকখায়রবা মঙ্গল কংতকপু অঙোমতনা য়োল্লম্মী। কবোক্কা - লাইরিকয়েংবম, ক্ষেত্রিময়ুম, কোনোকনা, থাং-তেন্না, থাংজম্না, লিক কৌলশিংদি কৈথেল অসিদা তৌরাংবম, কাংঙবম, অমসুং কৈশামতনা শুরম্মী। পূম্নমকসি য়োনবা মতমদসু লমসিগী নুপীতনা মথোয় মশাগী মথৌশুম য়োল্লম্মী।

মতমদুগী কৈথেলদু কৈথেল হায়জবতনি ঙসিগুম য়োম্ননবা পোৎ চৈগী মশিং য়াম্নমদে। হৈ রা পোৎলম কয়া য়োল্লবসু মচল য়াম্না সুবদি নত্তে। হৌজিক্তি কৈথেল অসিদা ফংদবা পোৎলম অমতা লৈত্রে। মচল সুরে। নুপীশিংতনা চাবা কৈথেলতগী ওইবা হোটেলসু কৈথেল মনুংদা লৈরে। ইমুং অমদা হেক চংলিবা পোৎচং, খ্বাইদগী পিকপা অপিকপদগী, খ্বাইদগী চাউবা অচৌবা ফাওবা মফমসিদা ফংলে। ঙসিগী বায়েল থৌ পুদুনা খংনং চৈন পূম্নমক চৈরাপ্তা বায়েল্লে। চৈরাপ হায়না খঙনবিরসি কৈথেলগী থৌদোক রাথোক অয়াম্বা শংতাইননবা ইং ১৮৯৬ কী ২৬ নি পানবা পোইনুগী শগোনশেন্দা বোর সাহেবনা লৈবাক্কীসু বিচার তৌনবা হায়না লিংখৎখিবনি। ঙসিদি মসিসু য়াম্না চাউরবা মপাঙ্গল কল্লবা লোয়শঙ অমা ওইরবে। বিচার লোয়শঙসু মখল মখল য়াম্না লৈরে। মতমদুতদি সুপ্নতগী মসিমতনি।

ঐখোয়গী কৈথেলদা লৈরিবা মওং অসি মতম অমগী চাওখৎলে, চাওখৎলে হায়নরিবা লমদমশিংদা নুপীশিংগী ফংফম থোকপা হক কয়া ফংদ্রিঙৈদা চাউরবা হক কয়া ফংবতা নৎতনা মচা মশুশিংগী ওইবা পুক্সিগী শরুক কয়াসু লম্বী অসিনা শেম্বীরম্নবনি। মীওইবগী মশক শেম্বদা শরুক য়ারক্রবনি। গ্রীক্কী নুপীশিংদি লৈবাক্কী, ইমুংগী থবক থৌরমদা শরুক য়াহনবগী মহৎ ময়ুমদা নুপা নহা, মপুরোইবগী মমান্নবশিং কোইথোরকপদা, য়ুমগী অরোনবা কাদা লোৎশিন্নরম্নিবনি। লমসিগী নুপীশিংদি তশেংনা লৈবাক্কী থৌ করা কোকথোং নাদুনা পুরক্রবনি। মসি হায় হায়দুনসু ইজিপকী ক্লিওপ্রত্রগুম

সিজর অমসুং মার্ক এন্তোনি মায়য়োক্লখি হায়বা নত্তে। থৌনানা ফিভম শেমখিবনি। লাল তৌনদুনা মশাগী শক্তম কনবা ওন্নরোই খন্দুনা ইরাংদা খুদম চনখিবা নত্তে। মৌখাবু তাঙ্গোকখিবগী মশক য়াওখিদে। মায়য়োক য়াখিবনি। লিঙ্গোইভম্বীনি। লৈমদা লৈমা অশেংবনি। মচা মশু কয়াগী খনখিবনি। মীথোই মীহেনবা মী কয়া পুথোকখিবনি।

কৈথেল অসিমক মীতে জাতিনা হেক লৈরিমখে, ঐখোয়গী শক্তম ওাকপগী মশক্তা অসুম লৈরগদবা কংলাগী মনিংথংবা শরুক্তা য়োৎলিমখোও অমা ফাদনা লাপ্পবা মফম অসিদগী তশেংনমক্কীদি হৌরম্বনি। কৈথেল অসিগী খজিক্তং মমাং পাংনা থোরক্লগা য়েংবদা উরিবা ঈশিং খোং অসিমক, মতম অমগী কোনুং ওইরম্বা কংলাদা য়েক্লবা কয়ানা লান্দারকপা মতমদা ইরাই লাইনা চংবা ঙমদনবা তৌরম্বা থাঙ্গপাৎনি। মসি মতম অমগী লম অসিদা পাল্লম্বা, মতিক মথৌনা মপাঙ্গলতনা থংনবা লৈবাক কয়াদসু লমদমসিগী মশক তাক্লম্বা মৈদিংঙু খাগেম্বগী মতমদা হেন্না মশক থোক্লা শেন্নম্বনি। মাগী মতমদা থোল্লম্বা পল্লি ওসিসু খাগেমপল্লি হায়দুনা খওনদুনা লৈরি। ওসিদি পল্লিদি কায়খিবগুম তৌরে। মমিংসিদি হেন্না হেন্না মঙাল নাইরক্লি।

লাইবক থিবদি, কৈথেল অসি শিন্ফম ওইনা মচা মশু থাক্তুনা লুকময় পানজরিবা কয়াসি ওসিদি মীওই লিশিং লিশিং কয়াগী য়েংশিনফম ওইরক্লি। থৌদোক মচা অমগীসু থিংজিনফম ওইদুনা বানা মচা মশু থাকচরিবা কয়াবু অমুক্ত হেন্না ওৎলরি। মীয়ামগা মরী লৈনবা লৈনদবা মিৎমাংদা খজিক্তং তৌবা থবক্তা মকা ফন্না ফোঙদোক্লনবা পোৎফম অসিতবু উদুনা মখোল মচা অমগীসু কৈথেল থিংবা চৎনরক্লি।

ইনেনা বন্দবু শাউই।

মথৱায়গা মান্নরবগুম কৈথেলদা লৈনীংই।

কৈথেলগী হায়রবদি শিবা কিদে।

'ইনে নঙনা বন্দবু অদুক শাউরিবা করিগীনো ?'

'শাউদদি . . . শাউনীংঙি।'

'অদুবু মদু নঙতগীদি নত্তেদনা ! লৈবাক্কীনি।' অমুকসু হংজিনখি।

'বন্দবু কনাই লৈবাক্কীনো ? লৈবাক্কী নত্তে, মরম্নাইগী ওাক্তনি। থবক্কী, শেঙ্গা থুমজাগী, মথক থোংনীংবগী, পুন্নমকসিগীনি। লৈবাক্কী হায়বা বা অমা তোঙান্ন লৈত্তে। মী পুন্নমক্কী ওইবা বাবু লৈবাক্কী হায়দুনা মচেক ময়াদা হায়বগী বানি। হৌজিক্কী থৌ অয়াম্বদি অমনা অমদগী অঙম তান্নবা মশক অমা লৈনবা ওাক্তনি। লৈবাক্কী শাবনি। পুন্সিবু পুন্নমক্কী মশক্তা শিংনবা ওম্বা মীতনা লৈবাক্কী হায়বনি।'

'মদুদি লৈবাক্কী ওইবা থৌ অমতা লৈত্রা ?'

'লৈতে হায়বা নত্তে। থৌ অয়াম্বা মরম্নাইগী রান্দা শেম্বা শাবা ঙাক্তনি। অশেংবা লৈবাক্কী থৌ করিসু য়াওদে।'

'বন্দ হায়বসিদি ইনে পোত্থারগনিজনা।'

'মদুনা রা অমনি। মদুসু পোত্থাবা হায়রুবদি । য়াদে। পোত্থাবা হায়বা তারগদি ইশাগী অরা-নুংঙাই তুংইন্না শেমগদবনি। মীনা নমদুনা ইশাগী শিনফম মুনববু পোত্থাবা হায়বা য়াব্রা ? মসিদি ইশাগী ফিদা মুনখিবগা চপ মান্নে। লুকমায় মুনখিবনি। কৈথেন্দা লুকমায় পানজরিবা কয়াগী লুকমায় ছাক্তুনা লংথোকপবু করম্না পোত্থাবা ওইনা লৌগনি।' লুকমায় মুন্দুনা নক্ষুদা মীবু শিংনবনি। শিংনবা ভমদবা কয়াতনা তুম্মিন ইঙ্গবনি। অম্মানা অয়াবা পীবগী মশক নত্তে। থৱায়বু নমশিন্দুনা থম্লি। ঙসিদি মী পূম্নমক মী ওইদে। অকিবগী মশক্লা থৱায়বু নমশিন্দুনা থম্বনি। অকিবগী মশক্লা হকচাংগা থৱায়গা খাইবুং খাইবুং খায়দোক্লগা হিংনরি। লমদমগা-থৱায়গা, থৱায়গা হকচাংগা ইয়েৎ য়েৎশিন্নদুনা শেত্তোক্লবা য়াদ্রবা মতম্নি।' কৈথেলগী মরমদা হৌজিক্কী ফিভম হংলুরবদি মথং মথং হায়রক্কনি। পেন্দবা কয়া ফোঙদোরক্কনি। ঙসিদি ইনেসে য়াম্না মপুম ফাবা মী অমগুম্নে। হিরম কয়াদা মমুৎ তানা তানা ঙাংবা ঙম্নে। মী মনিল হায়বসি অঙকপগী মশক্নি।

অঙাঙ ওইরিঙৈদদি লক্করম্লিবনি।

অঙাঙ ওইরিঙৈদবু লক্লখিদবা কনা য়াওবগে ?

'ইবেমহল অসিবু কৈনো'

'কৈনি।'

'ওহ ! ফৌ থমফমবু অসুম্না শাব্রা ?'

'ঐদি কৈ হায়বনি।'

'কৈ হায়ববু ফৌ থম্ফম নৎত্রা ?'

'নত্তে শানি'

'কৈ শাগদৌরিবা ! কমদৌনা ?'

'শানি হায়বা নৎতে , কৈনি হায়বনি'

'অদুবু মকোক কদায়নো ?'

'ঐদি শাউনীংঙিদা।'

মখোই থিৎপমখৈ শাউখি। পুক্নিগী মওং মতৌদি কৌতাদা, উপুদা হাজিন্দুনা থম্বা য়াদনা মনিল ওন্দুনা পাইথোকখি। হুজ্জিল হুজ্জিল খোংবা ঈশৈগুম হুজিনবা য়াদে। হক্লক্রিবা হায়ববু রাখলনুংদা অঙাউবা নোংলৈগুম মরক মরক্তা লৈশিল্লক্লিবসি মঙাই। ইবেমহলসি তিংবা নুংঙাই, মবুক ফৈ হায়দুনা মমাম্নবশিং তোইনা হৌবা লাকখি। হৈখো,

চুমত্রে, হৈনৌ মখল কয়াগী, মতম মতমগী হৈ, হেক্তুনা চামিল্লখি। মেত্তুনা কোঙ্গাই চান্নখি। লৈ হেকমিন্নে। অমুকখক্তি লৈহাও হেক্রিবনি হায়দুনা উ কারগা হেক্কুব্দা উশা তেক্তুনা তারকখি। য়াম্না থিনা শোকখি। শিরগদ্রা খন্নরুই। অদুবু অদুম ফরকই। ডাক্তর কম্না য়েংখিবা নত্তে। চিঞ্জাক ফবনলি খঙদে,অমনি খঙদে, মশানা অদুম ফরকখি।

মী য়াম্না কিনখি। লৈহাওদগী তারকপা পাউদু তারগা হৈ-লৈ ফনা কুইনা হেক্রুখিদে। মতমদুগী অঙাওশিংদু হৌজিক্কুম মিংশিং নাশিংখিদে। উ কাবা হৈবা অঙাওগী মতুং কোইইন ইন্নরল্লিবনি। লৈ হেকহল্লি। হৈ-রা কাদুনা হেকহল্লি। লৈকায় লৈকায়গী লম্পাক মরাং কায়না লৈরম্মী। উরাওবী শান্নে। চোংফন, কৈ য়েন, মরুম্মকোনবী, মহৌশাগী মশক্তা তাংবা মশান্না কয়া শান্নে। খুৎশেমগী পোৎ, শৈশা পীদুনা লৈবা শান্নপোৎ শান্নখিদে। কোইনা চেল্লি। হৈ-রা কয়া য়োল্লমদে। অথন্নবা থরতনি য়োল্লিবদি। ওহ্রোক্লা নুংশি খত্নদুনা য়েংবদা অমনা অমগী অঙক্বা মতেং কয়া পাংনদুনা সংসারগী মরী শেম্মী।
ময়াম নোবাব মেত্তুনা চামিন্নে।

‘ঙসিদি হৈ অমেৎপসি হাওগদবা মাল্লি।’

‘হাওতদি কৈনো ?’ তিনবু চুম্মি।

‘ইতা ইবেমহলনা মেৎপদি নুরাও করিও, মশানা হাওবা তাবনি।’ খঙহৌদনা অমন হায়রকপদা ময়াম ৱা লাওনা নোকখি। ইনেদি ইকাইখিবনা, ইকাইখিবনা মমায় থাঙ্গৎপ ঙমদনা, হৈ মেৎপসু ঙমদ মমায় লুকথদুনা লৈখি। লক্লবনি হায়বা য়ৌনা কাওখি। মমান্নবী কয়াদি ৱাহায় কয়াদু মশাদা পাল্লে খন্না নুংঙাই। মচিন খুম খুমদুনা নোকখি। নুংঙাইজখি হেন্না লক্লনীংখি। ‘তশেংনা নুরা য়াওরব্রা নঙনা অদুক য়াম্না ইকাইরিববু ? শেংনা হায়রগদি ইনেদি হৈবী তৈবীনি। হকচাং শেংনা ইরু মাইথজদুনা ৱাওদনব হৈবীগা চুহীগা য়ান্নরদুনা মতমদুগী লুবা নানবা পামজবা মীওইশিংনা তৈনরম্মী। মদু উনশাগী মচু লোক্তুনা ফজহল্লরম্মী। ইনেসু মদু তৈদুনা কুচু পালহল্লি। ইনেগী কেজব মওং মখোয় লোইনা মতৌ তল্লিবনি। তিন্নবা নুংঙাইজবগী লক্লরিবনি। কুচুদবু খজিকত লৈশিল্লি হায়জবতনি। তৌথোরকপা ইরুদা লুবা মশক্লি। নোংফাদোক কেনা নাচো চিন্দুনা থোরকপা থোক্লবদি অউবা পূন্নমক্কী পুক্লীং চিংশিনখিদুনা মায় লৈথোক্লদ্রিবনি য়েংনৈ মরক মরক্তা করি খল্লিবনো খন্দুনা য়েংলকপা মওংদু ফনা নুংশি য়েংনীং পোকহল্লি।

‘ঐদি লুনদি তৌজবনি। ইরুজবসু কুইজদ্রি। খুৎ শা হামদোক্লগা মেৎচবনি। শ শা তৌখিবা নংচদে। অদু য়ৌনা ইতাশিংনা হঙ্গোইরমগনি খঙজহৌদ্রে। কুচু অসি

মুক্রুবসিদা ? করিনুংগী হৈ মেৎচরম্বনো ?' য়াম্না ইকাইখিবা অমগুম খুম্নকখি। ইকাইরবগী মওংনি।

'মীনা ফাগী তৌবনি হায়রবদি খঙ্জদুনা . . .।' মমানবা মরক্তগী মহাকা খাইদগী নক্লবা মেমচানা মপুক্লীং থেমজিল্লদুনা হায়বা ৱাঙাংদুনা অমুক হেন্না ইকাইহনখি। ইঙ্গিং খঙদবী তারব্রা ? মশি ইরা চেন্নি।

'কৈনো ? ঐঙোন্দা অমুক শাউরক্লব্রা ?' মেমচাসু হংখি 'হিংচাবীসিদি !' ৱাহৈসি য়ৌরক্লবদি খঙলে শাউবা নত্তে। মসিদি তোঙাল্লবা ফিভম অমনি । খোঙ্লোকসিদা পুক্লীংগী নিঙাই অমদি য়াওরি। অদুমকপু মসিমক্কা শাউবগী মশাক্তি নৎতে। করিগুম্বা থম্মোয় পুথোকপগী মশক অমদি মসিদা য়াওরি। নুমিৎুগী হৈ মেৎপদু তশেংনা হাওখি। পেন্নখিদে। খুৎ লেক লেক্তুনা ময়াম তোক্লখি। থোইনুনা নোবাব মনানা হৈকোৎ শাদুনা হৈ হেক লোইদ্রিফাও কোত্তুনা চাখি। লোইরকপদা খজিক্তং লেম্বা হৈ মহিদু হাপ্লিবা কোন থাঙ্গত্তুনা থকখি। মদুনসু পেন্দ্রবগী মওংদা 'হাওইহে', হায়দুনা মখোল থোক্লা হায়রকই।

'নঙবু ঙসাইদি নুরা য়াওই চাবা তল্লি হায়বদাইনে ?'

'মদুনবু মহাও হেন্না লৈহনখ্রে। হৈয়েং ঐখোয়দা হৈ মেৎপদসু মহাও য়ৌননবা ইতাগী নুরা খরা নল্লগা পুখিগদ্রা খঙদে।' ৱাহৈসি হায়দোরকপদা ময়াম পুন্না ৱা লাওনা নোকখি। লৈশারিঙৈদো নিঙোলশিংনা লৈরিবা মওং অসি য়ুম পাল্লবা মতুংগা য়াম্না খেন্নবা, পুমওন ওন্নরবা মশক অমনি। ফনা খেন্নে। অদুবু মদু খন্দুনা হৌজিক হৌজিক্কী পুন্সিবু থৈদোক্তুনা থম্বা করম্বা মতমদা খেংনখ্রবগে ? হৌজিক হায়বসিদি পুন্সিগী ৱাহৌ পূম্নমক পুরিবনি। মতমদুগী নুপীজা ওইবা হায়বসি অদুম্না নোংমখক লাংবদুনা ওইখি। কুইনা লাংখিবসু নত্তে। মমাশিংনা য়েংশিন্দুনা লৈরম্মী।

ইথা থাজদনা থোইনু মশাগী চহী তরাহুমদোই শুরকপদা মমা মপানা থাজদুনা লুহোংখি। মাগী নুপাদু মতমদুগী মীয়াম্না খাইদগী পাম্নবা শিনফম ওইরম্মী। ওজাবু মীয়াম্না য়াম্না ইকাইখুম্নরম্মী। ঙসিদি শিনফম অসিবু অপংবা শিনফম অমগুম ময়াম্না লৌনরি। অসুম্না অমগী মথংদা অমা লুহোংখি। অমসু লুহোংখি । মথং মথং চৎনখিদুনা লৈকায়গী নিঙোল পূম্নমক লোইশিল্লকপগুম ইতাক তাকখি। অমা অনীতমক য়ুম শঙদুনা লৈহৌই। লৈশাবী অমতা লৈত্রবগুম উরকই। পুন্সিগী ওইবা মশক্তা, মাগী মাগী ওইবা মথৌ নৎত্রগা তৌফম থোকপা ওইনা অমমমতা পুখ্রে। পূম্নমক মসিনা পুখ্রব্রা ? নৎতে। পুক্লীংবুদি পুখিদে।

পুক্লীংগী ৱাসি পুক্লীংদা অসুম লোমহল্লগদ্রা ?

থম্মোয়গী মপাউসি অসুম্না অসুম মাংলগদ্রা ?

নত্তে থম্মোয়গী ওইবা মরলবু কনানা মাংহনবা ঙমগনি ? তাইবঙপানসি শেম্বদা

খ্বাইদগী চাউবা মীওইবগী লৈহাও চেলহল্লিবসি মসিননি। মীগা মীগা তোখায় তানহল্লিবা, নুপা নুপীগী যুম্বাল শেম্বদা অমদি সমাজগী কাংলোন্দা মীওইবগী ইহুল লৈহল্লিবসি মসিননি। মসিগী মনম শাল্লি। মকওইনা পাখং লৈশাবী মতমদদি মথি যাম্না ফোঙলকই। তুমিন খক লৈয়ু যাদে।

'ইবেম্মা নঙসি হন্দক মবক্তি পাউ যাম্না তাইকো।' যাম্না থজদনা মেমচানা লক্লবকই।

'হিংচাবী নঙনবু কবি তাবিবা ?' ইনেসু খুমখি।

'পাউ হায়বদি পাউনিদনা।'

'অদুবু কবি পাউনো হায়বা।' খঙনীংনা অমুকসু হংখি।

'খঙদে ওইনীংবা ওইবা যাই। লৈবাংগী খোইমুগী . . .। নাপ্পদা ঙংলববা, লৈনম নম্বীংবগী . . .।' ৱাহৈসিদা ইনেসু খঙডি, হৌনশানি। পুক্লীংদা লাংলিবা মবাংশিনা তাইবঙ পুম্বা তাক্রমগনি। অদুবু ইকাইখাংগী মবেংজুমদা ইন্দুনা, নঙসিমা . . .' লোইশিনবা ঙমদ্রবা মওংদা ৱাতাসু লোইশিনখি। মদুসু পুক্লীংগী ফিভম অমনি। নুপী হায়বসি নুপী ওইনা শাবক্লবনি মদুমক্তা ইনেসু চপ চাবী নুপী অমা ওইহনখি।

'নঙবু নপুক্লীং লেপ্লব্রা ?'

'ঐ সুকখঙ খঙদে।' মশাবু মশানা কঙ্গোকচবগী মওংনি। 'নঙগী ৱাদুবু কবিনো ?' মেমচাসু হংজিনখি। ৱাহংদুদা, 'ঐ অমতা খঙদে।' ৱাহৈসি অমুক্ত খংহায় হায়বগা খাংফম খঙদবগুম কপখি। পুম্নিবু কনানা তম্বা ঙম্বগে ? মসিদি অপাম্বা ঙাক্তা খন খন্দুনা শেম্লুবা যাবসু নত্তে। মশা মথন্তা ইঙ্গবক্কদবনি।

'কপকনুসে ! মদুগীদমক কপ্পা হৌনদে। মদুবু নঙনবা ? মহৌশানা তম্লক্লবনি। থম্মোযনা ওইহল্লকপনি। মদুবুনি তাইবঙ লীলা হায়বিবসি।' থেমজির্নখি। শকখঙনবা অমা ওইনা থম্মোয মশক খঙনা পুক্লীং ফাজিনখি। মদুমক্তা পুম্নিগী পুক্তি পুম্নমক শুখিবদি নত্তে। থম্মোযর্নদি থানিলজাউবু কৌবি। মনাক্তা অসুম অসুম চংশিনখি। হন্দোকপা ঙমখিদে। মমুৎ তানা পুন্না লুপশিনগদবসু অহল লমন্না মবক থৎখি।

উনবদি উনখি। টৌটি যাফমদা, তুবেলগী হিদেন্দা, অযাম্বনা ঈশিং শোকপদা, কুমগী-কুম্মৈদা, থম্মোযবু থম্মোযনা তেংথোকখি। তেংথোক্লখি। অদুম্না তৌবক্কনি হায়বদি থার্জখিদে। হৌফম লোইফম লৈতবা পুম্নিগী খোঞ্জেল মবক্তা থাজবা থাজদবগী ৱাদি হায়ফম থোক্তবনি। থোক্লিবা থৌদোক্তনা তুংগী আশা পুবিবা পুম্নিবু মশক শেমদুনা মওং মবিল তাননবা তোংনবা পুম্নিবু মশক থোকহনগদবনি। অদুবু মদু মীওইবনা ফনা খঙদুনসু ঙম্বদে। পুম্নিগী মশক খোকপা হেনগদবনি, অদুবু মীওইবনা মদু ফনা খঙ্গুনসু ঙমখিদে।

কুম অমগী হৌনবী কুম্মৈ মথং মথং লাকখি।

য়াওশং, কাং . . . । ইঙেলগী নীনি পানবদা পাংথোকপা রথ যাত্র . . . । মতমসিদনি ইনেনা মাম্মগা খঙনখিবদু । ইঙা ইঙেলগী নোংজুনা উপালশিংদা ঈশিং পেরে খিক্তুনা তুংগী আশা পুরিবা পুম্বিবু তেকখৎহনবগুম ইনেগী থম্মোয়সু মাম্মগী ইরিনা খিক্লখি। তেকখৎলকই। মাম্মসু মখুৎ নৌবা ইনেগী খুৎজেংনা খায়রকপা চম্প্রা মশিংগুম থম্মোয় খায়খি। ইনশিল্লকখি খুৎজেং অনীগী মরক্তা ইনেগী মায়থোঙ । কাংগী চালিনা মাম্মবু পুমগুম গুম্বাংখি। পৈশা থাখি। হুজিন হুজিন থারকই। মমাংদা থাবা ফকশাংদা খোঙগ্রাই চম্না ফমদুনা মমিৎ কুপ্তুনা য়েংই। জগোয় লোইবা ঙাইদুনা চোইদেব য়াওখি। শকখি দস অবতারগী শৈশক, কাংগী অথন্নবা ঈশৈ খুদোম্বী.অতিয়া তম্না রাংনা থাঙ্গত্তুনা লৈমায় হাইথখি, জয় জগন্ধে , শহারে—। শ্রী শ্রী জগন্নাথ মুর্ত্তিগী মমাংদা প্রেম অমসুং ভক্তিগী থৌগল থম্মোয়দা ফাওরকপা ইনেগী শক্তমগা কোম্ননা কৎখি। নিংজখি মবুংঙো মঙোন্দা, থুংহনবীয়ু ননাইনা নীংজবা, হম্না হম্না নীংজখি জগন্নাথ মুর্ত্তিদা থবায় থমদুনা। থাজখি নীংবা শোয়দনা থুংহনবীগনি মবুংঙোবু লাৎচখি।

মুর্ত্তি অসি মৈদিংঙু চরাইলোংব (১৬৯৭–১৭০৯) গী স্না হাক্তক্তা ব্রহ্মমহনুবা অমনা পুথোরকখিবনি। লাই অসিমক পুথোরকই হায়বগীদমক মহাক্কী শাগৈ অসি লাইপুবম কৌখি। কতক নগরদগী পুরক্তুনা লাই অসি লমদমসিদা লাৎপা হৌখিবনি। অদুম ওইনমক স্না কোনুংদা লেংশিল্লিবা শ্রী শ্রী জগনাথ, বলভদ্র, অমসুং সুভদ্রগী মুর্ত্তি অহুম অসিদি মৈদিংঙু গম্ভিরসিংহ (১৮২৫–১৮৩৪)গী স্না হাক্তক্তা ১৮৩২ দা জগন্নাথ ক্ষেত্রদগী লাকপা ব্রাহ্মন অমনা হৈবোক চীঙদগী হৈনৌ য়াল্লদুনা নির্পন তৌখিবনি। স্না হাক্তক অসিদা কাংখোঙ তবানিথোই পানবা কাং শাহন্দুনা, ইঙেনগী নীনি পানবা থাংজ নুমিত্তা কাং চিংবা হৌখি। নুমিৎ তরেৎনি খুবাক ঈশৈ, চালি মখল মথেলগী ধর্মগা মরী লৈনবা কযানা থৌগল তৌখি।

শ্রীজগন্নাথকী থৌগল তৌবদা জয় দেব চোংব (চোইদেব চোংব)গী মরম অমা লৈ শ্রী হরিগী থৌগল অসি তৌবদা. নুংত্তিগী তৌগদবা পুজা লোইরগা শ্রীজয়দেবনা লেংবা পদবলী পাঠ তৌববদি শীদেব মশামক্লা পেনবা হেল্লি হায়না বৈষ্ণবশিংগী মমঙদা ফাওবীখি। মবমসির্ননি শ্রীদেবগী পুজা লোইরগা অসিগুম্লবা দস অবতাব অসিনা লোইশিল্লিবসি। মাম্মনা থবায় য়াওনা চোইদেব চোংলিবসু অসিমক্লনি। কুম খুদিংগী চোংখি। কুইনা লৈশাখিবা নত্তে। চহী অনী অহুমতনি মপুং ফাবা রাখল লৈখিবা। অদুগুম্লবা মতমদুদা মতমদুগী চপ চাববা মিহুন্দি অমত্তা চিংদনা হুনখি। থম্মোয়দা খোম্থাং য়ৈনা মিহুন হুনখি।

মথন্তা খঙ্জে ।

লোম্না যেংজে।

ঐগী খুৎথেকসিবু কযাম ফজবগো ? অমুকসু খল্লি, মহাক্লা মসিবু অসুক খোইদারুবিবসি

করিগীনো ? ইনেনা মশাগী ওইরিবা মশক খঙজখিদে। পাল্লিবসি খুথেক্লা নত্তে, জগোয়না নত্তে। তশেংনা পুক্লীং চিংশিল্লিবদি, পুন্সিগী পুরিবা বা কয়াগী মরক্তা থবায় অনীনা অপুনবা পোত্থাফম থিরুনবনি হায়বা ইনেনা খঙখিদে। নহা ওইরিবা ইনেনা পুন্সিগী অকুপ্পা মিহুনবুদি করম্না খঙলুগনি ? অদুবু খঙলকখি। তারা ফাওনবা হৌখি। থম্মোয়না থম্মোয়দা হুক্রকপা শাহমবু কয়াম কুইনা লেংদনা লৈবা ঙমগনি। লেংলকখি। থেক খোইনা কৎচরিবা জগোয়গী শাথেক্তা থম্মোয়গী দর্শন য়াওরম্মী। মমোন নোক্লা মকা ফোঙলকই। পৈশা থাবদা ইঙ্গিৎ য়াওরকখি। অমুবা মিৎ নহা অনীদা মমি তারকই। থম্মোয়দা থারকপা থম্মোয়গী পাউরোলদা থম্মোয় নিক্রকই।

ইবেমহলসু খঙলক্রে।

লোম্না লাকখিবা থম্মোয়গী মপাউদা লোম্না হংজখি। মসিবু করিনো ? করিগীদমক মফম খঙদ্রবা , মরী অমসু লৈনদ্রবা মহাক্কী পাউ হন্না হন্না পুক্লীংদা য়েররিবা ? ঐসিবু মহাক্কী মচলদা যাওখ্রবা পোৎয়াম্না ? নৎত্রগা ঐ শাবদা চংলিবা, থম্মোয়, পুক্লীং, রাখল পুম্নমকসিদা মহাকপু মচল পুরবা পোৎচঙ অমা ওইনা চংখ্রবা ? অমবু ওইরবসু, অমবু ওইরবসু, থিবদি অমতা ফংখিদে। মাগী রাখলদা অসুম ঙাউখি হুহুরকখিদে। করম্না মসি লেপখিবনো ?

নোংমা য়াম্না থাজদনা, টৌটি মখোঙদা চৎপদা অঙাঙ অমা তফিং তফিং ইক্লকখি। করিগীনো রাখলদা খঙ্গি। মরমদি খঙখিদে। লেপ্তুনা সুম ইক্লকপদুদা হংখি, 'তোনদোন কৈদৌরে ?'

'অদুবুরো।' হায়রগা লকক তৌখি। ময়া ইহি হিগাৎলদুনা নোকই, 'দাদা থানিলজাউনা চেচে, চেচেহলবু মিং পন্দুনা হংলক্লিবা।' হায়রগা অমুকসু মখোল থোক্লা ফাক ফাক নোকখি।

'মসি অঙাঙসিদি।' চৈবগুম হাযগে তৌরুরগা য়ানীংলক্তদুনা, মুম্না য়েংদুনা হংখি, 'নঙদি করি হায়রম্মী।'

'মশাদা হাযবীগে হায়রম্মী।' রাখলনা রাখলবু খংঙাল ঙালথোকহনখি। করিগীনো খঙদনা ইশাগী থম্মোয়দা ইশানা পাউ তমজখি। চোংখৎলকখিবা মিহুন শুথখি। ইথম্ভা লৈরিঙৈ, চালি শারিঙৈদা করিগীদমক পৈশা অসুক য়াম্না থারক্লিবনো খনখিবদু খল্ল খল্লগা লোম্না নোকচখি। অমুকখকসু অপিকপা অঙাংশিংনা লৈকায় পোৎফমদা শিংজু চারিঙৈ, নখোই চেচেহলদা ঐনা শিংজুগী পৈশা পীবম্মী হায়যু হায়দুনা পৈশা পীরমখি। মদুতা নৎতনা লুপা অনীগী তোঙাম্না চেচেহলদা পীননবা শিংজুসু পীরম্মী। মযেক শেংনা থম্মোয়বু ঙাহ্রোকহনখি।

কুম খুদিংগী লাকপা হরাও কুম্মৈনা, শাবী শানৌশিংগী থম্মোয়দা ইনোৎ হাপ্লদুনা য়ৈরখি। থম্মোয়দা পাউ পুরকই। অনৌবা মপাউশিং অদুনা থম্মোয়গী য়েম্নীং হুলহনখি।

মচু শংলকই। মখুম হাংদোক্লুনা মনীং তৌনা থাদোকনীংখি। নুংশি। নুংশিবসি মফম খঙদবা লমচৎনি। শাগৈগী, শক্কী, লনগী মচৎনা পুনশিনবা ঙমখিদে। কোইথা থাদোক্লীবা মাগী মচৎনি। মাঙদা চৎনবীনা পঙ্খিং ওইদুনা লেপ্লি। নুংশিবগা চৎনবীগা য়েৎশিন্নরকখি। মরক মরক্তা মসিনা মীওইববু হেক হেক ওৎলি।

চালি শারি। মিং চোইথোক্তনা খুৎজেংদা য়েংলি। খুৎথেক থেক্লি। মথক্তা পৈশা মরী মরী তারকই। পৈশা অচোইবা কয়া, ফোঙ ফোঙ শারবা, খুৎনা কুইনা পায়রুবগী ইনিল লৈরবা পৈশা মথং মথং তারকই। অরোইবদা লুপা চৎপী, অনী চৎপীনা লোইশিনখি। খঙহৌদবা মওং অদুনা পুক্লীংবু ইথক থকৎহন্নখি। চালি শাবা লোইবগা মীয়াম মরক্তা হাথু হাথু চেনশিন্দুনা তুমিন লৈখি। লৈকায়গী চহী লৈশিল্লবা মবুং অমনা থারম্বা পৈশাশিং পূম্নমক অমমমতা ওইনা লৈমাইদগী খুনগত্তুনা পূল্লপ পুরক্লুনা ইনেদা পীরৈ। জগোয় য়েংলিবা পূম্নমক কলক্লখি। মশানসু কলক্লবা তাবনি। মীমাং থোকপগী মহেদা মীয়াম্না পেন্নবগী মশক্লি। পোকপদগী জগোয় ঈশৈ তম্বীরক্লবা মীতৈদা অতাংবা মহৈ ওইনখি। লমসিগী অঙাঙশিংদা করম্বা মমা মপানা তাথিং তম্বীখিদবা যাওবগে ? মচাগী নুংশিবা য়েংননবা জগোয় তম্বীনখিবা ঙাক্তনি। কলা ফুদোঙহন্ননবা, ফজবগী মথক্তা ফজবীগী লাইরেম্বী তোংহন্নখি । অঙাঙ পূম্নমক জগোয়না শৈদম্লকপনি। মসিমক্লা খুন্নাইরোলগী মশক তাক্লকপনি।

# ৭

নোংলৈ অমনা পোৎশক কযা উকু উক লৈনা পুববগুম লমদমসি অকনবা ইবাং কযানা উব উকু লৈনা পুবি। মফম খঙদ্রে হৌজিক চৎনা-চৎনা, লেপ্পা লেপ্পা কবি থৌদোক থোক্লগাদগে খঙবা ঙমদ্রে। কৈথেল ফম্বা চৎখিবা ইমা ইন্দোল কযা কৈথেল ফল্লিব্রা ? শবি তৌবি ? মফম খঙদে । খববগী পাউদা মী শিবগী পাউ যাওবিমখৈ কৈথেল হংথগনি থাজদে। রাকৎ কৎপগী পাউনা কুংনা তাবি। ইমা ইবেলশিংনা মশিল শুগনি হাযদুনা কৈথেল চৎখ্রগা, লৈবাক্কী খোইশাউনববা থৌদোক কযাদা শরুক যাবি। কৈথেলদা কবি থোক্লিবগে যেংগে থনবা কুইববনি। নেনেনা কবি তৌবিবা খঙনীংঙি। তাঙ্গা অমা ইচা চান্দদুনা অমুক্তদি চংলুদে, মনমদা চাউবকপগুম চাউলকখিবনি।

অমুক্তংদি চংলুই। ইনেদি লৈবমদে। কদাযদা চৎখ্রবা ? খঙদে। থংননা পোৎফম যম্মিন্নবা কযাসু মশা মশাগী পোৎফম থাদোক্তুনা চৎনখ্রমাল্লে অমতা লৈবমদে। কোইহং হংলুবদি, অশিবা হংবা অমা, মখোয মযাম পুল্লপ হৌনদুনা চৎখি হাযদুনা হাযনবকখি। কনাগী অশিবনো ? পুক্লীংদা যাম্না খঙনীংলকই । অশিবগী বা অমতা যুমদা হাযবম্বসু লৈতে। নক্লবা মী অমা শিখিবগী পাউ তাখিদে। কনানো শিবিবসি ? কৈথেল যম্বী পৃম্বা চৎলবনিনা যাম্না মব ওইবা মী অমদি ওইবন্ননি। তাইবঙ মপোক্কী অবোইবা পাউ অসিনা মী কনাবুসু নুংঙাইহনখিদে। নুংঙাইতে খঙনা খঙনা পাউ অসিবুদি তাদবা থক ঙমদে। ইনে হেক হুম্রকপগা চংশিন্দুনা হংখি, 'ইনে কনা'মুক শিববগে ?'

'শঙলা। নাক্লম্মা হার্যাবিবসি ?' ইনেনা হংলকই।

'কনানো শিবিববু ? ঐনা অমুকসু হংখি।

'নঙ্গা ।' রা হাযবা হৌবল্লগা মিনিৎ অমমুক তুমিন লৈরুবগা, 'অবাপ্পদনি নঙ্গা খঙলরোই।' হাযদুনা মখা তাবকখি।

'নখোযগীদু, সিযাযনা ফাখ্রগা মশা ফংদ্রে হাযবদুবা ?'

'নঙ্গা মদু কাদোমদগী তাবিবিবা ?'

'খবরদা যাওরিবদুদি . . . ।'

'মশাদু পাঙ্গোংনা মহুৎ শিন্দুনা পোৎলোয়রগনি হায়হৌই।'

'ফাখিবদি কুইরবনি।'

'মশা পুথোকপীযু হায়দুনা কুইনা কেস তৌনরবা মতুংদা শিবে হায়দুনা কোর্টগী বায় অমা তাদুনা নৌনা অমুক মশাগী মথৌ মঙম পাংথোক্কদৌরিবনি। লমদমসি মতা অমা তৌববনি।'

'শিরে হায়ববু তশেংনা খঙলব্রা ?'

'মদুদি মশা উদবনিনা কমদৌনা খঙগনি । মীওইবনা মী শিরে খঙলিবসি , শিরিবা মশাদুগী ফিভমদা লেপনবনি।' ঙসি মখোয় ইমুং মনুংনা মচাদু শিরে হায়রিবসি মচা কুইনা উখিদবা, মশা ফাখিবা কাংবুদা মশা পুথোকপীযু হায়জবদা পুথোকপা ঙমদবা অসিননি। লমদমসে মতা অমা তৌরে। খরা অমনা নিশাদা, খরনা ফোর্দা, খরনা লায়নানা, কয়া অমনা লমদমগী লাইচৎ ওইরিবা খুলায়গী লায়নাদা, সিফায়গী মখুত্তা মশা মউ ইফ ইফ ফনা মফম খঙদনা শিরকপসিদা লৈবাকসি পুম্ভাক তাক্লগদ্রা চিংনৈ।'

'মসিনসু লৈবাক্কী মায়ওনসি মফম খঙহন্দ্রে।'

'চঙঙি শিরে মফম খঙদবসিদি নুংঙাইতে।'

'অশিবা মশা ফংলরোই খন্দুনা, অশিবা হকচাংগী মহুৎ ধর্মনা অয়াবা পীবে হায়দুনা অতোপ্পা পোৎশক্লা মহুৎ শিন্দুনা পুন্সিগী তোনশিল্লিবা মথৌ মঙম পাংথোক্লে খন্দুনা পুক্লীং চমথোকপদি খঙদে। মসি ফনা ওইদুনসু হিংমিন্নরম্বগী মশক অমা শাজিন্দুনা, অশেংবা মশক্লি খনবদি শুকঙম ঙম্লোয়।'

'থব্রায় পানখিবা, অরৈ লৈত তানখিবা কয়াদুগা করম্বা পোৎশক অমবু মদুগা মান্ননা খনবা ঙমগনি ? অশিববু কৌদুনা কপ্পদা করম্বা উতুপ অদুবু কৌরুগনি।'

'মদু নৎতবদা, থব্রায় পাল্লি হায়দুনসু অতোপ্পা জিব অমবু তাইবঙ মীগুম কনানা খনবা ঙমগদগে। ঙম্লোয।'

'মীওইবগী হকচাংদি, শিরবা। কান্নদ্রবনি খঙদুনসু অর্থ য়াওদ্রবা মওংদা পুমহুন হুন্দোকখিবা নত্তে। থব্রায় য়াওদ্রবা হকচাংদুদা থব্রায়গী লংদাইফম থিদুনা লাংওন অমগা লাংওন অমগা ওন্নবগী চাউরবা লাইশকলোনগী থৌরম অমা পাংথোক্লিবনি। মসিমক হেক পাংথোকহৌদবা তারগদি থম্মোয় অমসুং হকচাং অনীমক ইনম নমশিনবগুম তৌরিবনি। ইশানা ইশাবু অসুম চিংনজদুনা থবক থৌরম অমতা মঙম শান্না তৌবা ঙম্লোইদৌরিবনি।'

'অদুবু লমসিদা মী মাংবগী থৌদোক্তি অসুক কুংনা থোক্লিবা করিগীনো ?'

'মসিদি লমসিগী মীশিংবু মী ওইনা উবীদবা, চাওখৎপা অমসুং মশাগী হক খঙলম্লোইদবা মানবা, তবং তবংবা মওংসিগী খুদোংচাবা লৌখিবনি। মসি নৎতবা

অতোপ্পা মওং অমদা মী মাংহন্নখিবগী ৱাহল্লবু কমদৌনা হন্নগনি ? তশেংনমক্কীদি, ৱারোইশিন অমা হেক লৈননবা ৱাখৈনগদবনি। ইশানা ইশাগী হক চপ চাবা মওংদা তানগদবনি।'

তম্ফাসু ফাখিবনি। ময়ুম্মক্তদগী মহাকপু ফাদুনা পুখিবনি। ফারবনি হায়বগী ইমুং মনুংদা চে চাং ময়েক শেংনা পীবম্মী। লৈবাক ঙাকপা, মীয়ামগী পুন্সিবু মহৌশাগুম নে তানা হিংহন্নগনি হায়না লাকখিবা, মবোল লোনবা মখোয়না ফাখি। মীনা মীগী মমল পীবক্লগনি হায়না থাজরুবা কয়াগী ওন্নতৈনবদা অসুন্না থোক্কনি কনানা থাজগনি ? অসুক থাজদবা থৌদোক অসিমক থাজবগী মথক কাখৎতুনা মিৎমাংদা চপ চানা থোক্লরে। মসিদা ঐখোয়না করি অমুক হায়গনি ?

মতমদুদসু অহিংদা লাল হৌখি। অঙৌবা মঙা কংলা উত্রা মাংদা মকোক কেনখি। অহিংগী অরোন অথুপ শিজিন্নদুনা লাঙ্গবা মীতৈনা যাদে। থাজবগীদমক থম্মোয়, থৱায থাদুনা থম্বা মীতৈনি। মরোল লোনবা কযা লাকখি। মখোয়শিং অদুগী মনুংদা ইরোল ঙাংবা মখোয় অহুম য়াওরকখি। তশেংবদি মখোযসু অহিং চাক্তাবনি। নীংতম্বা মুনবা লাকখিবা মখোয়গা, হৌজিক লাক্লিবা মখোয়গা কবিদা খেন্নে ? খেন্নবা হায়ববু ঙসিদি লৈবাক্কী নিংথৌ লৈত্রে। কোনুংদা লাল লাকখিবা নত্তে। যুমগী থোঙজাও থিল্লবনি। থৱায় ফাননবা লু থুম্লরিবনি। নুপী মখোল শাদুনা ইমুংগী মী কৌথোকই। লৈরম্লিবা ইমুংগী মী থাজগদবা অঙকপা মওংগী লানওং শিজিন্নে। ফত্ত-লৌশিং অদুনা মীওইবগী মশক্তা করি ওনখিবা হায়বদুদি মখোয খঙ্গরমগদ্রা ? কৌখি, 'তম্ফা ! তম্ফা !' য়াম্না থাজদবা মীকৌনি। মিকোন থাগোন য়াওদবা, থৱায় কৌবা, থৱায়লাকপীগী মীকৌবু করম্না নুংশি হায়রুনি ? মীনুংশি থিরুবা য়াবোই। 'তম্ফা তম্ফা পাউ অরুবা অমত্তা হায়রমগে।' হন্না হন্না কৌবকই।

মতমদু নোংয়াই মতুং পুং অমবোম তাবে। মীচমগী ফিজোল শেৎপা মরোল লোনবা অমনা মখোয় পুন্নমক্কী মকোক চিংলকই। যাম্না চিংনৈ। পুংফমদুদা মরোল লোল্লকপদা থম্মোয়দা চিংনবনা খাংবা ঙমহন্দে। মরোল লোলহল্লি। থাজবা অমসুং থাজদবা অনীগী অকনবা লিচিংনা অমনা অমবু চিংনহল্লি। অদুক নীংজিং মাংজিংনবা অমা কৈদৌঙৈদা থেংনখিদ্রি। ইমুংদা লোম্না খন্নখি, মসিবু কনানো ? পুংফমসিদা কবিগীদমক লাক্লিবনো ? থৱায় লাকপীনা লুতোন্দা খোংলরিব্রা ? য়াম্না চিংনে চিংননা মমা ইবেম্মনা কনানো য়েংবদদি য়েংলুরগে খন্না থোকখিবনি। হেক থোঙ হাংদোকপগা মমা ইবেম্মা নমদুনা ফাখি। থোঙ নমখায়দুনা শাবাক ফাক্লগা ইমুংদা মখোয় কয়া মরী মবী চঙখি। অমসু অমসু ইমুংদা লৈরম্বা মী পংফাদা ফাদুনা, অকনবা শিংনবা অমগী মওংগুম লাল তাখি । তম্ফা হেক ফংবদা অমুবা ফি অমনা

মকোক পুম্বা কুপশিন্দুনা য়োমশিল্লি। মথক্তা তেকশি অমা পুথোরক্তুনা লবাই লেম্ফুদগী ঈশিং হৈর হৈরদুনা পুথোরকই। মতৌদু যেংঙমখিদে। যম লৈবাক হায়বদুবু অদুম্বা মী লাক্লরমগদ্রা ?

য়েংহৈখিদে। অদুবু করিসু হায়বা ঙমদবগুম তুমিন য়েংনখি। খঙহৌদনা মফম খঙদবা মীফু অমসু ফুবা হৌরকই। অদুক তমথিবা মওং অদু মীনা মীদা তৌনবমগনি থাজদে। ময়াম তুমিন লৈরিবা মওং অদু পুমথু থুগাইরদুনা মমানা খংলাও লাওরকখি। 'ইচা পুখিবা য়ারোই।' লাওরকপা তাবনি। মচা শোক্লকপা মতমদা করম্বা মমানা তুমিন লৈবা ঙমখ্রবগে ? মচাদগী হেন্না মমল লৈবা পোৎশক অমা মমাগী মফমদা লৈতে। মচা তম্ফাগী মখূৎ পাযদুনা চিংই।

'ইচা পুখিবা য়াবোই। মমা ঐ হিংলিমখৈদি ইচা নুপীবু অদুম্না খক পুখিবা য়ারোই। অদুম্না করিগুম্বা পুগদবা লৈববদি মমা ঐবু হান্না হাৎলমখো।' অন্নায় অখুম কযা তৌনদুনা নিঙাই শংদাইনবগী মশক অদুদা থংনবদা লৈবিবা কয়াদু তারমাল্লে নুপী খবা য়ুমদুদা চংলকখি। অদুম ওইনমক তম্ফাদি নমদুনা পুথোকখিদুনা, মখোয়না তোংলকপা গাড়ী অচৌবা মনিং হাংদোকপা অমদা থাঙ্গৎপোই, ইনখৎপোই তৌদুনা হাপকৎখি। হেক হাপকৎপগা পুননবা তৌবকই। ময়াম চংদুনা গাড়ী খৌবা যাদনবা থৎপদগী, যাববোই খঙলমাল্লে। অমুক যুমদা চংলক্তুনা, ফাবা পুনবগী চে-চাং পুথোবক্তুনা মমিং মথা থাবকই।

লোংজম তম্ফা দেবী
কৈবাও মনিং লৈকায
ইম্ফাল ইষ্ট।

মথং মথং ইদুনা ইবোই লোইবদা ফাবিবা মহাক্কী মমিং থারকই, নাইক বলবীব, মশাগী নম্বব – ১৭৩৩৫৫ মশিংসি থাববা তুংদা লাকমিন্নবা মখোয় অমদা অমুক পীখি। শাক্কি ওইন অহানবদা মমিং মহেন্দ্র বাইফলমেন – ১৭৩৯৬৬, অমসুং অনিশুবা মিং বাইফলমেন পানিলাল -- ১৭৩৭৯১ ইদুনা মশা মশাগী শোই তৌই। চৎনবী অমগী মী ফাবা পুনবা মতমদা পীনবা মশক অমতা কায়দনা পীরম্মী। মখাদা, তম্ফা ফাবা মতমদা মশাদগী কবিগুম্বা খুৎলায অমতা ফংখিদে। মসি নৎত্রগসু মী শিবা যাবা পোৎ অমতা মশাগা কোন্নবা ফাখিবা লৈখিদে হায়না থাই। সুপ্পতগী মহাক মশাতমক ফাবনি, মসিদদু নৎতনা মহাক মশাদা করিগুম্বা মখল অমতগী অশোক অপন লৈতে। চুম্নতগী লমদমসিদা লৈবিবা ইবাং অসিগা মবী লৈননা ফাবনি হাযদুনা চে অদুদা মযেক শেংনা ইবি।

হাযবিবা পুন্নমকসি মথং মথং মতম অমতা কান্নদনা তৌবম্লগা, ইমুংগী মীশিংনসু,

লাক্লিবা সিফাইশিং অসিনা মীওৎ মীনৈ মখোযদা কবি অমতা তৌখিদে অমদি ইমুং মনুংদা থি-হুমদুনা চখায খোৎকাযবা অমত্তা তৌখিবা লৈতে হাযবগী চে চাং লৌদুনা, নো ক্রেমগী চপ চাববা চে পাযদুনা মফমদু থুনা থাদোক্তুনা চৎখি। চৎলমদাইদা যাম্না নুংশিনা, 'ঐখোযনা নখোযগী নচেসি কবিগুম্বা মখল অমতদা ওৎকদবা লৈতে। ইচম চম্না হাহং অম-অনীদং হঙ্গে তৌবনি। নখোযনা হযেং হেক নোংঙানবগা কংলাদা লৈবা ওনাওবেংগুবা অসাম বাইফলসওগী, মহাক্কা যাম্না নক্লবা মবুং নৎত্রেগা মৌম্বা অমনা উনদুনা লৌথোকপা হেক লাকউ।' হাযনা হাযবম্লগা যাম্না থুনা মফমদু থাদোক্তুনা চৎখি।

মখোযনা হাযবম্বা মওংগা কযাদা খেন্নববা ?

মখোযগী বাঙাংদুগী বাশিংদু হা অমতা যাওবমদ্রে।

অচম্বা খোঙ্খোক অমা ওইবল্লে।

পূম্নমক্কী ওন্নতৈনবদা শাথিবা মওং অমা ওইনা থোক্লবে।

ঙবাংতা অদুক ফজনা চঙ-চঙ লাওনা পুখিবা মহাক ঙর্সিদি শিবে। কবম্না অসুক থুনা মহাক শিবিবা ? মশাদা কবিগুম্বা মখল অমতগী অশোক অপন অমতা লৈতে হাযদুনা হাযবম্বনি। চপ চাবা মী ওইনা পুখিবনি। ঙর্শিদি শিবে। পুন্সিগী বাবু মসিবা ? ঙসিদি পুন্সিসু শিবে।

'হে ঈশ্বব ! ইচাবু অতেক অকায অমতা থোকহনবীগনু' হাযদুনা মমা ওইবী মহাক্না মচানুপীবু পুখিবা মওং অদুদা তিঙক তিঙক যেংদনা, মপি তানা শোঞ্জখিবনি। মচানুপীবু ফাখ্রবা মতুংদা ইমুংগী মী অমতা অহিং মমৈ অদু তুম্নখিদে। মচানুপা অতোনবা অদুতনা মমাবু থেমজিনজখি, 'ইমা চেচেদু কবিসু তৌববোই। নোং হেক ঙানবগা মখোযনা লৌকলাও হাযবা মফমদুদা চৎতুনা লৌকসি।' ফনা থেমজিঞ্জে। মমানা যাবা কৌবা লৈখিদে, 'চুবাম্লাবনা মী ফাখ্রগাবু কবিসু তৌদনা থাদোবকই হাযব্রা ? হিংচাবশিংদি হিংচাবশিংগী থবক্তনি হৈনবা। মখোযনা কদৌডে মীগী থবক তৌগদবা লৈতে।' মমানা যাম্না চিংননা, হয়া হন্না বাহৈশিং অসি হাযখি। অবোইবদা, 'নচেদুবু মুক চৈখিগদ্রা ?' হাযনা হংলগা মমিত্তা মপ অব অন শিঙ্খববখি।

মমানা থাজনদুমক থোকখি। মাচম্না সিযাহ পাংগো হাযবসি অসিওন্নবা মওং অসি উংনবা ? নোবাক ঙাকলিবশিংগী কবম্বা শাজৎ অমনা অসিওন্নবা ফিভম অসি তৌহনখিবনো ? লাম্বা যংখিদে। অহিংগী শাজৎতি অঙানবগী মশক্তা তুমখি। লেমদমসিগী শাজৎসিনা কবম্বা মতমদা লোইখিগনি ? মসিগদি কনানসু খঙলোই। শাজৎতুমক অঙানবনদি যেংনীংদুনতা লুপ্লিন্ননি। অমম্বনা চেনখিনি। অহিংগী চাক্তবশিংগী মশক লেপ্পা তাক্লক্কনি। মীওইবগী বাখলনুংদা লৈবা বুধিগী মশক অদুবুদি

কনানসু উববোই।

'ইচাদুবু অমুক উখিগদ্রা ?' মাদি হন্না হন্না শোল্লি।

'অহিংসিদা মদু খলহৈদে।'

'খনগনু হাযবদি যাদে।'

'নোংঙাল্লগা ।'

'ইচাদুবু নোংঙানবা ফাওবা হিংখিগদ্রা ?' বাহং হংবা মতমদা মমিক্তগী মপি তাবা শুকলেপ লেপখিদে। থম্মোয অমসুং থৌদোক অনীগী মবীনা মিৎকী পিবু ইবি থাদুনা চিংলি।

মমানা চিংনজবা মশক অদুমক চপ চানা চুমখি। লমদমসিগী লৈঙাকপশিং থাজনীংঙাই ওইদে হাযবা থৌদোক্তুনা চপ চাবা খুদম অমগুম পীবকই। ঙাবিযান মপাউ ভিলেজ মনাক কৈবাও ৱাংখেম লম্বীগী মতাই ওইবপ্না তম্ফাগী থৱায যাওদ্রবা হকচাং পোলাং ওইনা তাদুনা লৈবম্মী।

অযুক্কী অঙনবা পাউচেদা যাওবকই।

ইম্ফাল, তাং ।

অসাম রাইফলসকী প্রেস স্পোক্সমেনগী থাদোবকপা চেবোল অমদা, কুমারী লোংজম চনু তম্ফা, লালহৌলুপ পি এমগা মবী লৈনবা মশানা মশাবু কেপ্টৈন্নি হাযজবা মীওইনি। মহাক ঙবাং অহিং কৈবাও মযায লৈকাযদা লালহৌবা নহাবোল খবা লৈবে হাযবা পাউ ফংবদগী অসাম রাইফলস কাংবু অমনা মফমদুদা থিবা হুম্বগী থবক চথবা মতমদা মফমদুদগী ফাখি। মশাদগী রেডিও সেট অমা, হেন্দ গ্রেনেট অমা, অমসুং লালহৌবগা মরী লেনবা চে-চাং কযা অমসু ফাগৎখি।

মবম পুম্নমক অসিদগী, হেন্না মমুৎ তানা খঙননবা বাহং পাউহং চথবদা এ কে ৪৭ অমা লোন্না লোংশিন্দুনা থম্লি হাযনা ফোঙদোবকখি। বাহৈ অদুমক মহাক্কী অবোনবা মশাব অমা শাণংলি হাযবদি খঙখিদে। মবমসিনা, লোংশিন্দুনা থম্লিবা খুলায অদু লৌমংলুনবা অসাম রাইফলস ট্রুপ্স লমজিংদুনা পুখি। লম্বী চৎলিঙৈদা ঙাইহাক পোণাখিসি হান্দুনা গাড়ী শামহল্লবা মতুংদা কুমথদুনা চেন্নবা থৌবাং তৌবকখি। মতম অদুদা মতাকপু চেন্দনবা কম্নব হন্না হাযখি। মদু পুম্নমক মহাক্না তাশিন্নদনা অসুম চেক্লক্রবদা তঙাইফদনা খুংলায শিজিন্নবা তাখি। মদুমক্তা মবম ওইদুনা তম্ফা মফমদুদা শিখি। তশেংনা হাযবা তাবগদি, অসিগুম্লবা থৌদোক অসিমক অসাম রাইফলসনা থম্মোয শোক্না নু ঙাইহে। মতুংদা অমুক হন্না থোক্তনবা ঙাস লমদমসিগী লম্না লমজি থ্রবা নহারোলশিংন মহৌশাগী পুক্নিদা হল্লক্তুনা ঐখোয পুন্না হবাও হবাও

লৈমিন্নবসি হায়না অপিল তৌবক্লি।

লমদমসিগী ঈচেলসি ঙসিদি চেষ্টফম খঙ্দ্রবা ঈনৈ অমনা থিঙ্গত্তুনা লৈববা মশক্লি। পূম্নমক থিঙ্গৎখ্রে। ঈচেল পূম্নমক থিঙ্গৎপা ঙল্লগসু, পুক্সিবুদি কবিনা ইথিং পীবা ঙমগনি ? মসিদি অমদা নৎত্রগা অমদা থৈদুনা চেষ্টখিগনি। মীওইবগী হক ঙাকপা লাক্লিবনি হায়দুনা লাক্লগা কবিগীদমক মী হাৎপগী অযাচে পাযববা, মীনা কিনগদবা মীশক্লুম কবিগী লমদমসিদা শক্তাক্লবি। মসি তক্ষা শিঘে, অমা শিবে হায়দুনা হাযবা বা নত্তে। মীওইবগী মফম থিবকপদা তাবকপা ফল অদুবুনি।

ফাখিবা মতমদা দাক অমতা লৈখিদবনি।

মাবু শিববা ! তশেংনা শিখিব্রা ?

শিখিবা নৎতে, হাৎখিবনি।

কৈথেল ফম্মিন্নবা, মমাবোক পোকপা অমনা লীবকই হায়দুনা ইনেনা তম্মী। মহাক পিক্লিঙৈ, মীবোল ঙাংবা ঙল্লকপদা ঙাইবিঙৈ মপা লৈখিদবনি। মতমদু মৌপ্পা অতোপ্পা অদুদি যাম্না পিক্লি। মমাগী খোল্লাং মাযযোক্লবি। পিশক পিক্লিবা মহাক্না ঙম্বোই ঙমদবোই পো-পমদুনা লেল্লক-খিবনি। মমা লুখ্রাবীনা অনাৎ অপা কযাগী মবক্ত মশাগী ঈ মতুমসিং অদুতবু মপুম ফাববদি খন্না যোক্লকখিবনি। ইনাওদু অবাবা খঙখিদে। মীগী লৌ, লৌ মতমদা পাংখি। ফুদিৎ খপখি। অদুমত্তুদা চাদবনা কোঙ্গাইনি। অযাম্বা মতমদা চাবা মচেৎ, তুম্বা মচেৎ তৌদুনা লেল্লকখিবনি। অদুক নানা লেল্লক্লবা মহাক্কী মচানুপীদু অচুম্ববুদি মতম চুপ্পদা থিদুনতা লাকখিবনি। কবিগুম্নদা মীঙোন্দা অকনবা বা হায়খিদে।

ঙসিদি শিবে। ঙাবিযান মপাউ মবিং ভিলেজ, বাংখেম লম্বীদা শিবে। মীশি অসিদা সিফাযনা ফন্না শেংদোক্তুনসু কনা অমতনা থাজবা ঙমহন্দে। মখোযগী মখূৎ চল্লবা মতুংদা শিবা মীশি ওইবনিনা কষ্টদিএল দেখনি হায়গদবনি। হাযবোইদবগী মবম লৈতে।

ক্লব খুদিং, লৈকায খুদিং

যানীংদবগী পাউ ফোঙলকই

মীশিসি মবম চাদে।

মীদি মী ওইহনগদবনি

থরাযবু শায়পোৎকুম খনগনু

লৈবাকসি সিফাযদা শিন্নগনু।

মহৌশাদি, মহৌশাগী মীশি নংতবা মীনা হাৎলম্বা , মফম খঙদনা শিরম্বা কয়াসি লমসিগী লৈজরিবা পুলিসশিংনা লৌখৎতুনা নোংমা নীনি মশক খঙদোক্লবা মীরেলসঙদা থমদুনা, পোষ্ট মোর্টেম তৌনরম্বনি। মসি তৌরবা মতুংদা অশিবা মাগী মরী মতাশিংনা লৌথদুনা মথৌ মঙম পাংথোক্লরম্বনি। মসি পূন্নমক্কী ওন্নতৈনরবা মওং অমদা হন্দক তম্ফা শিবগী মীশি অসিদদি অসাম রাইফলস কাংবু অমনা নংহৌররোই মতাগুম, অশিবা খুনবা হানবা তান্নবগী মওংদা খুনগৎতুনা পুখি। কনাবুসু অশিবা মশা উহন্নীংখিদে। অশিবা মশা তাদুনা লৈ খঙজদনা লাকখিবা মীওই কয়া পরিং শানা ঙাকপা শিফায়শিংনা মনাক নক্না চংবা য়াহুনখিদে। ইচম চম্না মী অশিবা অমা লৈরে হায়বতমক খঙহুনখি। নুপানি-নুপীনি ময়েক শেংনা খঙহুনখিদে।

খঙহৌদনা অশিবা লৌখৎতুনা পুখ্রগা পোষ্ট মোর্টেম তনতৌ তৌহুনখি। অশিবা মশা য়াম্না চেকশিন্না, অচৌবা মরম অমা লোৎশিন্দুনা থম্লগা, মহৌশাগী মচৎ মান্নবা শিনবা মশিন অমা লৈবগুম চমন্নহল্লি। খঙলুবা মীশিংনা তৌরিবা মওংসি করিগীনো হায়না অচৌবা মরম অমা লৈরবগুম হংনীংহল্লি । শিরিবা মীশিসিনা করিগুম্বা মহৌশাগী মীশি'মদা শিবা ওইরম্লবদি করিসু চিংনরম্লোইদবনি। তশেংনা, শিরিবা মীসি অসি শিখিবা নত্তে, হাৎখিবনি হায়বা ৱাখল অমা মীয়াম পুম্বদা লৈনরিবা মওং অসি খুদম ফংদনবা খুমজিনবা মানখি।

কৈথেলদা ইমা ইবেলশিং মৈ হৌনা শাউনখি।
মীগী মমল, হিংবগী মমল থৌবা হৌখি।
পেন্দবা মওংদা ধরনা ফমদুনা, ৱাকৎখি।
ৱাকৎ মীফম মথং মথং ফম্নরকই।
লোইবা নাইদ্রবা ৱাকৎ মীফম্নি।

অমসু অমসু মফম খঙদবা ধর্না মথং মথং, লোইবা নাইদনা চৎথরকই। লম্বী শরক মচিৎ মচিৎ, তঙ্খায় তঙ্খায় ফমজিন্দুনা মীওইবগী ওইরিবা হক্কী মরমদা চে থেঙ্গুনা পেন্দবা ফোঙদোক্লখি। মীওইববু মরালগী মতিক চাবা দন্দি পানবা ৱায়েল থৌদা তৌদনা হেক্তা হাত্তোকপা যাব্রা ? ৱাখল, থৌওং অমসুং অচুম্বগী মশক উৎপা ঙম্বা অদুগীদমক মীওইববু তাইবঙ মী হায়নরিবনি। নৎত্রবদি শাগা মীগা করিদা খেন্নরিবগে।

মীশিসি কনানসু য়াবা ঙমখিদে।
মী খুদিংমক পেন্দবগী খোইরেল মশা পাইনখি ।।

বিচার তৌদুনা, মশাগী চপ চাবা দন্দি পীরম্লবদি অসুম্না খক পেন্দবগী মৈচাকসি চাক্লরম্লোইদবনি। লৈবাক্কী ফেংঙলিবা পাউচে খুদিংমক পেন্দবগী থোরকপা চেরোলনা

পীক থনখি। লুপ কযানা পুং নিফুনিপালগী জেনবেল ষ্ট্রাইক কৌখি। যাম্না হেন্না মতিং ফুদোকখিবা মওং অমা উখি। থরায যাওনে। পেন্দবা অমসুং খোইশাউনহল্লিবা থৌওং অসিনা মীপুম খুদিংগী থম্মোযদা মীনুংশি নিববগুম থোকখি। চোংথোবক্লিবা লুপ খুদিংনো মশাগী মথৌগুম জেনবেল ষ্ট্রাইক অদুদা পাম্মোম তিংনা শরুক যাবে। যাম্না কনখি। অকনবা ষ্ট্রাইক ওইখি।

পেন্দবা কযা হেন্না থোমজিনবা ওইনা দিফেন্স বিংগী শেংদোক চেবোল অমসু অমুক থোবকখি।

মনিপুব মীযামগী তংদু লৈতানা লৈহন্নবা অহিং নুংথিল অনীমক্তা তুম্বা চাবা মফম খঙদনা হোৎনজখিবা, অমদি লৈবক কোনশাংশিংদা অহিং মিশেন থাংদুনা পেট্রোলিং চৎচবিবা, যুনিফোর্ম শেৎলিবা সিফাযশিংনি। অসিগুম্বা মীযামগীদমক থবক তৌজবিবা কযাশিং অসিবু থাজবীদদুনা, চম্না হিংজবিবা প্রজাশিংগী পুন্সিবু শিংনবিবা, শান্তি থুগাযনবা শিল্লিবা মীওইশিংগী মীচং চংবা হাযবসি মীচং মীখায নাইবা নন গভর্মেন্ট ওর্গনাইজেসনশিংগী থৌইনশি অমনি। তশেংবদি মখোযনা শন্দোক্লিবা পাউ অসিমক থাজনীংঙাই শুক্রে লৈতবা পাউ অমনি। মসিবু থাজবা হাযবসি থম্মোয শোক্লীংঙাইনি।

লোংজম তম্ফা, তশেংনমক সেক্যুবিটি অমসুং মীচম তবাগী মথক্তা হাৎখ্রবা মীওইনি। মহাক লৈবাক্কী আইন্না যাদ্রবা পিপল মুভমেন্ট হাযবা, মীযাম্না পি এম হাযবগা হেন্না খঙনবা ইউ জি অমগী একটিভ কেদব অমনি। মহাক্না তৌখিবা ফৎত্রবা থবকশিংগী মনুংদা ইচম চমজবা সেক্যুবিটিশিংদা বোম লংশিনবা, আই ই দি পোকখাযহন্দুনা অশোক অপন নংহনখিবা কযা যাওবি। মসিদা নৎতনা ইং ২০০৩ দা লিলোং থোংদা অচম্বা, চম্না চৎচবিবা বস অমবু বোম ফিৎ তৌদুনা মচেৎ তানা পোকখাযহনখি। কবিসু খঙজদ্রবা মীচম তরুক হাৎখিবনি। মী কযা অ-া শোকহনখি। নুপী অঙাঙশিংদা শাথিনা মিপাইবা পোকহনখি। ঙসি মযুমদগী গখিবা তম্ফা, লমদমসিগী আম্মী কদাযদা লৈ গাযবগী অমদি কদাযদা দিপ্লোইমেন্ট তৌবি হাযনা মচা খাযবা পি এম দী জি এট ক্যাদা পাউ পীবল্লগা চান্দেদগী জুলাই তবাদ' মযুম তান্না অমুক হুল্ল-কখিবনি।

চহী অনী হেন্না মহাকপু তবাওবেংশুবা অসাম বাইহলসনা খোঙ্গুল লীবকপনি। মমৈথংদা হৌখিবা জুলাই তবাদা মহাক্কী অশেংবা লৈফম খঙলদুনা, মীওইবগী মশক খঙনা, অশোক অপন, অতেক অকায অমত্তা যাওদনা মযুম্মক্তদগী ফাখিবনি। মহাক তৌবম্বা অবানবা থবকশিং অদুমক মমুৎ তানা খঙলদুনা চেন্নবা হোৎনখি। ঐখোযদি মহাকপু লমদমসিগী চৎন কাংলোল অমতা কাযহন্দনা ফাখিবনি। মহাক ফাবা মতমদা এবেষ্ট মেমো পীবমখি। মযুমদগী মীওই অমতা ফু চৈবা তৌবমদে। মদুগীসু মথক্তা নুপা ঙাক্তনা ফা পুনবা নুংঙাইতদুনা নুপী পুলিস অমসু এবেস্ট তৌবিনবা পুলিসতা

পাউ পীখিবনি। মহাক মশানা তৌজখিবা পাপ অমসুং অরানবা মশকশিং খঙজদুনা, মরালগী মতুংইন্না মপুক্সি চুপ্পা অৱাফমদগী নাছোকপা য়াররোই খঙজদুনা হেন্দ গ্রেনেট অমা অমসুং মহাক্কী রেডিও সেট অমসুং অতৈ ইনক্রিমিনেটিং দোকুমেন্ট কয়াশিং পীথোরকখিবনি।

অরোইবদা, আর্ম্মী টিম অদুবু পুবা য়াবা মফম কয়াদা পুরবা মতুংদা, য়াইরিপোক্কী লম্বীদা মপান থোক্কে হায়দুনা গার্ড়াদগী কুমথখি। খঙহৌদনা মশা নাছোক্লনবা চেনবা হৌরকখি। ট্রুপশিং অদুনা ফনা চেনবা লেপ্পনবা হায়রবদসু মহাক্না য়াখিদে। মহাক্কী অদুগুম্লবা মওং অদুদা ট্রুপশিং অদুনা অরোইবা উপায় থিরকপদা খুলায় শিজিন্নবা তাখি। অগুম্বা লাইবক থিরবা থৌদোক অদুদা মহাক শিখিবনি। মহাকপু নোংমৈনা হেক পানখিবগা ইরিলবুং পুলিস ষ্টেসন্দা পাউ পীদুনা পুলিস কৌখি। লমদমসিগী প্রেসমেনশিংনা ঐখোয়গী মিংচৎ থিননবা, অশিবা মশা হুন্দোক্তুনা থনল্লে হায়না ফোঙলকখিবদু ঐখোয় কৈদৌঙৈদো মাবু হুন্দোক্তুনা চৎখিদে। ঐখোয়গী তিম অদুমক পুলিসতা অশিবা মশা শিন্নদ্রিফাওবা লেংদনা লৈখি। পুলিসনা অশিবা মশা লৌখৎখিবনি। মদুগী এফ আই আর নম্বর ২৯ - (৭) -০৪, আই বি জি পি এস ১০ – ১৩ য়ু এ (পি) এক্ত, ৩০৪ পি সি ৬ – ১ এ দব্লিউ টি একত এন্দ ৫ ই এস পি সব এক্লি। ৱাফম অসিদা থাজবা ঙমদ্রগসু ইরিলবুং পুলিস ষ্টেসনগী ও সি অমসুং এস দি পি ওদগী কনফার্ম তৌবা যাগনি।

অসাম রাইফলসনা ফারকপা মীওইশিংবু ফজনা লোয়নৈ। ফারুবা মীওইবু ওৎপা, নুপী নহাদা নমজা নমথেক তৌবগী ৱাফম অসাম রাইফলসকী পুক্সিদা মরু ইহ্নল তমদ্রি। ৱাফমসিমক থাজদবা তারগসু লমদমসিগী লাইয়েংশঙদা তৌখিবা পোষ্ট মোর্তেমগী রিপোর্ট য়েংলগা খঙবা য়াই। দাক্তরদা ভিরিফাইড তৌবদা শোইদনা খঙগনি। মসিদা অসাম রাইফলসনা চেনগদবা লৈতে। ওৎপা নৈবা অমসুং নমজা নমথেকপগী ৱাফম পুন্নমক সেক্যুরিটি ফোর্সশিংবু মিংচৎ থিহন্নবা কনাগুম্বা খরনা কনাগুম্বা খরখক্কী ইন্তরেষ্টতা ইনশিন্দুনা মরাল শিজিনবনি। নুপীবু নমজা নমথেক তৌই। মখুৎ চল্লবা মীওইবু হাৎলি হায়বসি পি এমগী এক্তিভ কেদরশিংবু কনখৎপগী অমসুং মখোয়গী ফৎত্রবা থৌওংশিংবু কুপশিন্নবা হোৎনবনি।

মীচমশিংদা য়াম্না চমন্নহনখি। অমনসু অমনসু ফোঙদোক্লরক্লিবা ৱাহৈ কয়াদা লোইনা অচুম্বা মাল্লি। ঐখোয় মীচমশিংগী পুক্সিদা শিংনরিবসি নাকল অমত্তনা নৎতে। খুলায় পায়বশিং পুন্নমক্লা শিংনৈ। পৌরাবিদা ভোম পোয়খায়খি। বস তোংদুনা চম্না পুক্সিগী শিষ্টা গুজবিবা কয়াবু মফম খঙদনা হাত্তোকখি। থৱায়গী মফম লৈহনখিদে। মতমসিদা কনাবু থাজরগা কনাবু থাজরোই। থাজবা হায়বসিদি

থম্মোযগী, পুক্নীংগী বাফম্নি। মীওইবদা মসিগী মফম চাউনা শাগৎহনগদবনি। চমজববা মী কুনগী মথক্তা, লম্বীদা ফুম্লম্বা বোম অমা পোকখাযবক্তুনা মনিংথংবদা তোংলিবা মী কযা শিহনবতা নৎতনা, কযা অমসু মখোঙ ককপা, মখুৎ ককপা কযা যাওহনখি। মসিদবু মীচমগী পুন্সিসি কবি ওইবা তাবগে ? থাজবা অমতা ঙম্মদে। থাজবা হাযবসিদি থম্মোয শেংলবতদা থোক্লক্কদবা মশক্লি। থাজবা হাযদুনা মীওইবগী মশক অমা তোঙান্না পুথোকপা ঙম্লোয। অমনা অমবু অমতা থাজবা ঙমহন্দ্রবসু হাযবিবশিং অসিসু যানীংখিদে। লমহেন তুহেনবা, কাংবুনা মীগী মমল লৈহন্দবা, মীবু শাউনীংহনবা হাযবসিদি মহৌশানি। মখোযদা কবি হাযকগনি ? অদুম ওইনমক লৈঙাকপা, মীগী মশক থোকহনগনি অমসুং থরায ঙাকপীগনি খল্লিবা মীওইশিংনা লমদমসিগী চৎন লোনচৎ থুগাযবদি যানীংখিদে। শাউনখি। অপুনবা খোল্লাও লাওখি।

তম্ফাগী অশিবা হকচাং

— অমুক হন্না পোষ্ট মোর্তেম তৌ।

মহাক্কী মীহাৎ অসি

— ঐখোয পুম্বনা যানীংদে।

ডাকুগী শাশন

— মুখৎলু

সিফাযদা মীচমগী থরায

— শিন্নগনু।

সিফাযনা খুল্লিংদুনা পানবা

— ঐখোয পামদে।

কৈথেল ফম্বা মযাম লাওব লাওবদুনা, অবাই অখুম তৌনদুনা পবেং শানা চৎখি। তশেংনা, পুন্সি কযা ঙাক্লনবা লৈবা আইন্না থরাযবু শান্নবকপা তাবগদি লমদমসি কবি ওইবা তায ? হিংলিবা খুদিংমক অশিবগা চপ মান্নবা তাবনি। ঐখোয শিববনি। শিবগীদমক অমুক কিনীংঙাই লৈত্রে। শিজবগনি। শিজবগে ? শিজনবা মশানা মশাবু মৈ থাজখি। চিফ মিনিষ্টব বঙ্গলো মমাংদা পেন্দবগী পোৎলুম পুজবা ঙমদ্রদুনা শিজনবা হোৎনখি। অসুম্না মফম খঙদনা হিংবগী মহুৎ শিবনা হেন্না ফৈ খঞ্জবগী মশক্লি।

যানীংদবা ফোঙদোক্লদুনা ইমুং মনুংনা অশিবা মশা লৌখিদে। মীশি অসিগী অশেংবা মবম চপ চানা খঙদ্রিমখৈ অশিবা হকচাং লৌবা ঙম্লোয। মীশি অসি তৌশিন্নবা মওংদা, রাযেল পথাপ চত্থদবিঙৈদা নমদুনা হাৎখিবনি। মতৌ অসিদি লম অসিদা লৈবিবা মীশিং অসিমক কবিসু তৌবা ঙম্নবোই হাযদুনা অসিগুম্লবা নুংশিহৈতবগী থবক অসি পাংথোক্লিবনি। নুংশিহৈতবা মীনুংশি যাওদবা মশক অদুদি থরাযদতা পীবা নত্তে। ঐখোয পুম্বসু যাওববনি। হকচাংদুসু লৌহৌবো। শাবমচৎ চৎখিবা হকচাং অদুনি

হায়না মতম খুদিংদা নীংশিংনবা মফম চানা থমজিল্লু। অশিবা হৃকচাং ঐখোয় লৌরোই। ঐখোয়না পাস্পী অচুম্বা বায়েন। মীহাৎপা, থবায়গী মমল খঙদবা মীওইশিংদা লৈবাক শিন্নবীগনু। মীওইবগী মমল খঙনা মীওইববু বায়েনবীয়ু।

মতৌদু করম্বা পেনগনি ! লৈবাকসিগী বায়েন মখাদা মশা মশাগী মরাল মতুংইন্না বায়েলদুনা ফংফম থোকপা মরালগী চপ চাবা দন্দি পীরম্লবদি বায়েলদুদা পেন্নদবা পোক্লম্লোইদবনি। মদুদি নৎতনা, করি করম্বা মরালগীদমক ফংলিবা দন্দিনো খঙহন্দনা মীবু হেক হাৎলকপদা কনানা পেনগনি ? অদুবু সরকারনদি হায়রি, 'মরালগী মতুংইন্না, মরাল লৈরম্বা মী খুদিংমক দন্দি পীগনি। অচুম্বগী মশক খক হোংদোকহল্লোই। অশিবা মশানা পুমদ্রিঙৈ, পাংথোকফম থোকপা মথৌ মঙম পাংথোকপীয়ু। সকারনসু মদুদা পাংবা য়াবা মতেং পুম্নমক পাংজগে।'

মতেং পুম্নমক পাংজগে !
শিগ্রবা থবায়দা করি মতেং . . . ?
মতেং পাংবা হায়বসিদি হিংলিঙৈদা পাংনগদবনি।
অশিবনা অহিংবদগী মতেং খক লৌররোই।
মদুগী মহুৎ,
হিংমিন্নরিবা ঐখোয়দা অচুম্বা পীনবীয়ু
শিগ্রবা থবায়, অথ্বানসু পেনগনি
অহিংবা ঐখোয়না হিংমিন্নবগী মশক পামজৈ।

খঙহৌদনা কার্ফিয়ু থম্লকই। খোই মহুম থুগায়রুবদা খোই, ময়াম চঙম শানা ঙুং ঙুং ঙংদুনা অমসু অমসু মফম খঙনা পুমওম ওম্বদু মঙাই। মী অমত্তা চৎলমদবা শরক মফম খঙদনা চেনচৎ চেনচৎ চৎনৈ। কনানা কনাবুসু হন্না য়েংনরুবা তৌদনা মশা মশানা চৎকদবা লম্বীদা পংচৎত্তা চৎনৈ। মফম খঙদনা পংচেন্দা চেন্নৈ। সিফায় গাড়ীনা সিফায় মপোৎ মপোৎ হোন্দুনা থৌদোরকই। বজারদা কৈথেল ফমজবী, লুকমায় পাঙবী কয়া লুকমায় হৌগৎপা নংদনা ময়ুম ময়ুমদা চৎননবা হৌগৎনৈ। লুকমায়দগী পোৎচৈশিং মফম খঙদনা চখায় । পোৎ য়োল্লুরগা চরা তানগনি খনবা ইমা ইবেনশিং, চখায়রবা মপোৎ মচৈশিং য়েং য়েংদুনা কপ্পা, কপ্পা কপ্পা চৎখি । লম্বী শরক মীনা কৃক কৃক ইন্নৈ। খোঙদাফম লৈতে হায়বা য়ৌনা চৎনখি। অহল ওইবী অমনীনা মমাংদা লৌবা য়াদনা নেৎখায়বা মপোৎ মচৈ য়েংদুনা কপ্লি। তৌফম খঙদবা মওংনি। ময়ুম হল্লগদ্রা। মাংলিবা পোৎ চৈশিংবু অয়া অয়াবা খুনগৎখিগদ্রা ?

কুইদ্রি কর্ফিয়ু অমসু . . . ভরাংতনি মদু লোইখিবা । মী কয়া মফম খঙনখিদে।

শিবা কিদবা মী কযানা মাংজিন থাদুনা থোবকখি। থবায় কয়া পোক্থা থাখি। অশিববু হবাওনা কোনশিন্দুনা, ঐখোয়গী শক্তম অমসুং ইবমদমবুদি কাযহনবীগনু হাযবগী খোল্লাও লাওখি। হকচাং নহল্লগা হকচাংনুংদা যাওবিবা থবাযবু কাওথোকখি। ঐগী পোক্নফম্বা কাযবা তাবক্লবা. হিংহল্লবা মফম্বা মফম খণ্ডনা চেনখিবা তাবক্লবদা পূম্নমক মাযযোক্লনা লেপ্লগে মতানি। ইপা ইপুনা কনশিন্দুনা থম্লব্বা লমশিগী ঈশিং নুংশিৎ অমদি মসিদা হৌবিবা পাম্বীশিংনা থাক্লকখিবা হকচাংগী মহুৎ পীবগনি। লেপখি পোংনা, থোইনা। খোঙফম মচি অমত্তা লেংখিদে। থবাযদি ঐ শিবগা লোইববনি। ইবমদম অসিগী মহৌশানা ঐগী ইচা, চাবোল শুবোল মথং মথং নাওকোল্লকখিগনি। মসিবু কবম মচেৎ মচেৎ যেন্থোক্কনি ? নৎতে, শিখিসনু হকচাং অসুক কুইনা হিংজবকখিবা নতম্বাকথকসিদা, চাউবকখিবা কযাগী থৌদাং পাংলম্লগে হিংলির্ক্লসিদা। শিখিসনু নঙগীদমক।

শিনখি মী মথং মথং অমা অনী অহুম থবায থাদোকখ্রবা অশিবা হকচাং নতম্বাকথক্তা তুখি মথং মথং পেঙ্গখি মদুনা, মতম চুপ্লগী হকথেংনববনি থবাযনা তাজবা লমদমসিদা পোকপগী মহয ফংলবনি। যোকপীবকপগী মহুৎ শিন্দুনা নহাকথক্কী নতম্বাক্তা মতম চুপ্লগী তুমজববনি। অসুম্না ঙমজ ঙমজবা মওংদা থবাযনা পোক্থা পীখি মখোয কয়া। ইপা ইপুনা চিংলম্লবা লমসিগী লৈশা লমখৈ কযাগী চখৈবুদি হোংহনখিদে। চখৈ হোংদোক্লবা শিল্লুবা অচৌবা লানফম ওইখি।

ঙসিসু নীংশিংলিনে নোংজুগী থাচৎতো।
থবানগা কোম্ননা ইবি লৈশাথক্তা।
নঙণীদমক হিংজবিবা কযানা
মোমোন নোক্লি
হন্না অমুক ফংলবদা পোক্লম
মপোপ মতাং কাযদনা যেলহৌঙৈগী মশক যেংজবি
থম্মোয পেম্না নুংশিনা।
হে ! ইঙা ইঙেল
নঙগী নোংজুদা
শিদুখিবা নত্তেনে পিবাং
কুমদমখিবনি,কুমওন কযাগী
চাইখিবনি তেখৎলুনবা
ইবমদমগী ইচেলদা চেনশিন্দুনা
অকায অতোয থোক্তনবা
তম্বীখি অপুনবগী খোঙক্ষমনা চেৎশিল্লিবগী মতিক, ঐখোযগী শক্তম,শিংনবক্লিবা

খুদিংমক মাযথিগনি। ঐখোয পুম্বা পুন্না লেপকদবনি। লেপখি পুন্না অপুনবা খোঙফমদা।

চপ মান্নবা থৌদোকসিনা লৈবাক পুম্বা তম্মখি। ভুৎ প্রেৎ কযানদি নুংজেং চাইবকখি। তু খাও চুংখি। সম না চপ চপ যুংখৎখি। অফবা ওইগনি থাজখিদে। অকিবা পুম্নমক নাথৈদুনা শিংনখি। অকি তুজুংগা অসুম শম্নদুনা লৈগদবগী শরুক ৱাবোইশিন অমা লাক্লনবা শিংনখি। মী কযা মফম খঙনখিদে। অহিংদা মৈবা পাইদুনা মৈবুলগী পবেং চৎহনগনি। অকিবা হুন্দোকখি। ইকাইবা থাদোকখি।

অকোকপা, কোগোক কোকপা, ফি থোংদ্রবা ইমা ইথেলশিংগী হকচাং, ইপাইপুশিংগী বাযেল থৌদা তৌবম্বা কংলাদা, অসাম বাইফলসকী মমাংদা থোইনা লেপখি। ইজ্জৎকীদমক ফিশেংনবিবা হকচাংদা, ইকাইবা হঙ্গোযবা, মদুগী মহুৎ শিংনবা অমসুং তুহুৎপীবগী পেন্দ্রবা কযানা শিনখি। চেল্লিবা, ঈগী ঈচেলগী মহুৎ, ওৎপীবম্বগী ইচেলনা চেলহনখি। তথোৎলবা হকচাং মৈগী মেবুল ওলহন্দুনা, লাওখি থম্মোয কযানা,

ঐখোযগী শদোংস্‌ লৌরুলাও
নুপীনি ঐখোযসু মালেমসিগী
মমানি মচা নুংশিববা থম্মোযগী
ইকাইখঙদবা নখোযগী নমাংদা
ফি থোংলুবগী অর্থ লৈতে
নখোযনা পামজবা অকাম্বা লম্বীগী হকচাং
লৌবো । পিবগে লেপ্পা লৌবো ।

থম্মোয ফুক্রুবা, অত্মা পাইথোকখ্রবা খোঞ্জেলদা হন্না হন্না লাওখি। নুং ওলম্বা থম্মোয, মনা পংলবা মনাশিং তাননবা লাওশিননখি। মতৌদুনা লৈবাকসিগী মীপুম খুদিং খোইশাউনহনখি। ইবাং খংকন কনশিনখি। মীওই পূম্বা লাওনবকই।

থৌদোকসিগী অচুম্বা পুথোকপিযু।
ইবাং পাম্বা লৈবাক তাহনর্বাগনু
মীহাৎপবু কনখৎপীগনু,দন্দি পীবীযু।

অসুম্বা লৈবাক্কী ইবাং কনশিল্লরুবদা, লৈবাক্কী লুচিংবশিংনি হাযদুনা লৌনিবা, ফম হাবী শান্নবগী কৈথেল কাবশিং তুমিন লৈবা ঙন্নকখিদে। অশিবা হকচাং লৌবোই হাযনা লৌদবা কযাদুনা ইবাং শাগৎনবা পোম্মিৎ শাগৎলকই। অশিবা হকচাংগী মবী লৈনবা মীওইশিংদা ঙন্নিমখৈ থুনা লৌবনবা খঙহল্লকই। কবিগুম্বা অশিবা হকচাংসি অসুম মার্গতা থম্বা তংলবদি , মপু লেতবা, মফম খঙদ্রবা হকচাংনি হাযদুনা সবকাবগী মী

অশিবা পোৎলোইফম, মিনুথোংগী হেক অন্নাংদা লৈরিবা মফমসিদা পোৎলোইরগনি হায়না চেকশিন ৱাহৈ হায়রককখি। লৈবাক্কী ইন্নাংদা তাইওন্নরবা মশক শাগৎলক্লিবা কয়াদু কনানসু ৱানি হায়না লৌনখিদে। তাশিন্নখিদে।

থাজদনা, নোংমা অয়ুক অমা মীনুথোং মী অমতা লালহন্দনা, পুলিসনা পুম্মু মুনা মফম খুদিংমক ঙাক্তুনা, তম্ফাগী শামু হকচাং,মপু পান্দ্রবা, মমা মপা মশক খঙদ্রবা, মাগী হায়বদু কনাসু লৈত্রবগুম, কনাসু য়াওদনা মৈ থাখি। মী শিবা, থৱায় চৎখিবগী থম্মোয় পানখিদে, মাবু নুংশিবা কনাসু চংহন্নখিদে। পি মরিক অমা তাবীনবা য়াওদনা তম্ফাগী শামু হকচাং সরকারগী পোৎলোইফমদা মৈ থাখি। পি মরিক অমতা মহাক্কীদমক তাবীনবা লৈখিদে। থম্মোয় পান্দবা, মিনুংশি খঙদবা শারমচৎ চৎপা কয়াগী মখুত্তা মপুন্সি লোমখিবা মহাক্কী অরোইবা মথৌ মঙমসু মীনুংশি য়াওদ্রবা মী তানবশিংগী মখুত্তা তাখি। মীওইবগী মরক্তা মীগী শাজৎ চৎতবা মী কযানা খুন্নিংবগী মশক চপ চাবা পোঙনা উৎলকখি।

শাফগদ্রা খল্লবা ইবাং কনশিল্লকখি।

মৈ থাদোকখিবা মওং অদুনা অমুক্ক হেন্না খোইশাউনহন্নখি। ইশাগী ইশানা ঙাকচবা লৈঙাক হাযবসি লমদমসিদা লৈবিবা মী খুদিংমক্কী হক লৈফম থোকপনি। ডাকুগী আইন অমনা মীগা মীগা মবী অমতা শম্নহন্নখিদে। আইন অসি লম্ম অঁসিদগী পুম্মুং মুখৎলু। লৈবাক অসিদা, নত্তে, মীওইবা জাতিগী মরক্তা অমুক হন্না উহনবীগনু। মীয়াম হৌনা হেন্না হেন্না লাওনবকখি। আইন অসি লৈরম্বনা লম অসিদা মীচম কযাগী পুন্সি লম্মখাংদা পিখম্নখ্রে। তশেংনা আইন অসিমক লৈঙাক পথাপ্পা পীবা হিংলোনগা যাম্না তাইওন্নবা মশক্নি। মসি মুখৎকদবনি।

মুখৎলু।

মুখৎলু ।

পুম্মুৎ মুখৎলু।

হিংচাবগী আইন মুখৎলু।

লম অসিগী মফম খুদিংমক্তা লাওনরকখি। কচিন কোয়া অমতা খাক্তনা ইহৌ হৌবকখি। ঐখোযগী মীহুৎ কয়াগী ময়ুম ময়ুমদা চঙদুনা করিগুম্বা আইন অসিনা লৌথোক্তবা তাবগদি, নখোযসু মীহুৎ ওইরিবগী ফম থাদোক্কদবনি। থাদোক্তবা তারগদি, মদুদা থোক্লককপা লৈবাক্কী চনৈনবা, অফ ফত্তশিং পুম্নমক নশা নশানা পুগদবনি। কিহনখি। কিনখি। ঙসি, হুয়েং খরা খরা ফবক্কদ্রা খল্লম্বা কয়া, ফবা কৌবা লৈতনা হেনজিল্লক্রবদা, লমদমসিগী মীহুৎ কযানা হিংচাবগী আইন, সিফাইদা শিন্নবগী চৎনলোন অসি লমদমসিদগী পুম্মুৎ মুখৎপা ঙমদ্রবসু মফম খরদগী লৌথোক্তুনা চাংয়েং

তৌগনি। মসিনা লৈবাক্কী শান্তি পুরকপা তারগদি পুম্নৎ মুখৎলবসু মুখৎকনি হায়দুনা রাশকখি।

অসুম্না লৈবাক্কী ইরাং হৌরিবা কয়াবু থেমদুনা, লমদমসিদগী স্পিসিএল পরার এক্ট মমিংতগী ওইনা এসেমব্লি শেকমেন্ট খরদগী লৌথোক্তুনা য়াশিন্নবা পুরকখি। মসিদা নৎতনা মসিগুম্নবা আইন অসিমক অমুক হন্না মীওইবা খুন্নাইগী মরক্তা হিংহনবা য়াননবা মওংদা শেমদোক শেমজিন তৌননবা কেন্দ্র সরকারদসু মিৎয়েং চিংশিনখি। ইশাগী ঙাকচবা লৈঙাকপু মীহাৎপগী লৈঙাক থৌশিনগুম চংশিল্লক্লিবা মশক অসি খরদি ইংথরগনি খন্নখি।

হৌজিক্তি ইরাং নেমথরক্রে। লৈবাক্কী ওইরিবা ফিভম তপ্না তপ্না ইংথরক্রে। হিংননবা অমদি হান্না হিংলকখিবগী মশক্তা লাকপা হৌরক্রে। অদুবু তম্ফাদি কদায় ? শিখ্রে। মীওইববু শিবনা পুম্নমক লোইরব্রা ? শিরবা মতুংগী বা লৈত্রব্রা ? পুক্নিগী অরোইবা মশক্তা থাজনবগী ওইবা ধর্মগী চাউরবা মফম অমা পুক্নিশিংদা, মীওইবগীদমক তোনশিন্দুনা লৈ। মসিদি তৌদবা য়াদ্রবনি। তম্ফাগীসু তৌখিবা তাই। মসি ওইদুনসু মশাদি লৈত্রে। মাগী শামু হকচাংদি অঙম্বশিংনা মৈ থাদোকখ্রে। ধর্মগী তৌদবা য়াদ্রবা লাইশক্রোনগী শরুক্না ইমুং মনুংদা তোনশিন্দুনা লৈহৌরে। হাৎহৌরিবা শরুক অমা ওইনা তম্ফাগী শামু হকচাংগী মহুৎ পাঙ্গোংনা মহুৎ শিনবা তাখি।

লৈবাক অসিদা, মীওইবগী মহুৎ পাঙ্গোংনা শিনখিবা কয়া য়াওরে। থাজবা থন্নন্নবা চৎনবীগী মশক অমদা হকচাংগী মহুৎপু মদুনা তশেংনা শিনবা ঙম্নব্রা ? থব্রায়গা থব্রায়গা নকশিন্নরম্বা মরী শাগত্তুনা, হিংমিন্নরম্বা কয়াগী শাগৎমিন্নখিবা পুক্নিগী মশক পুম্নমক মথবায় পান্দবা উকংনা শিনজিন্দুনা লোইশিনবা তাখি। লোইবসু লোইশিনখ্রে।

পাঙ্গোং নঙ লৈরম্বগীদমক
শামু হকচাং কয়া
মফম খঙদনা মাংহন্নখ্রে
মীওইবগী মশক কয়া
মথং মথং শাগৎতুনা
থম্মোয় কয়াসু পোথাহন্নখ্রে
অদুবু,
নঙবু তশেংনা
চৎখ্রবা থব্রায়শিংদুগা উনখিব্রা
পাউ তম্বীয়ু মীরম্নেনগী
নখোয়না শান্নরম্বা হকচাংগী
মহুৎ শিন শিন্দুনা

মখোযবুদি নীংশিংনহৌবি ঙসিসু।

তাইবঙপান অসিদা থম্মোযগী লোলনা থম্মোযদা তাশিন্দুনা থল্লি। ময়াল থোকহনবা ঙমজদে। শিখিগদ্রা চিংনৈ। অহিং হেক লাক্লবদা থবায লাকপী মখোল থোক্তনা লাক্কদ্রা কি। থবায লাকপী কযাগীদমক অহিং মিশেন খাংনা লমদমসিগী মমা ওইবী কযা শঙ শাদুনা শঙদা শঙলি। খোংলক্লদ্রা খঙহৌদনা অকিবা মখোলদো ? অহিংগী মতমসিদা নাকোং থাঙক্তুনা মখোল তাদবা যাদে।

ঐখোযগী মনাক্তসু অমা ফাখি।

মদুসু শিবগা মশা ফংখি। মমানা হায, 'হিংচাবশিং অদুনা অহিং ফাখিবনি। যুমদগীদি ইচম চম্বা পুখি। অদুগদি নোংমৈ কাপ্লবদা শিবে হায। খঙদে, কদোমদা নোংমৈ তম্ফম ওহোক্লবিবনো ?'

কদাযদা ?

কুইবে। থৌচোম লৈকাযদনি। চীঙামথক্তা।

মীবু খুৎ চুম্বা তম্লবা, নোংমৈ কাপফল্লা ?

অমসু অমসু কপ্লে। হৌজিক্কী রাসি তম্বা ঙম্বা নত্তে। ঐখোযদসু মবৈ লোম্বা, মখোল অফাইবা মখল শুনা চংলক্তুনা ইথৌনা লাৎচবম্বা লাই কাউথুদুনা থনম্মী। মফম খঙখিদে। লমসিগী মশকসি মতা অমা ইতৌ তৌবে। ঈ চুপ্পনা অকনবা শক্রে। থবায লৌবা ঙম্বনা অঙম্বা ওইবে। মতা অমা তৌবে হৌজিকসি। হৌজিকসি মতা অমা তৌবে। অশিবগী, মোংফম্মা লৈবক, কোনশা, খুঙ্গং পূম্বা শৌগ্রি যুংবগুম যুংখৎলক্লে। মী অমনা অমবু তান্নবে। লমদমসি মতা অমা তৌবে।

'কপহৌই উকংগী মশক্তুদা অশেংবা শামু হুকচাংগী মশক শৈথাদুনা মমানা মচাবু হন্না হন্না কৌহৌই।' ইনেনা থম্মোয শোক্লা তমখি। লমসিগী ওইবিবা ফিভম্মা পুন্সিগী ঈচেলদা তিল্লবিবা মশক উৎলকখি।

'মদুবু মচা ওইবা!'

'থম্মোযদি মমাগী থম্মোযনি। মচাবু নুংশিবিবনি । মচাগী হুকচাং মহুৎ শিল্লিবা মশক অদু উবগা অমুক্ক হেন্না মপুক্লীং নুংশিহন্দুনা হেন্না হেন্না কপ্পা তাবনি। মচাদু কুইবে শিখিবা হাযদুনা থম্মোয পানগনু হাযবদি যাবা নত্তে। থম্মোযদি মতম চুপ্পগী লেংদনা লৈবগদবনি। মচা নুংশিবগী মৈনা চাকখৎলকখি।' রাহৈসি হাযবকপদা ইনে কপকদবগী তৌখি। নুংশিবা মীনুংশি হাযবসিদি থম্মোযগা থম্মোযগা লৈনবা মশক্লি। রাখলগী পোখি নংতে।

'ইনে! মদু যাম্মা নুংঙাইবল্লেইকো।'

'ঐখোয়না অসুক নুংঙাত্রবসিদা মতৌ করম্না হকথেংনশিংনদি নুংঙাইগনি ।'

'পাঙ্গোংনা শামু হকচাং শাবা !'

'শাবা নত্তে ওইহল্লিবনি।'

'লব কুসকুম থবায় হাপ্লদি নত্তে।'

'মমাদো পূমঙাউ ঙাউরবা হেক মান্না লৈহৌই। মচাগী থল্লিবা ফোটোদা চংশিন চংশিন কৌহৌই । উ ওল্লোক্লা নুংঙাইখ্রিদ্রে।'

পুন্সি নঙগীদমক পুন্সি কয়াদা মরী লৈনবা রাহং হংহল্লি। থবায় অমগীদমক থবায় কয়াদা চৈথেং পীরে। মসিনি ঙসি কৈথেল অসিদা য়াম্না মঙাউ থিরবা মতৌ অমা ওইনা উরিবসি । অহিংবশিংদা শিংনবা লোল অমনা কৈথেলগী থবায়বু শিংনরি। তপথদ্রবা মশক অমদা তৎতনা মথি ফোঙলি। মীওইবগী মশক শাগৎনবা লাক্লরি । কুইনা পুন্সিয়ক্লবা কৈথেলগী মচৎনা লমদমসিগী মশক অসিসু ইংনা মীওইবগী মঙাল পুথোক্তুনা হিংহল্লীংলি। হিংননবা তাল্লি। মীগী মচৎ শেম্নবা অশেংবা উননবা ইহৌ হৌরক্লি। ইহৌ অসি থবায় অদুখক্তগীদি নত্তে। থবায় পাল্লিবা খুদিংমক্কী, থবায়বু ইকাইখুম্নবা ফংননবা তাল্লিবা দাবী মখল অমনি।

## ৮

কৈথেল কাখিবদা 'কৈথেল ফম্বা যারোই' হায়দুনা তৌনদুনা লৈরম্মী। পূন্নমক পূমখিং খিংলম্মী। কেদৌববা? কৈথেল লুকমায় পান্দুনা, মদুদগী ফংলকপা শেন্দোং খরনা ইচা-ইশু থাস্তুনা অমদি মহৈ মশিং তমহল্লিবনি। মসি থাদোক্তুনা ঐখোয় অতোপ্পা মফম কদায়দা চৎলুগনি? ঐখোয় শিরগদ্র?

'ঐখোয়দি লুকমায় পান্দবা ঙম্লোয।' অমনা লুকমায় থাদুনা কৈথেল ফম্মনবা তৌই। নমদুনা ফম্মনবা হোৎনৈ। অবোইবদদি পোৎ চৈ লংখাইগাদবগী তৌরক্রে।

'হিংচাবী মদুদি তৌনু।' খোন্দা য়াক্লা হায়রকই।

'মীনা ফম্লনু হায়রগা . . .।' লোল অসিনা অমুক্ক হেন্না যাকই। মমৈ তারকপা খোন্দা অদুমক খোনকায অমা যাওই হায়দবা ঙমদে। য়াম্না হেন্না খোন্দা অমা তৌই।

'অদুবু করিগীনো?' হন্দক্তি কবিনো অমদি যানবা অমা লৈববগুম তপ্পা ব্বারী শানরকই।

'অশিস গুপ্তদু, শিবা চংবা খঙদ্রি। করিগুম্বা শিরবগু শিনা, চংলগসু চংনা মশাতদি ফংহনবীয়ু হাযদুনা ধবনা তৌগদৌবি। মদুনা ঙসিদি কৈথেল অমতা ফম্বা য়ারোই।'

অশিস গুপ্তা!

লুপা ক্রোব অনী!

থবায় অমসুং পৈশা!

কুইদ্রি, অসিস গুপ্ত ফাখ্রে হাযদুনা মীযাম্বা ব্বা ব্বা লাওনখিবা। কবিগী ফাখিবনো হাযবদি খঙদে। লমদমসিদা মী ফাবগী চৎনবী অমা কম্না হৌদোরক্রি। করিগীনো খঙদ্রবসু মবম অমদি শোয়দনা লৈরমগনি খন্নখি। করি কবম্বা মবমগী ওইগাদগে, কনানসু থোক্লনা থিনরুদে। ঙসিদি নহৌনা লুপা ক্রোব অনী পীদ্রবদি অঙাঙদুমক অমুক হন্না উগনি হায়বা থাজদে হাযনা মযাম পূন্নমক হায়নরকই। অচুম্বনি খঙদে,

অরানবনি খঙদে য়াম্না কন্না হায়নৈ। ঙসি নোংমা নীনিসিদা ঙাংনবা খঙহ্নেন হেন্নকখি। তৌরম্বসু য়াই। কুইদ্রি স্কুল তন্নিবী, ক্লাস ফাইভ তন্নীবী অমসু মশা শিনা ফংখিবা কুইদ্রি। অঙাঙ অনী অমসু স্কুল কাগনি চৎখ্রগা লোকচপতা শিনা ফংখি। অঙাঙ ফাদুনা পৈশা তানবগী নৎত্রেগা মী ফাদুনা মস্তিক্রবা কন্না চৎনরক্লি। মসিবু মী য়োনবা লৈবগা অমতা ওইরব্রা ?

নোংমা নোংমা হৌখিবনা অশেংবা খঙলকই। অসিস ফাখ্রে। থবায়দা অমসুং পুম্বিদা চৈথেং পীদুনা পৈশা নমদুনা লৌরগনি মতাগুম অঙাঙ অদুমক ফাখ্রে। থবায়গী মমল লৌদুনা পুম্বিবু চিংলি। লমদমসি তশেংনা লৈহেদ্রে। অসুক মোৎপা থবক অসি তৌরগা পৈশা তানগনি খল্লিবা ৱাখল, ঙকই। স্কুল কুম্নকপদা ফাদুনা পুখিবী নুপীমচা অদুগীদমক লৈবাক অসিদা নিন্দুনা লৈরি পেন্দ্রবা খোঙ্গাং কয়া। ঙসিসু চপ মান্নবা মওংদা অমমুক তৌরিবা ? কৈথেল নুপীশিং ৱাকৎ মীফম ফমখি।

পৈশাগীদমক মী ফাবা য়ানীংদে।

থবায়গা পৈশাগা মস্তিক্রবীগনু।

পুম্বিবু চম্না অমদি চুম্না হিংহন্নবীয়ু।

পৈশা মিহৌবনা থবায়বু মিপাইহন্নবীগনু।

ফেষ্টুল থেৎলি। কৈথেল ফম্বীশিংনা মখোয়গী মমাংদা লৈরিবা অচৌবা লম্বীদুদা মী মযাম উননবা পুন্না ফমখি। অঙৌবা ফুরিৎ লিৎলি। অঙৌবা মচুগী ফি অমমম ইল্লি। ফনেক লমদমসিগী অৱাবা ফোঙদোকপা মতমদা নুপী পুম্নমক্না শেৎপা পুঙৌ ফনেক শেৎলি। মপান য়াওদবা উরৈলোম মচুগী ফনেক, অৱাবা ফোঙদোকপগী মশক্লি। মমাংদা ধুপ থাওমৈ থাই। লফোই লফাং ফজবা অমগুং ঘোৎ চফু অমগী, মঙক্কা হৈনৌ মনা ময়াযদা থেকথদুনা পযানা লেংলগা ক্রক খুনু মথি তাহন্দুনা পুল্লি। য়াম্না শেংলবা ধর্ম অমগী পুক্নীং চমখোক্রবা থৌনি অমগুম ৱাকৎ মীফম চৎখি। থম্মোয় যাম্না শেংনা হোৎনবগী মওংনি। তশেংবনি, মসি অত্মাগী মফমনি। থবায়না থবায়গীদমক ঙমজবা মওংদা থৌনিরি।

মনিংদা কাংবু অমনা শাউনরি।

থম্মোযদা ওমর্শিল্লিবা পেন্দবগী ৱা থৈদোক্তুনা নুংশা থিনা খল্লি। ‘ঐখোয়বু করম্নো ? ঙসিসিবু চেং চারা ৱানবা ফংদনা তোক্লগদ্রা?’

কৈথেলসিদা ফল্লিবা, মনা-মশিং, ইম্নাং নাপী যোল্লিবা মীওইশিং অয়াম্বা নোংমগী শুবগা চৎনা অয়াম্বনি। শেন পাযরগে খন্দুনা কৈথেল ফম্বদি খজিক্তনি। অয়াম্বনা মশাগী পুম্বি নিজনবা থবক তৌবা ঙাক্তনি। তশেংনা মফমসিদা পোৎফম ফল্লিবা

মখোয় কয়ানবু থরাযগী পেন্নবা মওংদা থাকপা যাওবমগদগে ?

চুম্লতগী হকচাং মনুংসিদা থরাযসি ফাবা ঙম্নবা থাকপা ঙাক্তনি। থরাযনা থরাযগী অপেনবা থিবগী মওংদা কৈথেলসিদা লুকমায পাল্লবদি কযা যাওদে। মখোয় কয়াদি রাকৎ মীফম ফম্না ফম্না মপুক্রীংদা কাপ্লি। যুমদগী পুবকপা রাখলনা থরাযবু চিংলি।

অদুবু বাকৎ মীফম ফম্না ফম্না ঙাংর্নখি, 'মাবু শিবন্নদ্রা?'

'খংদে। অসুক কুইবদবু কবি থোক্লমগদবা?'

'অসুম্না ফাখিবসি কযাদি হিঙ্গন্দবনি।'

অসিস ওপ্তস্ লমসিদা পোকপনি। মাগী মপৌনা পুন্সিগী মকুম থুপফম থিবকপদা লমদমসিদা মোংলখি। তপ্না তপ্না মবা তানবা হোৎনখি। মচা মশু পোক্তুনা পুন্সি নিজখি। হিংহনবীযু। থাকপীযু। নোংমা নোংমগী পোথাবা হৌবকই। ইন্না লমসিগী ঈশিং-নুংশিলা তিনবা হৌবকখি। পুক্নী চেৎনা অমদি চেকশিন খোইশিন্না শুবিবা থবক্তা খোইজখি। লাপ্না চাক্তানবনিনা অবাবা পূম্নমক কাওথোকই। অবাবা খণ্ডখিদে। লোইনমক ইহৈদা হৈনবা হোৎনখি। মীনবু অবাবা খঙদে হাযবা ? খঙই। পুন্সিগী অমসুং তু গী খন্দুনা বানা বানা বাখিদবনি। মসিমক্তি পুন্সিবুসু মশক থোক্লা উবকখিবসু।

খংনক নকশিন্নবকখি। লমদমসি মখোযগীসু শরুক যাওববা মফম ওইবকই। মী কযা তিন্নবকই। তিন্ন-তিন্নবগা অসুম অসুম হেন্না নকশিন্নবকপা মশানা তাবনি। তৌবিবা কববাব মমায চুম্লক্লে। মবেক মতাও থাংলকই। অমুক্কসু হেন্না হেন্না কান্ন-বান্নববা মী খন খন্দুনা তিন্নবকই। অঙম্বা কযাগা লোযনবকই। লমসিদা লংজলওম থোকপা থবক কযা তৌবকই।

মাবু লান্দবা লৈবা?

ওইনঙ পোনপীনা মীওইবদি অবানবা যাওনা শেম্লক্রবনি। অসিস ওপ্ত ফানিবা বনুনা মতাবপু ওন্নবা লুপা লোব মনী পীদবা ওনবদি অভাও মসিমক হাৎলগনি হাযদুনা নপা ওইনিবা নানন ওপ্তদা নংহল্লকখি। থবায ফাজিন্দুনা পৈশা তাল্লক্লি। হাযনদি মশা। মশাবু নী তনইত্তা হৌবা লুপ অমান হাযনা শক্তাক্লি। কবম্বা নীং তম্বগী বাখলদা থবাযবু নান্দ যামদুনা পৈশা তানবনী বাখল থল্লিবনো খঙদে। মসিবু লমহেন হুহেনবগী শাঙং থোগাৎপা ওইনা থোক্রেইদ্রা? শেল তানবনা লাইনীং ওইখ্রবা লুপ তমা ওইদুনা পূম্নক মত্তিক্রগনি থল্লবদি খঙদে। নৎএগদি নীংতম্বা অমসুং পৈশা তানবা অনাগী বাখলদা অহোংবা মমলনা থক শমজিম্নবোইদবনি। নৎত্রগদি তোঙাল্লবা বাফম কযা থোবক্কনি।

নাকৎ মীফমগী কান্নখিদে। মদুগী তাবীনবা লৈখিদে।

কান্নবোই খঙঙি। পৈশাগী মমলবু থম্মোযনা, নৎত্রেগা মীনুংশিগা ওন্নবা যাব্রা? হাক্লা পৈশাদা মিহৌববা মী অদুদি কবাম চাউবগী মশক অমা শোযদনা লৈবা তাবনি। মদুদা থম্মোয অমসুং মীনুংশিগী ৱাফমগা চাউনা খেন্নগনি। খেন্নখি। মাখোযনা চুপখিবা লমদমসিগী লৈহাও পুম্বগী মমল পীগদবনি। মীনুংশিগী মহুৎ হেন্না কনবা ৱাফম থমলকখি, মসিগী মমল অসিদি কবিগুম্বা পোৎশক অমত্তগা যাশিন্নবা তৌববোই। অদুবু মখোযনা যাশিন্নবা তৌবোই ফনা হাযদুনসু থবাযগদি মস্তিক্লবি। পুক্সিগী খোঙচৎনি হাযদুনা যাশিন্নবিব্রা হাযবদি খঙদে। মসিগদি মস্তিক্লবি।

কৈথেলগী ৱাবেপসু হেন্না কনখৎলকখি।

বন্দ তৌখি। মনিপুব পুম্বা বন্দ কৌখি।

লৈবাকসিগী পেন্দবা ফোঙদোকপগী অবোইবা ঙমখে, বন্দ তৌখি। নোংমগী শুদুনা অমদি পোৎফম পান্দুনা চবা তমজগনি খনবা কযাগী চাকখাও থদৎখি। নোংমগী শেল তাঞ্জবা কযাগী খ্বাইদগী চাউনা হক মৎপা মশক অসিনা খ্বাইদগী পেন্দবা ফোঙদোকপগী নৎত্রেগা যাশিন্ননবা চৎশনবগী লম্বী ওইবি। মসিনা সবকাবগী থবক তৌবিবা কযাদদি নোংমগী খৃৎশুমন ব কপা তৌদনা ফংখিগনি। অদুম ওইনমক নোংমগী শুদুনা শেল তাঞ্জবা কযাদদি নুমিৎসিমা চবা হেনবা তাবকই।

কৈথেল ফম্মখিদে।

লম্বীদা মৈ থাখি।

অবোইবদা অসিস গুপ্তগী থবায যাওদ্রবা হকচাং ওইনা ফংখি। মী কযানা, মীওইবগী মীনুংশি অমশু ইমুং মনুংগী অৱাবা যেংবীদুনা থাদোকপীবকউ হাযদুনা কযাবক হাযজখিবনি। অদুবু তাবীগদবা মখোযনা তাবীখিদে। মদুগী মহুৎ অশিবা, থবায যাওদবা মশা ওইনা ফংখি। লমদমসিদা হিংননবা লাকখিবা মাগী খ্বাইদগী লাইবক খিবনি।

মতাঙ্গদ মখাস্তু পোকপনি। মমা মপাগী উপাল ওইদুনা পুম্বি অথেংবা, লোইবকপা মংমদা উবা ওইনা থুপ্লনবা কন্না খঞ্জবিবনি। মতমদুদা বনাগী মফমদা থুপ্লবা পাবোই। মতাক্ক আশাতনি মতমদুদা লৈগদবসি। মহাক ফাখিবদা পাখৎলি। মতমদুদা অক বা উপাললা মশাগীনি চাযবা কনাসু যাওদনা অসুম লেপকং ক বওম মখোযসু বংলগাদা মহাক শিবর্বাদি কমদৌগনি অদক পুক্লাংদা কিখিবা অদমক থোকখি। হাপখি।

মহাক শিবগনি খনবা মিকুপশিংদা মিৎলুদা পিনাং ইহৌনখি। মখোযগী অথোইবা লল ওইকনবা মহাক মাংখিবগী পাখল খনবদা পি শিঙ্খদনা কবিদা শিঙ্খবনি। লাই খনমখি। মমা মপানা থম্মোযদা নাংজবা যাবা ঈশ্বব নীংশিংদুনা খুবমখি। ঠাকুব খবমখি হনুমান ঠাকুব খুবমখি। অবিবা লাইফম অমা ওইবম্মী। মীতৈগী থাজনবী

চীঙু শিদবনা মচাশিং অসিবু মপা মশক কযাম যাম্না খঙলবগে হাযদুনা, মখোঙ তাংবা শন অশিবা ওন্দুনা ইম্ফাল তুবেন্দা তাওথখি। তাওথবক্লিবা শন অশিবা অসিবু পাখংবগী মযাম্বা স্নামহিনা কেক্রুপাৎ মপাদা ওক্রবদা শন অশিবনি হাযদুনা অমুক থাদোবকখি। শন অশিবনা অমুক তাওথবক্তুনা মচানিপা অতোম্বা, পাখঙবনা শন অশিবা অদুমক উবদুনা যেংলবদা মপা ইবুংঙোনি হাযনা খঙলদুনা লৌখৎচখি। অসুম্না মপা ইবুংঙোগী মশক নীংথিনা খঙবা মপা খঙবা, পাখঙবনা অমুক মোংলকপদা মপাবু খঙঙি হাযদুনা মফম অসি মোংবা হুনবা কৌখিবনি।

মসিগুম্লবা মোংবা হুনবা হাযনা খঙনবা, মপা ইবুংঙো চিঙু শিদবু শকখঙবগী লাইফম্লেন অসিদা, মৈদিংঙু মযাম্বা গবিবনিরাজ (১৭০৯ –১৭৪৮) গী মতমদা খ্বাইবম্বন্দ কৈথেন মযাযদা যুংলম্বা, চাউববা নুঙ অমা খৃঃ ১৭২৯ দা ফুক্তোক্তুনা হনুমান ঠাকুরগী মুর্ত্তি শাদুনা পোইনুগী তবামথোইনি পানবা যুমশাকৈশদা শঙ্গাদুনা মীযাম্না মহাবলী হাযনা খঙনদুনা, হনুমান ঠাকুরবু খুরুম্নবা হৌনখি। হনুমান ঠাকুরবু যাম্না হেন্না মগুন হাপ্তুনা লৈশি লৈথোনখিবদি থাকচিংগী পুর্নিমাদা নুংখেং ইরুপ্তুনা বমান্দি ধর্মবু মতিক মঙন হেনগৎহনখিবদগীনি। কবিগুম্বা ঠাকুরগী মুর্ত্তি অসিবু অঙাঙশিংনা খরুমহন্নবদি মপাঙ্গল কল্লি হাযনা থাজনৈ। থাজখি। চিঙুগী অশেংবা থৌজাল ফংগনি হাযনা বনিন গুপ্তুনা যাম্না থরায চকচাং যাওনা খুরুমখি। মপুক্লীং শোম্বরুবদা মহৌশানা তাইবঙ মপুদা কুবীনবা চংজবা হাযবসি হৌনশানি চংজখি। অঙাঙদুতদি হিংহনবীযু।

নুংশিবনি। নুংশিখিবনি।

মথক্তা পোকপগী হৌনবী লুনা তৌখি। হংঙি, 'নঙবু হযে, চাউবগা ঐখোযবু পীজ পীথক তৌদুনা শেবা তৌগদ্রা?'

অসিসসু 'ঐঙোন্দা হৌজিক হৌজিক পিজববনিনা পিজবা তাবনি।' বাহৈদু তাবদা নোকমিন্নখি। মবোল থোকপোই-থোক্তবোই তৌবা মতমদা অঙাঙদু যাম্না নুংশিবনি। থরাযগা থরাযগা তোৎশিন্নবগুম উবিমখৈ অসুম উনীংই। যেংলিবমখৈ পেঞ্জদে। পুক্সিবু পুনখিবা মযাগী ঈপাক্তগী মীকুপ অমতা লাপথোক্লীংখিদে। অঙাঙ অমা ওইনা মমা মপা ওইবশিংনা যোকপা ঙম্লিবসি মদুমক্লনি মযাদা চাগদবা পোৎ মচাদা পীজবিবনি।

কবম্বা মতমদা মহাকপু থাদোবক্কনি। লুপা ক্রোব অনী। কদাযদগী পৈশা? থরাযদা পৈশা ফুমহন্দুনা, শেন্দান থরায ওইনা মীওই কযাগী পুক্সি লমসিদা মমল লৈতবগুম তৌবি। ঙসিদি লৈবাক মীযামগী রা হাযব হাযবদুনা লৈবাকসিদা লৈবিবা মীওই কযা ওৎলবি। তশেংনা হিংলিবা, অহিংবা মীশিংগী মথক্তা কবিগুম্বা অতোপ্পা পোৎশক অমনা হেন্না মমল লৈনা, লুম্না লৌনবা তাববদি, মীওইবগী মশক অসি অসুম অসুম লৈখা তাবকপা তাবনি। মসিমক্লা ওইবরা খঙদে, মীগী মমল লৈবকত্রে।

থবায়বু মন্তিক্লরক্রে।

অসিস গুপ্ত শিরে ।

অশিবা মশা মফম অমদা ছন্দোক্লম্লে।

মশা অঙাঙনি। থোইনা মরাল লৈবা নত্তে। স্কুল তম্বা লোইখিবতা মঙাইহিরি। মীওইবগী হকচাং মপুম মরৈ ফাগৎলকপদা মঙাইহিরি। অদুবু লমদমসিগীদমক খল্লিবা কাংবুনা পৈশাগীদমক থবায় মুনবিখ্রে। মহাক্কী অশেংবা মরালদি কনানসু হাযখিদে। মহাক্কী মপা মপুনা তৌরকপা করবার অমগী মরীদা মরাল শিখি। চেং-চাক য়োল্লুবনা মহাক্কী মরাল ওইরকই। চেং হায়বসি তশেংনা লমসিদদি থবায়গীদমক শিজিন্নে। থবায়গা চাংদম্নবদা করিসু থোইনা লান্দে।

তশেংনা বনিল গুপ্তনা চেংবু, থবায় ওইনা শান্নখিব্রা ? মতম অমদা ফৌথোক মবাং কায়না লৈজবম্বা লৈবাক্লি। ঙসিদি অবাৎপগী অবাৎপা ঙাক্তা ঙাইখ্রে। ঐখোয় পূন্নমক মীরমদা তাংলবা পুন্সি অমা ওইরকই। মদুগীসু মথক্তা নোংমা নোংমগী চাওখৎপা হাযদুনা তাক্লক্লিবা মওং অসিনসু অনৌবা মীরমগী পোৎ-চৈসু শিজিন্নদবা য়াবক্তে। মী মশিংনা নোংমা নোংমগী হেল্লকপনা চেংগী অবাৎপা কা হেল্লকখি। মীবমগী পোৎ-চৈ খক্তদা নৎতনা মপাল লমগী চেং কেন্দ্রা সরকারনা অহোংবা মমলদা শেন্থং পীবকই। বনিন গুপ্তসু চেং পুশিল্লকপগী সরকারনা শিনবা থৌবাংদা শরুক থুংখি। মীবমদগী ইরম তান্না চেং পুশিল্লকপগী মহুৎ, অমুখক্তি চেং মরিক অমতা পুশিল্লক্তনা মপান্দা যোম্থোক্লম্মী। মসিদা লমসিদা পুশিল্লকপগী অবাবা কয়াদগী নাম্থোকপদা নৎতনা, শেন্দোং কয়া অমসু বানিন গুপ্তনা ফংখি। চেংগী মহুত্তা শেল ওম্থোকখি।

অঙম্বা কযানা খুৎ শাংনা তিংথোরক্লবদা বনিন গুপ্তনা য়াথং ইনখি। খঙহৌদনা অরোনবা খুৎপু অমনা বাহং খংহং হংলকই, ‘লমদমসিগী চেং শরুক কদায়দা চৎখ্রে ?’ বাহংসি লাক্লবদা অচৌবা, চে- চাং শুবা কয়ানা নাম্থোক্তুনা মশা মশাগী মশক অতোপ্পা অমা ওইনা উৎখ্রবসু বনিন গুপ্তদি চেনবা য়াখিদে । ‘ঐখোয়গী চেং শবক পীগদবনি’ কযাবক তখৎখি। পূন্নমক্কী মহুৎ মহাক্লা শিনবা তারকই। চেনবা হৈবশিংনা কোইচেন চেনখ্রবসু চেনখ্রবশিংগী মহুৎ শিন্না চেন্নবা লম্বী কোইথৎ থক্তুনা মঙোন্দা শিনজিল্লকখি। লুপা ক্রোব অনীগী শেন্দান তাল্লকখি। পৈশাশিংদুমক থুনা পীয়্। পীদবা যারোই। লমসিগী থবায নঙনা শান্নবা য়ারোই। বনিন গুপ্তদা তৎতনা চে থারকই। পীবা ঙমগদবা শেনফম নৎতবনা করম্নো, কমদৌসিগে খল্লিঙ্গো, স্কুল কুন্নকপদা মচানুপাবু শকখঙদবশিংনা ফাখি। অবোইবদদি, ক্রোর অনীগী মহুৎ, উলৈ-পালৈ তৌবগী মমল ওইনা ক্রোব তরা পীদবা য়াদে, অকনবা বাহৈনা বনিন গুপ্তগী মরাল ওইনা হায়রকখি।

ঙসিদি বনিন গুপ্তগী থম্মোযগী লল মনিল ওন্দুনা পাইখ্রে। ইবিল তুবেলগী তৌর্ব্বানদা অশিবা মশা ওইনা অসিস গুপ্ত, মশাদা নোংমৈ মখুল অনী পান্দুনা হুন্দোক্রম্মী। থম্মোয কাযনখি। ডাক্তবদা অশিবা মশা পুদুনা কবম্বা, অমদি কমদৌনা শিখিবনো হাযবগী চপ চানা খঙদোক্লনবা পুখি। বিমসকী ডাক্তাবশিংনা ফোঙদোবকখিবগী মতুং ইন্না অসিস গুপ্তবু যাম্না নক্লবা মফমদগী নোংমৈনা মকোক্তা অমদি মথবাক্তা কাপ্তুনা হাংখির্বানি। মী মযাম্না হেক উবন্বদা যাম্না থম্মোয কাযনখি। নুংশিহৈত্রবা থম্মোয অমনা মীনুংশি মচেৎ অমতা পোকত্রবা মওংদা হাংখির্বানি। মহাক্কী মবাল কবিনো ? কবম্না অবানবা মী অমগুম চপ চানা মহাকপু লৌগনি ? থব্রায অমনা পাপ তৌবগা, অতোপ্পা থবায অমনা পাপ ফংবা হাযবসি চুম্ব্রা? লৈকাং চাববা, অচুম অবান মশক খঙদ্রবা মওং অমা লমসিদা কন্না লান্দাবক্লি। মসিদি মীগীদি খঙদে, ঐখোযনা পাল্লিবা পান্দম অসিদি ফঙদবা যাদে হাযবগী ব্রাখলদা চঙ্খবকখিবা মশক্লি।

বনিন গুপ্তনা মপুম্সিগী ওইবা মওংদা, থব্রাযবু থবাযদা চাশিন্নবা ঙম্লবোইদবা মওংদা নীংশিংলমগনি। পৃথিবীদা খ্বাইদগী হেন্না তমথিববা মওং অমদা শেন্দান লম্বী ওইনবগী মব অসি কনাগুম্লবা ব্রাখল খম্ববা ঙম্লবা মী অমতনা যাবোই। মসিদি মীওইবগী মশক খঙদবা কাংবুতনা তৌগদবনি। যাম্না কাবাম চাউবা, মীহৌচাউবা মীগী মশক উখোকচবগী খুদম অমগুম খন্নখি। মওং অমবোমদা হাযবগদি অসিস গুপ্তগী পুম্সিদি মতম শাংনা হিংখিগদবা, সুপ্নতগী হৌবদা ঙাইবিবা পুম্সিগুম্বনি। অদুবু কদোমদগীনো খঙহৌদবা নোংলৈ নুংশিৎ অমনা হুমখ্রে পুম্সিগী মহিং পুম্বা । কাযখ্রে আশা অপুম্বা, মীওইবা ওইনা মীওইবগীদমক শাগৎলুবা কযা, শা ওইববা কযাগী খুৎ চুম্বা তান্নদুনা পান্নবা থম্বা ওইনা থোকখে।

শিদ্রিঙৈগী মতমদা মশানা মশাবু শিবগনি হাযবদি খঙজখি। মশাগী অথুপ্পা মফম অমদা পিক্লা তাশিল্লবা চে অমা যাওবম্মী। কবম্বা মতমদা ইখিবনো হাযবদি খঙদে। অদুবু শিবসনু। চেবোল অদুনা পুম্সিগী ফিভম অমসুং তুংগী কযাৎ অমদি ফোঙদোক্লম্মী।

পাবুং !

ঐ শিবগনি। শিবগদবা থব্রায অমসুং হকচাংগী ঐ কবিসু খন্দে। খন্দে হাযবতনি অসুম কপ্পীংলকই। পিসি কদাযদগী থোবকপনো খঙদে। অদুবু শিবসনু। ঐগী শিখিবা অসিনা ঐগী ইম্মুং মনুংগী মহুৎ শিনবা ঙম্লবদি ফংদবনি। কবিগুম্বা মসিনা অমুক ঐগী ইমা ইপাবুসু । পাবুং নঙ মীঙোন্দা লানখিব্রা ? ঐদি মী ওইনা পুকচেল চাউথোক্লা হিংবা পাম্বনি।

নঙবু শিবা কিদ্রা ? কিববসু, কিদ্রবসু মীদি শিগদবনি। থৌনা ফবা নৎত্রগা মীচেন ওইদুনসু শিবদগী খক চেনবা যাগদবা লৈতে। শিগদবদি মবৈবে। কনাগুম্বনা কবিগুম্বা

মবম অমগীদমক থবাযবু মমল লৌদুনা, বধান থম্বগুম খনবা তাবগদি মদুগী মমল কবিনা পীগনি ?

শিবগীদমক ঐহাক কবিসু খন্দে। অদুবু হিংবগীদমক্তি পুক্লীং লৈতাগদবা মফম থিগদবনি। মীওইবগী পুক্লীং হাযবসি যাম্না মবৌ থাংবা, রাবৌগনবা মশক অমা মতম খুদিংমক্তা লৈ। মবম অসিনা পুন্নমকসিদগী পুক্লীং লুম্না লৈননবা হিংননবগী মফম চপ চাবা খনগদবনি। থবাযবু যাম্না ইকাইখুম্নবা মফমদা মীওইবনা মীওইবা ওইনা খুন্দাবা ঙমগনি। নৎত্রবদি কৈদৌঙৈদা হিংবগী মমল খক লৈবোই। মসি ঐনা শিবগনি হাযদুনা হাযবা নত্তে। ঐগী ইমা-পাবুংসু অৱাবা তাবগনি হাযদুনা হাযবসু নত্তে। লমদমসিদা থবাযগী মথক্তা পৈশানা তোংলববা মশক অসিদা হিংবা নুংঙাইগনি হাযবা ঐ থাজদ্রে। নখোযসু থবাযগা চাশিন্নগদবা লম অমা থিদুনা হিংবা ফগদ্রা ?

ঐগীদমক কবিসু খল্লুবনু। শিখবশিংগীদি নীংশিংবনা কবিসু অবাবা নৎতনা পুবক্লোই। অদুমকপু তাইবঙ মীবুদি নুংশিবীযু। থবাযশিংদা অঙম্বা তেংবাং পীবীযু। শিংনবকপশিংদা কৈদৌঙৈ চংজবনু। শিংনবকপা মীঙোন্দা চংজবা হাযবসি থবায হকচাং পুন্নমক মাযথিবগা চপ মান্নে। মদুগী মহুৎ থবায পীথোকখো। মদুমক্লা মাযাম মাংদা মায পাকপগী মওং অমা মতম চুপ্পগী লৈগনি।

নহাক্কী মচা
অসিস গুপ্ত

অংেনবা চিঠি মবোলসিদা খঙঙি, মহাক মশানা মশাবু শিবগনি হাযবা খঙ্জখি। মাগী বাহৈদা থবাযগী মথক্তা পৈশানা তোংবগী মশক অমা উই হাযবসি তশেংনা চুন্নরা ? মহাক শিখ্রে। কনাগুম্বা খবনা পৈশা তানবদা মহাক্কী পুক্নিগা ওম্নখ্রে। মদুগীসু মথক্তা পৈশা তান্নবগীদমক মী কযা মথং মথং ফাবকখি। হাৎখিবা কযা যাওখি। পুন্নমক পৈশাগীনি। মবাল লৈবশিংবু, চপ চাবা মশক খঙদোকখিবা নত্তে। মসিমক যাম্না ওমথিববা মতমগী নুংশিৎ অমনি। মসিবু অসুম চখ্খিগদ্রা? কৈথেল ইমা ইবেলশিংনা যাখিদে। মৈবা পাযবীশিংনা যাম্না শাউখি, ঐখোয যানীংদে। অসিগুম্নবা মীহাৎপশিং ফাবীযু। দন্দি পীবীযু মবালগী মতুংইন্না দন্দি পীবদা, মবাল লৈবশিংতা পীবীযু। অতোপ্পা মীওইদা অতোপ্পগী দন্দি পীবীগনু।

মীহাৎপা পুথোকপীযু।
লমদমসি মীহাৎপুঙ ওম্থোকপীগনু।

পুন্নিং কযানি চংনা লৈবাক ইবা েরৌখি। খোল্লাও লাওখি। অদুবু মীহাৎপদি ফংখিদে। মদুগী মহুৎ, অচৌবা বাহ ওইনা চজাই অমা থোবকখি। 'মীবৈবাক্তগী লাক্নুনা

লমদমসিদা লৈবিবা মখোয, লমদমসিদা অচৌবা মখলগী কখোকপা অমা লৈগদবনি। মবমদি মখোয লমসিগী ঈশিং- নুংশিৎ শিজিন্নবিবনি। হিংবগী চাউববা ফিভম অসিদা লমদমসিগী রা অমসু মখোযদা লৈফম থোকই। মদুগী ওন্নতৈনবদা, লমদমসিদা লাক্লগা লমদমসিগী চাকখাও থদংকদবা মওংদা হিংবা তাবগদি, অসিস গুপ্তগী ফংলিবা দন্দি অসিদগী হেন্নবা কযা ফংগনি। মসিদা মমা শাবীশিংনা হিনচক-ঙাচক শাবনা কবিসু কান্নবা ফংলোই। কা হেন্নক্রবদি, মখোযসু মসিগা মান্নবা চৈবাক ফংগনি।' রাবোলসি তাকুবগা অকনবা শাবনা লম অসিগী মচৎ ওইবব্গুম হেন্না খঙ্গনখি। ধর্ম থাদোক্তুনা লনফোই ফোইবগী মতম অমা লাক্লবগুম খলহল্লি।

ইমা ইবেলশিংনা পামজবিবা পূন্নমক চিফ মিনিষ্টবদি খঙখি। মীহাৎপা শোযদনা পুথোক্কনি হাযনা অচেৎপা থাজবা পীদুনা ইমা ইবেলশিংবু থাজহন্নখি। অদুবু, কবম্বা মতমদা মীহাৎপা পুথোক্কদগে হাযবগী চপ চাবা রাফমদি হাযবা ঙমখিদে। মতম্না, নোংম নোংমগী ইবাং নেমথবকখি। মীহাৎপা পুথোকপা ঙমখিদে। পুথোকপা ঙমদনা ইবাং পুমইং ইংখি। অসুম্না লমদমসিগী ইবাং পূন্নমক লোইখিবা ঙাক্তনি। মমুৎ তানা কবম্বা ইবাং অমগী ফল লমদমসিদা ফংখ্রবগে ?

অফসপাসু মদু মঙাই !
মশাবু মশানা মৈ থাজখিবগী পাউখুম ফংখিদে।
থৌদোক কযাদি লমদমসিগী থম্মোযদা লৈহৌবি।
খাংতপ্তা লোইনা থুপচিনখিবা ঙাক্তনি।
ইবাংদি লোইনাইদনা লৈখি।

অকনবা ইবাং অমসু লাকখি। সিজ ফযাব লাকখি। ভাবতকী ফিবান্নুংদা লৈকুবনা লমদমসিসু মখোযগী মপোৎ মবল ওইখি। মাযকৈ কযাদা মশক লেপ্পনবা মতম মতমগী যাশিন্নবা অমসুং শেমগৎপগী মশক যাৎলকই। ভাবতকী ফিবান্নুংদা লেবিবা অতোপ্পা ষ্টেটতা যুন্ফম ওইনা শাগৎপা ইউ জি গ্রুপ অমগা যানচে ইনবা মতমদা ইবমদমসিবু থংননা লৈবা যুন্নোন্নবগী শরুক অমগুম, ঐখোযগী লৈর্জবিবা যাৎথোক্লবা ঙমখৈ অসি মদুনা কাযহল্লব্রা কন্না চিংনহল্লি। লমদমসিগী মচেৎ অমা অতোপ্পা লমদম অদুদা পাইখ্রব্রা ? মীপুম খুদিংনা হংনখি।

লম অমা, লৈবাক অমা হাযবসি মদুদা লৈবিবা মীশিংগী পুন্সিগা তশেংনা ইবি নৎত্রেগা খোইর্বিনা শম্নহন্নর্বাদ নত্তে। অদুবু যোকপীবকপগী মশক অম' যাওববগুম যাম্বা নুংশি। মসিগী হরা-নুংশিৎ লৈহাওগী লৈশা থম্মোযনুংদা চংখী। থরায শাগৎলকই। মহৌশানা খুদোল ওইনা পীবল্লবা মশক অমা থবায অসিনা চুপ্পবগী মতিক মসিগীদমক থরায খাদোকপসু পাম্মুবক্তে। থম্মোযবু হুমদুনা পুই।

তশেংনা লমসিগী মথক্তনি, ঐখোয়না পিক্রিডে, জ্ঞান তাদ্রিডে মতমদগী নেত্তুনা শান্নরকখিবদু লমদমসিদনি। পৃথিবীগী মহাও পীরকখিবসু মসি শকখঙনরুডৈদগীনি। মসিনা মচেৎ তানা কায়রকপা তারবদা কনাসু তুমিন লৈবা ঙম্মখিদে। মসিমক্তনি ঈতিহাসকী চেনা কয়াদা মসিগীদমক মী মশিং শিংনাইদনা শিনখ্রিবা। লাল কয়া তৌনবদা ঈগীদমক চিংনবা লৈতনা খুদোল তৌনরিবা মসিগীদমক্নি। লমদমসিগী অরোইবা নীংতম লান্দা পৃথিবী পুম্নমক জয় তৌরক্লবা, মালেমগী চাউরবা লাম্মী মপৈশিংবু থিংননবা লানশিংনখিবদু করিগীদমক্লো ? ইমা লৈবাক্কীদমক ঈগী খুদোল তৌবদা কনানসু নীংহন্নখিদে।

ঈপা ঈপুশিংগী শিংলিসু লমদমসিগী ঈনা হৌহনখি, পোক্লমগী নুংশিবা য়োক্লকখি। হাঞ্জিনখি নুংশিবগী চুমথোক্লবা নুংশা শ্বর, লৈবাক লৈহাওদগী চুপখত্তুনা হৌগৎলকখিবা মনা-মশিং, হৈ-রাশিংনা চেলহনখি হকচাংগী শিংলিশিংদা ঈগী ঈচেন ওইনা। মসিনা মচেৎ তারক্কদবগী রা পল্লক্লবদা ঈগী ঈচেল পাথোরকই। ইনিল লাকখি। খাংবা ঙমহন্দে। শিবা কিনরকখিদে। পাম্মুনা থমজরম্বা পোৎশক অমা মাংখিবগী শরুক থরায় মাংখিবনা ফৈ খন্নখি।

য়েত্তুম মতোন্দা পকপা লম মচেৎ অমতা মাংবা য়ারোই। লৈবাক মাংবগী মহুৎ থরায লৌৎলাউ খোল্লাও লাওখি, 'শিগনি হায়বগী মিপাইবা অকিবা য়াওনখিদে। ঙমখৈ থুগায়নবা শিল্লিবা মী কয়াগী মীতম লাক্তুনা মফম কয়াদা মৈ থাখি। অশিবা মী পোৎলোয়বগুম পোৎলোযর্নখি। মদুনসু পেনখিদে। লমসিদা মী কয়া হৌনরুবা যাওদনা মথং মথং খোরকখি। অমা লাক, অনী লাক লমসিদা খ্বাইদগী মরুওইরে খন্নরিবা, লৈবাক্কী ফিরাল থেত্তুনা মশাগী মশক উৎলিবা, মীহুৎলোয়শিংগী মীফম ফম্ফম, এসেমব্লি মৈ থাখি। মফমসিদা মীযামগী মীহুৎ কান্নবা লৈত্রে, মীয়ামগী অপাম্বগী মায়য়োক্তা থবক চৎথরে হায়বগী রাহস্লোক পীদুনা, তাঙ্গোই তাহল্লগনি, সংবিধানগী কান্নবা লৈত্রে হাযবগী মওংনি। লৈবাক্কী পুক্নীং ইহুল মশক খঙদবা কয়ানা লৈবাক নায়েনবা পামদ্রে হায়বগী চপ চাবা রাহস্লোক ওইখি।

অচম্বা মওংনা খোইশাউনরবা কয়াগী থম্মোয় ফাবা ঙমখিদে। হেন্না হেন্না শাফু নাইবা মওংদা অঙম অথৌ পুম্নমক শিংনখি। তানখায়বা ঙমদ্রবা মীয়াম্বু পুমতান তানখায়র্বদি ঙমখিদে। লৈবাক্কী রা ওইরবা নুমিত্তু নীংশিংনরি।

নীংশিংলি ঙশিসু জুন তরানিপাল

থরায়না ননশিল্লবা লৈবাক্কী নুমিৎ অমা ওইনা।

থোক্লখো কোরৌ পোক্লমগী শিনাইদ্রবা লল ওইনা।

জুন তরানিপালবু লমদমসিগী মীওই কয়ানা করম কাওবা ঙমগনি ? নুমিৎ অসিদনি লৈবাক্কীদমক কখোক্রবা অথৌবশিংনা সনাগী কৈরাক কাখিবা। ঈ পীখি। থরায়গী

পাম্মুবা লৈত্রবা কযানা থম্মোয মশক তাক্লখি। থবাযবু পবেং লেংদুনা পোক্ললমগী ঙমশমদা হুকপীখি।

লমদমসিগী ইহুল চপ চানা ফোঙদোকখি।

লৈবাক্কী ঈমাংশিংদা শিংনখি।

অসুম্না কৈথেল অসিদা থৌদোক বাথোক কযা ননশিন্দুনা লৈখি। লমদম অসিগী খোঙচৎ পুদুনা লৈবি। পাউ চেল্লম্লিবনি। লৈবাক্কী ওইবা নাকোং ওইবম্লিবনি। লোল কযাগী ফোঙদোকফম ওইবকই। লৈবাক্না যাদবা কযাগী দন্দি পীফম ওইবম্মী। ফাইবেনগী তবাতবক্কনি পানবা ইং ১৮৮৮ দা, মীতৈনা মাংই হাযদুনা ইঙ্লোকপা সাহেব যমদোনমচাদা নুপী অমা শেম্মী হাযদুনা, সাহেব ওংবগী মমা ইবেম্মবু খ্বাইবম্বন্দ 'কেথেল অচৌব', হৈবাংঙ্গৈইথোউ কৈথেল, মোইবাংখোম কৈথেলদা শগাই শাদুনা যৌখিবনি। নীংতম্বগী অবোইবা লানফমদা মাযথিদুনা নীংঙমদবা কযানা থম্মোযদা ঙমশিন্দুনা লৈবিঙৈ, ইং ১৮৯১ ইঙেলগী ৯ নি পানবা যুমশাকৈশ , নুমিৎ যুংবা মতুং ম্না কেথেল, যেদা পুদা মনাও ইবুংঙো। কাইবে যুবরাজ অমদি কাংঙবা তুলিনাহ মেঙ্গোব, মখোয অনীবু মঙক্তা থৌবি থুদুনা ফাশি তৌবগা হাংখিবনি। লৈবাক মীযামদা 'লাযলমগী' তমথিববা লৈঙাক মযেক শেংনা উৎখি। পাউ শন্দে কখি, থৌপুবিগ কযাগী মাযযোক্তা লেপ্লবদি অকি তুজুংগী থৌদোক কযা হকথেংনগনি। থম্মোযদা নীংঙমদবগী শামৈ শমদুনা মফমদুদা কেথেল ফম্মখিদে। কৈথেল হোংবা তাখি।

ঈবেবাক, পোক্ললমগীদমক থবায থাখবশিং বু জাতি অসিনা শক কাওবা ঙমখিদে। অবংবা থবানমিচাক্কী মতৌগুম থম্মোযদা যিদা থাদুনা থম্লখি। অহৈবশিংনা লেংশিন্দুনা থৌনা কযাগী ঈশৈ পবেং লেংখি। মুৎনাইদ্রবা মওংদা মোংদুনা লৈহৌবি থোব লেনৌগী শৈহেক। পুন্সি কযানা থুপখবসু, মবেবাক্কীদমক সনাগী কেবাক কাখিবা কযাশিংবদি নীংশিং নীংশিং লৈহৌনগনি। মীতে কনানসু মসিবু কাওববোই।

ঙসিদি কেথেলসি মী কযানা হিন্নবতা নৎতনা, অচৌবা লাল অমগী মৈ ইৎফম ওইনা উবি। মসি তৌজিক্কগী নৎতে। ইং ১৯০৪ গী লাংবন থাগী কুনমাথোইনি পানবা শগোলসেন নুমিৎতা মফম অসিমক লৈবাক ইবাং হৌননবা ইবাং শাগৎলি হাযদুনা, মতমদুগী বোব সাহেবনা মফমসিদা মী মঙাদগী হেন্না তিনবা যাবোই, কবিঙম্বা হাযবিবা অসিগী মাযযোক্তা লমহেন্দুনা মী তিনবা তাববদি সিফাইনা ফাগনি হাযদুনা চে থোকখি। অসিগুম্লবা অকনবা বা অদুনা কৈথেল অসি, মী অমতা কাদনা চিক্লা লৈখিবনি।

মতমদু সনাতোম্বীনা বব সাহেপ্তা জাৎ তাখিবা, সুম্নতগী চহী তবানিথোইমুক্তা ঙাইবি লোইলম শন্দোকপা, মীতৈবু নমথখিবা, মখুবা মতোন কযা হাংখিবা পুম্নমক

কাওথোক্তুনা য়ুম পাল্লবা মতুংদা মীতৈনা লাৎচবিবা , বাধা কৃষ্ণগী শক্তম লাংদুনা জাৎ তাববী বাজকুমাবী অসিনা মকোক চিংদুনা নিত্যবাস কৎচখি। সনাতোম্বীনা মকোক চিংবা বাস অসিদা মী চোন্না তিনখি। মীতৈ অহল-লমন মতৌ অসিদা মখোই থিংপা কযা যাওখি। অঙম্বনা তৌবা থবক থৌবম অদুদা অযেৎপা পীবা ঙমদ্রবসু শাউনীংবা কযানা, ইঙেল থাগী তবামঙা য়ুমশকৈশা ১৯০৪ দা বাশ শান্নবগা মতুং কুনহুমদোইনি পানবা শগোলসেনগী অহিংদা শুতো সাহেপকী বাঙ্গলা মৈ থাবমখি। সাহেব শাউবনা মৈ হৌখী।

কনানা বঙ্গালা মৈ থাবনো থিবদা থিফম খঙখিদে। লমদমসিগী ধর্ম্মদা য়ুমফম ওইবা জাৎ বিজাৎকী চাউববা মক, মা৲বা শেংবগী লিচত্তা মীতৈবু হেন্না চিংনখি। মসিনা মবম ওইবদুনা, কুনহুমদোইনি পানবা শগোলশেলগী অহিংদা চাকখিবা বঙ্গালাগী মহুৎ ইম্ফালগী চৌকিদাব মখে, কবোদগী চিংশু যাল্লবগা শাগদবনি হাযনা চে থোবকখি। চে অসিমক যানীংদবা ফোংদোক্লদুনা লাংবনগী তবেৎনি পানবা নুমিৎতা, খুবাই, রাংখৈ, খ্বাই যাইস্কুল লৈকাই মবীগী বামোন , নিংথৌমচা হাযবসি মহৌশানা থবক শুবক্তে। ণখোযদি লৈবাক পূম্নমকপু যোকপীবনি। থবক হাযবদি হাযবাগনু হাযদুনা চে থাখি। থাবিবা চে অদুমক বোব সাহেবনা যাখিদে। মশানা থোকপা হুকুম মশানা ককথৎপা 'হীনদে। বাযেল অশেংবা পাম্লগসু চৈবাপ্তা থাগদবনি।

চেবাপ্রা চে থাবদসু চপ মান্নবা মওংদা, চপ চানা হুকুম থোবকপদগী, 'ঐখোয পূম্নমক্লা শুতো সাহেবকী মে থাকবসু নৎতনা, ঐখোযদা শাও হাযবদি ' হাযদুনা কৈথেন্দা মযাম পুনশিন্দুনা লেখি। উ-রা পুখৎলু হাযবদি যাদনা, কৈথেলদা পুল্লপ পুন্সিন্দুনা লৈবদি কবিগীনো ' কৈথেন্দা মী মঙাদগী হেন্না পুনবা যাবোই । পুনবা তাববদি সিফাইনা ফাগনি হাযনা লৈকায মবিদা চে থোকখি। মসিনা লৈকায মবিগী মীশিংনা যাম্না খোইশাউনহনখি। 'ঐখোয পূম্নমক্লা মে থাকবসু নৎতনা, বাঙ্গালা মৈ থাখি গা মী থিবা ঙন্দ্রগা ঐখোযবু শাও হাযবদি কবি বানো ' শাউদুনা নুপী মযাম্না বোব সাহেবকী বাঙ্গোলোদা চত্তুন বাকৎখি। বোব সাহেপ্না মযাদ্রবদা, নুপী মযাম্না অহিং হন্দনা তকশিনবদগী হুকুম অদুমক পূমকক ককখিদ্রবসু হন্দোকখি।

ইমা ইবেলগী রাবেপ্না অহানবা নুপীশিংগী ওইবা মখৌনা কযাদু ঈতিহাসকী মশক অমা ওইনা হক্লি। ঙসিসু মদুগা খুদম লমসিগী মচি খুদিংদা উনি। বাকৎ মীফম যল্লি। লমদমসিদা পুন্না নুপা ওইবশিংগীদমক অকি ভুক্তু, কল্লুগনি হাযনা অহিং খুদিং থরায মিবেল কৌশিল্লি। মসিগুম্বা মশক অসিমক কৈথেল অসিদসু তাদবা নত্তে। কৈথেল ফম্বা যাবোই হাযবা ঙসিগী থৌনা অসিসু, মতমদুদা হুনখিবা মরুনা পোকখাযবকপা অচৌবা পান্দোং অমনি।

# ৯

কদোমদগীনো খঙদে হন্দক মবক্তি ইনে লাই যাম্না নীংখৎলকই। মহৌশাদগী লাই-তিনগী থবক্তা মপানা থবায যাওবম্বগী মতিক মহাকসু থবায যাওবতা নৎতনা নীংবসু অদুম নীংলকই। অদুবু হন্দব মবক্তি লাই মনীং অমা খংহেন হেল্লকপগুম তৌই। মমাংগৈ নীংলম্বদি, তুলসি দেবীবু যাম্না হেন্না নীংজবমবনি। শঙ্খ চুবাগী বাবী নীংশিংজৈ। তুলসিগী বব ওইনা, শিব মহাদেবগী মখুত্তা মাযথিদুনা শিববসু মালেমদা চপ চাবা মপুবোইববু ফিদা ফংহনখিবা মতৌদু ইনেনা পামজৈ। বৃন্দা দেবী তুলসিবু লুনা নীংজৈ। ইনেনা নীংজবিবা পান্দমগা, মসিদগী থোক্লকপা ফলগা মান্নগনি হায়বা কবিসু লৈতে। মান্নবসু মান্নখিদে। মপুবোইবগা মহাক্ক যাশিন্নদুনা অপুনবা মশক কুইনা শাগৎপা ঙমখিদে। মখোযনীগী মবক্তা চাউববা চখৈ অমা চিংশিন্দুনা ইনে হল্লকখি। কুইনা থাদোক্লববা মপাম লমদম লমনুংশিদা অমুক হন্না ঈশ্বরগী খৌগন তৌবা যাওগনি হাযদুনা মহা ওইনা যাওখৎলকই। কাংগীদমক কোইচেল চেনখি। ঝুলোনসু থৌগল তৌগনি হাযদুনা কন্না হাযবি। যাওশঙ ঈশৈ যাওকবদা মশাদু মদুগী নুংশিৎ যৈথমাল্লে। থম্মোযদা কবম্বা মুর্ত্তি অনৌবা অমা যৌশিন্না ঙমখ্রবনো খঙদে।

'ইবেম্মসি হন্দক মবক্তি ভক্তি অমা কনখৎলকইদ'।' লৈকাযগী অহল অমনা লক্লে।

'খঙদে। মসিনা ঈশ্বরগী মনাক নকশিল্লবগুম পুক্নীংসে ইঙাল ঙাল্লোকপগুম তৌই।' ইনেসু খুমজখি। 'ফৈ। ফৈ। অহল ওইবকপগী লম্বী হাযবসিদি মদুনি। পোথাফম অমসু শেমদবা যাদে। ঐশু গোবিন্দ শেবা চৎপা হৌববনি। মসিনা শান্তি লৈববোইদা খল্লি।' অহল মতম ওইবক্লবদা পুল্লিগী লম্বী যেংবগুম থম্মোযদা ঈশ্বরগী মুর্ত্তি ফুমজিনজখি।

'ইচেম্মা অদুনি।'

'ঈশৈবু কযাম যাম্না তিন্নববগে ?'

'ইচেম্মা। তৌ শারিবা হায়বদুনি।'

'তৌগে হায়দুনা তৌরবদি মহয় চাননবা তৌবনা ফংত্রা ?' বাহংদুদা ইনে মরু লুকই। মশানা খঙজে মশা অহল ওইরে। পুন্সিগী তানশিনগাদবা লল তানশিনবা য়াবগী মতম লোইশিনখ্রে। হৌজিক্তা তিন্নরিবা ঈশৈ অসি সুপ্লতগী পুক্লীং তেংথোক্লবা, মতম ঙাইবা ওইনা পুন্সিগী লম্বী রেংজবনি। মসিননি ইনেনা মরু লুক্রিবসি। মওংসি অহল অদুসু খঙলমাগ্রে চংখ্রে।

'ইনে ঈশৈ তিন্নবসি নুংঙাইত্রা?'

'করিগী নুংঙাইতনি। ফিশেং শেংপবু নুংঙাইত্রা?'

'অদুগা করিগী অবোক চাউবীনা হংবদদি খুমদ্রিবা?'

'মদুনা মওং অমনি। মাগী বাদুনা অতোপ্পনি। পুক্লীংগী অশেংবা ফি শেংননবা হোংনববু, অতোপ্পা শেন্দান লম্বীগা পকশিন্নরুবা য়াত্রা ? ঐখোয়না শক্লিবা ঈশৈ অসিদি পুক্লীং শুদোক্লিবনি। চামথোক্লিবনি। ইশানা পুকচেল তেংথোকপগী মশক ওইনা তিন্নবনি' হায়রকখি। তশেংনমকসু, লাই তিনগী থবক্তা মথবায় য়াওশিল্লকই।

অসুম্না ওইরক্কনি থাজরুদ্রবনি।

মথবায় য়াম্না শোক্লা হুপ্লকখি।

হেক উবদা লৈকায়না য়াম্না থাজনখিদে। মশাদু শরু ঙাক্তা ঙাইরবগুম উই। ময়াং য়াম্না কংই। যুমগী মীশিংনফাও মহাক্লি হায়বা খঙখিদে। মহাক উরুরগা অবোক অমদি ইথৌনা লোম্না লোম্না মপি শিন্থখি। ঐঙোন্দা বাহং অমথক কম্না হংনীংখি, ইনে নঙবু চাক শুকচা চাদ্রব্রা? বাহংশি হংলুরগা মথবায় য়াম্না শোকচিনখিগদ্রা খন্দুনা হংবদি ঙমখিদে। মমাংদা উখিবা মাগী অনম্বা মশক্তুগা য়াম্না হেন্না খেন্নখি। মদুদা উবদি মশা বুপ বুপ লাওনা, য়াম্না রাশি লৈখিবনি। উবদা মরাশি অমা তোপ্পা লৈ। য়াম্না নুংঙাই য়াইফরমগাদবা মাল্লি খল্লি। মওংদুদা কোইরপ কোইরপ য়েংলগা তোকপা তাখি। ইনেনসু ঐখোয়বু অমুক্তা খোইজংননা য়েংলক্তে। মহৌশাদি, ইয়াসি য়াম্না নুংশিরে। পাখং ফারে। হায়দুনা কোক্তগা হেক হেক নানথবীরম্বনি। ঙসিদি ঐবু শক খঙদবগুম তৌই। লৈকাযগী থংনবা ইনেগী লোনশিংনা ' নখোয় ননে নখোয়দা লৈরে হায়ববু চুমব্রা ?' মরক মরক্তা হংলকই।

'চুম্মী। ময়াং য়াম্না কংলে।' বাহৈশি হায়রুবদা মিক্তগী পি তাগে তৌখি। 'ইনে হায়রিবসি করিদগী কৌরিবনো ইমাবোক' 'মসি অঙাংসিদি . . .। নপাগী মচে মচলনিদনা।' ঐদি চাউথোক চাউরগা মদুসু খঙদবদুদা ঐসু ইকাইখি। 'ঐখোয়না খঙলকপদদি মহাক যুমদা লৈরমদে।' 'য়ানি মচাসিদি, নঙদি ঙরাংতা পোক্লগা কমদৌনা খঙগনি ? বারীসিদি আ মথাই থাইনগী বানি' মখা তারদুনা ঐঙোন্দা

হায়রকখি। 'মাদি আ মমাংদা ময়ুম পানগ্রবনি। মদুননি নঙনা খঙদ্রিবদু।'

'ইমাবোক নঙদি য়ুম পানগ্রনু।' য়ুম পানগ্রগদি অতোপ্পা য়ুম অমদা চৎখি হায়বা হেক খঙবদগী ঐনা পাম্বৎপা অমা য়াওনা হায়খি। লৈরম্রিবা মখোয় কয়া রা লাওনা নোককখি। মতৌদুদা ঐবু অমুক্ক হেন্না ঙকহনখি। মদুদসু অমুক্ক হেন্না নোকখি। নোকপা লোইরগা মখা তারকই, 'অঙাউবসিদি, হনুরবা ঐখোয়বুদি কদায়দা অমুক্ক য়ুম পানগনি ?' অঙাঙ ওইরিবনা চৎনবী খঙখিদে। মতমদুদদি ঐখোয় য়াম্না পংলম্মী। হৌজিক্কী অঙাঙশিংদি য়াম্না শিংলে। অমসু অমসু ইখঙ খঙবগুম তৌই। তাইবঙ পোকপীনা মীওইবদা মীওইবগা লৈনবা মরী পীরম্মী। মীওইবনসু মরীশিং অসি খরগা হেন্না শমজিন্দুনা মবা শন্দোকই। অদুগা অমুকসু মীওইবগী মরী হায়বসি তপ্না তপ্না শাগৎলকপ্রা খল্লি। ঐখোয়দা ইনে লৈরবগা লোয়ননা ঐসু মাগী মনাক্তা মরক মরক্তা চংই। খরা খবা লোন্দিন্নবা হৌরকই। কোইনরম্বা কয়া মাংলক্লে। হংখি, 'ইনে নঙনা অদুক য়াম্না নয়াং কংলিবসি করিগীনো ?' বাহংসিগা লোয়ননা মাবু মিং কুপ্তনা য়েংখি।

'হকচাংবু ঐনা শাকুব্রা ? মথন্তা কংজরকপনি।' ইনেসু খুন্নকই। বাখল মচা অমদি খনখিবা মাল্লি। পাউখুমদুদা করিগীনো খঙদে। মমিৎ হন্না হন্না কুপগুম তৌখি। মদুমক পুন্সিগী মশক অমনি। ঐগুম্বা পিক্রিবা অঙাঙনা খঙবদি পাউখুমদুতনি। মদুনা পুরিবা অর্থ অদুদি করিসু খঙখিদে।

' নেনে নঙসে ঐনা খঙদবা বা ঙাক্তা হায়' ।

' ইহ !' । খংপ্রেক খংবগুম খোহ্লোকসি থোরকখি। মদুগা লোয়ননা ঐগী কোক্তা নাম্বুরকখি। লোয়ননা শ্বর শাংনা হোন্দোবকই। করি শক্তম পুরিবা ? অঙাঙনবু পুন্সিগী মরমদা করি খঙগনি ? অঙাঙনা খঙবদি অপাম্বা, শান্নবা, অমসুং ওইনবতা হৈনবনি। পুন্সি হায়বসিদি থেংনবা অমসুং কুইনা পুন্সিরকপগী তোঙাল্লবা মশক অমা থোরকপনি ।

'ইনে নঙ ঐখোয়দা সুম লৈরগদ্রা ?' অমুক্কসু করি অমতা খঙদনা বাহংসি হংখি। হন্দক্তি পাউখুম পীরকপগী মহুৎ মমিত্তা মপি তারদুনা ঐবু য়েংলগা লৈখি। ঐ তৌফম খঙখিদে। বা অমদি হায়খি, 'ইনে নঙ অমুক কপ্লব্রা ?' ঐগী খুৎ মচাসিনা মাগী মমিংতা তারক্লিবা পিরাংশিং অদুমক তৈথোকপীখি। ঐগী অদুগুম্নবা মতৌ অদুদা ইনেনা ঐবু চেৎনা কোনশিল্লকই। নুমিত্তুদগী ইনে ঐগী মাংদা কপ্লগী মহুৎ মওং অমদা নৎত্রেগা অমদা নুংঙাইনবা হোৎনদুনা ঐবু লুনা তৌবা মতৌ উৎলকখি। বাহং হংলকই, ' নঙ ঐবু নুংশিব্রা ?' 'নুংশি ।' ঐনা পোংনা লেপ্পগা খুমখি। 'নুংশিদুনা সুম লৈগনি।' ঐগী মওংদুদা 'অদুনি ইয়াসিদি। পুন্সি চুপ্পা নুংশিবিয়ু।' মাগী বাহৈদো পুন্সি চুপ্পা নুংশিবা হায়বগী অর্থসু ঐ খঙখিদে। পুন্সি চুপ্প নুংশিবা হায়ববু করিনো। বাখলদা

অসুম হংদুনতা লৈখি। খন্কম খঙদদুনা ইমাদা হংঙি, 'ইমা পুন্সি চুপ্পা নুংশিবা হায়বসি করিনো ? পুন্সিদবু চুপ্পা য়াব্রা ?

'কনানা নঙোন্দা মদু হায়বিরক্রে ?'

'নেনেনা হায়রিবনি।'

' নঙনদি করি খুন্নুরে ?' বাহংদু পাখংপা মাগ্নি।

' নুংশিগনি হায়রম্মী—'

'নুংশিগদবনি। নঙ মাগী মবুক নাগদবা খক তৌরুন্নু।' ইমাসু হায়রকই। 'ঐদি মাগী মবুক্তা অমুক্তসু ফুদনা' ঐনসু খুমখি। ইমা ফাক ফাক নোকথোরকই । চহী তারামুক গুরবা ঐনি। বাহৈগী অর্থ য়াম্না খঙখিদে। 'ফুরুন্নু। মীগী মবুক্তা ফুবা হৌনদে।' ইমাসু মখা তারকই। ইমুংদা ইনেগী বা কয়া ভাংনখি। অয়াম্বনা মাগী মথবায় নুংঙাইনবা ভাক্তা ওইনা হায়খি। তশেংনা ঐখোয় পুম্বা ইনেবু য়াম্না হেন্না নুংঙাইনবা হোংনখি। কনাসু মহাক্কী লম্নানবা নত্তে তাক্লনবা থবক কয়া তৌখি। অসুম্না য়ুমসিদা অমুক হন্না পুন্সিগী মরা তাশিন্নরুবা হোংনরুবগী মহয় য়ানখি। খঙহৌদনা ইনেসু মশাগী ময়ুমগুম পুন্সি শাগংলকখি। নোক্লকখি। লৈমিন্নবগী মশক্লা পুনবা হৌরকই। মসিদি পুন্সিগী হৌনশানি।

খঙহৌদনা লাই য়াম্না নীংখংলকই। থা শিথরকপগী নিপান্নি পানবা জন্ম অষ্টমিদদি কোনুং কাগনি হায়না থৌরাংনা ভাইরি। নুমিৎ অসিদনি শ্রী ইবুংঙো মানা তাইবঙ্গা খোঙ্জারকখিবা । থম্মোয়দা নীংজরিবগী মতুংইন্না শ্রী হরিবু দর্শন তৌজগনি হায়রি। ইনেনা পুক্লীং হেন্না লুপশিল্লুবদি নত্তে। মগু অতোম্বনা চংলুসি হায়না কন্না তক্লি। মমা মপাদা ওইনবগী মহৎ মবোক্তা তক্লি। মবোক্সু খুমখি, 'পুবীদদিকো ! ইশুবু পুদনা কনাবু পুগনি ?' ইচম চম্না হায়রুবদা অভাঙগী হৌনবী হন্না হন্না তকখি। মমান্নবশিংদা বারী শাই, 'ঐদি বোবোক্লা লাই খুরুম্বা পুবিনি হায়।' মথং মথং তম্মী। অদুমক থাজনা মমান্নবশিংদা বারী শাবদু উরুবগা পুবীদবা য়াররোই খঙজি ।

' নবোক্লা ফাগী তৌবদু নঙনা থাজরিব্রা?' খরা চাউবশিংনা লক্লবী।

' নংতে কৈসু ? অবোক্লা পুবিগনি হায়।'

' নবোক্লা লক্লরগা . . .।' তোইনা হায়রকপা অদুদদি পাখংপা অমা য়াওরমাক্লে। মবোক্তা হংলুই। মতৌদুদা পুবীদবা য়াররোই হায়বা মুন্না খঙখি। পুবিরগে চপ চানা খনখি।

মগু পুদুনা লাই খুরুম্বা চংলি। কৃষ্ণজন্মা নুমিত্তদি য়োং ময়ামশি ইখং খংবগুম তৌই। মী ময়ামগী মীনিল মরক্তা মহৌশাগুম লৈবা ভন্নদে। হৈনদবগুম তৌই। অভাঙ অহল খায়দনা য়োংশিংবু কোইথি কোইথি থিদুনা কবোক থাদুনা, য়োংগী লুথাক খুপ্পুনা চাগদবগী তাম্নে। মসিনা মশা কনখংলি। লাইনা তিন্না অবা অনা

কয়াদগী কোকথোক চামথোক্তনি খল্লি। থাজনবা অমগী মখাদা ধর্ম অমনা পুনশিল্লিবা লিপুল্লি। ঙসিদি মসি তাইবঙসিদা লমদমসিগী মরল ওইরক্লবনি তশেংনা, লমসিগী বাদা মোংবাহনবা হায়বনা মশক অমনি। মহাবলি হায়বনা অতোপ্পনি। অদুবু ঙসি অমনা অমগী মশক মুনবগুম থোক্লি। থাজনবীগী মশক শাগৎপদা তোঙাল্লবা পুক্লীংগী থাজবগী মফম শেম্মরি।

'অবোক! য়োংশিংসি ময়ুম লৈজদ্রা ?'

'উ হৌরিবশিংসি য়োংগী ময়ুম্নি।'

'উদা ময়ুম ওইরবদি, নোং চুরবদি চোৎলমগনি।'

'মখোয়দি শা-ঙানি মদুকা খঙলম্লোই।'

'চোৎপা খঙদ্রবদি মখোয়সি য়াম্না পংবজাৎনি।'

'খঙদেদা ! মখোয়গীসু মখোয়না থোকপা অমা লৈরমগনি।'

মহাবলিদা হনুমান ঠাকুর খুরুম্বা চৎত্রিঙৈ গোবিন্দ দর্শন তৌননবা কোনুং চৎখি। লম্বী মপান্দা মী কয়া কয়ানা শাম্নপোৎ য়োল্লি। খুজি লংবী শাম্নৈ। অঙাঙনা পামগদবা চিক্ক চাইন ঙমদনা মখল মথেল কয়া কয়াগী পোৎ-চৈশিং য়োল্লি। মীনা চিক্ক চাইন ঙমদে। ধর্মদা অহল-অঙাঙ, পুম্নমক্কী মশক অমা শাগৎপা কৃষ্ণজন্মনি। লাইগী থৌরম হায়বসি অয়াম্বা মতমদা অহলশিংতগী ওইবনি। মসিদি পুম্নমক্কীনি। নুপীমচাশিংনা পুমঙৌ ফনেক শেৎতুনা ফিঙৌ ইন্দুনা, ফুরিৎ অঙৌবা অমমম লিত্তুনা লমসিগী চৎনবী ঙাক্লি। মতৌদু থম্মোয় তেংথোক্তুনা ঈশ্বরদা চংজবগী মশক্লি। তশেংনমক্কী গোবিন্দ দর্শন তৌবা চৎপনি। অদুবু, হনুমান ঠাকুরবুসু চপ চাবা ফিদা থারি।

'অবোক মীশিংসি য়াম্দ্রা ?'

'য়াম্মী। য়াম্না চিল্লি।'

'মীশিংসি লাই খুরুম্বা লোইনা পাম্নৈকো।'

'ঐসু লাই নীংলবনিনা, ঐগী নীংবা থুংলনিকো।'

'ইশুবুদি থুংদদি কৈনো ! নঙবু করি নীংদুনা খুরুম্বগে ?'

'ঐদি বোবোকপু কুইনা হিংহনবীয়ু হায়দুনা খুরুম্নকই।'

'অতৈদি করি . . . ?'

'অতৈদি কনানসু পুবদি পুবীদনা করি নিরুনি ?'

'ইশুদনি' হায়রগা নোকচখি। লাই খুরুম্বা লোইরগা য়ুমদা হল্লকখি। হন্দক চহিদি ইস্কোল (ইন্টরনেসনেল সোসাইটি কৃষ্ণ কনসিওসনেস) সু অচৌবা থৌরম অমগা লোয়ননা জন্ম অষ্টমী পুজা পাংথোকখি। মী মশিং নাইদনা লাকই। হিন্দুশিংগী য়াম্না শেংলবা ঈশ্বরনি। পাপ্পীশিংনা পাপ তৌদুনা চমজরবা কয়াশিংবু মীওৎ মীনৈ

চখরক্লবদা অবতার ওইনা হেক হেক মালেমদা কুমথরক্লিবা বিষ্ণুগী অংশদগী পুথোরকখিবা মুর্ত্তিশিংগী মনুংদা মগুণ লৈরবা মুর্ত্তি অমনি। মসিমক্লসু মীশিং অসিনা অসুক য়াম্না খুরুম্নরিবনি।

লৈবাকসিগী কোনুংদা লৈরিবা শ্রীহৃরিগী মুর্ত্তি অসিমক মহারাজ ভৈগ্যচন্দ্র (১৭৬৩ — ১৭৯৮) না ইং শক ১৭৭৬ কী হিয়াঙ্গৈ ১২ নি পানবা অয়ুক মতুং পুং অমা চংলকপা নিংথৌকাবদা নির্পন তৌখিবনি। ঙসিদি লৈবাক নিম্না লাইগী মশক অসি শন্দেকখ্রে। মদুতা নংতনা য়াম্না মঙাল নাইরবা লাই অমা ওইনা স্না কোনুংদা ঙাঙ্গোইরে। তশেংনা ধর্ম অসিগীদি লাই অসিমক য়াম্না মগুণ লৈরবা লাই অমনি।

থাজদনা বোম পোকখায়রকখি।

ঈশ্বরগী দর্শন ফংলিঙৈ বোম পোকখায়রকখি।

ইস্কোনগী ভক্ত অথোইবা মহাবাজনা শ্রীকৃষ্ণগী ভক্ত কয়াগা লোয়ননা লাইগী থৌগল তৌরিঙৈদা বোম পোকখায়রকখি। মী কয়া শিখি। মী তিনখ্রবা ধর্মগী মফম অমদি নুমিৎ অসিদা ঈশ্বরগী নাক নকচনীংবা থম্মোয় তেংথোকচনীংদুনা, অশেংবা পুক্নীং পুথোক্লিঙৈ, হিংচা য়াইতম্বগী মীহাৎ মীপুনগী মশক ওইরবা থৌদোক অসি থোকখি। তশেংবদি লমদমসে, নাৎ-ধর্ম অমসুং মৈহৌরোল কয়াগী মশক্লা মীওইবগী শেংলবা ফিদা ফংলিবনি। কলচরগী চাউরবা ফিদা অমা মালেম থুংনা উৎলিবনি। মদুমক্তদা লাইশকলোনগী মশক উৎলিঙৈ, বোম পোকখায়হনখি। জাৎ নাইদবদগী নাইদ্রবা জাতি অমগুম উৎখি।

ধর্ম . . .?

ঈশ্বর . . .?

ঙাকপীয়ু, তোল্লবদগী তোল্লবা কয়াগী থৌদৌ অসিমক। ঐখোয়গী থবায়না থবায়তগী খন্দুনা হিংজবা নত্তে। পৃথিবী পুম্বনা থিনরিবা শান্তি হায়বসিসু থবায়শিংবু নৎত্রগা থবায়তবু খন্দুনা থিজবা নৎচদে। মীওইবগী তুং কোইনা হিংমিন্নবগী পান্দম অমদা শাগৎনরিবনি। শিবা হায়সিদি মপুগী মফমদা হল্লা অমুক হনবনি। মসিদি মীওইবনা পাম্বা পামদবা থিদনা হনবা তাবনি। মসিগী ওন্নতৈনবদা মীহাৎ মীপুনগী বাখল হায়বসিমক মীওইবগী বাখল মপুম ফাদবগী মশক অমনা শাগৎখিনবনি। মসিগীদমক ঙাকপীয়ু হে ঈশ্বর ! নফমদা চংজরি। খঙ্গহৌদবা মশক অসিগী অশোয়বা অরানবা পূম্নমক ঙাকপীয়ু। ভক্তশিংনদি শোনখি।

কয়াদা তমথিখ্রবা !

তমথিবা মশক কয়া থেংখাং নাইনা লমসিদা থেংলরি। পৃথিবীগী ইহৌদা পংনা থোক্তবা থৌদোক কয়া থোকখি। মহৈগী তুংনফম ওইরবা লাইরিক পাফম, থমফম লাইব্রেলি মৈ থাখি। থোকপদি থোকখি। তরাহুমদোইগুবা সেঞ্চুরিদা নলান্দা

অমসুং ভিক্রমশিলা যুনিভর্সিতি মক তক্লা মৈ থাখি। মতমদুদা খ্বাইদগী হেন্না শিঙ্থানববা যুনিভর্সিতি, নলান্দ যুনিভর্সিতি। লাইবিক কযা মৈ থাবদা থা তকক হেন্না চাকখি। লমদম অদুগী ওইবা মশাগী শক্তম পূন্নমক পৃথিবীদগী পূম্মুৎ মুখৎলগে মতানি। চপ মান্নবা থৌদোক অমা মৈদিংঙু গবিবনিরাজনা পানবা মতমদা কংলা উত্রা মমাংদা পাংথোকখি। জাতিগী মবল পূন্নমক মাং তাকহল্লগে মতানি।

ঈতিহাসকী তাক্কক কযাদা লম অমগী খোঙ্গুল পূম্মুৎ মুখৎননবা হোৎনবকপদা থেংনবকপা থৌদোক কযা লমসিগী, ঙসি চাওখৎলক্লে হাযবিবা মতমসিদা থোক্লি। শাংলবা মীওইবগী ঈতিহাসনা কুইনা পুন্সিবকপগী লীদুনা থম্বা মশক পূন্নমক মাংহন্ননবা মবংওইববা মৈহৌবোল লীশিনবগী লাইবিক কযাদু তুমখিবগা লোযননা ঐখোযসু তুন্নগদ্রা ? লমদমসিদা পোকপা, লমদমসিদা চাউবা মীওই অমা ওইনা, ইশানা ইশাগী খোঙ্গুল মুখৎপগুম থোকপা থৌদোক, লাইবিক মৈ থাজবা অসিমদি আশা তৌখিদবনি। অদুবু থোকখি। অসিগুল্লবা মশক অসিনা লাইগী মণ্ডিবদা বোম ফুন্নম্বা হাযবসিসু ঙক্লীংঙাই ওইখিদে। অদুবু ঙক্লখি। অঙাঙ কযানা গোপাল দেবগী মশক পুথোক্লুনা ইবুঙোগী চবন শোক্লনবা হোৎনবিঙৈ পোকখাযবকখি। গোপালগী শক্তম লাংলিবা মহাক, মফমদুমক্তদা মশা ঈনা পুমঙাং ঙাংদুনা লৈমাযদা তুথবকখি। ইস্কোনগী মণ্ডিবদা তিল্লম্বা মীযাম পূন্নমক কাযদুনা চেন্নখি। অকিবনা মীযামবু মফম খঙদনা তান্খাযবকই। মিপাইনা, থব্রায পুখিদুনা মথোং মবম খঙদনা মী চেন্নখি। কনানা চেনবা ঙমদনা তুখি। নেংখাযনবা কযানি।

ঙসিদি ধর্মবু শিংনবা, থব্রাযবু তাথিবা মী কযা লমদমসিদা মশানা মশাবু লাইপোক্কী মওংদা থবক তৌবি। মীযাম্বু হুমদুনা পুগনি মতাওম থৌবাং চৎথবি। ধর্ম নৎত্রগা মসিনা উখোক্লিবা থৌওং কযাসি যানীংদ্রবসু থব্রাযবুদি অসুক তাথিবক্কনি হাযনা কনানসু থাজকদে। মাংলমচৎ, ইপা ইপুগী পুন্সিবোনদা শাগৎপা পুন্সি মহিং অসিদবু কনানা থাজবা ঙমগনি ? কনানসু ঙল্লোয।

নুমিৎদাং পুং তবেৎমখাযগী পাউ পাবকই।

ইস্কোনদা বোম পোকখাইখ্রে।

ঙসি ইন্টর্নেসনেল কৃষ্ণ কনসিওসনেস, মীযাম্না ইস্কোন হাযনা খঙনবা, ইযাবপোর্ট বোর্ড, মালোমদা শ্রী হবিনা খোঙদাবকখিবগী হবাও তযাম ফোঙদোক্লুনা, মীযাম্না দর্শন তৌবিঙে শক্তি লৈববা বোম অমা পোকখাযবক্লুনা, যামদ্রবদা মী মবি শিখ্রে। থৌদোক অসি ঙাস। পুং তকক মখায তাবা মতম অদুব্রাযদা থোকখিবনি। শিবিবশিং অসিগী মনুংদা মীবৈবাক মচা, ইউ এস এদগী লাকপা অমা অমসুং ইবান মচা অমগা মখোয অনী যাওবি। শোক্লবশিংগী মনুংদা ইস্কোনগী স্বামিজি অমসুং ভক্তা তবাবোম যাওবি। যাম্না থাজবা যাবা মফমদগী ফংবা পাউ অমদা, বোম অসিমক হান্না

মাংজৌননা থৌদোক থোকফম অদুদা ফুমদুনা লৈরম্বনি অমসুং অরাপ্পা মফম অমদগী রিমোট কন্ট্রোল শিজিন্নদুনা পোকখায়হনবা ওইগনি হায়না থাজনরি। থৌদোক অসিদা য়াম্দ্রবদা পুন্না মী নিফুরোম শোকহনখি।

পাউ তানা তানা ইনেনা হায়খি, 'শিরসনু। মখোয়তা শিরসনু। অসুক লমহ্নেবা মীওইবগী থম্মোয় মশক খঙদবা মীহাৎপশিং অদুতা শিরসনু।' মথৱায় শোক্লা হন্না হন্না শোনখি।

লৈবাক অসিগী চিফ মিনিষ্টরনা হায়খি, 'লমদমসিদা চাওখৎ থৌরাং মশক খঙদবা, পাংদবা অরোনবা শাজৎ কয়াদা হৈনবা মী কয়া লৈরি। ঐখোয় পুন্না নুংশি চান্নবা হিংগে হায়রবদি তঙাইফদনা মখোয়দগী লাপ্না লৈবা তঙাইফদে। অমদি ইশানা ইশাবু ঙাকথোকচনবা চেকশিনগদবনি।

য়াম্না হেন্না থম্মোয় শোকখিবদি, লৈরিক মেমোরিএল হোসপিতালদা,ইস্কোলগা খ্বাইদগী হেন্না নক্লনা লৈবা, প্রাইভেৎ লায়য়েংশঙদা অহানবা লাইয়েংগীদমক পুখিবা, থা তরেৎ শুরবী নুপী অমা বোম মচেৎনা পানবদগী য়াম্না খুদোংথিনীংঙাই ওইবা ফিভম অমা ওইরকখি। খুদক্তা ওপবেসন অমা তৌদবা য়ারক্তদুনা বিমস হোসপিতালদা পুবা তারকখি। কন্না লাইকন্নখি। পুক্নুংগী অঙাঙ অদুগী য়েৎথংবা মখোঙদা বোম মচেৎ লৈরমদুনা, অঙাঙ অদুগী ফিভম তম্বা ঙমখিদে।

পাউদুদা ইনেবু কপহনখি।

মথৱায় যাম্না শোক্লা কপখি।

ইনেসু অঙাঙ অমগী মমা ওইগদবগী তৌরম্মী। অঙাঙ মিতমদুনা কোকথোক চামথোকপা মতম ওইবক্লবদা মোমোন মোমোন নোকচখিবনি। তাইবঙ ফাওরক্লগদবা অঙাঙ অদুগীদমক মপুক্লীংদা য়াম্না হরাওজখি।

খঞ্জখি।

ঐসু মমা ওইরগনি।

অঙাঙসিগী মমিং কথি থোনগনি। অঙাঙ হায়বসি মমা মপাগীদি চাউরবা আশানি। চুপ্নতগী ইচম চম্বা থরাব পানবা হকচাং অমা নত্তে। ইশাগী ইমি তাননবা হোৎনগনি। পূমপেন পেঞ্জখি। অঙাঙদুতগী রাখল অদুতনা পুক্সিগী মশক উরকই। নুমিৎ কয়া হৌখিবা খঙহৌদে। থা মাপল শুবকই। মকুম থা যৌরকপগী শাবেং থোংবা অমসুং লফুগী ইঞ্জাং মথেল অমগা লোয়ননা মপামদা চাক কৌখিদ্রবসু নক্লবা মরী মতা অমর্নদি ফজনা কৌখি। কুইনা মচা লৈররোইদ্রা খল্লবা মতুংদা ওইরকখিবা ফিভম্নি। পৃশ্নমক্লা লুনা থন্নে। নিঙোলগী পুক্সি হায়বসিদি মশক অমদা মপাম লমদমগা ইয়েৎ

যেৎশিন্নবা, যুম অনীগী মশক্তা শাগৎপা ঙাক্তনি।

অদুবু লাইবক্তা তমখিদে।

তাইবঙগী পাউবু কনানা অসিনি হায়বা ঙম্বগে ?

থোক্লবিবা থৌদোক পূম্নমক পুন্সিগী পাউনি।

ইনেদসু পুন্সিগী মশক পূমওন ওহোকপা পাউ তম্লখি। তাইবঙ্গা মহাক লাক্লম্মী হায়বগী খোঞ্জেল মচেৎ অমতা তাহল্লমদনা মগনফমদা হুনখ্রমাল্লে। মদুতা নৎতনা ইনেগী পুন্সিদা অঙাঙ অমমুক নৌনা ফংননবগী লম্বী পূম্নমক পূম্মুৎ মুত্থৎলমখি। হৌবক্লিবা অঙাঙ পূম্নমক্তগী লাপ্না লৈযু তমখ্রমাল্লে। ইনেনা অঙাঙবুদি লুনা চান্না তৌজবনি। অদুবু নোংদমবগী নোংদম অমনা শাপ অমা তৌবকপগা চপ মান্নখি। ঙাইর্জখিবা হবাও মীনোক তম্ননি খল্লবা পুংফমদা পূম্নমক্কী ওম্নতৈনবদা মিৎলু পিবাং কৌবা ওইনা থোকখি। অদুবু পুন্সিনা পুন্সিবুদ ইহোকপা যাখিদে। ফনা পামদ্রবসু পামদ পামদনা লৌশিনবা ৩ায। পুন্সিদদি মীওইবগী হকচাং পীথোক্লবা যাদে। লোইনমক লৌশিনগদবনি, মিৎকী পি নৎত্রগা চিনবানগী মশক তোঙাল তোঙাল থোবকপা হাযবদুনা অতোপ্পনি। অদুবু, মদু পূম্নমক লৌশিনজগদবনি। ইনেদসু তম্বীবম্মী মিৎকী পি কৌবা মীকৌ অমা। লাইশঙ্গা বোম ফুল্লম্বা মপা মপুগী মশক নীংশিংলুবগা ইনে কপখি। লেপ্তনা পি শিন্থুখি। ধর্ম হাযবসি হৌজিক লৈখা তাবক্লব্রা ?

# ১০

কোরৌহনবা চৎখ্রে। ওরাং লোইখিদুনা ওসি লাক্রে। ওরাংগী কোরৌহনবনা পুথিবা লৈবাকসিগী শক্তমসি পুরা পুম্নৈ নৈরবা, চাকথি খাবৈনা কোরো করো পুমওৎ ওৎখায়দুনা চনাং তারবা মশক অমনি। হৌজিক্কী মশক অসিমক লনাইগী ওইবা পুন্সিগী মশক লৌথোক্কদবগুম উরবা খোঙচৎনি। মফম খঙদ্রবা পঙ্ফম লৈত্রবা ফিভম অমদা পুনশিনগদবনি হায়না লাওরি। অমসু অমসু শম্বল পংখাদা খাগৎলকই। অচুম অরাল থিরুবা তারবদি ইখোঙনা, ইখুৎনা দন্দি নিরুবগা চপ মান্নরকই।

মফম খঙদনা লাওগনি।

নীংতম্বা ! ঐখোয়গী হক !

মীয়ামগী মায়য়োক্তা লৈবনি লৌগনি।

মশকশিং অসিবু করিনো ? করিনি হায়না লৌগনি ?

হায়দ হায়রুরগা, ঐখোয়না লৌরিবা ৱারেপ অসি নখোয়গীসু য়াওরবনি। মখোয়দদি ঐখোয়না কৈদৌঙৈ ঐখোয়গী ফিরেপ লৌবীয়ু হায়বসু হায়খিদনা, ঐখোয়গী করি ফিরেপ্নো ? করিগুম্বা ৱাখল মান্নদবা য়াওরব্রবদি করম্বা মওংদা ৱারেপ অদুমক করি ওইগনি ? তশেংবদি মী হায়বসি মী মীগী অপাম্বা কয়া, অতোপ্পা মীওইশিংদা হকথেংননা অকায়বা পীরুদ্রবদি মনীংতম্না তৌজহনবা য়াই। মসিগী ৱাংমদা মীওইববু নমশিন্নবা থৌওংদি মীওইবনা থক শিনজিন্নরোইদবনি।

থৱায় পানবা তাইবঙ মীনিনা অৱা-নুংঙাই মশক খঙডি। য়ানীংদবা মশক পুথোক্নুনা শিংনৈ। অসিগুম্নবা মশক অসিমক মায়কৈ খুদিংমক্তা উবা ফংই। কনাগুম্বগী থম্মোয়দা মশানা মশাবু শুজিঙ্ডদুনা খাংখিবা কয়া অমসু য়াওদবা নত্তে। মশক অসিমসু লমসিগী মচৎ ওইররে। মথৌসু য়ামখৎলক্রে। লাইরিক তন্নিবা, মহৈদা মপুক্কীং চংগদবা কয়াসু মায়কৈ তরানি মথৌ তৌরিবা। মসিদবু মথৌ লৈতনা মথৌ থিরিবা কয়াদি মায়কৈ কয়া লোংবা তাবগে ? মতা অমনি। লমসিগী থবক তৌরিবা, পান্দক্ষম অমতদা থবক তৌমিন্নরিবা কয়াসু অমগা অমগা মত মান্নদবগী মশক কয়া উখোকই। লমদমসি

মী অনী শুনা তিন্নবা যাদবগী খুদম পীনফম ওই। থাজনবা ভমদবা থৌওং অসিনা লমসিগী লাইচৎ ওইনা কন্না শন্দোবকই।

কবিগীনো খঙদনা ইনে মমায ইমক মক্না কৈথেল কুন্নকই। মদুগী মওং অদুদি উংদুনা লৈরুবগা, তৌফম খঙদনা হন্নকপা মাল্লি। কেদৌবজাৎনো ? হংগদবা কিবা অমা যাওই। হন্দক্তি ইনেসি অমুক্তা উংবা উবকত্রবনি। হংদদি হংলগে খন্না হংখি, 'ইনে কৌদৌববগে ? থবায যান্না নুংঙাইতবা মাল্লি।'

'খঙদে। ঐখোয কৈথেলগা ফম্বা ফংলোইদৌবি।'

'ইনেগী পোৎফম কনানা মুল্লিবনো?'

'মুনবা নত্তে। থুগাযগদৌবিবনি।'

'এহ্ ! অদুদি কনানা ?'

'লৈবাক নিংথৌনা।'

'কবিনোদা ? হৌজিক্তি নিংথৌ পানবা মতমসু নৎত্রে মদুদি থাজবা যাবা ব্রা নৎতে।'

'সবকাবনা ঐখোযগী কৈথেলসি অমুক শাদোক্লগনি হাযবি।'

'মদুদি মতম মতমগী ব্রা হাযবদুনি।'

'মদুদা কৈথেল ফম্বীশিং অসিগী লৈজবিবা মশা মশাগী ফমফমসি মতমদুদা অমুক ফংগদবা লৈত্রে হাযনা মযাম পূন্নমক হাযনৈ।' মসিসু ব্রা অমনি। থাজবা মাংহনবীখ্রবা কযাগী বাকৎ মপুন্নি । অচৌবসু মচাসু অমতা থাজনদে। শেমগৎ শাগৎপগী মমিং লৌদুনা অবোনবা কযানা মথি ফোঙলবা লমসিদা কনানা কনাবু থাজগনি ? মসিনা অমনা অমবু থাজহন্দে । হান্নগী কৈথেল থুগাযনা যাবোই। অনৌবা মওং ঐখোয পামজদে। কৈথেল ফন্নিবী ইমা ইন্দোলশিংনা অহিং যাবেকখি। কৈথেলগী শক্তম ঙাক্কনি। মচেৎ অমতা থুগাইবা যাবোই। থাজদবগী মশক অমনা তুংদা থমদুনা অতোপ্পা মশক অমা মান্দা থল্লগা কৈথেলনুপীশিংনা লৈবাক্কী ওইবিবা শক্তম উখোবকই।

'ইনে কৈদৌবে কৈথেল চৎপবু নম্বোও-থাবোও ?' ইনেনা কৈথেল থোবকপদা ঐনা হংখি।

'তনখ্রে। কৈথেলদা লেকপা তাবি।'

'কনিগী ?'

'লেকপা যাওদবমখৈ নুপা ২৫০/২৫০ নোংমদা জবিমনা তৌগনি হাযদুনা কৈথেল নুপীমখৈ বাকপ্লবে।'

'মদুনা অমুক কবি ব্রাহৌদগী ?'

'লৈবাক্কী অঙম্বশিংনা কৈথেল যোঙ্খোকদৌবগী ভৌবি। যোঙ্খোকখিবা তাবগদি ঐখোয অমুক হন্না কৈথেল ফম্বা ফংলবোই। মবমসিনা ঐখোয লোইনমক কৈথেল শঙদবা যাদে। মাগী মাগী পালি খাযদোক্লদুনা কৈথেল শঙগদৌবিবনি।' পাউসি

ঐদি খঙলুদে। কৈথেল কাবা থোবক্লগা, নম্বো থাবো যাওবকপদুদা ইঙক ঙক্লুই। তশেংনা কৈথেলগী শরুক খবা লোম্না যোম্লোকখ্রব্রা ! খংচিং চিংনখৎলকই। ঙরাং নহানসু খববদা অসিগুম্নবা মখলগী ব্রা অমা যাওখিবগুম তৌই। লৈবাকসিদা অসুক থাজদনীংঙাই ওইবিবসি কবিগীনো ? 'কৈথেল যোনখিদৌবে হাযবদি কনানা হায়বিবা ?'

'কৈথেলদদি খঙদবা লৈতে। লোইনমক খঙঙি।'

'খববদদি শাবগনি হাযবগুম তৌই।'

'অদুবুদি, অদু ঙাক্তনি। লোম্না তৌবা থবকপু ফোঙনা হাযদোকদ্রা ? মসি হুবানবা মখল অমনি। হুবানবনবু হুবাল্লগনি হাযদোকপা তাবগদি কমদৌনা হুবানগনি ? হুবানবা যাননবা মখল মখাগী ব্রা কযা কযা হাযজিনবা তাবনি।'

যাম্না লুই। লৈবাক্কীনি হাযদুনা চোংথোবক্লিবা খুদিংমক অমতা থাজবা ঙমদে। মখোযনা থাজনবসু তৌবক্তে। তশেংনা শেমগৎচনীংবগী ব্রাখল কযা লৈবগসু, মসিমক্লা লৈবাক্কী শেমগৎ শাগৎপদা যাম্না থিহুহল্লি। মযায চাবগী মশক অমসু অমসু ইবৈতা লৈ। লৈবাক্কী শেমগৎ শাগৎপদা লনাইগী মশক অমা ইযাওতা যাওই। মশক মচু ইতোৎতা তোৎশিলহৌই ঙাক্তনি। লৈবাক্কী থবক তৌবা মী অমতা হৌজিক থাজনীংঙাই লৈতে।

'হন্দক্কী অসিমদি তশেংনা শাগদবা মাল্লি।'

'কবম্বা মতমদা, কবম্বা মীওইনা লৈবাক্কীদমক তৌবা থবক্তা থম্মোয শেংনা ফজনা তৌখবগে ? লোইনমক মবক হাইহৎপগী চৎনবী অমনা মযেক শেংহন্দবা ঙাক্তনি। মবী চৎলবা থাজদবগী লাইচৎ অসি তসেংনা লমসিদা নাববনি।'

'ইনে চাওখৎপা, চাওখৎপা হার্যবিবসিদি, হান্না লৈবম্নিবা মশকশিংসি হোংদোক্তনা মতমগী ওইবা মওংদা শেমদোক্লবা যাবোই।'

'খঙদে ! খঙদে ! থাজদে। লোইবে।'

'মদু ওইবর্বদি হান্নগী মওংসিদা, সুম লৈবা তাবনি।'

'মদু ঐখোয খঙদে। লৈবাক্কী থবক তৌবগা, উৎলিবা থবক্কী মশক্লা মবাল ওইবা তার্বনি। মসিগী দন্দিসু লমসিদা লৈবিবা মীশিংনা পীদনা তোকথোকপা ফত্তে।' মসি হাযবগা ইনে তুমিন লেখি। কৈথেল ফম্বী ইমা ইন্দোনশিংগা, সবকাবগা কন্না মুক্লখি। অমসু অমসু অঙম তান্নে। অবা অনা পুম্নমক কাওথোক্তনা কৈথেল ফম্লিবী ইমা ইবেনশিং, মহুম শাদুনা কৈথেলদা লেক্লখি। সবকাবনসু কৈথেল শাদবা যাদে খন্দুনা হান্না ইম্ফাল দিস্ট্রিক হোসপিতাল ওইবম্বা, হৌজিক্লা পোবোমপাত্তা জবাহরলাল নেহরু হোসপিতাল হাযদুনা হোংখ্রগা কৈথেলগী লাইযেংফম ওইহৌববা মফমসি শিদোক্তনা হোংজন্নবা কৈথেল অমা শাদুনা থম্মী। হান্নগী কৈথেলসিদা ফম্লিবা ইমা ইবেনশিংগী কৈথেলসি হোংদোক্তনা মফমসিদা ফমহল্লবা মতুংদা, অনৌবা কৈথেল

অসিনা হাম্নগী মফম অসিদা নৌনা শাগদৌরিবনি। সরকারনা ফনা কুইনা কৈথেল হোংজিন্নবা হায়জবা কয়া ইমা ইবেলশিংনা তাবীখিদে। মফম পুম্নমক ইহ্ন ইহ্ন হন্না ইহাং হাংদুনা লৈ। কৈথেলগী ইরাং অসুম অসুম চাউখৎলম্বদগী অসুম অসুম ইংথরকই। মসিগীসু মথক্তা সরকারনা অমুক্কসু কৈথেল শাগনি হায়বা ৱাখল, ইমা ইবেলশিংগী পুক্নীং খঙবিদুনা শাররোই হায়না চে থোকখি। অচা অথক চাদুনা নোক্না নোক্না ৱারী শায়। কৈথেলদা তুম্ফম চাফম খঙদনা লৈরম্বা পুম্নমক ময়ুম ময়ুমদা হন্দুনা তুম্নবা ফংলনি নুংঙাইনখি। অদুমকপু মতম খরদি কৈথেলদা লেকখিবা তারি। চে অসি লৈবাক মপুগী লৌ ওইরম্বা য়াই খন্নখি।

থাজদনা কৈথেলদা ইরাং অমা থোকখি। বোম ফুন্নম্মী । লৈবাকসিদা লৈবা ধর্মশলা অমদা বোম লংশিল্লক্তুনা মীরাল মচা অমা ইখঙ খঙহৌদনা শিখি। লৈবাক ইরাং লাক্কদবা মানবা ফিভম অদুদা কার্ফিয়ু থমজনখি। মী অমতা কৈথেলদা চংহনখিদে। কৈথেলনুপীশিং লেকপা চংহনখিদে লৈবাক্কী সিফায়শিংনা মায়কৈ পুম্নমক ঙাকখি। কৈথেল অসিদা চাউর চাউরবা থৌদোক ৱাথোক কয়া থোকখিবা পুম্নমক অমুক হন্না থোকহল্লরোই হায়বগী ৱাখলনি। য়াম্না নুংঙাইনা কার্ফিয়ু লোথোক্লবা মতুংদা অমুক হন্না কৈথেল কাখৎলকপা মতমদদি, হান্না ফল্লমবা কৈথেলগী পোৎফম পুম্নমক পূমকায় কায়দুনা, ফম্বা য়াদনা লৈরম্মী। নুমিৎ নীনি হুমনিগী কার্ফিয়ু মনুংদা, কৈথেলগী শঙ পুম্নমক ডোজরনা চখায়খিবদগী মচোয় মচোয়রবা, উফুল মকুপ মকুপ ওলহল্লম্মী। সরকারগী অঙকপা চে ওইখি। কৈথেল শাররোই হায়বা চে অদুগী থোকখিবা ৱারোলদু করম্বা ৱারোল অমনো খঙখিদে।

তঙায়ফদনা, নৌনা শাবা কৈথেল শঙদা অমুক হন্না কৈথেল নুপীশিং ফম্বা তাখি। হান্না পায়খিবা চে চাং নৌনা শুগৎলকই। ময়েক্কীদি পোৎফম মশিং চপ চানা শাখিবনি। অদুবু চে চাং শুগৎলকপা মতমদদি অমতা মান্নরমদ্রে। কৈথেল ফম্নবা চে পায়বা মশিংনা কৈথেল শঙদগী মশিং য়াম্না হেল্লম্মী। নৌনা কৈথেল শঙ মুন্নবদগী মী কয়া খৎনখি। অসুম অসুম ৱাথোক ওইরক্তুনা অমগা অমগা খৎনরকপদগী, কৈথেল ইরাং হৌরকই। পোৎফমগীদমক খৎনরকপদা, থাংয়োনবী অমদগী থাঙ্গোল লৌদুনা অমদা খিন্দুনা ফনা শাথিনা শোক্তুনা ৱা থোক্লখি। মতম অমা লমদমসিগী ওইবা মশাগী লৈহাওদা লৈশাৎ তম্বা ওইরম্নবদি ফৈদাশিংনা ৱায়েল্লমগদবনি নৎত্রগসু মচা লোয়শঙ য়ৌমিন্নরমগদবনি। ৱাকৎ ! ৱায়েন কয়াদা লৈবাক মাঙ্দা ফৌরম্বা য়ায়। ঙসিদি চৈরাপ্তা চৎপা তাখি।

কৈথেলনুবীশিংগী ৱাখল লমখাংদা লমুক্লখি। কনাদা তাইনরুনি। কৈথেল শঙ্গুনা, শঙ পাইখিগনি খল্লম্বা কৈথেল ফম্বীশিংগী ৱাখল চপ চাননা থোকখি। তাইনফম খঙদনা থম্মোয় প্রোক প্রোক চাক্লা খাংজবা তায়। থৱায়গুল্লবা পোৎফম পাইখিবদা

লাল থোকপা হায়বসি হৌনশানি। ঙসিদি পোৎফম পুমচায় চায়খ্রে। পোৎফম হোংবদা তাখ্রে।

মতমদুদসু কৈথেল হোংখি। অরোইবা নীংতম লালগী ৱাহল্লোক্না মীতৈগী মতিক মঙম ঙম্না পুখ্রবদা কৈথেলসিদা অঙকপা অহোংবা মশক অমা লাকখি। লানঙম ফিরাল পায়হনখিবগী মতিক মঙম মথৌনা শকখঙ মায়খঙননবা, লৈবাকসিগী অথৌবা কয়া, ময়া তাহল্লরে। ঐখোয়না নখোয়গী থৌনাবু শিজিন্নবা হৌরবনি হায়না লমতাক ৱা ওইনা থৱায় কয়া কৈথেলসিদা য়েন্নিং থাদোকখি। লৈবাক্কী থৌদাং কয়া ননশিনখিবা, অমসুং মথৌদাং ওইনা চোংথোকখিবী মীতৈনুপীশিংনা, মরৈবাক্কীদমক লাছেংনখিবা কয়াদুগীদমক তমথিবা চৈথেং ফংবদা, কৈথেল অসিদা অমুক হন্না চাকতাবা পামখিদে। চাকতাংগে খনখিবা ৱাখল থাদোকখি। লাইহাক্কী মশক কয়াগা শমজিন্নবা, মফম অসিদগী অমুক হোংখি। ঙসিসু, পুকচাক্কী, কুম্নোগী ধর্মগী মরী,মরী ইরৈ লৈনদনা মরী শমজিনখিবা অমদি অমগা, অমগা করিসু মরী ইরৈ লৈনদনা হোংদোকপা তাখি। করম্বা শক্তম অমদা হান্নগী মফমসদা অমুক হল্লকনি, ৱাখলদা থাজদবগী মপৈরক্তা মিৎ চোইথোক্তনা অমুক য়েংবা তাখি। মসিনা মহৌশাগী মতৌগুম্নদি খক হল্লক্লরোই।

হল্লক্লরোই। মতমগী ৱাদা, মহৌশাগুম তাইবঙ মীওইবসু ঙরাং ঙসি অমুক হন্না খক মান্নবা লৈতে। হৈরুক লাকনবগুম ফমফম মুন্নবা লোয়ন লোয়ননা লাল ঔরাইনবা লমদম ওইরকখি। ঙসিদি লমসিদা তশেংনা হিঙ্গে খল্লবদি অনৌবা মখলগী লাল অমা ঔরাইবা তাবনি। লালগী মতমনি। ঈ নাই তানবা কৈথেলসিগী অনৌবা মশক য়েংননবা মী কয়া কৃক কৃক ইনননা লাকখি। অসুমনা তৌরক্কনি থাজখিদে। অহল লমন কয়াদি পুমঙাউ ঙাউখি। কদোমদনো, কদায়দনো লম্বীসিবু ? কৃক কৃক ইন্নবা মওংদা মফম খঙদনা তুসিনখি। য়ামনা থিনা শোকই। য়েংহৈখিদে। তুফমদা কবোক কৎখি। থৱায় মি কৌখৎখি। হে থৱায় মঙা, মিগা থানা তরুকমক কু কু কু, খুজোক শাদুনা তুফমদগী তপনা তপনা মখূৎ পুখৎলগা ময়াদা ইনশিনবী। মসিনা তুখিবা কয়াদা লৈহৌরিবা মচেৎ তানা পাইথোকখিবা থৱায়বু অমুক হন্না কৌখৎতুনা কৌশিনদুনা থম্মী। মহৌশাগুম অমুক হজিন্না লৈ খন্নে। থম্মোয় চাউথোকই।

চৎনবীগী মশক অমদা, থৱায় মি কৌখৎপা, মিকোন থাগোনবা চাউরবা মশক অমা ওইনা লৈরম্মী। ঙসিদি মালেমগী অনৌবা মশক অমনা মসিগুন্নবা চৎনবী অসি তপ্পা তপ্পা মখুম খুমজিল্লকপগুম তৌরি। চৎনবীগী মশক ওইনা, হয়াও তয়ামদুনা ইশাগী শক অমসুং চৎনবী হেক ঙমজবী থাক্তা পুন্নমক পুন্নাং লাংথোক্লবা, থৱায়গী হকচাংগী করি শন্নদবা কয়া অদুগীদমক শকখঙদবা মপুদা অকায় অতোয় থাকহনবীদনবা, পুন্নমক অমুক হন্না কুবীনবা মপুদা চঙজে মিকোন থাগোনজে।

থাবল চোংবগী লোইবকপদা অহৈবা অহলশিংনা মিকোন থাগোনজে। মিকোন থাগোল্লবা মতুংদদি অমুক হন্না মখা চংথনা কুম্মৈ তৌনদে। লোইশিন্নে। হাওবম গোপাল মচাগী শুম্মাংদা ঈশৈ হন্নবা অমসুং খুম্বা তৌদুনা থাবল চোংখি। মদু মযামগা মান্নদবা মশক অমনি । ঈশৈ হন্দুনা অৱাই অখুম তৌনা চোংবা থাবল অদুদা কদোমদগীনো খঙদনা মিযুজিক ট্রুপ অমা লাকখি। থাবল চোংলিঙৈদো চান চানা ধোন থিনজিল্লকই। মখোল হৌনা হৌনা ধোনজাউগী হৌববা মখোল যাওবা থাবলগী তাল, পুমনিল নিলনা ধোংকিৎ তাকিৎ থিনগৎলকই। মদুম্না থাবল চোংবা হৌবসি মদুনা লমদমসিদা অহানবনি।

মতমদু মৌ থাবল চোংবসু চৎনবম্মী। লাইবেল মথেক থেক্তুনা পাফল মওংদা থাবল চোংলগা, থাবল লোইশিল্লি। মফমদু অমুকসু ইশিং খিক্তোক্লিবনি। খোঙনা খুৎনা মফমদু শোক্লুবা তৌহৈদে হাযদুনা শেংদোক্লিবনি। চামথোকই। থৌনিখি, লৈবাক্কী ওইবক্কদবা ফিভমদা ফত্তবা থৌদোক থোক্তনবা । হবাও তযামগী মশক্না লংজখিবা পুম্বা ঙাকপিযু থৌনিজখি। পুন্সি হাযবসিমক তুংগী লিক্রম অমদা অসুম অসুম লেপ্তুনা খোঙ থাংলিবনি। মসিগী খোঙচৎ অসিদা অশোয অভাম থোকহন্নবীগনু। নিজখি। লমকেৎ লমহাইবা শাজৎ পুম্বা ঈশ্বরদা লংজবগুম থন্নবম্মী। পুন্সিগী ওইবিবা ফিভম পুম্নমক মপু অমগী থৌশিন য়াওবি হাযদুনা যান্না কিনবম্মী।

ঙসিদি কাযবে। লোইনমক কাযবে। থুগাইবে। কৈথেলসু থুগাযখ্রে। নৌনা অমুক শাগদৌবিবনি। মতমগা চুনববা মওংদা নৌনা শাগৎকদবগী চনখৎলক্লিবা শিন্মীশিংদসু অনৌবা মশক কযা উবক্রে। মীতৈ নুপী মৌনহা কযা দুকান শাবা যাওবক্লি। চেক হোল্লি। লৈঙোই চাম্মী। ঈশিং হোল্লি। নুং থাঙডি। কোকথক্তা মফি কোকশেৎ অমমম শেক্তুনা, নাকম অনিদা ফিজি থেৎকৎলগা থাধবকই। মশক মশা লোৎপগুম থবক শুই। পৈশা তানবা থোবকই। মশাগী শিনফমগা মশানা লৈবিবা মবীগা অনীগী অবোৎপা মশক অমদি উই। তৌইগুম্বসুং মশাগী ওইবম্বা ফিভম অমসুং হিংবগী মওংদি ঙসি পুম্নমক কোইচেন চেন্দুনা খাংবগী ফিভম্মি। থৱাযনা পুম্নমক্কী মথক কাখৎলকই।

ঐখোয পংলম্মী। ঐখোযগী পুন্সিবোলদা, পুন্সিবু পুমথা থাদোক্তুনা ইঙাউ ঙাউববা মওং অমদা হিংনবম্মী। পুন্সিগীদমক অবেপ্পা মশক অমা শাগত্তুনা হিংনবমদে। অদুবু, হিংবা হাযবসিদি মসিগা ওন্নতৈনবা মওংদা হিংবা তাবম্মী। পুন্সিসি পুন্সিদা পুমথা থাদোক্তুনা হিংগদবা ওইবমদ্রে। ইশানা পামজবা মওং কোনশিন্দুনা, মাযকৈ চুম্না ইনগদবনি। মসিদতা পুন্সিবু মশাগী ইতিনফমদা তিলহলগদৌবিবনি। হৌজিক্তি মসি ফজনা খঙলক্রে। ইনেনা মসি খঙলকপা মতমদদি, পুন্সিসু মাযকৈ অমদা ইবৈ লৈশিন্দুনা লৈবল্লে।

খুজেং পায়রকখি।
নুংশি শৈহৌদা শৈশকখিবা মহাক্না খুজেং পায়রকই।
ইথক থকখলি।

'হায়য়ু'

'করিনো?' থাবল ইকোই কোইনা চোংলি। চোংবা লেপখিদে। পোম্বী মিৎসু লৈখাদা য়েংলি। কনাদসু কন্না য়েংবা ঙম্মখিদে। অমুক বা হায়দোকখ্রগা কুইনা কুইনা ঙাইদুনা লৈ। ঙাইনৈ। বা হায়রকখিগদৌবোইদা নীংই। তাননবা না শিংনা লৈ। বা তৌইনা খুম্মুবসু য়াদে। ময়াম মরক্তা লমহেন্নবী তারুগদৌরিবনি।

'মিংদুবু . . . ?' বা লোইশিন্দনা বা হংলকখি। বাফমসিদা থম্মোয়গী বা কয়া য়াওরিবনি। খুমখি। 'নহান শিংজু চাফমদা খঙলে হায়খিবদায় ?' পাউখুমসি খুন্নম্লগা লৈকায় ইমা ইবেলশিংনা থাবল য়েংফম ওইনা ফন্নিবা মফমদুদা খুজেং থদক্তুনা অদুম চেনশিল্লকখি। বাংহৌরিবা বাহৈপবেংনা থম্মোয়দা য়ুদুনা লৈহৌই। থাবলনা পুক্নীংদা চোংলি। অহল লমন মমাংদা থম্মোয় লৈকা ফনা পোম্নক্লবসু মপুম ফানা লৈশাৎ তমহন্নবা য়াখিদে। তুমিন খাংবা তাবনি। য়াম্না নুংশি, মতম্না মতম মশাদা মথং মথং তিনশিন্দুনা মশাবু মাংহনজখিবা ওইরবসু পুক্নি কয়াদদি পুক্নিগী মশক অমা শেমগক্তুনা মান্নদবা ফিভম শেন্নিবনি। মসিনা অসুম তৌনা পুক্নি শেমগৎলকনি হায়বগী বাখল লৈখিদে। অমসু অমসু পনুংদা নুংঙাইনা মতম হৌহনখি।

ওন্নকপা চহীদসু থাবল চোংখি।

'থাবল চোংবদা থাবল থদৎপা য়ারোই।'

'থাবলবু কনানা থদৎকনি ?'

বারী শানখি। তুমিন তুমিন অমুকশু লৈনৈ। থাবল থদক্তুনা তুমিন চংলকখিবদু মমাং চহীদনি। মদুদসু অহিং তুমখিদবনি। মহাক করি খল্লমগনি ? বাখল মওল মওল , মখল মখল খনখি । মদুবু মীওইবনা নুংওনবা নুংওনবা হায়নবদুরা ? মতুংদদি মহাক্কী নুংঙাইতনবা খক তৌখ্রবোই খনখি। খঙহৌদনা কহিজাউনা কারল তাবখি। মহাক নক্না চংশিল্লকই, 'হন্দক থাবল চোংবদা নঙগী খুদাংদা নুপা অমতনা পায়হনবা যাবোই।' অতম্মনা হায়রখি। মতমদু ইনে লৈশাবী মপুম চপ চানা ফারবা মতমনি। মমান্নবী ময়াম মথং মথং ময়ুম মায়কৈদগী মায়ওন ওন ওন্দুনা মরী মবী চৎনখ্রবনি। ময়ুম পান্নখ্রবনি।

থাবন চোংখি। মাম্মা থানিলজাউনা তপ্না তপ্না চংশিল্লক্তুনা ইনেগী খুজেং পাযবকখি। মতৌদু উরগা কহিজাওনা মতুংদগী লিচৈ মরু অকোকপদু মফুরিৎ মনুংদগী থিনগৎলগা উৎলৈ। খঙহৌদনা থানিলজাউ থাবল থদক্তুনা তুমিন থোকখি। হৌজিক্কীদু

কৌথোকখিবগুম তৌই। পুক্নীংদা নীংকোক নীংকোক করিনো খঙদবা মশক অমা ফাওরকই। চিংনৈ। কবি থোক্লমগদগে ? মাবু য়েবীবল্লগদ্রা ? মকোক কায়দুনা, মচি অমদা হাত্থদুনা তারল্লবদি কমদৌগনি। হাইফেৎতং থোক্লগা য়েংলুসিরা ? করিগুম্বা মহাক্লা ফত্ত নুংদ থোকপা তারবদি ঐহাকথক্কী ইখেং তানবা হায়বদু থোকপা তাগদৌরিবনি। খন্‌ফম খঙদে, তৌফম খঙদে। থোক্লবদদি শম্বক্লে মরুমদা শ্রৎশা তৌদুনা লৈরম্মী। তপ্পা তপ্পা মনাক্তা চংশিনখি। কহ্নিজাউদি লৈরমদে। মকোতু খজিক্তং মফম নাইনা শোকপগুম তৌই।

'কবি তৌরবগে ?' খঙ্দনা পাখৎলপ হংখি।

'কৈসু তৌদে।' মাম্মনা মকোক্কী অশোকপা অদুমক মখুৎ য়েৎনা ঈ মেল্লদুনা খুম্মী। তপ্পা তপ্পা মমাংলোমদা চৎননবা হোৎনৈ। তৌফম খঙদ ইনেসু, হাহং মচা মচা হংলদুনা মতুং ইন্নখি। লম্বী লমজাও য়ৌবদা গাড়ী জিপ অমা থাদুনা লৈরম্মী। লাকপসু মহাক মতোমতা ওইবমদ্রে। মখোয় মরি মঙা গাড়ীদা মথং মথং কাখৎলকই। ইনেসু কাখৎহনখি। তৌফম খঙদ্রিঙৈ হাংজিং য়ৌনবা গাড়ী থৌখি। মপুম্বিগী অহানবা থেংনবা লম অদুদা অহিং লেকপা তাখি। মদুমক্সু পুম্বিগী অহানবা ওইনা থৌদোক কয়া থেংনবগী হৌরকফম ওইখি। তশেংবনি মীওইবগী থাংলিবা খোঙথাংগী খুমাং অমসুং খুনিংগী মতা চাহৌদবা কযাদা উপশিন্দুনা তুবা হাযবসি হৌনশানি। পুম্নমক অমতা খঙ্দনা নুমিত্তু হৌহনখি।

য়ুম হোংখি।

নিঙোল ওইনা পোকপা তাইবঙ মপোক্লা য়ুম্নাক শাগৈ অমদগী অমদা লান্না লৈবা হায়বসিদি মালেমগী চৎনবী ওইনা লাক্লবা মশক্লি। ইনেগীসু হোংখি। নোংঙানবদা পাউ হায়দোক্লে। ইথৌনা যাম্না শাউখি। ময়ুম পান্নীংলবসু মঙোন্দা হায়বা যাই। কোকহল লাইহল মহাকথক শাগৈগী মশক মাংহনবা ইথৌনা পামখিদে। মথহায শোক্লা শাউখি। ইনেনা ময়ুম পানখিবগীদি ইথৌ শাউখিদে। শাগৈ চেঙ্গহন্দুনা, য়ুমগী মীওইশিংবু হঙ্গবা হা হায়হনখিবা কযা খঙ্গরুবগা ইথৌ হা অমত্তা হাযনবা য়াখিদে। থম্মোয় পানদবগা চপ মান্নখি। মচানুপী অহলনি হাযদুনা হান্না লুনা চান্না তৌখিবা মশক্ক য়াম্না তাইওন্নে নোংঙানবগা তনচৎ চৎতুনা কৈন্যা কৎহনখি।

লুহোংবা যাখিদে।

লুহোংবা হায়বসি তশেং তশেংনা কৈন্যা অদুবু মী, লাই অমদি শাগৈগী লাইওইখ্রবা কযা কৌথদুনা দান পীবিবনি। পুক্নীংদা ঈশ্বর লেংশিল্লিবনি। মসিগী মশক অসিদা হান্নবা মৌগী শিংদা চল্লবা কনাবু দান পীরুবা যাগনি ! মতমদু ভক্তিগী মতমনি। অবানবদা মচেৎ তৌবকপা লংজবগুম লৌনরল্লিবনি। মসিনা লুহোংবা যাখিদে। কৈনা কৎপা তাখি। কৈন্যা কৎখি। কখোকপদি, থাদোকপনি। দোষ লৈখিদে।

মশাগী চাউরবা আশা পূম্নমক পূমকায় কায়রবা ইথৌ, মচানুপী উরগা তেথরক্কনি খনবা পূম্নমক তাইওম্লখি। মদুগী মহুৎ মচু থোকত্রবা মচুনা মফম শিনথুনো তৈশিনখি। খুনগী অহল লমন খরা কৌথোক্তুনা, অপিকপা শুমাং অমদা মচানুপীবু পুথোক্তুনা সুপ্নতগী মঙ্কা লৈ পরেং অমমম হুক্রদুনা লোইশিনখি। নুংঙাইতবগী মহুৎ শিন্নবা পাংথোকপা থৌরম অদুনা হেন্না নুংঙাইহল্লখিদে। মিৎতা অরেপ্পা লৈতনা পিবাং শিছুরকই। পুক্লীং অমসুং মিৎলু অনিগী তৈন ওম্নরবা থৌওংদা অহিংদু ওৎখি। থম্মোয়বু উরু উরু লৈদুনা শুমথরকপা রাঙাংদুনা থোইনা হেন্নসু ফিভমসি য়ৌহল্লখিবনি।

মফমদুদদি থম্মোয়গী মশক উৎখিদে। লিংজেন্না পূম্নমক খুমজিনখি। মদুতা নৎতনা ইম্ভোকপগী মতৌনা মরী পূম্নমক খুমজিনখি। শাগৈগী মরী পূম্নমক ককথৎনরবনি খনখি। অমুক হন্না অমনা অমবু উনররোই। মচানুপীগী মফমদা অরোইবা রা হায়খি। মচানুপীনসু মপাবুংগী মতৌ অদুদা উপায় লৈত্রবী মী অমগুম, সুপ্নতগী কপ্পা নৎতনা অতোপ্পা মশক অমা উৎখিদে। লেপখিবা মফমদা খোঙফম হোংদনা লৈরিবা (উংলিবা) গ্রহ উপগ্রহগী মচেৎ অমতগী শামিন ফংদনা মফমদুদা লৈখি। মদুনা পুন্সিগী অরোইবা ওইরগদ্রা ?

'ইনে' মতমদু য়াম্না রাখিব্রা ?'

'রাখি। যুমগী পাউ য়াম্না তানীংখি। ঐগী পাউসু য়াম্না তন্নীংখি। পূম্নমক অমতা ফংখিদে। থম্মোয়দা অমসু অমসু শুজিন্দুনা খাংখি।' পাবুংনা, "নঙগীদমক ঐনা তৌবা হায়ববু নঙনা লৈ পরেং হুকপা মিৎ উইশিন্দুনা যেংলিবা অসিনা অবোইবনি। মসিসু নচা নশু পোক্লগা ঙসি হুক্রিবা লৈ পবেং অসিনা নঙগী নচা নশুশিং অদুবু নঙগী শাগৈদা তিনশিনবা যাননবা শাক্ষি ওইরুবতনি। নঙবু ঐগী ইচানি হায়দুনা য়েংবদি নত্তে" হায়রম্বা রা অদুমক্লা ঐগী যুম অসিদা লৈরম্বা পাঙ্গল পূম্নমক লৌথোকখিবনি। তশেংবদি পাবুংনা ঐঙোন্দা অমুক্তা রা অকনবা হায়খিদবনি । মতমদুদা পাবুংনা ঐবু কন্না থাজগদবগী তৌরি।

"নঙগী নচানুপীসি হন্দক লাক্লিবা হিয়াঙ্গৈদা নিত্যরাসতা মকোক অমুক্তং চিংহন্দুনা কৎলগা থাজশ্রগে।" পাবুংনা য়াম্না তোইনা হায়খি। মসিমক্লসু পাবুংগী অশাউবা হেনগৎনবগী মরম ওইখি। ঙাকপিবা ঙমহন্দে। শাগৈ অদুদা তিনশিন্দুনসু মী অমতা তাদ্রবা মফমদা ইদোম থাদোক্লম্বগা চপ মান্নখি। য়াম্না তরক তরক তায। কবিগীদমক পাবুংনা ঐবু রাস লিংখত্তুনা, জগোয় মকোক চিংহন্নীংলিবনো খঙখিদে। আশা য়াম্না চাউরবা মওংদা জগোয় কৎকনি হায়দি হায়খি। তশেংনমক্কীদি, ইনখৎলকপা মতমদা ইম্নিং চৎলু হায়বা অমা লৈ হায়না, তুংগী রা অমা কুঠি যেংবদা হাযবকখি। মসিনা মবম ওইদুনা রাস মকোক চিংহন্নবা মতুংদা চাউনা লুহোংনবা পাবুংগী চাউরবা আশা

অমা শাগৎখিবা ওইরমগনি। অসিগুম্নবা থৈদোক থৈজিন শান্নবা অসি তাইবঙগী লোনচৎনি। অদুবু নংখিদ্রে।

মীওইবা হায়বসে, মী ওইরগসু মী ওইবগী হিংবা মহিংদা য়াম্না খেন্নৈ। য়ুমদা, য়ুমগী নিঙোল ওইনা লৈরিঙৈগো মৌ ওইনা মীগী ময়ুমদা হিংলুবগসু য়াম্না মান্নদে। লৈশাবী ওইরিঙৈ মতমদা য়াম্না নীংতম্লম্লবসু মৌ ওইরবা মতুংদদি, থৌনা অমসুং শক্তি পূম্নমক ফাজিনখিবতা নৎতনা থৌদাং কয়ানা ননশিল্লকই। মদুগীসু মথক্তা, অঙাঙ ওইরিঙৈগী, পক্লীং ৱাখল, অপাম পামদগী নিঙাই তৌদুনা লাক্লুবা মখোয়না (ইমা পাবুং, লৈমিন্নবসিং) খঙবা মশক অদু, অতোপ্পা লম্লানবশিংনা খঙবা মশক্কা মান্নরুবা য়ারোই। মশানা য়াম্না চাউনা খেন্নবা অমা লৈবা তাবনি। মসিগীসু মথক্তা য়ুমদুদদি ঐ অমুকসু নাইতোম তারিবনি। থবক থৌরম কয়াদা ইদোম পাংননবা হোৎনবা তাই। ৱাই হায়দুনসু ৱাকৎফম লৈতে। ৱাকৎপা তারগসু ইশানা ইশাদা ৱাকৎচবা মতারকখি।

পুক্লীং য়াম্না নুংশিখি। মতমদু পুক্লীং য়াম্না নুংশি। ৱাই শংনা ইংনা পোত্থাবা ঙমখিদে। ঙসিদি মদু পূম্নমক কোকখ্রে। লৈবাক্কী ইরাং কয়ানা চৈথেং পীরবসি নৎতবা অতোপ্পা চয়েৎনবা মওং অমতা হৌজিক লৈত্রে।'

কৈথেল চৎখিবদা দুকান থোং অমতা হাংনখিদে। কৈদৌরবনো ইচ্চিক চিকই। কৈথেল হায়বসি কাখ্রগা পুন্নাং লাংবগী মশক অমা লৈরগসু, থংনবা মী অমতং কারক্তবদা পূমচিক চিকপগুম তৌরিবনি। দুকান পরেং শানা চপ মান্নবা মওংদা থোঙ লোল্লবদি করি থোক্কনি ? কৈথেল নৎতবগুম খল্লকই। করিগীনো ময়াম চপ মান্ননা থোঙ লোল্লিবসি ? মখোয়দা করিনো অমা থোকখ্রব্রা ? ঙসিসিবু য়াম্না ঙল্লিব্রা ? দুকান থোঙ লোনখ্রবনিনা, মী চিক্ল চাইন ঙমদনা চৎলম্লবা মফমসি পূমচিক চিকখি।

নোংঙাক্লে।

মদুসু অদুম মী চিক্লি।

দুকান থোঙ হাংনখিদে

খঙহৌদনা দুকানগী অহাংবা মমাং অমদা ধরনা ফমগৎলকই। প্লেকার্দশিংদা থায়, পু-থাং ঙমদবা শেলথৌ চে দুকানশিংদা পীবীগনু। মফম খঙদনা শেল খায়বীগনু। চম্না হিংমিন্নবদা অমনা অমবু মতেং পাংনসি। ময়েক অচৌবা অঙাংবনা অচৌবা ফি অমদা থাদুনসু থেৎলি। অভৌবা ফি অমা মখোয় ময়াম্না ফল্লিবা ফম্ফম অদু ফজনা থাদুনা মী কয়া ফম্মী। মমাংদা ঘোৎ চফু অমা খিন্দুনা, লফোয় লফাং অমা, অমসুং য়ুবী মকু খোক্তবা অমসু অপাকপা কাম্বী অমদা হাপ্পুনা থম্মী। ৱা ঙাংনদে।

কুইদ্রি।

ঙরাংতনি অনাবনা চাননবা হিদাক য়োনবা দুকানশিং অমসুং মসিগা মরী লৈনবা মীওইশিংদসু শেলগী চে পীশিন্নম্মী হায়দুনা নোংমা নীনি দুকান থোঙ লোনখিবা। অমুক হাংদোরকপদা অখন্নবা হিদাক কয়া ফংনখিদে। অনাবা কয়া উপাই লৈতনা শিখি। মতমগী হিংচাবশিংনা হাৎখি। পুন্সিদা য়াম্না শিংনৈ।

স্কুলগী অঙাংশিংনা লাওরি।

লাইরিক ইংনা তম্বা ফংহনবীয়ু।

মহৈ তম্বদা অথিংবা পীবীগনু।

লমসিগী মী অয়াম্বা অমদা নৎত্রগা অমদা ৱাকৎ মীফম ফন্নি। অমতা পেন্নদে। অমনসু হায়, মীচম ওৎপীগনু। অমনসু লাওই, ঐখোয় চনীং তানা হিংহনবীয়ু। পেন্নদবগী মফম খঙদ্রবা চিনশিংনা মফম খুদিংদা খোঞ্জেল হৌনা হৌনা লাওরি। পুন্সি অমসুং ইমালৈবাক্কী খেন্নবা খঙবীয়ু। থৱায়শিংবুসু, নুংশিবা অমা হেক পকশিন্বদা নুংশিবা পোকহনবীয়ু। ইমালৈবাক ওইসনু, পোক্লফম ওইসনু, নুংশিবা পুথোরকপদা থৱায়গী নুংশিবসু পকশিনবীয়ু। থৱায়বু তোখায়বা মিৎয়েং অমদা থমদুনা, মীওইবগী মীওইলোন্দা মীনুংশি পোক্তবা মখলগী মিৎয়েং থাদোকপীয়ু। মফম খুদিং শিন থুংনা লমদমসিগী মীওই অয়াম্বনা লাওরি।

‘ইনে দুকান অয়াম্বা থোঙ লোল্লিবা কবিগীনো ?’

‘খঙদে। হৌজিক্কালগীদু ওইরমাগ্রে।’

‘হৌজিকসি মতা অমা তৌরে।’

‘মদুদনি কৈথেল ফম্বীশিংনা, চারম থক্রম খঙদ্রিবসি। অসুম্না লৈবাক অসিদা কয়াম কুইনা চত্থখিগনি ?’

অসুক তমথিরবা মশক অসি, লৈবাকসিগী কাংলোন য়েংলিবা কাংবুনা হৌরকপদা ঙাইহ্রি হায়রি। ঙসিদি লৈবাক্কীদমক অরোল লোন্নুংদা চেন্নিবা কাংবুনা অকি তুজুং শন্দোকপা খোঙফমলোমদা অসুম অসুম চংশিন্নক্রি। মীঙোন্দগী অঙম্বা উপায় শিজিন্নদুনা শেল লৌববু করম্বা ৱাহন অমদা ফজবা মশক পুথোক্তুনা মীয়ামদা উখোকপা ঙমগনি? মসিবু লৈবাক অমগী করম্বা নোংদম ঈশৈ ওইনা শমথবা য়াহনগনি ? লমচৎ শাজৎ য়াওদবা, অঙম্বা উৎপগী মশক অমদা লমদমসিগী মীওইশিংনা অসুম চত্থবক্রবদি, পান্দমফম ফনা ফজদুনসু মীয়াম্না থাজবগী মশক উৎলক্কনি থাজদে।

নুংশিবা, ফজবা অতপ্না অইংবদা য়ুম্ফম থোন্নম্বা লমদমসিগী ফজগ্রবা চৎনবী মশক্তা তমথিরবা মশকশিংনা তপ্না তপ্না ননশিন্নক্রি। মী ময়াম্না চিংন ৱাহং তৎতনা হংনৈ, লমদমসি য়োকখৎকনি খল্লিবা মীওইশিংনা লমদমসি মাংহন্নগদ্রা ? ৱাহংসিগী পাউখুম থিব থিরগা হেন্না হেন্না চমন্নহন্নকই। অসুম্না লমসিগী মশক্না খংহোং হোংলক্কনি হায়বসিদি কনানসু থাজখিদে।

পূন্নমক হোংলকখি।

ইনেবু যাম্না লুনা তৌবীবম্বা মহাকসু অহোংবা লাকখি। ইনেনা মতম অমদা থাজবম্বা থম্মোয়গা থম্মোযগা লোনশিন্নবগী মশক অদু কবিগুম্বা মওং অমতা যাওবমদ্রে। যাম্না তৌশিন্নবগী মাযখুম অমনা যোমদুনা থম্বা ওইবল্লে। যু থকচিল্লগা হুল্লকখি। হান্নসু থকপদি থকপনি। গাডী দাইভব, গাডী থৌবা হাযবসি মদু ঙাক্তনি। মখোযদি মযুম মকৈ থাদোক থাদোক্তুনা মতম খুদিংদা লৈববনিনা অতুংবা মশক অমা খক উদে। হোংই। চিঞ্জাক হৈনৈ। মদু ওইদুনসু মদুমক ওইবমগনি হাযবদি থাজদে। যুম অদুদা মহাক্না যাদ্রবদি ঐগী কনাসু লৈগদবা নত্তে। ঐবু যুমদুদা হক শিন্নবিবসি মহাক্কনি। ওল্লক্লিবা ফিভম অদুনা ঐগী ফিভমসু যাম্না লুহুল্লকখি।

'নঙ যাদ্রেনে?' তকখৎলকখি।

'কবিনো?' খঙদবা শাদুনা হংখি।

'নযুমদা চৎতুনা. . ।'

'ঐদি ইহোক্রবীনি। যুমদুদা কবম্না খোঙ্গুল তাক্তগনি?'

'মদুদি চিনগী চিনহায হাযবদুনি। নঙনা চংবু চংলুববদি কনানসু ইহোকপা ঙম্লোয।'

'ইহোবক্রবমক্তদা কমদৌনা ইহোকপা ঙম্লোয হাযবিবনো?'

'নঙ ঐনা হাযবসি যানীংদ্রে!'

'যাগদবা ব্রাদা হাযবীযু যানগনি। যাবোইদবা ব্রা হাযবগা যাদ্রে হাযবদি তুংইনবীনি হাযদুনা মীওইবগী লৌশিং লৌথোকপীবা তাগনি। যাবগে হাযদুনা ননাক্তা লাকখিবনি।'

অসুম্না লম্বী হোংননবা তপ্না তপ্না মৈথৌ হৌবকখি। অহৌবা ওইবিবা মশক অদুদা যানীংদ্রবদা মতুং তাবকপদি কবি ওইগনি? ফিভম মথং মথং হোংলকখি। নুমিদাংদনা হেন্না হেন্না তমথিবকই। মহাক্না কবিগীনো অদুক থুনা লমচৎ হোংলক্লিবা? ব্রাখলসি খহুক্তবগা বিভুলা চুববা মশক অমা ওল্লকখি। অবোইবদদি মহাক অমগা কবিদা মবী লৈনৈ? ব্রাহং অসিনা কন্না নোংলৈ-নুংশিৎকুম লৈখৎলকই। মীগী মবী হাযবসি কবিনো? কবি ফিভম্না মসি লেপকনি? কবিগুম্বা মশক অমদি লিচিং নৎত্রেগসু অশাংবা পোৎ অমনা মীওইবদা শমজিনবা নত্তে। উথোক্রবিবা লমচৎ অমসুং ফিভম খবতনা অমগা অমগা মবী লৈনৈ হাযবতনি। ফিভমদুদদি কবি মবীনো? অহিং হুল্লকনি হেক হুল্লকপগা প্রদাক তাখি। ব্রা অমতা ঙাংনবা যাখিদে। চংশিন্দুনা, 'কৈদৌবে?' হংলুই। কবিসু খুন্নক্তে। হঞ্জিল হঞ্জিল হংলুবদদি, 'হংলক্কনু। নথৌ লৈতে। ব্রাহংদুবু নঙনা ঐঙোন্দা নঙগী কনানি হাযদুনা হংলিবনো?' যাম্না থৌইখ্রবা পাউখুম্নি। ঐঙোন্দা যাম্না নীংহন্নখি। ফজহনখিদে। হিদাক ঙাউববা মশক অদুদা কলিবুদি ফজনীংঙাই লেবিবগে? মহাক্তি মী ওইববসু হিদাক্না শান্নখ্রবা মীনি। পাউখুম অদুমক্না, ঐগী থম্মোযদা লৈবম্বা মমল লৈত্রবা পোৎশক কযা মফম খঙদনা চেলহনখি।

মখা তাবা ৱাহং নৎত্রেগা ৱা অমমুক হায়নীংবা পোকখিদে। ঐবু অমুক করিদা হাইজিল্লগা লৈবা তারিবগে ? লম্মুক্লখি।

খনফম খঙখিদে ।

খনবদি য়াম্না খনখি।

খনবমখৈ খল্লুরগা তোখায়বা ফিভমতমক উরকই।

ঙসিদি কৈথেল অসিমক, মশক মওং পূম্নমক পূমথু থুগায়রদুনা মতমগা চুনরবা মওংদা চপ চানা শারগনি। থৌরাং অসিমক মায় পাক্লনবা সরকারগী অঙকপা থৌরাংনা ইমা ইবেলশিং মায়থিহনখ্রে। অদুবু মতম কয়াগী মমাংদা মরী লৈনরকপা ইমা ইবেল পূম্নমক কৈথেল অসিগা তৎন থানদবা মরীদু অসুম্মক লৈখিগদ্রা ? ৱাহং অসিমক্কীনি ইমা-ইবেলশিংনা তুম্ফম চাফম খঙদনা কৈথেলসিদা য়ারেকখিবদু। ঙসিদি কৈথেলসি শাবা হৌবে। অদুবু ৱাহংদি অসুম্মক মখা চখরি। নোংলৈনা পুরবা ৱাহং অমগুম কৈথেল ফল্লীবী ইমা ইবেলশিংগী মকোক্তা উরু উরু লৈনা লৈনা পাইরি।

# ১১

লমসি মহৌশাগা মান্নদ্রে। মহৌশাগা মান্নদ্রে হাযবসি নুমিৎনা নোংপোক্তা থোক্লম্বদগী অমুক নোংচুপ্তগী থোবকই হাযবা নত্তে। মমাংগী মতৌগা মান্নদবা মওংদা মখোল যাম্না থোকই। কা হেনবা মখোলগীদমক লৈবাক শাবা শনখি। হন্না-হন্না ৱাবী শানখি। মদুদা মদু লংশিল্লম্মী মদুদা মদু কাপশিল্লম্মী। অহিং নোংযাইদা অদুক হৌবা মখোল ইমানা পোকঙৈ তাদ্রি। অকিবা ঙাক্তনি। অদুম ওইনমক, মহৌশাগী মতৌগুম লৈবক কোনশাংদা চাক্লিবগুম চৎলম্বা মখোয দোলায তোংলুববা তুংদা অমুকসু চাক্লিবগুম থোক্লকখি।

শানবিবা ৱাবীদি পূম্নমক অকিবা ঙাক্তনি।

থৱাযদা শিংনবগী মশক পুথোক্লুনা ঙাংনবনি।

অঙাঙ ওইবিরৈদা, অদুগুম্লবা মশক অদু অহল লমন্না ৱাবী ওইনা লীবীদুনা মপা মপু জাৎ নাইদবগী মশক পুশিন্দুনা হাযনবম্মী। অহল লমনগী লীক্লমদা, ধর্ম ঙাকনা চৎপা লমসিগী লৈজবম্বা লিচৎকা চাংদম্নবা যাদ্রবগুম থন্নখি। লৈবাক্কী ওইবা মীখল অসি লাল হৌননবা পো কাংবগুম থোকখি। লৈবাক ইবাং কা হেন্না তৌখি। যাম্না তমথিববা মশক অমগী মমি তাবৈ।

‘ইনে, কৈথেন্দদি ভোটকী ইবা লৈতব্রা ?

‘ইস ! পনবগা যাবা নত্তে। হন্দক্তি মীগা যাম্না শিনগদৌবিপোৎনি। হৌজিকসি নোংমৈ যাম্না হোংলমাল্লে। অমসু অমসু যাম্না কাপ্লদৌবি। পল্লু-লাক্লু যাবা নত্তে।’

নোংমৈবু যাম্না হোংলব্রনে ?’

‘নঙবু পাউগা অমতা তাদ্রা ? সিফাযনি হাযবগা নঙবু নোংমৈ অমতা পাযবা ফংজদব্রা ? অহিংদা নোংমৈ কযা কাপখ্রে। বোম কযা লংশিনখ্রে। সিফায গাড়ীদসু বোম লংশিন্দুনা মতা অমা তৌখ্রবনি। কবিগুম্বা নোংমৈনা ঙম্লবদি হন্দক্কী ভোট অসিদা সিফাযনা হন্নচক ঙাচক শাবা লৈঙাক মওং অসিমদি শোযদনা লৌথোক্লগনি।’

‘কৈথেলদা অদুম্না ৱাবী শানব্রা ?’

'লৌথোক্কদৌরিবনি। তম্ফাসনাগী থৌদোক্তা মী কয়া মশানা মশাবু মৈ থাজখিবনি। '

'অদুবু মদু ভোটকীদি নত্তেদনা।'

'মদুনা মরু ওইনা হন্দুনা, পান্বী কয়া হৌহ্নগদৌরিবনি। মরমসিনা মদুবু করম্না হন্দক্কী, মীখল অসিগা মরী লৈনদে হায়না হায়রুগনি ?' মীরক তিনবা হায়বসিদি, মীগী মশক্তা তোঙান্নবা মওং অমা থোকলকপা ঙাক্তনি। হৌজিক ওইরিবা সমাজগী মশক ইনেনা খঙডি, লৈবাক্কী বা কয়া, মীখলগী, থৌশিলগী, ছাত্রগী, ওজাগী, মখল মখাগী, পুম্নমক্কী বা ইরাই লাইনা হায়বা ঙম্মি। রাখল লৌশিং খ্বাইদগী থোক্লবা মী অমগা চপ মান্নে। মশানসু মান্নবা তাবনি। কৈথেল ফম্বা হায়বসিদি ,মী মশিং শুনা তিন্নরবনি। লৌশিং মখল মখল মশানা তানশিনবা তাবনি।

'মদুদি লৈবাকসি মাংলগা পুরা মাংবা তাবনি।'

'হন্দক্তি ভোটসি ভোট নত্তে। লৈবাক্কী মিক্কন কাংলোন্দা, লমসিগী ওইবা মশাগী শক্তম অমসুং অতোপ্পা শাসনগী মশক্কা মুক্লবনি। লমদমসিগী মহৌশাদা পাঙ্গল শাগত্তুনা, অরৈবা পাঙ্গলবু মায়থিবা পীননবা হোৎনগদৌরিবনি।'

'মদুনরা থরায় লৌবী, থরায় চাবী কয়া পাইহিবিবসি ?'

'কন্না ঙাংগনু।'

'হায়রিসিবু লমদমসি, মফম খুদিং মদুনা শঙদুনা লৈরব্রা ?'

'কনানা খঙনি, হৌজিক্কী মতমসিদবু ?'

'ঐ য়াম্না কিরক্কদৌরি।'

'সিফায়নবু কিব্রা ?'

'ঐদি হৌজিক্তি লমসিদা মীচম্নি।'

'ইয়াসিদি মীগী ফত্তনবতা তৌরুব্নু।'

ঙসিদি মীবু তিন কাং হাৎপগুম হাৎনরক্রে। মমল লৈত্রে। সরকারনা থরায়গী মমল লেপ্পদা লুপা লাক্ষ অমতমক পীবগুম মমল হুক্লক্রি। মতা অমা তৌরে। তংদু লৈতাবা মমাংঙৈগী পুক্সিদু ঙসিদি পুন্মাং মাংখ্রে। লৈবাক্কী, লৈবাক্কী মিং শিজিন্নদুনা নমথাক তৌরে। থরায়গী মমল হুহহন্নে। তমথিখ্রবা নোংলৈ নুংশিৎনি ঙসি কন্না শিৎলক্রিবসি। রাখল খনবা ফাওবা লৈবাক্কী নৎতবা অতোপ্পা বাখল খনবা তারবদি য়াম্না ম্পিায়হন্নবগী ফিভমদা লাক্রে। অসুম্না অমুক চনৈনবা মশক অসি লমদমসিদা কয়াম কুইনা চত্থখিগনি ? মসিনা লমসিগী মীশিং পুম্নমক চনীং তাহন্দ্রে। তপথহন্দ্রে। মফম খঙদবা পাউ অমনসু অমনসু পংশন্দা শন্দোক্লরে। শন্দোক্লরকই।

কালিমায় চেপথরক্রে।

নিঙোলশিং মপামদা চাক কৌদ্রবদি ফররোই।

থোঙ্গালদা মৈ কৎলু, নুপামখৈ মকোক যাওদ্রে।

লৈবাক পুম্বা মফম খঙদনা মযুম পানখ্রবা নিঙোলশিং চাক কৌনখি। ব্রাহ্ন খঙর্নখিদে। করিনা মসিগী মশক শাগত্তুনা মীওইবগী পুক্নিংগা শমজিন্নগনি। শর্মজিন্নগনি থাজবা অমসুং কিবগা। অকিবনা ধর্মবু চিংশিননবা পাউচে কযাদসু ফজববা পোৎশকশিং উখোকপগুম উখোক্লি। অকিবা কযা হাযজিন্দুনা পুক্নীংবু চিংনহল্লি। সমাজদা তমথিববা ধর্মগী লোল থাননবা হোৎনবি। নৈবে। পুম্নৈ নৈবে। তশেংনা, মী কযানা থম্মোয তেংথোকচবিবা পুক্নীংদা লাৎচবিবা মহাকপু চেপখিব্রা ?

যাম্না খঙনীংখি। লাইপুদা হংলুই।

'ইমা কালিমাযবু নোংমা নীনিশিদা চেপখিব্রা ?'

'লাইদি কবিসু তৌদেদা।'

'মী মযাম্না চেপ্লে চেপ্লে হাযনবিবসি কমদৌবিবনো ?'

'খঙদে। মযামগী ব্রাসি পু থাং ঙমপোৎ নত্তে। মানা মানা থোকপা পংহাযদা হাযনৈ। অসামগী উমংদা শামু চাজেনবী অমা শিবে। নিঙোল পুম্নমক লফু মথেল অমা যাওনা মপাম মপামদা চাক কৌদ্রবদি যাববোই। নৎত্রবদি, ইমুং মনুং তুবৈ-ইবৈ চেনগনি। কমদৌনা, কদাযদা অমতা খঙদনা মানা মানা থোকপা পঙাংদা ঙাংনৈ। কলি যুগ অসিদদি অচুম্বগী মশক অসি লাইমাংদা হেক নৎত্রিমখৈ অমতা ফংলবোইদবনি, মসিদদি মীহাৎ মীপুন মীনম শোবী তৌবতনা খুল্লিংদুনা লৈখ্রবনি। মানা মানা থোকপা ঙম্মনবা হোৎনবক্কনি। মদুনা শন্দোক্লিবা পাউনি।' লাইপান্নবা অদুনা যাম্না চুল্লবা মওং অমদা ব্রাহ্মৈশিং অসিমক হাযবকই। লৈবাক্কী চনৈনববা মশক অসিদা অমসু অমসু খুদোংচাবা লৌনবি।

লোইনমক চনৈনৈ।

তরু তরু অমতা লৈতে।

লৈবাক্কী শাসনসু, থবী ফুকপী মাইবেল ফুকপী শান্নদুনা লৈ। যাল্লিবা মাসু কন্না যাল্লি। হোৎনবিবা মখোয কযাসু কন্না চিংলি। অঙম তান্নবগী মশক অমা মতম চুপ্পগী উবি। মৈ লৌবী, মৈবৌবী শান্নবদা, পীথোকফদ্রবা মৈ লৌখিবদগী ঙসিদি লৈবাকসি মৈ হৌবি।

ক্বাক্কা খোংলি

ক্বাক ! ক্বাক !

কবি ক্বাক্কো ?

মচু হোংখ্রবা শান্নবগী মশান্নদা, মমি তাখিবা যেলহৌঙৈগী থম্মোযনা কবেম্নবি। মশক মচু হোংখিগদবা, অকিবগী মশক্কা পক্নীংবু থুমখ্রবদা লুনুংদা ওনখিবগী শাহন্না

মায়কৈ পুম্বা নিল্লি। শান্নবদা মমি তারি।

শান্নবদা অর্থ কয়া শেম্বা তৎতনা থেংনরি।

ক্রিকেৎ শান্নবগী মহৈ়লো ফ্রান্সকী মখুত্তা মায়থিদুনতা লৈরম্বা বৃটিসনা ব্রাটরলুগী লান্‌ফমদা লানগুম ফিরাল থেংখি। মতমদু থাং তেন তাগী মতম ওইবনা, মশান্না অসিনা মমিৎ মনা শিংবা চেনজোন, মাংজোং, হুনবা লংবদা য়াম্না কান্নখি। বৃটিসশিংনা মশান্না অসি থাদোকপা ঙমখিদে। লোয় লম চল্লবা লম কয়াগা তোংন তিন্ন তৌনবা মশান্নসু ওইহনখি। লম অমমমদা পুল্সিরোল ওইনা শান্নরিবা মশান্ন পুম্নমক অর্থ কয়াগী মশক্তা ফুদোংলিবনি। লমদমসিগী লৈমায়দা মতম কুইনদগী তারক্লবা মশান্না কয়াদি কয়া য়াওদে করম হায়গনি ?

ঐখোয়গী থবী ফুকপী, মাইরেল ফুকপী ....?

করি ব্রাহন্নো ?

করি অর্থনো ?

শান্নবা লোইখ্রে । নত্তে লোইদ্রি। অমগা অমগা ফুক্তোক্লনবা কন্না হোৎনরি। অণ্ডম্বা তান্নরি। নমদুনা হোৎনরি। মসিননি হৌজিক লৈবাক অসিদা মখোল য়াম্না পুথোক্লিবা । ইরাং মফম খণ্ডদনা কনখৎলক্লিবা মসিননি। বোম ফুম্মী। নোংমৈ কাপ্পী। মখোলগী মখোল ঙাক্তনি। অকিবা মখোলনি।

ধং ধং বাং বাং

ডাং ডাং ধং ধং

খংপ্রেক খংঙি। মী কযা কয়া শিরল্লগনি। মখোল মতা অসিদবু মী লিশিংগী মথক্তা সোয়দনা শিরল্লগনি। মী হাৎপগী মখোলনি মখোল অসিমক। খোইরাংঙি। কমদৌবমগদৌবা। মখোল অসিমক খোইরাংঙি। কমদৌরমগদবা! খঙনীংবনা লাংতক্লে।

মখোল মরক্তা মীতিন পাংথোক্লি।

মাগী মাগী ভোট খোম্নরি।

হন্দক পাংথোক্কদৌরিবা বিধান সভাগী ভোট অসিমক লমদমসিগী ওইবা মশাগী অহকপা থৌদাং অমসুং মপান্দগী ফুজিল্লক্লিবা অতোপ্পা ইথিলগী য়ানশিল্লবা পোৎযান অনীগী অকনবা মুক্লবগী মফম অমনি। লমদমসিদা ঙসি ঐখোয়না হিংলিবা মহিং অসি ঐখোয়না ঐখোয়গীদমক হিংজরিবা মহিং অদুদগী তপ্পা তপ্পা লাপথোরকপনা ঙসিদি ফনা য়াম্না লাপথোরক্রে। অহোংবা কয়া লাক্রে। ঐখোয়না খঙঙি, পুল্সি হায়বসিদা থব্রায় অমমম মতম পুম্নমক্তা তঙাইফদনা য়োক্কদবনি। অদুবু, ঙসিদি ঐখোয়না যোকচবিবা থব্রায় অসিমক আর্ম ফোর্সেস এক্ট ১৯৫৮ না মুন্দুনা পুবি। মীওইবগী থব্রায কমদৌনা যোক্কদবনো হাযনা মমা কযানা হংলি। ইমা কযানা থব্রায

শঙদুনা অহিং অহিং তুম্বা ফংদনা লেপ্লি। মসিদবু থবাযগী মফম কদাযনো ?

থবায কমদৌনা যোক্কনি ?

থবায যাওদনা মী হিংবা যাব্রা ?

মসি পৃম্নমক অসি ঐখোযগী লৈঙাক্লি হাযজদুনসু মীবমদা যাম্না হেন্না মীপান তাংলুবা অসিনা ওইহল্লকপনি। অসিগুম্নবা যাম্না নুংঙাইতবা ফিভম অসিদগী তশেং তশেংনা মপুম ফানা নহোক্কে হাযববদি, ইশানা ইশাবু লৈঙাকচনবা, ইবমদমগী লৈঙাক অমা লৈজবা তঙাইফদে। মদুততা ইশাগী অপাম্বা পৃম্নমক নীং থুংগদবনি মদু নৎতনা কেদৌঙৈ ঐখোযনা নীংতম্বা ফংলোয।

পৃম্নমক অসিগী মরু পৃম্নমক তক্লা ফুক্তোক্লবগী মীওইবদা মহৌশানা মতম অমা হেক হেক পী। হৌজিক অসি মদুগী চপ চাববা মতম্নি। মসিদি ভোটকী বা ঙাক নৎতনা লমদমসিগী ওইবা মশক অমুক হিংগৎহনগদৌবিবনি। ইশাগী শক্তম শাগৎচবগী মশক ওইগদৌবিবনি। মপানগী, অতোপ্পা মশক্ল ঐখোযবু হন্না হন্না কবেম্নবিবা মশক অসি মাংহনগদৌবির্বনি। ভোট থাধবদা অচুম্বা মশক পুথোক্লবা হোৎনগদবনি।

শাগৎলকখি, অনৌবা মশক কযা।
লমদমসিদা তশেংনা থৌনা হাপকদবা মানখি।
মসি মখোযগী বাখলদা তশেংনা লেপ্লব্রা।

পৃম্নমকসিগা পুমওন ওম্নববা মাযকৈদা অমনসু হাযবি।
চপ চাববা পাউখুম পীবি।

লৈবাক অসিগী ওইবা চাওখৎ থৌবাংগী থাধবকখিবা শেনফমগী অযাম্বা শরুক্তি, লমদমসিগী খুৎলাই পাযবা লৈবাক্কীনি খল্লিবা কাংবুশিংনা লৌদুনা লৈবে। । মবমসিনা, মীচমগী পুক্সিদা ফংজগদবা কাম্নবা পৃম্নমক অমতা মপুম ফানা ফংবা ঙমহন্দ্রে। লৈবাক্কী চাউব, চাউববা চাওখৎ থৌবাংগী শেনফম পৃম্নমক চাওখৎকদবা মওংদা শিজিম্নবা ঙমহন্দ্রে। মসিগী মহুৎ শেবাম্নবা মাযকৈদা শেন্‌ফমশিং অসি চৎখিদুনা লৈবাকসিনা নোংমা নোংমগী অসুম অসুম শোথবক্রুগা থংনবা লৈবাকশিংনা চাওখৎলক্লি।

ঙসিদি, শেংনা হাযববদা লৈবাক অসিনা অতোপ্পা ষ্টেটশিংগা যেংনবদা মসিদগী হেন্না শোথনীংঙাই অমমুক লৈত্রে। হেন্না শোথখিবা তাববদি, থাইনা মীওইবনা লৈকুৎ লৈবাইদা লৈবিঙৈগী ফিভমদা হঞ্জিল্লবা যাই। পৃম্নমকসি খল্লুরুবগা, ঐখোয হৌজিক ফিভম অসিদগী নাম্থোকহৌননবা হোৎনবা তাবনি। নাম্থোকহৌদবসু যাদবনি।

মরম অসিনা, অসিগুন্নবা লুরবা তান্‌ফম অসিদা মীয়াম চংদুনা লৈবাক অসি কলহৌদবা য়াদ্রবনি। তাঙ্কক অসিদা লৈবাকসিদা লৈরিবা মীয়াম্না তুমিন লৈথোকপা চুমদে।ঐখোয়না ঐখোয়গী শক্তমবু অপুনবা মশক্তা শাগৎপা হায়বসি ঐখোয়গী লেংফদ্রবা ইথৌনি। হৌজিক শেমগৎলিবা চাওখৎপগী মশক অসিসু অমুক্ক হেন্না মপুম ফানা শেমগৎপা ঙম্নবা ঐখোয়বু চপ চাবা থৌদাং লৌহন্নবীখো।মীয়ামগী শক্তি ঐখোয়দা শিন্নবীয়ু।

থৌদাংসি পাংথোকপদা ঐখোয়দা থৌনা পীনবীয়ু।

মীয়ামগীদমক ইথৌ পাংথোকপদা ঐখোয় নীংহন্নদে।

লৈবাক্কী লল থুম, লুৎ তৌরিবশিংদগী লাপথোকপীয়ু।

লৈবাকসিদা মীয়াম লৈরি। লৈবাকসিগীদমক মী কয়া হিংলি খঙহন্নবগী চপ চারবা মতম্নি হৌজিকসিমক। ঐখোয়না ঐখোয়বু ওৎহন্নবা যমশিংগী মখুত্তা লৈঙাক শিন্ননবা ইশানা শিঙবা হৌনদে। পোকপা শিবগী বাহন তোঙাল তোঙাল পাংথোক্তুনা চান্নগদবা থৌরম কয়া পাংথোক্লিবা, মৈহৌবোলগী মশক মচু ঈরমদমগীদমক শংলক্লিবা ঐখোয়না হৌজিক্কী বাহন খঙদবা হৌনদে। খঙঙি। লৈবাকসি কমদৌনা কনগদগে হায়বসু খঙবা তাবনি। ঐখোয়না ভোট হায়বসি ঐখোয় খুদিংগী হক লৌহৌনবা, অমসুং শেমগৎনবগী মচাক য়াওরি। মসি খঙনা মীয়াম্না ভোট থাধবীয়ু।

পূন্নমক লৈবাক্কী থবায় অমসুং থম্মোয় পুথোক্তুনা ঙাংনেখি। ওইরক্কদবা অমদি ওইরিবা মশক কযা তোঙাল তোঙাল পুথোক্লখি। মালেমগী ওন্নক্লিবা মচু মবক্তা মান্নবা মচু অমা তিন্ননবা মফম থিনখি। তশেংনা লমদমসিসু মশাগী শৈজা শাদুনা মালেমদা উৎচনবগী মচাক মথুম কয়া ফুদোংলিবনি। ফদোংলিবা মওংসি তৎতনসু হিরম কয়াদা উখোক্লি।মতিং পুথোক্লি। হক কায়রকপদা, লানশিংনবকপগুম থবায়গী অকিবা য়াওদনা থোরকখি।

মৈ থাখি।

থাজদ্রে হায়না মৈ থাখি।

এসেমব্লি মৈ থাখিবনি।

লৈবাক্কী ভমখৈ শিংনবকপগীদমক অকিবা য়াওদনা লাল শোক্লবগুম থোরকখি। খুত্তা খুৎলায় পাযদুনা থোরকখিবনা অকনবা লাল ওইখি। তশেংনা মদুমক থবায়না খুৎলায় ওইদুনা, লৈবাক্লা শাদোং ওইদুনা শিংনখিবা লান্‌ফমনি। ভমখৈ কায়গদ্রা চিংনবনা পাঙ্গল ওইখি। অকিবা য়াওনখিদে। মসিমক্লসু থবায় কয়াবু ইরায় লায়না থাদোকপা ভমহন্নখিবনি। লমসিগীদমক হিংজবা কযানা লমদমসি মাংবা তাববদা থবায় কয়া পুথোক্লদুনা থোবকই। লমখৈদা বনান লানবা যাবোই।থবাযদি

অহিংবগীদমক পাল্লকপনি। হিংলিবসি লমদমসিগীদমক্লি।

হিংননবা পানবা থরাযদা
হিংহল্লিবা লমসিগী চাউববা
হক পকশিন্দুনা যাওবি।
হিংলিবনি ঐখোয লমসিগীদমক।
হিংখিনি অসুম্না অসুম পোক্লফমগীদমক ।
হিংহনবীযু অসুম্না অসুম
ঙাকহনবীযু কবিনো খঙদনা
থবাযসু, নঙগীদমক হকচাংসু।

মমা লৈবাক্কীদমক খঞ্জবা মী লিশিং লিশিংনা খুজিং ওইনা লৈবিঙৈ, লৈবাকসি কাং খোং চাইববে। সবকাবগী লোযশঙশিংদা ফল্লিবশিংনা খুদোংচাবা ঙাইবি। থৌপুবা কযানা মফম চানা ফম্বা ঙম্নদে। খুৎলাযনা নমহৎখ্রে। চাওখৎলকপগী মতিক বোম তোপ্পা মমল হোংলকপসিদা লমদমসি মতা অমা তৌখ্রে। থম্মোয পানবা যাদ্রে। থরায পাম্মুদবা রাবক্তবা কয়ানা লৈবাকসিদা কোইচাই চাইথোক্তুনা লৈবে। পাউচেশিংনা মনীংতম্না পাউ ফোঙদোকপা ঙমহন্দ্রে। খুৎলায কিবনা অচুম্বা কযা মনিংদা ফম্লবে। অকিবনা অবানবশিংগী মতুং ইন্নদুনা অচুম্বা মাংহনখ্রে। নম্ফুনা মাঙ থাদুনা লৈবাক্কী থৌইনসিন কযা ইন্দুনা চৎহল্লি। লমদমসি কবি থোক্লগদবা ?

হন্দক্কী ভৌট অসিদি, ইশাগী হকশিংনা মৈনা চুববগুম বোম মথং মথং পোকখাযবকখি। মপুং ওইনা কংগ্রেসকী কেন্দিদেটশিংগী মযুমদা বোম পোকখাযবকখি। নোংমৈ কাপশিল্লম্মী। কৈশামথোং, শিংজমৈ, শেকমাই, মথং মথং পোকখাযখি। থবায কযা মিপাইহনখি। কিহনখি। কন্না ভোট খোমজবা কযা খোম্বা যানি, যাবোই, অকনবা বা কযা হাযখি।

কৈথেন্দা ভোটকী খোইবেল মশা পাইখি।
মতা অমনি। মমাংঙৈগা অমতা মান্নদে।
মী শিনবা শোযবোই। শোযদনা শিনবগনি।

পূম্নমকসিগী ওন্ন তৈনবা মওংদা, হৌখিবা লোক সভাগী মীখলদদি ভাবতকী ফিবাম্নংদা মরু তানা চিংশিনবগী মশক অমা পুথোক্তুনা লমদমসিদা ভোট পাংথোকপা যাবোই হাযনা অওনবা পাম্বা কযানা অওনবগী মশক পুথোক্লবা হোৎনখিবনি। অদুবু অবেম্বা তাখি। হোৎনজমন ফংদনা হুমাং তাদুনা তোকখি। চপ চাবা মীখলগী ফল

পুথোকখি। মীহুৎ খনখি। অহৃকপা দন্দি পীগনি হায়বা নোংমৈ মরুগী ঝায়েল করিসু অকিবা য়াওদনা মী মরী মরী থোরক্তুনা ভোট থাধনখি। মশা মশাগী চপ চাবা হক লৌনখি।

মীখল থিংননবা হোৎনবদা বন্দ কৌথিবনি। মী খুদিংমক মাগী মাগী ময়ুমদা লেংদনা লৈননবা, খোঙকাপ অমা থোঙ্গালদগী লাম্থোক্তনবা চে থোকখি। মসিসু শিংনবা ওইনা পুম্নমক্তা মায়য়োক্লনা মশা মশাগী তৌদবা য়াদ্রবা মতৌওম থোরকনখি। ভোট থাধনখি। ওৎতৈনবা মওংদা হন্দক্কী মীখল অসিদা মদুমক্তি তৌখিদে। মদুগী মহুৎ, মখোয়গী অপাম্বা মওং অদুনা লৈবাক্কী অপাম্বা ওইগদবনি হায়বা থওংগী লালওং অমা হোৎলকই। থাজদবা থওং কয়া থোরকই।

থাজখিদে।

কনানসু থাজবা ঙম্লোয়।

লম অসিগী মীয়াম্বা য়াম্বা ইকাইখুম্নরিবা মিনিষ্টর অমা খুল কয়া, চীং কয়া, তুরেল কয়া ফাওদুনা লৈবাক্কী ফিভম য়েংশিনবা চৎখি। মথং মথং লৈবাক্কী অফ ফত্ত য়েংলম্লগা লাকপদা চীংথক অমদা মহুম শাবা সিফায় মচা অমনা লৈবাকসিনা ইকাইখুম্নরিবা মিনিষ্টর চৎহনখিদে। ফাজিনখি। লম্বী থক্তুনা থম্মী। মহাক চৎপগী পাউ ইরক্তে। লম্বী চৎপা য়ারোই। লৈবাক্কী ফিরাল থেৎতুনা, খোঙলোয় কয়াগা লোয়ননা চৎখিবা মহাকপু খঙদে হায়বা য়াত্রা ? ঙাক শেন্দুনা চৎলিবগী করি অর্থনো ? লৈবাক্কী অচৌবা মী, অমসুং মীচম পুম্নমক মী ঙাক্তনি। অমনা অমবু করি ঝাহন্দা অহেন হেন্দ খায়দোক্কনি ? অদুবু ইকাইখি। লৈবাক্কী থৌ পুদুনা চৎখিবা খোঙচৎ অদুগীদমক, লৈবাক ঙাক্কনি খনবা মীশিংনা ইকাইখুম্নবদি তঙাইফদবনি। মতৌদু লৈবাক পুম্নমক ইকাইবা পীবা নত্তে করম হায়গনি ? সিফায়না পানবা লৈবাক হায়বসি মসি ঙাক্তনি।

হায়বদি হায়খি, 'যং মেন নঙনা তৌরিবসি করিনো?' ইকাইনা হংখি। 'য়ু! অদুম্মা তৌগনু' মনগন্দা পোপ পোপ থাদুনা হায়খিবা ঝাহৈগী পাউখুম, লমচৎ নাইদবা মওংদা পাউখুম্নকখি। ফিজোল শেৎপা কাংবুদি লমচৎ ফজবদা হায়নরিবনি। মদুবু অম্বাংবা লমচৎ কৌগদ্রা ? ইকাইজে। মীওইলোননি হায়নীংদে। লৈবাক পুংজাও থিন্দুনা লৈবাক্কী অচৌবা, ইকাইখুম্নরিবা মখোয়বু, লৈবাক ঙাক্কনি, ঙাকপী শেনবীগনি হায়রিবা কয়ানা অদুম তৌরবদি অচম্বা মীচম কয়াদদি কবি, করম্বা থওং চত্থরমগদগে চিংননীংঙাইনি। অসুক থওই উশিত্তবা মওং অসিবু করিনি হায়গনি।

করিনি হায়গনি ?

লৈবাক অসিগী থওং অসিবু কবিনি হায়গনি ?

ফিডৌ শেৎপী ময়াম লম্বী মতাইদা ফম্মী।

ৱাকৎ মীফম্নি। পেন্দবগী ৱাকৎলিবনি।

লৈবাকসি মীগী ওইদ্রব্রা ? মী কযা কযা শিবগী মবী চৎপা পাউ কযা লোইনাইদনা তাবি। ইচম চম্না হিংজবিবা কযানা, হিংনীংবগী মতৌ পুথোক্তুনা ৱাকৎলি। মীশি চাদনা শিবগী, মীহাৎ থিনা হাৎখিবগী, মফম খঙদ্রবা থৱাযগীদমক ৱাকৎপদি ঈশ্বৰগী মফমদা, থম্মোয তেংথোক্তুনা চংজবনি। পেন্দবগী মশক উথোকপা নত্তে। ঙসিগী মীফম অসিদি পেন্দবগী খোল্লাওনি। মীওইবনা মীওইবগী মথক্তা অহেনবা খুৎলায শিজিন্নদুনা থৱায লৌথিবগী তেংথা নাওইবনি। থৱায কযাগী পেন্দ্রবা তেংথা ঈশৈনি। ৱাকৎনি।

ৱাকৎ মীফম ফন্নিবনি, খোল্লাও লাওবিবনি।

অসিমক্তদা শক্তি লৈববা বোম কযা পোকখাযবি। মী কযা হাৎখি। দুকান্দা বোম লংশিল্লি। ইচম চম্না পোৎ-চৈ লৈবা লাকচবা কযা মফম খঙদনা শিখি।

শিবে হাযবদা কনানসু থাজনদে।

কবম্না থাজগনি ? ইকন কন্না যুমদগী থোক্লকখিবনি। মচে লুহোংবদা উন্নববা, অউনপোৎ লৈবা চৎখিবনি। থোকখিবতা মঙাৰ্যবি। ইকন কনবা মহাকপু শিবে হাযনা পাউ লাক্লবদা কবম্না থাজবা ঙমগনি ? শিৰ্বদি চুন্নবনি। পুন্সিগী মথক্তা অপাম্বনা তোংলে। থৱাযগী মথক্তা অকনবনা নম্লে। লমদমসিগী মশক শাথিনা হোংলে। হিংবদা অকি তুজুং, মীহাৎ মীপুনগী ৱা নীংশিংহন্দুনা লৈবে। তমথিবা ভুৎ কযান' নমদুনা হিংলে। পুন্সিসি ইচম চম্বা পুন্সি ওইনা অচম্বা মীচমশিংদা হিংহনবা ঙমহন্দ্রে।

পাউদি শন্দোকখি।

লৈবাক্কী পাউচেশিংদা ইখি।

ঙসি নুমিৎযুংবা মতুং পুং অনীমখায তাবা মতমদা টি ভী হাউসতা মচিন মৌপ্বা লুহোংবগী পোৎ-চৈ, মৰু-ওইনা টিলিভিসন অমসুং ফ্রিজ লৈবা লাকপদা মশক খঙদবা মীওইশিংনা শক্তি লৈববা বোম অমা লংশিল্লকপদগী মফম অদুমক্তদা মৌপ্বা অদু খুদক্তা বোম্না পান্দুনা শিবে। মদুগা লোযনা লোযননা নুপী অদুসু মখোঙ অনীমক খুদোংথিনীংঙাই ওইবা ফিভমদা লৈবি।

খঙহৌদনা খুদোংথিবা থৌদোক অদুমক থোবকপদা, মফমদুদা লৈবম্বা মী কযা মিপাইনদ্দুনা চেন্নখি। খুদক্তা কনা কনা শোক্লবগে হাযবা কনানসু খঙনখিদে। মী তাক্লক্লবা মতমদা মফম অদু ঈগী ঈ মক্তা ঙাইবমখী। মখোঙ শোক্লবী নুপী অদুনা মশাগী চৈনা পুম্নমক কাওথোক্তুনা মৌপ্বা অদুবু কৌব কৌবগা কপ্লম্মী। মৌপ্বাগীদমক তেংথাখি।

মসিবু কবিনো ?

ঐবু যুমদা কবিনি হাযনা তমগনি ?

'নঙবু হৌজিক্তা ইচে কবি-কবি পাম্বা ? ইচেগী অপাম্বা পুম্নমক লৈবগদবনি হাযবম্বদাই। হৌজিকসু হংখো । ঐ নঙগী পাউসি যুমদা তম্বা ঙস্লোই। শে হৌগংলকউ। হৌগংলকউ।' যাম্না কপখি। কপ্পা কপ্পা মৌথাবু কৌই।

কল্পনা পুন্সিদা কবি তৌগনি ?
তেংথাবদি পুন্সিগী মশক নত্তে,
পুক্নীংগী পেন্দ্রবা মশক্নি।
পুন্সিবু কল্পনা কৌশিনবা যাবোই।

'ইবুঙোমচা ! ইবুঙোমচা !' মথন্তা মপি ওবে ওবো লেপ্তুনা শিন্থদুনা কপখি। পেজদ্রবা থম্মোযগী মশক্কা পুন্সিগী ঈচেন্দা তিনশিনখি। ঙসি লম অসিদা থোক্লিবা, যেংহৈদ্রবা থৌদোক কযাসি মথং মনাও নাইনা পবিং অমা শেমদুনা মীযাম তিংনা উথোকপা তাবগদি, খঙগনি, লমদমসিদা মীগী মশকসি কমদৌনা লৈবগে হাযবা। থবাযশিংনা কযাম মমল লৈতবগে ? হকচাংসিনা থবাযবু তাশিঙনবা হোৎনবদা মশাবু কযাম যাম্না মমল যাওহন্দবগে ? যাম্না কিখ্রবা অকিবা কযা শন্দোক্তুনা লৈববা লমদমনি, ঙসিদি লমদমসিমক। হিংদবা যাদে হাযবা তাববদি খুৎলায অমা পাযদবা যাদে। লমসিদদি তমথিববা খুৎলায অমমম পাযবা তায।

তশেংবদি মী খুদিংমক্তা মশা মশাগী ওইবা খুৎলাই পুম্নমক্তগী হেন্না শাথিববা খুৎলায অমমম যাওবি। খুৎলায অসিমক চাওখৎলবা মীশিং, বাখল লৌশিং চাউববা পুম্নমক্তা খঙঙি। থম্মোয থম্মোযদা পুদুনা চৎলি। পৃথিবীগী অওনবা পুম্নমক খুৎলায অসি শিজিন্নখিবা ঙাক্তনি । নোংমা নৎত্রগা নোংমদি লমদম অসিদসু খুৎলায অসিমক লমসিগী ফিভম অসিদা শিজিন্নবক্রোই হাযনীংঙাই লৈতে। শোযদনা কাপথোবক্কনি। মীওইপোক্কী মপোক্কা ফনা খাঙবা ভম্বগী শক্তি লৈদুনসু, মতম খুদিংদা খাঙদুনা লৈগনি খনবা লাল্লি। নোংমা নৎত্রগা নোংমদি পোকখাযবক্কনি ।

বোমতনা শাথিবা নত্তে।
খুলাযতনা মীগী থৌনা নত্তে।
মীগী মতিংদা তমথিববা খুৎলায কযা লৈবি।

মতম অমগী ইমা ইবেনশিংনা বাকৎপদা খুলায পাযখিব্রা ? তম্ফাসনাগী থৌদোক্তা কমদৌনা অওম্বগী মথক্তা লাল হৌখি ? কনানা লাল ঙমখি ? কবিনা খুৎলায ওইখি ? মসিবু কবম্মা খুৎলায নৎতে হাযসিগে ? মীওইবদা খুৎলায বাত্তে। মখল মখলগী খুৎলায লৈ। লমসিদা খুদম কযানা ফুদোংদুনা লৈ। নুপী লালদসু অদুগুম্নবা খুৎলাযদু পাযখিবনি। মদুমক শক্তি লৈবা খুৎলায অমনি। মসিমক মতম অমদা ঙসি অসিগী শিংনবিবা কযাসিগী মথক্তা শিজিন্নবক্রোই হাযনীংঙাই লৈতে।

মতোমতা যাওবা ইমুংগী যুম্লেপ ওইহৌগদবা মহাক থাজদবা বোম্না পান্দুনা শিখ্রে। আশা পুম্নমক কাযবে। মী হাৎলগা অকনবা শকপা কযানা নুংঙাইরমগদবদি খঙদে। লমদমসিগী মীওই অমতনা নুংঙাইনখিদে। ব্রাকৎ মীফম ফমখি। " মীবক্তা বোম লংশিনবীগনু।" থব্রাযগী ইকাইখুম্নবা থম্বীযু। "লমহেন তুহেনবা ব্রাবক্তবগী মশক লমসিদা উহনবীগনু।" ফিডৌ শেংপী মযাম মচিন খুম খুমদুনা ফম্লি। মমিতা মপি ইবা চেল্লি। যাম্না পেঞ্জদবগী মওংনি। কবম্না পেনগনি, থব্রায কযাবু চংহাৎ চংহাৎ হাৎলগা ? মশক মশা খঙদবা কযাগী মফমদা তেংথাদুনা ব্রাকৎলি। মীচমগী পুন্সি ঙাকপা ঙমদ্রবা সবকাবদা পেন্দবগী খোল্লাও লাওখি। হিংবদা যাম্না কিহল্লি।

যুগসি মতা অমনি। ঐখোয নখোযবু থাজদে। ইশাগী থাজনবা ইশানা হোৎনেজবগনি হায়না চোংথোবক্লিবা মখোযনা অমুক্ত হেন্না থাজবা ঙমহন্দে। লমসিদা কবিবু থাজগাদবনো খনবদা মম্মী। পুন্সি কযা কিবনা ইপাই হৌবে। থম্মোযদা অকম লৈনা নাববা মী ঙাক্তনা লমদমসিগী শক্তম ঙাক্লি। অশিবগী মশক কযা মাঙ্গা থমদুনা, ওইফম থোকপা হক তাল্লি। লৈঙাকপা কযানা ঙাকপিবা ঙমদ্রবা থব্রাযসিংগীদমক তেংথাবি লমদমসিদা, লমদমসিগী শক্তম ঙাক্লি। অশিবগী মশক কযা মাঙদা থমদুনা, ওইফম থোকপা হক তাল্লি। লৈঙাকপা কযানা ঙাকপিবা ঙমদ্রবা থব্রাযশিংগীদমক তেংথাবি। লৈবাক্কী আইন ঙাকপা ঙমদ্রবদি সবকাব লৈকবগী কল্লি কান্নবি ? মীওইবগী ইহান হানবা ঙাক্কদবা আইন অসিমক হিংহনবনি। হিংবনা মীওইবগী অহানবা খোঙনেৎফম ওইহনবীযু। "খুন্নাইদা ঐখোয তংদু লৈতানা হিংহনবীযু।" "মফম খঙদবা তমখিবা থৌদোক থোকহনবীগনু।" লম্বী থিংখি। শাউনীংবনা হেল্লবা মী কযা থোবক্তুনা লম্বী শবক মফম খঙখিদে।

সবকাবগদি যাশিন্নবা অমা পুবকখি।

অখন্নবা হিবম খবদা অমনা অমবু থেমনখি।

মীগী মমল, থব্রায, শেহৌগী মমল, থব্রায লৌবা ঙম্বশিংগী মখুত্তা লোইনা শিন্নববগুম ঐখোয হিংলি। অশিবগী মফমদা ইশাগী হক শিন্নববগুম হিংবা মহিং অসিদা কবম্বা মীওইবনা নুংঙাইনা হিংবা ঙমগনি। লাওবিবা ঙসিগী খোল্লাও পুম্নমক হিংশাগী মাযগোক্তনি। মসিনা মতম খুদিংদা ইপোম ওইনা শন্দোক্লি। থব্রাযগী ইনিলনা পুনখিবনা কনানসু ইচং থৌবা ঙমখিদে। তুফক তুফাই চল্লবা মী ঙাক্তনা খুন্দাবা লমনি লমদমসিমক। লৈঙাক লৈত্রবা মফমগা চপ মান্নবে।

মীহাৎপা কাংবুনা শেংদোক্লি, 'শোযখিবনি'। মীবক্তা বোম লংশিল্লগা শোযখ্রে। হাযবা কনানা যানীংগনি। মী হাৎননবা পোৎশক্লি বোম হাযবসি। পোকখাযববদি পাল্লুবা মী কযা শিগনি। শিননবা লংশিল্লিবনি। হাৎলিবনি। হাৎলনি খঙনা খঙনা

লংশিল্লিবা মক্তদা শিরগা শোয়খিবনি হায়বা মীয়ামদা করেম্নবনি। হেন্না হেন্না লংজবা মরালনি। মীয়াম্না তাল্লিবা ৱাকৎ, ৱাকৎ তাননবা পাল্লিবা মনা তাশিন্নদবনি। মীয়ামগী ৱা খঙদে হায়বনি। অদুবু, শিংনবগুম হায়রকপা ৱা অমনা মীয়ামগী ৱা তুবৎ ককখি। মবিল য়াওদ্রবা মীয়াম, শিংনবা ঙমদ্রবা মওংদা থৱায় পুরদুনা মীওইবনি হাযবগী ইৱাই ইনিল পূম্নমক ইংথহল্লগা থোরকপা তাখি। ইপোম কানা শাগৎলুবা শক্তম, ইথক য়েহ্নবা ঙমখিদে। পূম্নমক লেপখি। মঙ অমগী নুংঙাইরবা মশক উৎলম্লগা তাইবঙ ফাওরকপদা মনিল মচা অমা লৈরমদ্রবা মশক্ক চপ মান্নখি। হে! অশিবগী য়েক্লবা, অহিংবগী থৌনা উখোকচবা ঙমদ্রবা ঐখোয় ঙম্নমক অশিবগী মশক্কুম লেপ্পা তারিব্রা? পোকপা শিবগী ওইরিবা মহৌশাগী খুদোল পূম্নমক তাইবঙ মীকপ থোক্লকপদগী শকখঙদুনা লাক্লবনি। মসিমক্তদা করিগী অনৌবা শক্তম অমগুম ঐখোয় ইরেসিদা উংদুনা লৈরিবা?

ফিঙৌ শেৎপী ইমা ইবেলশিং কৈথেলদা তুম্মিন ফম্লি।
পুম্নিগী চাউরবা মশক অমগুম ৱাকৎ কৎলি।

লমসিগী ৱাদা ৱাকৎনা হৌজিক্কী মতমদা খ্বাইদগী মরুওইবা ৱা ওইরক্লি। চাওখৎপনা মাঙ থাহ্নগদবা মতমসিদা ৱাকৎনা খ্বাইদগী মরুওইবা মশক ওইরকপা, অঙকপা লমদম্নি। লাক্তদবা মীবোলগী মঙাল শন্দোকপগুম মী কয়ানা ৱাকৎ কৎলি।

ঙসি অমুক, পূম্নমক পূমলেপ লেপ্লগা ভোট থোম্নরি। অমনা অমগী মশক উখোকই। অৱা চৈথেং কয়াগী মশক্লা মাঙ্গা থমদুনা ভোট থোম্নরি। অমনা অমবু হুম্নরি। মশা মশাগী ফিরেপ চুম্নবা শাগৎনরি। কনানা তম্ফাসনাগী থৌদোক কয়াবু ৱারী লীবি। কনানা ডাকুগী চৎনলোনগ্নী মরমদা ঙাংলি। অতোপ্পা কনানা মফম খঙ্দ্রবা মীশি মীনাগী মরমদা লাওরি।

কৈথেলদা অঙাঙ ময়াম পবেংশানা লেংলদুনা স্কুলদা শেম্লৌ শেল চাউনা চাউনা তাল্লুবগী লাওর লাওরদুনা লাকখি।

"ঐখোয় ইংনা লাইরিক তম্বা ফংহ্নবীয়ু।"

"লাইরিক তম্ফম পূম্নমক শান্তি পীনবীয়ু।"

# ১২

সনাতোম্বীগী জগোযনা মৈ হৌহনখি, সুতো সাহেপকী বঙ্গলো মৈ চাকহনখি। কমদৌনা, কবিগীদমক জগোয কৎখি। বাস শান্নখিবনো খঙদে। নিংথৌমচা অমা ওইনা তাংবনগী লাল শোক্লবদা মী কযাগী মখোঙ কোনবগুম মাসু কোল্লুবিব্রা ? বাসতি কৎখি। চিঞ্জাক মযাল চাবা, ধর্ম তিন্নদবা মীতৈনা ইহোক্লিবা মাগী শুমাংদা গোপা গোপী পুন্না শাদুনা বাস কৎপা হাযবসি অর্থ লৈফম থোকই। কবি ওইবা যাই ? নৎত্রগা অভম্বনি, ঙমদবা লৈতে উখোক্লিব্রা ? জাৎ তাখ্রবী মহাক নীংথৌ মচানি। নিংথৌ মচাদি জাৎ তাবা লৈতে তাক্লিব্রা ? পুম্নমক্কী মশক অমদা অর্থ ফনা লৈবম্বা তাবর্বসু ধর্মদদি মপান থোকহনখ্রে।

ঙসিগী মতম অসিগুম লৈবম্বা নত্তে মতমদু। লৈবাক্কী লোনচৎ যাম্না ইকাইখুম্নবিঙৈ মতম্নি। ব্রাবক চেৎলিঙৈদনি। মীগী মমলদি লৈ। ইকাইখুম্নে। বিলাৎ মহাবানীনা ইং ১৮৯৫ ইঙাগী তবানিপান পানবদা চে যানখি। ব্রম্মান, ক্ষেত্রি, বৈশ্ব, শুদ্র, নঙ নঙগী জাৎ চৎনবী পুম্নমক ঙাক্কনি। লৈঙাক মপু লৈ। মখা থাবশিংগী মশক ফজনা ঙাক্কখি। ঙসিদি মওং অমনি। লৈবাক্কী থৌ তৌগনি চোংথোবকপা কযানা মশা মশাগী লৈঙাক শাসন অমমম লিংখত্তুনা মীচম কযাদা আইন শেমদুনা চলাযবি।

মতমদু কুইদ্রিঙৈনি চহী তবামুক্তা হাযবি। সোইবম মতৈ মনাও অমনা ফামদোনমচা অমা সাহেবতা শেম্নম্মী হাযদুনা সাগৈ জাৎ হুহন্দুনা মীযাম মমাংদা খোঙ্গোযনখি। অদুগা হৌজিক্কা অমুক মীতৈ নুপী মথং মথং সাহেবতা মযুম পান্নবক্লি। লৈবাক নিংথৌ ওইবম্বা মৈদিংঙু, মহাবাজ সুবচন্দ্রগী মচানুপী বব সাহেবতা চেলশিনখ্রি। মযুম পাম্লবী সনাতোম্বীনা, মপুবোইবগী মযুম ব্রাখ্রে নোংমাইথেমদগী বব সাহেবতা পান্নবী ওইনা চেনশিনখি। মীতৈগী নুমিৎ তাখিদুনা নোংচুপকী নুমিৎ থোক্লক্লবদা সনাগী থম্বাল কত্তুনা তবাম্না ওকখি। মখুবা মতোনগী গা পুম্নমক অমমলোক্তা থাধখি।

থৌদোক অসি লৈবাক্কী শক্লাইবদা থোক্লু বা থৌদোক ওইবনা কুম্বাবদা

লৈচনখি। করম্না লৈচল্লোই ? অচম্বা মীচম কয়াদা থোকপা থৌদোক ওইরবসু মতমদুদদি কুম্বাবদা লৈচল্লিবনি। অচম্বা ইনেগী পুক্সিনা অমুক মসিদগী পুমতোপ তোম্লী। চাংদম্নবা য়াদে। সনাতোম্বীদি তুমন ওইনা লৌরবসু মগুন লৈহনখি। নিংথৌমচাগী অশুপ্পা মশক্লা কুপশিনখি। অচম্বা মীচম ওইরম্বা তারগদি ফিজি ফিনা নেৎলুবগী মহয় ওইনা অমম য়াইথোং কুম, অঙানবা মশক অমুক হন্না উরমদবা য়াই। লৈবাকসু অমমলোক্তা কুল্লিবা লৈবাক ওইখি। ইশাগী হাইনা হুম্না পাল্লম্বা কংলে ইমাগী ফিরাল শজিফুগী ১৮-১৯ নি পানবা, ১৮৯১ গী লৈবাকপোকপা নুমিত্তা, লাপখ্রবা মীরৈবাক্কী ফিরালনা মহৎ শিন্দুনা পাইরখি। ইরমদমগী থোক্লম্বা নুমিৎ তাখ্রে। মসিমক্লা লমদমসিগী ওইবা চৎন মিৎয়েংদা য়াম্না হেন্না অহোংবা অমা থোক্লকখিবতা নত্তনা জাৎ তারগদবী কয়াসু চৎনবীগী ফিদাদা ফম্বা ফংহনখি। মসিমক অনৌবা , নৌনা পাইরখিবা ফিরাল অদুগী মমি লমদমসিদা তাখিদে করম হায়গনি।

জাৎ তারবী সনাতোম্বীনা, জাৎ ওইওইনরবা মহাক্কী শুমাংমক্তদা রাস কৎখিবসি, চৎনবীদা মসিসু করম্না অহোংবা নৎতে হায়গনি ? পুন্নমক্কী তাইওন্নদা মহাক লৌখৎখি। ইঙ্গোকপগী লাচন্দা চল্লবী, শগোল য়াচল য়াওদনা থাদোক্লবী মহাক লৈবাক লৈমগী থাক য়ৌনা কাখৎহনখি। ফজহনখি। হেন্দোক্লা ফজখি।

সাহেবকী শুমাংদা মাস্তব খনখি।

মৈ ঙান্না থাল্লি। মীরৈবাক্তগী পুবকপা থাংমৈনা পুংঙাল ঙালহনখি। নুমিত্তু ইঙ্লেগী তরামঙানি পানবা নুমিৎনি। থানা মপুম পাংনা অতিয়াদা শাৎকায়রি। শেংলবা যুমসকৈশা ওইবনা থম্মোয়দা অমকপা অমতা য়াওহনখিদে। ইঙ্লেগী পিরোইনবা নোংজুনা ফত্তবা পূন্নমকপু চামথোকখ্র। মমিৎ লাওরবা তরামঙানি পানবা থাজনা লংত্রিক লংলবা মঙাল মলেমদা শন্দোক্লি। বর সাহেবনা থাল্লিবা মৈঙালগা ঙানবা তান্নরি। চাওখৎলবা লৈবাক্কী খুৎহৈবনা সাবা থাউমৈ মঙাল তশেংনা ঙানখি।

চহী তরেৎ মীগী মখাদা লোই লম ওইরুবগী খুদাং পিফম কংদ্রিঙৈ মতম্নি। মতমসিদা অমুক হন্না মীগী মীখা থানা হিংখিবা তারি। ললোনবা লাকপা ফিরঙ্গি মচাশিংগী লৌনম লাংদা মপুম ফানা থুববা লৈবাক ওইখি ভারত পুম্বা। মীওইববু পুল্লিবা হৌনলোনচৎনা পুনখিবা থাজবা পূন্নমক বৃটিসকী তমথিবা মীহাৎ, ১৩ এপ্রিল ১৯১৯ গী জালিয়ানবালানা মখোয়গী অশেংবা মীওইলোলগী অশেংবা শাজৎ অদুবুদি ভারতবাসিশিংগী থম্মোয়না কৈদৌঙৈ কাওবা ঙম্লরোই। মীওইবগী চাউরা ফিদা থাবিবা মখোয়দা মসিগী মশক অসি য়াওরমবা উবদা ঙক্লখি। লোই লৈঙাক্কী অশেংবা মশক উজখি। থম্মোয় খুদিংমক্তা মৈ মুহনখি।

রাস কৎননবা হর্বি সঙ্কর্তন্নচিংবা অধিবাস তৌখ্রে। সনাতোম্বীনা মকোক চিংদুনা থোরকখি। ঈশ্বরদা চংজেবগী থৌগল নীংথিনা তৌখি। মীতৈনা ইঙ্গোক্লবা কনা

অমগী পান্নবী ওইদুনসু থম্মোযদা নীংজবিবা ভক্তিগী ঈচেল অদুবুদি থৈহনবা ঙমখিদে। ঈশ্বরদা থম্মোয শেংনা চংজখ্রবা মহাক অদুদি অমুক হন্না মঙোন্দগী চেহ্নোকপা ঙন্নবোইদবনি। শ্রীগোবিন্দগী পেন্ননবা শ্রীকৃষ্ণগী বাস ক্রীডাবু সংকীর্ত্তন্না ভক্তগী মশক ওইদুনা মীওইনা পোক্লগা ফংগে হাযনা নীংবা খ্বাইদগী ফবা' ইবাই লাইনা পীবা ঙম্বা "জগোযবাস" পবর্বযাত্রা মহোৎসবতা কৎতুনা তাঞ্লিবনি। মগুন চাউখ্রবা মশক্লি। লাইযাম্মক্লা ঙক্লবিবা ভঙ্গী অচৌবগী মশক্লি।

যমুনা তোর্ব্বন্দা অহিংচুপ্পা শাখিশিংগা পুন্না হবাও মথোই কানা শান্নখিবা বসন্তগী থানিলদা চন্দ্রদেবনা মিকুপ অমতা মমিৎ চোইথোক্তনা ইনখৎলক্লিবা মথোযনা লাংলিবা মওং অদুমক যেংদুনা লৈখি। নুপা, নুপীশিংগী মথোই কাবকপা মশক্লা, উপাল ৱাপালনা ফজবগী মযোল চোংলকপা মতমদুদা, কযাম য়াম্না পুক্নীং নৌথোকখিবগে কুপ্না মমিৎ মনা কুপ্তনা মিৎযেং থমখি। মথোই কাবকপা কযাদুনা অহিং চুপ্পা শান্নবিবা মওং অদুদা শুপ্নতগী পুক্নীং ৱাবক্তবগী মশক মচেৎ অমতা উদ্রবা মতৌ অদুগীদমক চন্দ্রদেবনা পুমঙক ঙকখি। অদুগুম্নবা ভঙ্গী অচৌবদা যুম্ফম থোন্দুনা শান্নবা, পুকচেল তেংথোক্লবা বাসনি। শ্রীযুৎ ভৈগ্যচন্দ্র মহাবাজনা মশাগী থম্মোযনুংদা ঙাহ্লোজবিবী শ্রীশ্রীবাধাগোবিন্দগী ভাব প্রেমবু ঙাহ্নোইহন্দুনা ইং ১৭৭৯ গী হিযাঙ্গে থাগী তবানিথোই পানবা ইবাই নুমিত্তা অবিষেক তৌবগা লংথবান বাস মন্ডলদা নুমিৎ মঙানি শান্নদুনা কৎপা হৌখিবনি।

মপাবুংনা আশা চাউনা মচানুপীবু জগোয মকোক চিংহন্দুনা বাস কৎচগনি হাযবা হেক নংদনা ইচু তাদবা মওংদা মযুম হোংখি। ইৱায ইনিল কযাগী তানগায কযা মফম খঙদনা পানগনি খনখিদে। নিঙোলগী ৱা পুন্নমক, ৱাহহ্নোক লৈতবা ৱা ওইখি। থম্মোযদা কাবকপা, মযাক কাববা লৈযযু থকপগুম পুক্সিনা ঙাউখি। পাম্মু মকা যৌখি। মসিমক্লা অপোকপা অপোকপীমকপুসু ইহ্নোক্লখিবনি। তৌঙম্বী তাখি। লৈবাক্কী যেংলিবা মিৎযেংদগী নানথোকপা ঙমখিদে।

ঙশেংনা হাযবা তাববদি, মতমদু অবি অনৌ শিন্নবা মতম্নি। হান্না লৈবম্বা শক্তম কযা মথং মথং থুগাযবকই। শাস্ত্র খঙলবা কযানা পন্ডিৎ ওইদুনা লৈবম্বদগী ওন্নতৈনবদা মলেসা মবোল লোনবা কযানা তপ্পা তপ্পা মমায লৈশিল্লকপা মতমসিদনি মীতৈগী লোনচৎ কযানা মবাক মযুং ফৈনা থৎকদবগী মমি তমখিবসু। মসি নৎলমদ্রগবু সনাতোম্বীনা জাৎ তাখিবদগী অমুক কাখৎলক্তুনা ধর্ম, লম কবামখ্রবা ফিবঙ্গিগী শুমাংদা বাস কৎহল্লমগদ্রা ? ইনেনা মীচম ওইরুবনা লুহোংবা ফম্বা ফংখিদবগী নীংঙমদবা কযাদু মঙোন্দসু শোযদনা মমি তাবমগদবনি। মতমদুদা মাংখিবা নিংথৌগী মগুণনা কবিগুম্বা মাংলমদবা, তাবগদি সনাতোম্বীসু মৈ চংদনা লৈবমগনি। পূন্নমক্কী তাইওন্ননা, লৈবাক্কী লাপ্লোয কযা লৈবাকলোয ওইখিদে। কাযখি। চিংঙাখম মচা মেবী শেল্লুংববু

বন্দি থন্নগা বর সাহেল্লুদি করিগী মীফা ওইরোইদগে ? সনাতোম্বীবু খ্বাইরম্বন্দ কৈথেলদা ফৌরোইদবগী মরম করিনো ? মহাকথক্তা লৈবাক্কী বায়েল পুন্নমক কায়খি। ঙসিসু মেনবা ঙমদ্রি। কায়রি। থুগায়রি। মচোয় মচোয় তারি।

মীওইবগী পুন্সিদা নুংশিবনা পুনখিবা মশক্তি খজিক্তনি । সুপ্নতগী অশিকপা শরুক অমতনি। হিংনবা থবায় য়োকপগী শরুকপুদি পুন্সিদগী খায়দোক্লুবা য়ারোই। পুন্সি হায়রিবসি মদুমক্কি। থবায় থাকপা হেক লেম্নদা পুন্সি চৎখিগদৌরিবনি। ইনেগী পুন্সিসু থবায় থাকপা ঙম্রকখিদে। নুংশিবা চেনখি। মসিনা নুংশিববু মায়কৈ অমদা ইহ্লোকখি। পুন্সি হায়বসি থিবমখৈ থিরুরগা, হিংনবা মিহুন অসিতবু তাম্নবা ওইরম্মী। মী কয়ানা মওং মওংগী শকমান্নদবা অর্থ কয়া হন্নবা য়াই। হিংনবগী মিহুন অসিবুদি তঙায়ফদনা শাগৎকদবনি। মসিগী মশক অসিদা ইনে অমসুং মাম্মা অমনা অমদা য়েৎশিন্নরকখি। লৌ তৌনরকই। মুক্লখি। মুক্লবা তারগদি· অমনা অমবু ঙম্মীংবা মওংদা পো কাংলকপা হৌনশানি।

য়াম্না থাজদনা পাউ লাকখি, মাম্মসু অনাবা হেজিল্লে। অদুমক কুইনা মরা মখোল তাখিদ্রবা পাউদু করিগীদমক তন্নরিবা ? হৌজিক্তি য়ুম তোঙানখ্রবনি। পুন্সিগী মশক্তা অমনা অমগী মমি য়েংনদ্রবনি। অদুবু ইনেগী থম্মোয়দা অকনবা শাফুনা অচৌবা শেনবুংদা থারবগুম থারকখি। মখোল থোক্লকই। তোঙাল্লবা থম্মোয়দুদা য়েলহৌঙেগী লৈয়োল চোংলম্বগুম থিনগৎলকখি। মসিগী বাদি খোহ্লোকতবা মওংদা থম্মোয়দা তুমশিন্দুনা লৈরম্মী। হৌদোকপা ঙম্বা লোল অমা হেক লাক্লবদা মদোম হৌগৎলকই।

'নঙ কাকাদু শুকয়া য়াররোই হায়ব্রা ?' পাউ পুরকপা মঙোন্দা নুশাথিবগা লোয়ননা ইনেনা হংখি। তপতখিদে।

'মাইবনা খুৎ থারগদবা মাল্লি হায় ?'

'ঐবু . . . ?'

'পাউসিতা হায়রমগে তৌবনি। ইদোমচা ঐ চৎলগে।'

'উম ! ঐসু . . . !' মখা তাবা ঙমখিদে। ' নখোয় কাকাদু কুপ্না শেন্নৌ। ঐগী লাইবকসি . . . ! ঐদি সুম লৈহৌরগে।' ইশম শম্নদবা বা কয়া হায়রকখি। মথন্তা অসুম্না চোইরোল লোল্লকই। থাজদবা থৌদোক্লি। কৈথেলদা থোকখিবা থৌদোক অদুদগী অমুক হন্না জ্ঞান তারকখিদ্রবনি। ঙসি জ্ঞান লাকপা নুমিৎ অসিদা অতোপ্পা তাইবঙ অমগী মমি অমমুক তন্নরে। অমসু অমসু পুমতোৎ তোৎশিন্নবগী মশক অমদা মীওই কয়ানা মফম খঙদনা চৎলম্নবসু য়াম্না তিংনা চৎপগী মতম অমমুক লাক্লমান্নে। ঐখোয়না ইনেবু কৌখি। 'ইনে! ইনে।' লুনা তৌরমগ্রবা ঐবু চৈহুন্না লাওরকই; 'মসি য়েৎথ্রেদা। কৌরকখিগনু। ঐ কৈথেল চৎলরোই।' বাহৈসি হায়দুনা

অমুক্তং খপচিং চিংখি।

হোংখ্রে। পুমহোং হোংলবে। অফসপাগী অনৌবা মীওৎ মীনৈ যাওদবা শাযোন অমা পুথোক্কনি হাযদুনা কুপ্না থিগৎখিবা চে লাক্লবসু কবিসু মনিল নাইদনা তুমিন লৈখ্রে। থাখিবা মৈনা ঈশিং খবা খবা শাহন্নখ্রবসু শৌহন্নবদি ঙমখিদ্রে। লাই মাংথোকখিবা, খুলায পাযবা কযাগী মাযোক্তা কবিসু তৌবা ঙমখিদে। মনম নাইববা হৈ লৈ পূম্নমক পূমকম কমহল্লবে। কান্নদ্রবা পোৎ কযাগুম, পোৎশক খুদিংমক লমদমসিদা মচু ওল্লবে। অদুবু ফজবদি লৈ। লৈকোন অমদা চংদুনা লৈ কযাগী ফজবা যেংলিঙে অতোপ্পা লৈকোন অমগী ঋা ঐখোযনা থল্লুদ্রবসু লৈবদি লৈ, ফজ ফজববা লৈকোন কযা। ঐখোযনা উবিবা লৈকোন অসিখক্লা লৈ পূম্নমক্কী হৌযম লোইফম ওইবা নত্তে। লৈ কযা লৈবি। পূম্নমক মপুম ফানা শাকাযহন্নসি, পূম্নমক হিংহন্নসি। তাইবঙদা লাক্লবা খুদিংমক মশাতগী নত্তে। অতোপ্পগী ঋা কযা যাওবি। ঐখোয পূম্নমক্কী ওইগদবনি। পূম্না হিংখিসি। হিংমিন্নখিসি। কৈথেলসিদা তাবিবা মমি পূম্বা অপূনবা মীওইবগী শক্তম চাউনা উথোকহন্নসি। মীওইবা খুদি, অমগুনি খুদম ওইনা পীননবা। ইনে নঙসু হিংখোকো।

হাযবিবা পূম্নমক ইনে তাবমগদ্রা ?<br>
মাদি মমিৎ উইশিন্দুনা তুন্নি।<br>
কৈথেলসিদি কৈথেল ওইহৌদুনা<br>
মসিদা থবাযদা থবায ওইবম্বা মহাক্লা<br>
মফম খঙদনা চৎখ্রবসু<br>
লৈহৌখিগনি মতম পূম্বদা।<br>
কেথেলদি কৈথেল ওইনা লৈহৌখিগনি।



পাঙ্গোং নঙ লৈরম্বগীদমক
শ্যাম্ হকচাং কয়া মকম খঙদনা মাংহনখ্রে
মীওইবগী মশক কয়া মথং মথং শাগত্তুনা
...
অদুবু
নঙবু তশেংনা চৎথবা থরায়শিংদুগা উন্নখিব্রা
পাউ তম্বীয় মীরম্লেনগী মখোয়না শামরম্বা হকচাংগী
মহৎ শিন শিন্দুনা মখোয়বুদি নীংশিংনহৌরি ঙসিসু।

তাইবঙপান অসিদা থম্মোয়গী লোললা থম্মোয়দা তাশিন্দুনা থল্লি। মপান থোক্রুহনল্লা ঙমজদে। শিংখিপদ্রা চিংনৈ। অহিং হেক লাক্লবদা থরায় লাকপী মখোল থোক্তনা লাকদ্রা কি। থরায় লাকপী কয়াগীদমক অহিং মিশেন খাংনা লমদমসিগী মমা ওইবী কয়া শঙ শাদুনা শঙলি। খোংলকদ্রা খঙহৌদনা অকিবা মখোলদো?

কৈথেল! কৈথেল!

ঐখোয়না খঙিঙ, কৈথেল হায়বসি লমদমসিগী শাহৌ পুন্নমক তিল্লবা মশাতগী ওইরবা পুন্সি অমগুম অসুম হিংলক্লি। কৈথেল! কৈথেল!



আর এস ইম্ফাল

ফোঙলমনা লাইরিক: (১) যুম্নবীগী থাউমৈ (বারীমচা) ১৯৯১, (২) কিন্দুগী মীরী (বারীমচা) ১৯৯৭,
(৩) লমদমসিদা চীংনুংসিদা (শেরেং, অহৌবা মঙাগী পুন্না ফোঙদমিন্নবা) ১৯৯৯,
(৪) তাইবঙ মমিশিং (শেরেং) ২০০০, (৫) মমি অমসু (বারীমচা) ২০০৫,
(৬) কিবান (বারি মপুন) ২০০৬, (৭) চেদা শাৎপা তাইবঙ (বারেং) ২০০৮,
(৮) কৈথেল (ত্রারি মপুন) ২০০৯